# জি-ডি-আর ডাইরী



ইপন্থৌ
পাবো
কাকা
খুড়াতোন

—মরিগী খুয়াদা

## ৱাহোদোক

জর্মান ডেমোক্রেটিক রিপাব্লিক (জি-ডি-আর) কোয়বগী প্রোগ্রাম অদো ইখঙ-খঙহৌদনা লাকখি। ইন্দো—জি-ডি-আর ফ্রেণ্ডশিপ এসোসিয়েসনগী মী তরুক্তা শাবা ভারতকী ডেলিগেসন অমদা য়াওবগী খুদোং চাবদো ফংখি। চয়োল মঙারোমনি লৈবাক অদুদা লৈরকপা।

চংলম্মদাইদা মরপ-মপাং খরনা হায়খি, নখোয়দা য়েংহন্নকদোরিবসে মখোয়না ঊংনীংবা খরা অদুতনি। খরনমক মদুদগী হেজিন্নকখি, মখোয়গী লৈবাক অদুদদি মীরৈবাক্কুগী লাকপা মী খুদিংমকী মতুংদা ইন্টেলিজেন্সকী মী অম-অম ইরবনি। মদুদগী অমুক্তা হেন্না হেজিন্নকপন্থ য়াওখি, মীরৈবাক্কুগী লাকপা মীগা মখোয়গী মীচমগা য়ারী শান্নহন্দে হায়রবনি লৈবাক অদুদদি।

মুকচং হেক চংলুদনা, কদায়দগী পাউনো খঙদে। নোংপোক জর্মানীগী মতাংদতা নত্তে, সোসিয়েলিষ্ট লৈবাক খুদিংমকী মতাংদনি কাঙ্‌বু খরনা চয়ন্নবগী লৈচিল শন্দোক্লিবা, কাঙ্‌বু খরনা পান্দম অমগা লোয়ননা, কাঙ্‌বু খরনা মুকখঙ খঙদনা।

"জি-ডি-আর ডাইরী" অসিনা অদুগুম্বা লৈচিল অদু কদায় ফাওবা হাইদোকপা ঙমগদগে হায়বদুদি খঙদে। অদুবু ইরিবসিদি উরকপা অমদি খঙলকপা খরা অদুগী পাউদম্নি।

অক্টোবর, ১৯৮৪ ইং

কুঞ্জমোহন সিংহ

: ১ :

কয়াতা পিকশিল্লবনো পৃথিবী অসে, কয়াতা শাধীনা হোংলবা! ঙসাইতনি, নোংয়াই মতুং পুং অহুমলোম তাবা ফাওবা ভারতকী কোন্থুং দিল্লীগী প্লেন তাকমদা ঐখোয়না লৈরম্বদো. অহুগা হৌজিক্কা পুং থরসিগী মতুংদা নোংপোক জর্মানীগী কোন্থুং বার্লিনগী প্লেন তাকমদা :

তরামঙাশুবা শতাব্দী লোইরমদাইদনি ইতালীমচা কোলম্বস্‌না মালেমগী নোংপোক চিদাইদা লৈবা সনা-লুপা মণি-মুক্তানা ফুদোংবা লৈবাক ভারত হায়রিবদো থিবা থোরকখিবা সমুদ্র-লম্বীদা অকি-অথং লৈত্রবা মখোনাগা লোয়ননা। অহুবু মহাক্কী খোঙচৎ অহু মহৈ য়ানবা ঙমখিদে, সমুদ্র-ঈয়াইদ্রা লম্বী লম্মুক্কহনা অরা-অনা থুদোংথীবা কয়া মায়োক্নরবা মতুংদা থুংখি মঙ্‌লানগী লৈবাক অহুগী মহুত্তা নোংচুপ হারমগী অতোপ্পা লৈবাক অমদা। মহাক্কী থৌমুনাউম্‌ পোর্তুগীজ হীরোই ভাস্কো-দ-গামানা ইউরোপমচাশিংগী মতুংদা ইহান-হাম্না সমুদ্র লম্বীদা ভারত য়ৌরকপগী থিংচৎ অদো লৌখি, তৌবগীদি থিংচৎ অদো তরাই-তরাইমদি ক'থিরে, মহুগীদমক্তা মহাক্না আফ্রিকা কোয়না লাকপা তাখি. লোইদাম থাবুম কয়া অরা-অনা থুদোংথীবা কোজাইগী মায়োক্নবা তাখি। মহুগী মতুং চহী কুমজা কয়া ফাওবা ইউরোপতগী ভারত য়ৌরকপা লম্বী অসি অহুম শাংহনা লৈখি। হৌখিবা শতাব্দী লোইরমদাইদা সুয়েজ খোং তৌবদগীদি লম্বী অসি কনা নীংথিনা তেনশিনখি। অহুমকপু ইউরোপকা ভারতকা য়াম্না কয়া নকশিনহনবদি ঙমখিদে। কুইদ্রি, অঙাং ওইরিঙৈদা ঙকানা ভুগোলগী পায়া তাকপিবা মতমদা

ঐখোয়দা হায়খিবদো, "বিলাত্তগী সাহেবশিংনা ভারত য়োরকপদা থা কয়ানো চঙ্‌লিবসে খঙব্রা ?—থা তরুক্নি, থা তরুক্নি, খঙলবরা ?"

কয়াতা পাক চাউরমগ্রবনো পৃথিবী অসে! অহৃগা কুনগুবা শতাব্দী অসিগী লোইরমদাই অসিদনা কয়াতা পিকশিল্লবা—কয়াতা শাথীনা হোংলবা! ঙসাইতনি পুং খরগী মমাঙ্‌দা দিল্লীগী পালম এয়ার পোর্টতা ঐখোয়বু থিন্দোকপা লাকপা মরূপ-মপাংশিংগা। বিদায় লৌনরকপদো। মীরৈবাক চৎপগী হৌনবী থাংখাং কয়াদা চে-চাং পুন্নমক য়েংথোক-য়েংশিন লোইরগ্না প্লেন ঙাইকমদা ঙাইহাক ফল্লিরৈদা মুশিন-মুবী আফ্রিকা-চহূ অনিহুগা রারী শান্নবদো ঙসাইতনি। ইনাক্তা হাঙ্‌লিবা ফম্ফম অনিহুদা চঙশিল্লক্‌নুনা ফমথরগা ঐঙোন্দা হংলকখি, "কদায় য়োবিগদৌরিবনো ?"

কুচু অনিদো খেন্নদে, অহূবু শাওং-শাদাদি খেন্নে। অমনা মরেপ রাংলি, নোয় পেল্লি, মরাক্তা ঙমই; অহৃগা অমনা তোঙ্গানৈ, শগোল মান্নতানি, রাশি লৈ, থরতং কেন্তরিবদো পকচৈ—মুরম্মু মুন্নানি। মুন্না অহুনা ঐঙোন্দা চুরূপ লান্নক্লগা রারী শান্না হোরকখি। ইংরাজী চৎনবা য়ানা থোকই। মখোয় অনিমক ইথিওপিয়াগীনি, মোস্কোদা লাইবিক তম্লি—অমনা ডাক্তর, অমনা ইঞ্জিনিয়ারিং। ছুটি মহূ দা ইণ্ডিয়া কোয়বা লাকপনি।

করিগীনো খঙদে, ইনাক্তা কল্লিবা মুশিন-মুবী অফ্রিকা-চহূ অনিহুবু চাপোক্তদোগুম য়েংহুনা লৈরুই। নীংশিংলকখি, অঙাং ওইরিঙৈদা ভূগোলগী পরীক্ষাদা তোযনা হংবা রাহং অদো, "করিগাদমক্তা আফ্রিকাবু অমম্মা মহাদেশ কৌরিবনো ?" মরীক চুম্না পাউখুম পীবা ঙম্নবা হুমিৎ কয়ানিনি চীনফা পুননবা রানা হোৎনখিবা।

ইমাঙ্‌দা শংশংনা চোংথোবকপগুম তৌখি অনৌবা ইথিওপিয়াগী অনৌবা শক্তম। কুইন্দি, ভবা ফাওননি হায়বা য়াই, নিংথৌরেল হাইলে সেলাসীনা হাইনা হম্না পাল্লখদে। কনান্না থাজ্জরম্নগে অহুক মতীক-ময়াই কনগ্রবা মনী-মখাতা তৌরবা অহুগুম্বা নিংথৌবেল অহুনা অহুক থুনা ঈমায়পক্কী কোঙ্গোলগুম তাকখিগনি হায়রবসে। অতুবু তাকখি খঙহৈদনা, তাকখি মীয়ামগী অকনবা ইহৌনা লাকপদা মতমগী অকনবা নোংলৈহুংশিংনা শিৎলকপদা।

এরোপ্লোটকী চাউথ্রবা প্লেন অমুদা কাখৎপা মতমদদি কনানা কদায়দা কমথ্রবা খঙহৌদ্রে।• প্লেনগী ওয়রোম থংবদা থংননা লৈরিবা সীট অহুম অমুদা ফমিন্নরম্লিবা ঐখোয় অহুম পুম্বিদা অমুক্তা উন্নখিজিবা ঙাক্তুনি। করম হায়রবা পুন্নম্লিবনো খঙ্‌দে, মহাদেশ অহুম্নি ফমিন্নরম্লিবসে—এসিয়া, ওসেনিয়া অমদি ইউরোপ। ফমিন্নরবনিনা রারী শাবা হৌই। ঐগী ওয়দা ফম্লিবী অসিনা ওষ্ট্রেলিয়াদগীনি—চহী য়াংখৈমুক শুরনি, মোক্কো চৎলিবনি, ওষ্ট্রেলিয়ান সোসিয়েলিষ্ট পার্টিগী মী ওরুক্তা শাবা ডেলিগেসন অমগী মেম্বর ওইনা। মহাক্কী ওয়দা ফম্লিবী অসিনা নোংচুপ বার্লিনগীনি—মৌনহানি, সিঙ্গাপুরদা থবক তৌরি, ছুটিদা ময়ুম চৎলিবনি।

নোংমদোল অতিয়া অসিদা অমুম হায়রবা মহাদেশ অহুমগী ঐখোয় অহুম মিৎকুপ পুংজা খরদং ওইরমু ফমিন্নহুনা রারী খ্রাতাই শামিন্ন-হুনা চৎমিন্নগনি হায়বসে কনানা খল্লবগে? পুন্সিদা নোংমতা উন্নখিত্রিবা অহুম্নি, অমুবু রাংলেন ঙাইহাক অমুদা কয়াতা চান্নথ্রবা! ইমুং মহুংগী রারীদগী হৌরহুনা পৃথিবীগী রাজনীতি কাওবা ঙাইহাক তমুদা পুংশু শুই। লোনগী খুদোং থীবা খরা থোংনদবদি নত্তে। ঙাঙনরিবদো ইংলিশনি, অমুবু খোম্বোক্কী থেন্নবা অহুনা মরক মরক্তা ভাব তান্নহন্দবা য়াওহল্লি, নোক্লিংবমু পোকহল্লি। ওষ্ট্রেলিয়ান কুপী অমুগীদি মমারোলনি ইংলিশ অসে, ঐখোয় অনিগীনা অতম্বা লোল্লি। অমুবু খোম্বোক্কী থেন্নবা অহুনা চমন্নবা পোকহল্লি। নীংশিংহল্লকই ছাত্র ওইরিঙেগী রারী অদো। ভারতকী বিশ্ববিদ্যালয় অমদগী এম-এ ইংলিশতা ফাষ্ট ক্লাস ফংবা ছাত্র অমা চৎলি ওক্সফোর্ডতা মথা তমথবা। মরী লৈনবা ওজা অমুগা উন্নহুনা মহাক্কা রারী-রাখোং অদো তৌই। মহাক্কা হায়রিবদো ঙাইহাক তারগা ওজা অহুনা হায়রকই, "ইবুঙো, রারোবা য়াদে, ইংলিশতা হায়মু, নঙগী নমারোল অদো ঐ খঙদে।" ছাত্র অদো ঙাইহাক চংউক-মায়ঙক্লে, অমুদগী নোম্লুকনা খুমই, "ওজাবু, ঐনা ঙাঙজরিবসে ইংলিশতনি।"

চহী কয়ামুক মমাঙদা ছাত্র ওইরিঙেদা নোক্কীংখিবদো ঙসি কুমজা

কয়ামুক মতুংদা অমুক নৌহৌননা নোক্লীংলকই।

হ্নারী শানা শানা ঙাইহাক ভূমথরুরমাল্লে। ক্রোক-ক্রাক লাউবা মখোলদা মিকপ খংথোক থোল্লকই। হোষ্টেসশিংনা অচাথক য়েনবা হৌরম্লে। ঘড়ীদা য়েংই, পুং মঙাতমক তারি। ওম্বোকপনি, নোংঙাল্লমদাই অসিদবু অচাথক! অহুবু ময়াম অদো চারোই হায়বা থক্লোই হায়বা অমত্তা য়াওদে।

ঙাইহাক লৈরগা মপান্দা লাপ্পা নোংঙাল্লমদাইগী কুম্মৈ হৌরক্লে, নোংপোক মাইকৈ চুমথাংবু ঙমজনা ঙাম্বোরক্লে— মখাদা মপান নাইত্রবা অমম্বা ঈপাক, মথক্তা ডংশং ঙাঙবা চাউরবা মৈবুল, মতুগী মথক্তা শংবানবা ফিজং…। রাংলবা নোংমদোল অতিয়াদগী উরিবা নোংঙাল্লমদাইগী দৃশ্য অসি উরুরবা কনা নত্তনদি খঙবা ঙম্লোই কয়ামুক ফজবা কয়ামুক পুক্লিং হুবা!

হোষ্টেসাশিংনা হে-মহী অমুক য়েল্লরে। পুং নিপাল্লোম তারে। মোস্কো য়োৗগদোরে। য়াং অসিদি য়ারক্তবে, অঙকপা ফংনা নাখৎলক্লে, ফম্ফম অসিম্নু মৈবা হৌরে। নোংয়াই মতুং পুং অহুমলোম তাবদগীনি প্লেন মহুং অসিদা হায়বা ইনথবা অঙাংদৌনা মচী লেঙদনা ফম্লক্লিবসে।

এয়ার হোষ্টেসনা লাউরকই মখোয়গী হৌনবী, "ইবুঙো ইবেম্মশিং, ঙাইহাক্কী মহুংদা প্লেন অসি মোস্কোদা তারগনি, সীট বেল্ট ফাজিনবিবো…মপানগী টেম্পারেচর সেলসিয়াস ডিগ্রী তরুক্লি…।" ময়াম অদো মাগী মাগী ওভারকোট অমদি অরুম্বা মফি-মবোলশিং অদো লিংশিন-খোৎচিল্লি। কয়াত্তা থেন্নথবা! পুং থরগী মমাঙদা দিল্লীদা তৌতৌবিবা হুমাংনা জ, জ, শিম্বহৌরিবত্তগা অসিদা তৌরাল্লবাসংগা কয়াত্তা খেন্নথবা! নোংথিৎলি থিৎলি তারি। শেরেমো-তোয়েভো এয়ার পোর্টত্তা কুমথবগা থংফাও কাওরকই খুৎঈং অদো। নোংত্তা নত্তে, সুংশিংম্নু য়াওরি।

চহী মঙা মমাঙদা সেপ্টেম্বরগী অম্নুম হায়না নোং থিৎলি থিৎলি তাবা হুমিং ··দনি শেরেমোতোয়েভোগা ঐগা অহানবা উন্নখিবদো. অহুবু ঐনা ওনুবনরা মানা হোংবনরা শক খঙনদ্রে। ঙাইহাক্তং

পোথাহুনা 'করম তৌরিবগে' হায়না কাওবা হংনদ্রে। হুপী অমনা লমজিংহুনা ঐখোয়গীদমক ঙাইরম্লিবা বস অহুদা অহুম কাখৎলে।

যড়ীদা য়েংই, পুং মাপন-মথায়রোম তারে, অহুবু শেরেমোতোয়ে-ভোগী যড়ীদদি তরেৎলোম-তমক তারি।

মিনিট তরামুক চৎলগা এয়ারপোর্ট অমদা অমুক বস অদো থৌজিল্লে। চাউরবা সাইনবোর্ড অহুদা ইরি, 'শেরেমোতোয়েভো'। করিনো 'তৌরিসিবু খল্লি'। পুথোরক্লগা অমুক পুশিল্লিবসিবু! নত্তে, ঐখোয়বু অপঙবা শীবা নত্তে। হন্দক্কী অসিনা অনিশুবা শেরেমোতোয়েভোনি—শেরেমোতোয়েভোগী মচা, হন্দক্কী মোস্কো ওলিম্পিক অদো নংনবা পোকখিবনি মীরৈবাক্কগী লাকপা অতিথি ময়ামগী থৌগল তৌনবা। অহুবু য়াম্না থুনা পাখং ফারল্লে, পাখং য়ং লাউবা হায়বদো—নানবা হৌনবমখৈ নাল্লে, কেবা হেনিবমখৈ কেরে, ফজবা হৌনবমখৈ ফজরে—ময়ামদা য়েংহল্লগে মতানি। মফম অসিদা থবক তৌরিব-তৌরিবীশিং অসিন্নু করিমতা রাত্তে—পাখং লৈশাবী ঙাক্কনি, মশক্কা মশক ফজরিবা, মতৌনা মতৌ লৈরিবা—ফিজেৎনা তাংজৈ হায়গদ্রা মশক্কা তাংজৈবু হায়সিরা!

প্লেন থারমদাই অমুক য়োরক্লে পাশপোর্টনচিংবা চে-চাং চেক তৌবা লোইরগা সিকিওরিটি এনক্লোজাররোমদা চঙ্‌লে। খুত্তা পায়রিবা বেগ ব্রিফকেস অমত্তা হাংদোক্কনা য়েংহনবগী দরকার লৈতে—টেবল মচা অমগী মথক্তা থম্বগা এস্‌কেলেটর অমনা গ্রং গ্রং অহুম পুশিনথ্রে, বেগ নত্রগা ব্রিফকেস অহুগী মমুংদা য়াওরিবা পোৎচৈ-শিংদো টেলিভিজন স্ক্রিনগুম্বা অমদা মমি তারুরে, হাংদোক্রম্নু মমুংদা করি করি য়াওরিবা অহুম উরে। অহুগা হৈকচাংম্নু কনামতনা মাহুনা হুমহুনা য়েংদ্রে, পোলাংখোকগুম্বা অমগী মথাদা লিংথোক-হল্লগা লোইরে। অহুবু অচম্বা পোলাংখোকতি নত্তে—হকচাংদা বিজরা মাল য়াওদ্রগদি করিমতা তৌরক্লোই, ভূমিন লৈহৌনি, অহুগম্ম করিগুম্বা য়াওবা থোক্লগদি লেম্না থাবগী রা লৈতে, ক্রি ক্রিং খীংলক্কনি। কুম্মৈ অদো ফনা৯ হুংঙাই য়েংবদা। ঐখোয়তা নত্তে, পেসেঞ্জর অতৈম্নু পঙ্‌না থোক্কবা কুম্মৈনিনা ঙাইহাক লেপতুনা য়েংনৈ।

মফম অহুদদগী মপাল্লোমদা চাউরবা শাংলবা শামু মনাতোন মানবা অমা তিংথোক্তুনা লৈরি, মহুগী মহুংদা মুরুং অমা। মুরুং অহুদা ঐথোয় ময়াম চঙ্‌শিল্লে। মুরুং অহুগী অরোইবদা, অঙকপনি, লৈরম্লে প্লেনগী থোঙ্‌জিন। কয়াতা শম্লবা, শঙ্‌গী মপান্দা থোকপগী মথৌ তাদ্রে, গাড়ীদা অমুক তোংথৎত্রে, সিড়িদা কাখৎত্রে—চুমদ্রিং প্লেন মহুংদা।

হন্দক্তি নোংপোক জর্মানীগী 'ইন্টরক্লুগ' তনি তোংলিবসে। প্লেন অসি মচানি, নাকন অনিদা সীট অনি-নিতনি, অদুবু ঙসাই তোংলকপা অহুদগীদি য়াম্না হেন্না নাল্লি। হোষ্টেসশিং অসিসু মশক-মতৌ ফজে, মশা তনাপ-তনাপ্লি, য়াম্না থীংঙি।

প্লেন থারে। ঐথোয়গী ঘড়ীদা অযুকী পুং তরানিথোইরোম তারে। তোংলিবা পেসেঞ্জর অয়াম্বদি অঙৌবনি, রাশিয়ান ঙাক্তা ওইনা তৌই, মুপীনা অয়াম্বনি।

পুংমুক মতুংদা অচাথক য়েল্লরে। হাঙ্‌লবা চাকথাউদা অচাথক খরা তাথিবদগীদি হকচাং অসি পঙ্‌থরক্লে। ঙরাং অহিঙ্‌দি শুকতুম তুম্লক্তে হায়বা য়াই। মিকপ থোক্লকপদা মখাদা পাৎ-তুরেল চীং-মান ঙাক্তা ঙায়রম্লে। পাইরিবসে পোলেণ্ড নত্রগা চেকো-শ্লোভাকিয়া মথক্তা ওইরম্বা য়াই। মরক মরক্ত য়ুম-কৈ ময়াম পুল্লপ—নুংঙৌদোনা পরেং পরেং কয়াতা ফজনা থিল্লিবা, অমুকসু উপু-মচা ময়াম অমা পরেং পরেং……।

পুং অনিমথায়গী অহুরাইদা মাইক্রোফোনদা লাউরক্লে, জর্মনদা মথংদা ইংলিশতা অমুক—'লেডিজ এণ্ড জেন্টলমেন, মিংকুপ থরগী মতুংদা ঐথোয় বার্লিনদা ভারনি, ফন্ফমগী পেটি কাজিনবিরো…।

বার্লিন য়োগদোরবা, বার্লিন উগদোরবা! রাথলসু হকচাংসু হরাও-তুজুংলকই। মখাদা উরিবসিনি বার্লিন সহর! উপাল পরেংগী মরুমদা য়ুম মচা ময়াম অমা পোত্থাহুনা লৈরি, মরক মরক্তা পাক-চাউরবা উমং, মচু মচুগী গাড়ী ময়াম অমা কোয়চেন চেন্দুনা শান্নরি শৃং নানবা চুমদ্রিং চুমদ্রিং লম্বীদা।

পৃথিবী অসি কয়াতা পিকশিনগ্রবা! ঙসাইতা, নোংয়াই মতুং পুং

অহুমলোম তাবা কাওবনি ভারতকী কোম্নুং দিল্লীগী প্লেন তাকমদা ঐখোয়না লৈরম্লিবা, অহুগা হৌজিক্কা নোংপোক জর্মানীগী কোম্নুং বার্লিনগী প্লেন তাকমদা। পোর্তুগীজ হীরোই ভাস্কো-দ-গামানা ভারত য়ৌরকপদা লোইদাম কয়া চয়োল কয়া চঙ্খিবা হায়বদো চপ-চানা খঙদে, অহুবু অঙাং ওইরিঙৈদা ভূগোলগী ওজানা হায়খিবা অহুমদি কাউদ্রি—'বিলাত্তগী সাহেবশিংনা ভারত য়ৌরকপদা থা কয়ানো চঙ্লিবসে খঙব্রা ?—থা তরুক্কি, থা তরুক, খঙলবরা ?'

অহুগা ঙসি ঐখোয়না থা তরুক্কী লম্বী অহু চাক-চমাঙ অমদা। কয়াতা প্লিকশিনল্লবনো পৃথিবীসে, কয়াতা শাথীনা হোংলবা ইপা-ইপুগী পৃথিবী অহুদগী !

: ২ :

বার্লিনগী মতমদা অয়ুক পুং তরামাথোই-মথায় তমক তারি, ঐখোয়গী ঘড়ীদনা পুং অনি-মথায়। ঘড়ীদা মতম শেমদোক্লে।

এয়ারপোর্টকী হৌনবী চে-চাংনচিংবা চেক তৌবা লোইরগা থোরক-পদা থোঙজিন্দা শক খঙনবা মায়থোঙ অমা চেনশিল্লকই, ঐবু চেজেৎ কোনশিল্লে। গুয়েম্বরনি, দিল্লীদা শকখঙনখিবনি, নোংপোক জর্মানীগী ইন্টরনেশনেল ফ্রেণ্ডশিপ লিগকী সেক্রেটারী জেনরেলনি। মুপী অনিমসু লাক্লি ঐখোয়বু ওকপা—মেদাম রুথ উল্‌রিচ অহুগা মেদাম বার্গ।

পেরু অমদি মেক্সিকোগী ডেলিগেৎ খরসু থুংলম্বতা ঙায়রম্মী। ঐখোয়বু ঙাইহুনা লৈরম্মী।

ঐখোয়বু ওকপা লাকপা বস অহুগী মনাক য়ৌবগা গুয়েম্বরনা হায়রকই, "বার্লিনদা থম্বিরমগদবা পোৎচৈ য়াওবিরবদি থাইদোকপিরম্লো।"

ময়াম অদো ভাব তাবা ঙমদে। চমম্লরিবদো শেংদোকপা

ওইনা মখা তাথরকই, "হৌজিক চৎপিগদৌরিবসে বার্লিনদা নঁস্তে, ভাইমারদনি। ভাইমারগী প্রোগ্রাম লোইরগা বার্লিনদা।"

ময়াম অদো ভিংঙক-মায়ঙকৈ, দাউ খঙহন হন্থবগুম তৌই। মিৎকুপ থরগী মতুংদা বার্লিন য়োরনি, বার্লিন উরনি হায়তুনা পুক্লিং অসি রাহোং-জগোই শাবগুম হরাও-তুজুংলবা তাঞ্জা অসিদা হায়রিসিবু করিনো! পুক্লিংনা খোয়দাজবা মহাক অদো শোয়দনা পুরক্কদৌরবনি হায়তুনা আশা থুংডাইনা চৎপমথৈ চৎলগা 'ঙসিদি খুদোং অমা চাদ্রে' হায়তুনা শানৌ মহাক অতুনা থোরক্কবদগী ইকায়-খুমশি য়াম্লনা হল্লকপগী থৌদোক অদো নহানমথৈ ব্লারী ওইনা তাতুনা লাকপনি, ঙসিদি থৌদোক অতুমক ঐখোয়দা থোক্লরে।

"ভাইমারদা কয়া কুইনা লৈবা তারিবা?"

"থা অমা।"

ময়াম অদো মকোক্তা বজ্র তাবগুম তৌই। অতুবু উপায় লৈতে। ঐখোয়দি অতিথিনি, য়ুম্ফুনা শীল্লিবতুদা য়াবা তাই। অতুনা গাড়ীদা অতুম কাখৎলে। গুয়েম্বরগা মেদাম উল্‌রিচ্‌কা নোক্‌মি নোক্‌মি মখুৎ হাইর-হাইরতুনা লৈহৌরে। অনিমক মরেপতি ফনা নীংথিনা য়াংঙি, মুপীনি হায়দে গুয়েম্বরদগী হেনগে তৌই উল্‌রিচ—চাব-থকপা থয়া ফবগী তৌবনি নত্রদি নহান্না কোম্বরনি। মেদাম বার্গ্‌তি ঐগুম্বা জাৎনি চাউ-শাংবদা। ঐখোয়গা চৎমিন্নবসে মঙোন্দা তারে।

এয়ারপোর্টকী নাকন্দা কার ময়াম অমা থাতুদা লৈরি—অঙাংবা, অঙৌবা, অশংবা, শংবানবা, হঙ্গাম-মপান, অমুবা…। থোইনা চাউবা এরোড্রোম নত্তে, অতুবু কারগী মশীংদদি ফনা চাউবা এরোড্রোম ফাওবা মায়থীবা পীগনি। লৈবাক অসিগী য়ুম্বান-কৈবান থাঙ্কী থুদম অমা ওইবম্বু য়াই।

গাড়ী কম্না থৌবা হৌরক্লে। সহরগী লমদম লংশেক্লম্লে, খুঙ্গংগী লমদম উরক্লে। লম্বীগী নাকন্দা পাক্লবা লৌবুক—অশংবা মনা-মশীংনা লেক লেক, খোইবতা ঙায়বম্বু য়াওরি। মবক, মরক্তা উমং-য়াম্‌ং, চুমত্রিং চুমত্রিং হৌবা উচান, বার্চ, পোপ্লার পরেং পরেং।

লম্বীগী নাকন অনিদা মরক হাঙ্দবা লোইবা নাইত্রবা থোইনা র‍্যাংদবা উপাল পরেং।

খা হারম্নি পাংলিবসে। ওয়রোমদা খাব্রাংননা চেল্লিবা লম্বীদা গাড়ী ময়াম অমা লীরি নাইনা মথং মথং অরাং পাংখৎত্রি, অয়াম্বনা কারনি—হুইস্ হুইস্·· মমিৎ উইশিল্লগা থৌবা ভাক্তা। য়েৎ ওয় খাব্রাংননা চেনমিন্নরিবা লম্বী অনিসিগী মরক্তা অশংবা নাপীগী শাংলবা কার্পেট অমা লোইবা নাইদনা তিংথোকখ্রি। নেশনেল হাই-রেনি, অত্তুনা গাড়ীগী স্পিড পুংশীংদা কিলোমিটর য়াংখৈদগী তাবা য়াদে, চামদগীসু হেনবা য়াদে। ঐখোয়গী বস অসিসু ফনা কন্না থৌনিবনি, অত্তুবু মরক মরক্তা কার অম-নি ঐখোয়দগী হাইগৎখিবসু য়াওরি—হুইস্ হুইস্। লম্বী অমগা লম্বী অমগা ক্রোশিং তৌনফমদা এক্সিদেন্ট থোক্তনবা অমদি গাড়ী তপ্থনত্তুনা মতম মাঙ্নদনবা ক্রোশিং খুদিংগা ফ্লাই-ওভার—খরা হেক চৎপগা ফ্লাই-ওভার, মরক মরক্তা লম্বী মপান্দা লম্মিৎ-তুম্মিৎ তাক্লবা সাইনবোর্ড।

কিলোমিটর চাহুমলোমগী লম্বীনি ঐখোয়না চৎকদৌরিবসে, পুং মরিবোম চঙ্গনি। মুংশা কন্না শাগৎলক্লে। ময়াম কোট লৌথোক্লরসু যাওনরক্লে।

হাই-রেনি, মশানা নানফম থোকপনিনা নান্বা হৌনবমখৈ নাল্লে—কাং শান্নবা য়ারনি। মগুন অসি ভাক্লনবা ওইরমাল্লে, লম্বী অসিদা ইঞ্জিন পানবা গাড়ী নত্তুনা অতৈ অমত্তা চৎহলন্দে—একাগাড়ী··· শগোলগাড়ী···'নৈব নৈব চ'—য়াদে, অমত্তা য়াদে।

হন্দক্কি শাংলবা উমং—উচান বার্চ পোপ্লরগী শাংলবা উমং। অত্তুদগী ওভারব্রিজ, লৌবুক লম্ধাং, অশংবা মনানা লেক লেক লাউবা পাক্লবা চুজাকী লৌবুক—মরীক চুম্না পাল্লবা চুজাক। অমুকসু গেহুগী মপান নাইত্রবা লৌবুক—গেহু থাওদোকখ্রে, অত্তুবু চন্নাদি পৈত্তুনা লৈরি পরেং শানা। খুঙ্গং অমা উরে লাপুক্লা—য়ুমশিং অদো চগুংনদে, য়ুমথক পুন্নমক য়ান্না ভম্মী। লাপ্না টরার অমা উরি, সহরমচা মাল্লি—চিমনীদগী মৈখু কারি, লাপুক্লা ট্রেনসু চেল্লি। লৌবুক্তা ট্রেক্টর খরা পোথাত্তুনা লৈরি, থবক শূবা ব্রারমাল্লে।

হুংশানা শাগৎলকপনে অহিঙগা তুম্নক্কবনে তোয়না-তোয়না উইরে। ফনা কন্না লাক্লে উইদনবা, উইরিঙৈদা উত্রিবা কয়া উহৈদনা নাম্বোকখিগনি। অহুবু হায়না হায়না উইবতা নত্তুনা ঙাইহাক্তি তুমথররুমাল্লে, হুমিন্নরিবা মরূপ অহুনা খংলাক-খংজিন হায়রকই, "য়েংঙু, আদগীসে!"

মঙ অদো মথোং মরম খঙহৌদনা মাঙখি। কয়াতা হুংঙাইগ্রবনো, নোংপোক-জর্মানীগী' সনা-সোরোক য়াংবীথক্তা কন্না চেল্লিবা গাড়ী মঙ্গুংদা হুংখিল পোবোপ্তা য়ুমগী মঙ!

মাঙদা পাক্লবা লৌবুক্তা হার্ভেষ্টার-কোম্বাইন অহুম-মরি মথং মনাও পরেং লেংলহুনা আলু তাল্লি। কুম্মৈ অমনি, চাউরবা ইঞ্জিনশিং অহুগী মখাদগী চাউর-চাউরবা আলুশিং অদো ফন্ ফন্ চোংখৎলক্লি, লৈবাক অমত্তা য়াওরক্তে, চোংখৎলক্লিবা আলুশিং অদো এক্সেলেটর য়াওবা কৈরাকুম্বা অমদা অমুক ফন্ ফন্ চেংখত্তুনা মথং মথং কাখৎখি, অহুদগী মনাক্তা ইন্নরিবা ট্রেক অহুদা-তাখি। ঙসাইমথৈ লু তাথৎপা পাকগ্রবা লৌবুক ময়াম অমা উরকপদো অতৈ নৎলমদ্রে আলুগী লম্পাক ওইরম্লে।

তুরেল অমা ফৈনা নোংচুপ পাংনা চেম্থখি। তোর্বান্দা শাংল-শাংলবা বেরেক মানূবা মিংশেন্না খাজিন-কুপশিনবা শঙশাং থরা পরেং শানা লৈরি। উপাল অমদি হৈ-রাগী চারা তৌবা ওইরমাল্লে।

লম্বীগী য়েৎলোমদা চেক থাবা লম্বী মতেক অমদা গাড়ী লৈশিন্দুনা থারে। ফনা কুইরে গাড়ী অসিনা চেল্লক্লিবসে, ঋারনিনি, ঙাইহাক পোত্থাহনবস্মু কৈ। ঐখোয় পুম্নমক গাড়ীদগী কুমথরে, মপানগী অশেংবা হুংশিংনা য়ৈরপকদা হকচাং অসি তগৎ তগৎ তেকখৎ-লকপগুম তোই। কারদা মতু-মচা পুহুনা লাকপা ওইরম্লে, নাকল অমদা থারিবা ফানশাংশিং অহুদা ফমহুনা পোত্থারি, চান-থক্লবা য়াওরকপদো পুখোক্তুনা চামিন্নরি। নাকন অমদা হহুক-হহুবী খরম্ম ঋারী শাহুনা পোত্থারি। অসিগুন্না গাড়ী থৈদোক্তুনা থাকম অমদি পোত্থাকম মরক মরক্তা লৈ।

গাড়ীদা অমুক কাখৎলে। পাক্লবা লৌবুক অমুক্তা—অশংবা শজীক্লা লেক লেক থনবা পাক্লবা লৌবুক। হার্ভেষ্টিং মেশিন অনি-হুন্না খাত্রাংননা চৎমিন্নহুনা লেক লেক লাউবা শজীক অদো খাওরি, হাজামগী শমক্ক মেশিন্না লুখম ফানবহুমঙাই। খাওদোক্লবা শজীকশিং মকা অমস্তা চাইথোকখিদে, মশানা খঙনা এস্কেলেটরদা ফর ফর পাইখৎখি, অহুদগী মনাক্তা ইন্নরিবা ট্রক্কী বোদিদা ফর ফর পাইশিনখি।

"ওস্থোক্লী তনগ্রবা লৈবাক হায়বদো ওইরে।" ঐখোয় মশেন ফাগি তৌনৈ, করিস্তু লৈত্রবা শজীক অসি ফাওবা মথুৎনা খাওদে।"

আলু তানবা, শজীক খাওবতগী র্রা নত্তে। গেহুগী চক্ক পরেং পরেং ফোদোকক্তুনা লৈরিসিস্তু মেশিন্না তাশিল্লগা পুনশিল্লি, অহুদগী ট্রকনা থুঙ্গংগী চক্ক পৈফম তান্না পুখিগনি, অহুদগী শাংলবা শামু-মনাতোন মানবা চাউরবা মেশিন অমনা মফম চানা চক্ক মপুনশিং অদো লংশিনখিগনি নক্লা অহনগে য়াই, লাপ্না তাহনগে য়াই—চক্ক মপুনশিং অদো শামু মনাতোন অহুদগী তোপকী গুলি পাই থোরকপহু মঙাই।

"মেশিন্না থবক পুন্নমক শূরবনিনা থুঙ্গংদা মী লৈবগী দরকার লৈররিরোই?" মেদাম বার্গতা হংজি।

"কদায়দগী!" মেদাম বার্গনা খুম্নকই, "লৌউশিংউ যাম্না কন্না মেকানাইজ তৌবদগীদি থুঙ্গংদা মী হেন্না দরকার ওইরক্লে, সহরগী মীস্তু থুঙ্গংদা লাকনীংলে।" ঐখোয়না খল্লম্বহুদগী কয়াতা ওন্নগ্রবা!

মণ শস্তু অমা লৌবুক্তা শজীক চারি। শগোল থরস্তু লাপুক্লা উরি। হৌজিক চৎলিবসে চীংমান ওইনা তৌরক্লে, অন্নাংবা চীংদি য়াওদে। লম্বীগী ওয়রোমদা সহর মচা অমা, মমিং আইসেনবার্গ। হেক উবদা কোহিমা কয়াতা মাল্লে—চীংচেপ্তা শারিবা য়ুমশিং অদো, খেন্নরিবা হায়বলু থোইনা র্রাংবা চীং য়াওদে, অসিতনি।

গাড়ী হাই-রেদগী য়েৎলোমদা হাইদোরক্লে, অহুবু লম্বীদি অহুম নাম্লি। সহর মচা অমা ওইরমাল্লে, হোসপিতাল লৈ। নত্তে, সহর নত্তে, থুঙ্গংনি। চেক অপাবনা কূপ্পা য়ুম ঙাক্তা। মুপামচা মরিখক সাইকেল লমজেল তান্নরিমাল্লে, ঐখোয়গী মাঙ থানা ফনা

কুইনা থৌরম্মী। রাশিল্লকুমাল্লে লৈহৌরে। চীং-মান হেন্না ওইশিল্লক্লে অনৈম-অরাং তোয়শিল্লক্লে। মমিং চৎলবা থুরিঙ্গিয়া কোরেষ্ট হৌরে।

সহর মচা অমমুক য়েরে, মমিং—বুর্গেল। হন্দক্তি চীংশাং অসি চীং মাল্লক্লে, অরাংবা য়াওরক্লে। খুঙ্গং অমুক তারে, কোক-খুমফি য়েৎপী হুপী মরি-মঙা লৌবুক মনাক্তা পোখারি, থবক শুবদা রারমাল্লে। মিৎতা শংশংনা উরকই—ঐখোয়গীসু লৌবুক্তা থবক শূত্থনা লৈহৌরিবা খুঙ্গংগী ইমা-ইবেলশিংদো।

হন্দক্তি খর হেন্না চাউবা সহর অমা, মমিংনা জেনা! কয়াতা পোয়েটিক ওইখ্রবা মিংনো। মমিং তাগ্রে—জেনা। ওপ্‌টিকেল গ্লাসকীদমক মমিং চৎলি মালেম শীনূবা থুংনা। কলকতা, দিল্লী, বোম্বেন নচিংবা সহর কয়ামুক্তা লৈরিবা প্লেনেটোরিয়মগী পোৎচংশিং পূন্নমক মফম অসিদা শাবনি। সহরগী ময়ায়দা তুরেল মচা অমা চেল্লি। মী কুংদে, কার চেল্লি, বস চেল্লি, ট্রাম চেল্লি। শাবী-শানৌ কয়া খুৎশন্নত্থনা খোঙ্‌না চৎপসু য়াওরি। পিক্লিবা মচা চেনবী মৌ-নহাশিংনা 'পেরাম্ বুলেটর'দা, হায়বদি নাউশুম গাড়ীদা, মচাশিংদো হাপচিল্লগা ইল্ল-ইল্লত্থনা চৎলি, খোঙথাংদি তপ্পা থাংবা অমত্তা য়াওদে।

"ডাইমার য়োগদোরে।" মেদাম বার্গনা হায়রকই। চাউরবা দশা অমা কোক্লে হায়না খল্লমগনি হন্নবী অসে। ঙসাইমখৈ শাগ্রবা লম্বী অসিদা ময়ামগী লোইবা নাইত্রবা রাহংগী পাউখুম পীবা লাক্লবদা ফনা নীংথিনা চোকথরবনি।

অত্থবু গেহুগী লৌবুকতি লোইবা নাইত্রি—খাওদোকখ্রবা অহাঙবা লৌবুক্কা অয়াম্বনি, অত্থবু থাওদ্রিবসু য়াওরি। সুগারবীটকী পাক্লবা লৌবুকসু অশংবা লেক লেক লাউবা মনাগা লোয়ননা ঐখোয়গী ইতুং ইল্লি। মনা-মশীং য়াম্না ফবা লমদা ওইনা তৌই মাইকৈ অসে—কোবীগী লৌবুক্তসু মপুং-মরৈ ফজনা ফারবা কোবীগী কোবী ডাক্তা।

"আদা লাগুক্লা চীংথক্তা উরিবসে বুখেনভালদ রার মেমোরিয়েলনি।" মেদাম বার্গনা স্লেংলোমদা খিন্দুনা তাক্লকই। মতম অমদা

হিটলারগী তমথীরবা কনসেন্ট্রেসন কেম্প ওইরম্বনি, হৌজিক্না রার মেমোরিয়েল—লানগী নীংশিং খুভম।

ডাইমার য়েরে, কাইনথংদা ঐখোয়গী থুংফমস্থ য়োরমাম্লে, গাড়ী অদো লেপথে। মখোয়গী মড়ীদা পুং মরি-রোমতমক তারি, ঝুমিৎ তাগদবা য়াম্না রাংলি।

ইন্‌ষ্টিটুট্যুৎ ফোর লোকেল এদ্‌মিনিষ্ট্রেসনগী ডাইরেক্টর অমাদ মহাক্নী ষ্টাফ্‌না ঐখোয়বু খৌরাংনা ডাইহুনা লৈরম্মী। ইন্‌ষ্টিটুট্যুৎ অসিদনি ঐখোয়না লৈগদৌরিবসি।

ঐখোয়বু ওকপা ওইনা ভাষণ মচা অমা পীরগা ডাইরেক্টরনা, হায়রকই, "অরোইবদা মরূ ওইবা রাক্ষম অমা, চাবা থকপগী মতম—অয়ুক পুং নিপান্দা ব্রেকফাষ্ট, ঝুমিৎ য়ুংবদা লঞ্চ অহুগা পুং তরুক্তা ডিনার। ঐখোয়গী লৈবাক্তা লেঙবিরক্লবনিনা মতম খরদি ঐখোয়গী চৎনবীস্থ চাংয়েংবিবা তারে।"

ভারতমচা ঐখোয় মশেল তিংঙক তিংঙক য়েংনৈ, "পুং তরুক তাবদা ঝুমিদাংগী চাক!" ঐখোয়গী ইপানাৎ ইপুনাৎতা য়াওদে। অহুবু করিদি তৌনি? উপায় লৈতে—"যশ্মিন দেশে যদাচার।"

ভারত মচা ঐখোয় তরুক্নি। কা অনি ঐখোয়গীদমক খৌরাং তৌহুনা লৈরম্লে। অহুনা ঐখোয় তরুক অনি থোক্না খায়দোক্লে—গৌহাটিগী শৈলেন মেধীগা কলকতাগী অমল চট্টোপাধ্যায় ঐগা ঐখোয় অহুম্না কা অমদা, ২০১ শুবা কাদা—অহুগা দিল্লীগী মাখন লাল, ইন্দোরগী রামটেকে অমদি কর্নালগী হরভজন সিং মখোয় অহুম্না অতোপ্পা কা অমদা

মায়-মিৎ তাথোক-খোত্তোকতুনা ডাইহাক পোখাগে তৌরিঙৈদা পুং তরুক অহুম তারে। হেম্ফদ্রবনিনা মখোয়গী চৎনবী মতুং ইন্না ডাইনিং হোলদা ময়ামগা চঙমিন্নরে। চাব-থকপা লোইরগা মগান্দা ডাইহাক ডাহৌ ডাহৌ কোরথোক্লসি হায়হুনা খোরকপথদি ঐখোয় মশেন য়েংনরগা নোক্নীংবনা খাঙবা ঙম্মদ্রে। ঝুমিৎ তাদ্রি তাগদবা য়াম্না রাংলি, অহুবু ঝুমিদাংগী চাকতি চাবা লোইরেকো! কম্নাতা মখোং হুকখিদ্রবনো!

লম্বীদা চৎলম্বা অমদি য়ুমগী বেলক্কোনীদা লৈরম্বা মুপী অঙাংশিংনা ঐখোয়বু অঙকপা অমগা লোয়ননা য়েংলকই, কনাগুম্বনা নোকক্কেৎ ভোৌরম্নগা মমায় লৈথোকখিবনু য়াওরি। মখোয়না য়েংনীংবগী অমদি নোক্লীংবগী মরমবুদি লৈতবা নত্তে। অহানবদা ঐখোয়-মীরৈবাক্তগী লাকপা অনৌবা মীনি, অনিশুবদা ঐখোয়গী ভন্দে মান্দে থোঙথাং, অহুগা অহুমশুবদা, মসিনা মরূ ওইবা মরম ওইরম্বা য়াই, সর্দারজীগী কোকয়েৎ।

মুংশিৎ কন্না শিৎকৎলক্রে, অঙ্গংবা মুংশিৎ, হকচাংদা ফজনা ফাওরক্রে। ঐখোয়গী ইতৌ উবদা মেদাম বার্গনা হায়রকই, "ঈংলবরা? নবেম্বর ওইরবদি খঙগবদবনি—নোংগা মুংশিৎকা অনি ফাংনহুনা ত্রৎ ত্রৎ চিংশিনবহুদি! ও, অহুগা ডিসেম্বরদি··· আঃ ওম্বোক্কা মুংঙাইথ্রে, উনগী ঙৌশ্রোক ঙৌবা মক্কোয়া অতিয়া-দগী তারকপহুদি করিমুক হায়গনি, টৈরিব্লি প্লিজেণ্ট—ইমুং মনুংদা লৈনীংদে, ঈংবুদি ঈংঙি অহুবু খুৎঈং অমনি, মুংঙাইথ্রবা খুৎঈহনি।"

অহুগুম্বা ডিসেম্বরগী মুংঙাইথ্রবা খুৎঈং অহুদি নত্তবনিনা কনামতা মপান্দা লৈনীংলক্রে, অহুনা অমুক থীম্বা তৌদনা ঐখোয় ইহনফমদা হঞ্জিল্লে, ইতেফমদা তেশিল্লে।

## : ৩ :

ঐখোয়গী লৈফম অসিগী গেটতা ঈরি জর্মান লোন্দা—ইন্‌ষ্টিট্যুৎ ফির কোমুনাল পোলিটিক, ইংরাজীদা হায়রগা ইন্‌ষ্টিট্যুৎ ফোর লোকেল এদ্‌মিনিষ্ট্রেসন; মসিগী মখাদা ইরি—লিগা ফির্ ভোক্রেনক্রয়েন্দশেফ্‌ট, ইংরাজীদা হন্দোক্পা তারগনা লিগ ফোর ইণ্টরনেশনেল ফ্রেণ্ডশিপ। মহরগী চিদাই ওইরম্লনি চাউরব ইংখোল অমগী ময়ায়দা য়ুমজাঙ অসিনা লৈরিবসে চীংথক অমদা খোইনা য়াংবা চীংদি নত্তে। য়ুম অসি মখোল অহুম্নি, লৈমুংগীগ

থারগদি মরিনি হায়বা য়াই। মথক্কী মখোল অনিগী কা অয়াম্বদি লৈননবনি, তৌববুদি লাইব্রেরী অমদি লাইরিক পাকম হোল্লসু য়াওরি। মথাদা ওফিসকী কা থরা, মিটিং হোল, লাউঞ্জ, চাক-চাকম অসিনচিংবা। লৈমুংদনা পোৎ-চৈ পৈকম, চাক-ঈশিং থোং-থাকক্কম।

য়ুম অসি হিটলারগী চান্ন-থোইরবা মরূপ অমনা জর্মানীগী মক্কম কয়ামুক্তগী অথরবা মপোৎমচৈ কয়ামুক প্পুরক্লগা শাখিবনি। কন্‌সেন্ট্রেসন কেম্পশুগী অহোংবা শিন্মী সপ্পাই তৌবগী ঠীকা তৌবা মুপা অসিনা য়ুম অসি ফুয়েরারদা খুদোল ওইনা কৎখি, মতুদগী হৌনা য়ুম অসি হিটলারগী লনাই মরল ওইখি। হন্না-মুংশিৎ ফবা, মহৌশাগী ফজরবা দৃশ্যনা পুক্লিং হুবা সহর অসিদা হিটলার য়াম্না তোয়না লাকখি, লাকপা খুদিংগী য়ুম অসিদা লৈখি। লৈবাক কয়া মথং মথং খুদুম চনশিল্লকুনা নাপন্না মথোই কারবা ফুয়েরারনা মহাক্কী মরূপ-মপাং অমদি থোঙলোইশিংদা মথৌ পোঙনা হায়খি, "হয়েং লান লোইরগা লানগুম কুম্মে মক্কম অসিদা পাঙ্‌থোকনি।" লানবুদি লোইশিনখি, অদুবু মালেম লৈকোই অসিদা লাম্বা লৈত্রে হায়না পোঙ্‌লম্বা হিটলার লানমু ঙমখিদে, লানগুম কুম্মেমু পাঙ-থোকখিদে। মহাক্কী মীওৎ-মীনৈ মীহাৎ- মীপুন্দা থরায় য়াওনা মতেং পাংখিবা মহাক্কী মরূপ অদো লান মতুংদা লৈবাক ন্নায়েলদা অঙাং ওলহনবগী চৈরাক ফংখি, অদুবু চৈরাক অদো পাঙথোকত্রিঙৈ মতোমতা হু চাহুনা শিজখি।

লান লোইশিল্লকপদা য়ুম অসি আমেরিকান লাম্মীনা লৌশিন্দুনা মখোয়গী হেড-কোয়ার্টার ওইখি। মতুংদা পোৎসৃদাম এগ্রিমেন্টকী মতুং ইন্না অমেরিকানশিংনা য়ুম অসি থাদোক্লম্বদা রাশিয়ানশিংনা লৌশিন্দুনা হোস্‌পিতাল ওইনা শীজিন্নখি।

ইংখোল অসিগী হেক চঙ্‌ফমদা থোইনা চাউদবা বিল্‌ডিং অমগমু লৈরি। হিটলারগী মতমদা গার্ডশিংগী লৈফম ওইরম্মী, হৌজিক্তা ডাইরেক্টর অমমুং ইনৃষ্টিট্যুৎ অসিদা থবক তৌবশিং থরগী লৈফম ওইনরি।

ঐখোয়গী সেমিনার হৌগদবা নোং-নিনি ন্নাৎলি, অকক্লবা প্রোগ্রামমু

লৈত্তে। অহুনা ব্রেকফাষ্ট লোইবগা ময়াম সহরগী ময়োলরোমদা কোয়রুসি হায়হুনা থোক্লরক্লে। লেত্তিন আমেরিকাগী মক্লপশিংগা ঐখোয়গা লোন খঙ্নদবনা মরম ওইহুনা কাওলুপ অনি থোক্লা থায়দোক্লরে—স্পেনিস অমদি ইংলিশ লোনবা কাওলুপ। মেদাম বার্গনা ঐখোয়গী গাইড অমদি ইণ্টরপ্রিটর অনি শুপ্পনি।

সহরগী মতাইদদি য়ুম অহনবা থরা উই, অহুবু ময়োলরোমদা অম্মুম চঙশিল্লরুগদি য়ুমশিং অসি অমনূবা ঙাক্ত্য ওইনা ত্তৌরকই। প্রেলার ষ্ট্রাসেদা পরেং শানা লৈরিবা য়ুমশিং অদো য়েংন-য়েংনা অম্মুম চৎলি। "য়ুমশিং অসি অয়াম্বনা চহী চামগী মথক ঙাক্তনি," মেদাম বার্গনা হায়রকই। থোইনা রাংবা য়ুম য়াওদে, মথোল অনি-হুমগী ঙাক্তনি, অয়াম্বনা চেক্লীনি মথকম্মু অপাবা চেক।

লম্বীগী নাকল অনিদা মনা পুংলবা উপাল পরেং, মরক মরক্তা লৈকোল মচা মচা—মচু মচুগী লৈরাংনা নেম নেম শাৎলি, য়ুমগী থোঙনাউ অমদি বেলকোনীদা লৈপাল মচা মচা, মহুদম্মু মচু মচুগী লৈরাংনা শাৎলি, মরক মরক্তা লাইধী মচা মচানা লৈত্তেং হাপকৎপম্মু য়াওরি।

মিনিট কুনমুক চৎলগা মার্কেট স্কোয়ার য়ৌরে। মফম অসিনি সহরগী ময়োল। মফম অসিদা গাড়ী গাড়াং অমক্তা চঙবা য়াদে, একাগাড়ী ফাওবা। অহুনা লম্বীগী নাকল অনিদা লৈরিবা হুকান পরেংগী নাকল অমদগী অমদা চথোক-চৎশিন ত্তৌবদা গাড়ীনা থেজাই খোংকাইগনি হায়বগী করিগুম্বা অকিবা লৈত্তে। কৈথেল কাবদা গাড়ী পুনরক্তবদি নত্তে, পুনরকই—অহুবু গাড়ীশিং অদো স্কোয়ারগী রাংমদা পার্কিংদা লোইনা থম্মরমই।

হোয়, গাড়ী মথল অমথক্তংদি পুশিলহল্লি, নাউগুম-গাড়ী, 'পেরামবুলেটার'। মশা তনাপ-তনাপ্পী মৌনহাশিং অহুনা শিল্লিবা মচাশিংদো হাপচিল্লগা ঈন্দুনা লাকই, তপ্প-ককা ইম্নকপা পোং নত্তে, কপ্ কপ্—কৈথেল নংহৌবরোইদবা মত্তানি। হুকানগী মমাঙ্দা গাড়ীদা অঙাং থম্মল্লগা করিমত্তা নীংজিং মাঙজিংনদনা পোং-চৈ লৈবা অহুম চঙ্খি। ত্তৌবগীদি গাড়ীদগী তাদনবা



বুখেনভাল্ডরার মেমোরিয়েল



জর্মান নেশনেল থিয়েটর মমাঙ্‌দা গোয়েটে অমদি সিলারগী মূর্তি মনাক্তা



আইসেনাক : সেবাষ্টিয়ান বাক্কী মুর্তি মমাঙদা ফিসার মতৈ-মনাওগা লোয়ননা



খুঙ্গংগী কো-ওপাবেটিভ শঙ্গোন মমাঙ্‌দা



ভার্তবুর্গ লানবন,
আইসেনাক





খুঙ্গংগী অঙাং খরগা শৈলেন মেধী অমদি লেখক

চর্চ্ ওফ অরার লেডি, ড্রেসদেন : লাঞ্জাওনা মাঙহন-তাকহল্লসগী শক্তম অমা



ব্রাণ্ডেনবুর্গ গেট ঃ মনীংলোমদা খোঙকাপ থরতং চৎলগা লৈরে বার্লিন-চেকপল



স্তালিন, ট্রুমেন অমদি এটলী ঃ পোৎস্‌দাম এগ্রিমেণ্ট সহি তৌনরি

অঙাংগী মখাং অতু বেণ্ট অমনা গাড়ীগা কোন্ননা ফাজিল্লি। 'অঙাংশিং অতুস্মু হৈনরমাল্লে, থোইনা কপ্পা লাউবা তৌদে, লম্বীদা চৎলিবা মীয়াম অদো য়েংতুনা লৈহৌই, পিক্ত-পিক্লিবশিংনা খোমচুপ চুপতুনা অতুম। তৌবগীদি অঙাং পুন্নমক মান্নবদি নত্তে, নিংঙাই চাউবা অম-নিস্মু অতুম ময়াওরকই। তুকান মমাঙ অতুদ অঙাং অমদি মমানা গাড়ী থাম্লগা চৎকে হেক তৌবদা কন্না খংকপ কপখৎলকই। মমা অতু করিমতা থো-ব্লা শ্যুদনা তুকান মতুংদা অতুম চঙ্খি, মচা অতু থেম্লম্বগী রা লৈতে। কান্নররোই হায়বা খঙ্লমাল্লে অঙাং অতুস্মু ঙাইহাক নপ্পল্লগা অতুম তুমিন লৈখ্রে।

তুকান ময়াম অতু মথং মথং চঙ্তুনা য়েংই—ফিরোলগী তুকান, ঘড়ীগী তুকান, কেমেরাগী তুকান—অঙাংতগী ওইবা তুকান, মুপীতগী ওইবা তুকান—কো-ওপারেটিভ ষ্টোর, মথোল মরি লৈবা ডিপার্টমেণ্টল ষ্টোর—মখল মথেলনি। অতুবু মফম পুন্নমক্তা মীনা কুক কুক, চিৎ চায়বা ঙম্নদে, লৈবা লাক্লিবশিং অয়াম্বনা মুপীনি, য়োল্লিবশিং অতুস্মু মুপী ঙাক্তনি। তুকান মতুংদা কাংখোং-মচা পানবা য়াম্না য়াংবা খ্বাংমুক রাংবা ঠেলাগাড়ীশিং অতু অম-মম ইল্লগা নত্রগা প্লাষ্টিকী পোলাং ময়াম পৈরিবা অতুদগী অমা পায়রগা পোৎ-চৈ লৈরিবা অদোমদা চঙ্নখি, অতুদগী মানা মানা পাম্বা পোৎ-চৈশিংদো হাপ-চিল্লগা শেল থাফম অদোমদা লাকই। কাউণ্টারদা ফম্লিবী অতুনা কাল্কুলেটরদা হিসাব শৎ তৌরগা অম্মুক থোক্লে হায়বা চেজেৎ অমা পীরকই, শেল অদো পীরম্লগা পোৎ-চৈ অতু পুতুনা চৎনখি। মমল তীক্লদে, মমল তীক্লতুনা মতম মাঙহনবগী রা লৈতে, পোৎ-চৈ খুদিংমক্তা মমল থারি। থারিবা মমল অসিদগী পৈশামতা হেন্না লোৌরোই, অতুগা পৈশামতা তানস্মু লৈবাক অসিগী মফম অমত্তদা ফংলোই।

"শেল্ অসে পায়নখ্রবা জাৎ ওইরে।" ঐখোয় মশেল ঙাঙৈ লৈনরিবা খুৎলৈ লাক্লৈ অতু উবদা।

"শেল পায়বগী রা নত্তে, লৈবা ঙম্বগী শক্তি অতুগী রানি।" মরূপ অমনা অর্থশাস্ত্রগী ব্যাখ্যা অদো তৌরকই।

পোৎ-চৈগী মমলদি অমুক হায়রবনা কান্নদে, মমল থারিবহ উবদা ঐখোয় কোক ঙাওই, থবাক য়ৈনৈ, 'বাপ্‌রে বাপ,' ঐখোয়গী ভারতকী শেলদা হিসাব তৌরবনা য়েংবদা ঐখোয়গীদগী শরূক অনি-হুম হেন্না তাঙ্‌ঙি। অতুবু মখোয়গী ওইনদি হোঙ্‌বা জাৎনি, য়াম্না হোঙ্‌বা জাৎনি।

ইমুং অমগী থাগী আয় চাউরাক্লা মার্ক লিশিং অনিরোমনি। হুপীম্ন হুপাম্ন থবক তৌই, তোলোব চায়। অতুনা থাগী অপুনবা তোলোব অতুনা মরাং কায়না য়ুম পুবা ঙমই, পোৎ-চৈ তাঙখৎপগী রাম্ন লৈবাক অসিদা লৈতে, চাং অমদা মমল অতুম লেপ্পু না' লৈ।

মেদাম বার্গখোয়গী ইমুংগী রা অসি হেক্তা য়েংসি। রেডিও বার্লিনদা থবক তৌরি মেদাম বার্গ। মহাক্কী থাগী তোলোব মার্ক লিশিং অমগা চানিনি মাগী হুপাম্ন চাউরাক্লা শেলফম অসিমুক য়াম্না ফংঙি। মখোয়গী মচা অনিনি—হুপী অমগা হুপা অমগা। অনিমক মহৈ-মশিং তম্বা লোইরবনা মানা থোকপা ময়ুম-মকৈ পান্নখ্রে। হৌজিক মখোয়দা য়েৎপিনবা কনামতা য়াওদ্রে। অতুনা ফংলিবা থাগী তোলোব অতুদগী য়ুম ভাড়া, ইলেক্ট্রিক, গ্যাস অমদি অতৈ অতৈ সার্ভিস চার্জ লোইনমক্লা মার্ক চাম-য়াংখৈরোম খাইদোকখ্রগা লেম-হৌরিবা শরূক অতুনা চাব-শেৎপা হরাও-কুম্মৈগী থরচ পুবদি পেনামুক লায়না থোকই। নারক য়েক্লক্লগা ডাক্তরগী অমদি হীদাক-লাংথক্কী থরচ হায়বমা লৈতে, পুম্নমক সরকারগীনি। লৈফমগী রানীংঙাই লৈতৈ, সরকারনা শাবিবা য়ুম লৈরি। কা অহুমনি মতৈ-মনাওনা ফংলিবসে, ভাড়ানা মার্ক হুমফু-তবানিথোই। মচাগা মমোগা তোঙান্না লৈ। হয়েং অহন ওইরগা কবি চাগনি-থক্কনি, কনানা য়োকপি-থাকপিগনি হায়বগী কিনিঙাই' লৈতে, মতুগীদমক শেল তুংশিন্দ্রনা থম্বগী দরকার লৈতে, মতৈ মনাও অনিমক পেন্সন ফংগনি। অতুনা ফংলিবা শেল থন অতু পোৎ-চৈ লৈথোক-খোত্তোকপা নত্তুনা কৈদে নরুনি, লৈবাক অসিগী মীয়াম্না পোৎ-চৈ লৈবা ঙম্লিবনিনা ঙাঙব-গোঙ্‌বগা রা লৈতে।

কৈথেলদগী শৎ লৈথোরকপগা চাউরবা শঙলেন অমা—জর্মান নেশনেল থিয়েটর। থিয়েটর অসিগী মমাঙ্‌দা লৈরিবা স্কোয়ারগী

ময়ায়দা গোয়েটে অমদি সিলার, কবি অনিগী মরেপ মরেপমুক চাউরবা মুতি অনিহু পূন্না লেপমিন্নহুনা লৈরি। স্কোয়ারগী অকোয়বদা লৈপাল পরেং—মচু মচুগী লৈরাংনা মেন নেম শাৎলি। পোৎ-চৈ লৈবগী চখোক চৎশিন্দা রারমাল্লে অহন ওইরপ তৌরবা খরা লৈপান পরেং মনাক্তা থারিবা ফ্রানশাংশিং অহুদা ফমহুনা পোত্থারি, হুংশা য়াইবমু ওইনা।

সহরগী ময়োলদগী হাইদোরক্লে। লম্বীদা কন্না কন্না থৌরিবা গাড়ীশিং অহু উবদা খাই খাই লাউই, থেঙ্গাই খোকাইনদ্রা মখোয়গীসিবু! ক্রোশিংদা ট্রাফিক সাইন নত্রগা পুলিশ অমত্তমু লৈতে, অহুবু থেংদি থেঙ্গাইনদে, ক্রোশিং হেক য়োরকপগা গাড়ীশিং অহু চপ চপ হেক্তা লেপ্লে। খংলেপ লেপ্লহুদা শুজিন্দনবা ওইরম্মাল্লে মাঙদা তোংলিবশিং অহু, ড্রাইভর য়াওনা, মথবাক্তা সিটকা পান্নবা বেল্ট অম-মম ফাজিল্লি। গাড়ী হেক লেপ্লগা য়েংঙি ওয়দা-য়েত্তা। করিগুম্বা গাড়ী লাকপা উদ্রগা মহাক্না চৎকদবা অদোমদা অহুম চৎখি, অহুগা গাড়ী লাকপা উরগনা মহু হান্না লাম্বোক্‌হনুথ্রগা মহাক্না কোন্না লাম্বোক্কনি।

"ক্রোশিংদা পুলিশ নত্রগা ট্রাফিক সাইন লৈত্রিবা করিগীনো?" মেদাম বার্গতা হংঙি।

"সহরগী মী অকুংবা মফমদদি লৈ, অসিন্নাইসি মী কুংদবহুনা লৈত্রিবনি," মেদাম বার্গনা খুম্লকই। "তৌবগীদি মী পূম্নমক মশা মশানা ট্রাফিক রুল খঙনা চৎলি। ট্রাফিক রুল থুগাইবক্নে ঐখোয়গী লৈবাক অসিদদি চৈরাক য়াম্না কল্লি। ট্রাফিক রুল থুগাইবগা খুদক্তা পুলিশনা ফায়, খুদক্তা ফাইনু তৌই, মহুগা লোয়নন্না ড্রাইভিং লাইসেন্সতা সীল অমা নমশিল্লকনি। সীল মরি ফংলবা মী অহুদি লোইরে, অমুক হন্না গাড়ী থৌবা য়াদ্রে।" অহুদগী নোকফেৎ তৌরগা মহাক্না বেগ মহুংদগী কার্ড অমা পুথোরকই, য়েংহল্লকই, "সে, অসিগুম্বা লাইসেন্স কার্ড, ঐগীদি ঙসি ফাওবদা সীল অমত্তা নমদ্রি।" অহুদগী রাশিয়াদা শাবা মখোয়গা কুইনা লৈমিন্নরক্লবা কার অহু থাগৎলকই, ঙসি ফাওবা করিগুম্বা খদোং থাবা নংদ্রি।

লৈফমদা য়োরক্লগা ময়াম ঙাইহক্কে পোথাবা ওইনা লাউঞ্জদা হৈ-মহী থক্তুনা ন্নারী শারিঙৈদা কাংশি য়ৈরক্লে, মহৈ মহৈ ঘড়ীদা য়েংনৈ, পুং অমা তারে—চাক্লেন মতম য়োরে, চাক্লেনগী কাংশিনি।

ইণ্ডিয়ান ডেলিগেসনগী লুচিংবা রামটেকেদি মশা মুংঙাইত্রে চাক চাররোই হায়রে। চহীনা থরা য়াম্বনে মশানা থরা শোঞ্জবনে লমশাং লাকপদা থরা ন্নাখিবনে চোকথরবা জাৎনি। মহাক্কী মতো অদুদা মেদাম বার্গ মথরায় মুংঙাইত্রমাল্লে মহাক্কী কাদা চঙলক্তুনা খুদাংগী মিহুন পায়দুনা য়েংলৈ, করি থোইদোকপা তৌগদবা মান্দমাল্লে, হায়রকই, "হোরেন মুমিদাং ডিনার চাত্রবম্মু লঞ্চ অসি য়ারবদি নাম্বোকহন্দবা কৈ। জর্মানদা হায়নৈ, নোংমগী লঞ্চ চাহৌদবা মী অদুদি মরাইবক থীরবনি।"

লঞ্চ টেবলদা ফম্লগা মথং মথং লাক্লিবা মথেল ময়ামদো উবদা মেদাম বার্গনা হায়বদো থজিক্তা ফাওবা হেজিন্দমাল্লে খল্লকই, মথং মথং পুশিল্লকই—মুপ, তল, আলু অফুৎপা, শা, ঙা, সালাদ, শাক, অথুম-অহাও, আইস-ক্রীম, হৈ-রা… ।

থরা চাবা হৌরগা ভারতমচা ঐখোয় মঙা ঐখোয়গী হৌনবীদো হৌগৎলে, মাঙ্দা প্লেট থন্না লৈরিন্না শা থোংবত্ত অমনা হায় চিকেন্নি, অমনা হায় বিফ্নি। করিম্মু লৈতবা ন্নাফম অদুদা অমম্মু অমম্মু ঙম্লনবা মরৈ য়েংনবদা টেবল অদো পুমনিল নিল্লক্লে। অতোপ্পা টেবলদা ফল্লিবী মেদাম বার্গ—মুংশা থীরদুনা চেনশিল্লকই, "কৈদোরে, কৈদোরে?"

লাউনবগী মরমদো খঙবদা নোকমি নোকমি মেদাম বার্গনা হায়রকই, "চিকেনম্মু নত্তে, বিফম্মু নত্তে—পোর্কনি।"

মুকখঙ হেক খঙদনা অখঙবা শাজ্রপা নোংপোক হারমগী মাইচো মঙা ন্না লাউনা নোকই।

মুংথিল লাউঞ্জদা ফমদুনা চা থকমিন্নবা মতমদা বেগ্তগী মচা-মশুশিংগী ফোটো পুপোক্তুনা উৎলকই, "সে, 'সিনিসে ঐগী ইচা মুপী, ইয়ান্নুপা অদুগা ইশু অমি

অমত্তা পোকপী থাজোইদো ইণ্ডিয়াদনি থাজরিবা, থাজে হায়বগী

মহুত্তা ময়ুম পাল্লি হায়বনা চুমগনি। শাড়ী শেৎপতা নত্তনা লাইবক্তা সিন্দুরসু নম্লে থাদোইদোঃ জর্মান নিংঙোল মানদ্রে।

"মখোয় হৌজিক বোম্বেদা লৈ। ইয়ান্নুপা অদো জর্নালিষ্টনি।" মতোমতা মখা তাগরকই।

"করিগী হু ঙহিতবা তৌগনি? মখোয় য়াম্না নুংঙাইনা লৈ. য়াম্না তোয়না চিঠি থারকই। রিটায়ার তৌরবা মতুংদা ঐস্নু ইণ্ডিয়া চংকনি, মখোয়গা লৈমিন্নরুনি: কুইনা লৈমিন্নরুদৌরিবা পোৎনি।" মহাক্কী মঙলান্দা শাগৎচরিবা ইণ্ডিয়াদা নচাগা ময়াগা মশূশিংগা নু ঙাইনা লৈরিবদো য়েনিংবগী ঐখৌরাংবা অমা মেদাম বার্গকী থম্মোয়দা কন্না ফাওরি। মমা ওইবীগী থম্মোয় হায়বসে মাচেম পূম্না মান্নবোই।

"রিটায়ার তৌগদবদি য়াম্না রাংলমখিনি অদুনদি ইণ্ডিয়া চৎপসে হৌজিক হোরেন্নগী রা নত্তে।"

"করিগী কুইদ্রে, চহী অহুমতা ঙায়রে।"

"চহী কয়া শুরহুনা?"

"নুপীদা চহী হংলিবা করিগানো?" মাখনলালনা হায়রকই।

"কৈদোগে, লৈশাবীনি হায়দুনা হুম পানগদবা লৈত্রবা ঐঙোন্দবু।" নোকফেৎ তৌরকই মেদাম বার্গ। অদুদগী মখা অমুক তাথরকই, "যাংখৈতনেৎ শুরে। চহী অহুমতা ঙায়রে থবক্তগী পোত্থাগদবা।"

"ইহে, ঐদি চহী নিফুমঙাত-কা ঙায়রিবোই থল্লুরে।" নহা ওইরি হায়বিরবদি মাঁ পুন্নমক হরাওজে, থোইদোক্লা নুপীশিংনা; অদুবু মেদাম বার্গতা মহুনা পোইনা হরাওহনবদি উদে।

"অদু ওইরবদি—মিষ্টার বার্গতি নহানা থবক্তগী পোত্থারবনি!"

"মহাক্কীদি য়াম্না রাংলি।" থুম্নকই, অদুদগী নুপীশিংনা হায়বদা নুংঙাইজদবা লোন্না থম্লিংবা রাকম অদো হায়রকই, "মঙোন্দগী ঐনা চহী অহুম হল্লি। অদুগী মথক্তা নুপাগীদি থবক্তগী পোত্থাবগী চহী অসি ঐখোয়গী লৈবাক্তদি হুমফু-মঙানি, নুপীগীনা হুমফু।"

"ঐখোয়গী লমদম অহুদদি মুপীনা হল্লবদি মুংঙাই হায়নৈ। বার্গ ইমুংমু শোয়দনা মুংঙাইবা ইমুং অমা ওইরমগনি—থিওরি অসিগী মতুং ইন্নদি।"

ঐগী রা অহুদ মেদাম বার্গ নোকফেৎ তৌরকই।

ইন্‌ষ্টিট্যুৎকী ড্রাইভর লেপশাংবদো তহা তহা চঙলকই, "পুং মরি-মখায়দা ট্রেনগী মতমনি।"

মেদাম বার্গ ঙসিমক বার্লিনদা হনখিবগী রানি ট্রেনদা।

থবক লৈতবনিনা ঐখোয় খরমু কারদা তোংথৎতুনা স্টেসন তান্না মহাকপু থিজ্জোকপা চৎলে।

: ৪ :

ঙসিমু থবক লৈতবনিনা ব্রেকফাষ্ট লোইবগা কৈথেল-রোমদা চৎলে। মেদাম বার্গ চৎখ্রবনিনা ইণ্টরপ্রিটর অনৌবী অমা শিল্লে—মৌনহানি তনৌ তনৌরি, শাওং-শাদা তোঙ্গানৈ, মায়থোং রাশি য়াম্না লৈ, য়াম্না চম্না কেজ্জে—মমিং তামারা কৌই।

"তামারা!" ঙকচানহুনা ঐনা হংঙি, "তামারা হায়বসিদি জর্মান মিং নত্তেনা?"

"ইয়েস, জর্মান মিং নত্তে।" মহাক্কী ইংলিশ অদো রাহৈ অম-মমতা য়াম্না তপ্না ময়েক শেংনা থোক্লকই; "অদুগা ঐমু জর্মান নত্তে, রাশিয়াননি—ইয়েস, খাস মোস্কোদগীনি।"

"রুশ.কী, মোস্কোস্কী—দা?" ঐগী রুশ লোনগী লৈজবা বিদ্যা অদো ফুদোরকই।

"দা।" মহাকম্নু নোকমি নোকমি খুম্নকই রাশিয়ানদা, হোয়।

"অহবু তামারা হায়বসিদি রাশিয়ান মিংমু নত্তেনা।" ঐগী বিদ্যা থমত্রি।

"হোয়, চুমই। সেণ্ট্রল এশিয়াগী মিংনি, ইয়েস," তামারানা শেংদোরকই। ইমা-ইপা অনিমক তাসকেন্তক্তা থবক তৌরম্মী, তাসকেন্ততা পোকপনি, ইয়েস—মফম অহুবু নীংশিংনবা মিং অসি থোনখিবা জাৎনি।"

সেণ্টেল এশিয়াগী তাসকেন্ততা পোকপী তামারা—মোস্কোদা চাউবী, মম.-মপানা রাশিয়ান, ময়ুন পাল্লকপনা জর্মানদা! ফাগি ওইনা হায়, "পূরা ইণ্টরনেশনেলিষ্টনিনা নঙদি।"

"হোয় মহ্ হায়বিবগীদমক থাগৎচরি। অমগম্মু লৈরি, ইয়েস—ইপা পোকপা অবোক অদো, মহাক্না পোলিসনি।" হরাওজবা অমগা লোয়ননা তামারানা হায়রকই, পৃথিবীগী লৈবাক কয়াগী ঈশিং-মুংশিং কয়া মহাক্কী লম্-তোংদা অমত্তা ওইনা ফিংজবদা তশেংনা হরাওজে।

তামারা লোনম্মু ফনা য়াম্না খঙই, মমারোল অমদি ইংলিসকী মথক্তা উজবেক, জর্মান অমস্মুং স্পেনিস। ইংলিস কুইনা ঙাঙ্দবদগী খরা খরা লৎলে, অহুবু লৈতোনদি য়াম্না শেংলি, মরক মরক্তা মহাক্কী হৈনবী ওইনা 'ইয়েস' হায়বা রাহে য়াওরকপদো য়াম্না পকচে। রারী শাবম্মু য়াম্না মুংঙাই, ঐনা মরক মরক্তা রাশিয়ান রাহে অম-নি থেৎচিনবদো মঙোন্দা যাহু-মন্ত্রদোনা থবক তৌরুই।

"ইবেমা তামারা," ঐনা মতৌ য়েংগে হায়হুনা হংঙি, "অসিদনা মুংঙাইবরা রাশিয়াদনা মুংঙাইবরা?"

"য়াম্না লুবা রাহংনি," নোকমি নোকমি তৌরকই তামারা, অহুদগী অঙাংদা, নমানা হেন্না মুংশিবরা নপানা হেন্না মুংশিবরা হংলগা খুন্নকপদোনা খুন্নকই, "অসিদম্মু মুংঙাই, আদম্মু মুংঙাই। ইয়েস, অহানবা লাকপগী অহুরাইদদি মফম অসি মুংঙাইরমদে, হোজিক্তি মুংঙাইরে।"

মফম অসিদা লাকপা কুইদ্রি তামারা, চহী অহুমতা ঙায়রি। অসিদা লাক্ত্রিঙৈ মমাংদা মোস্কোদা ইণ্টরপ্রিটর ওইনা থবক তৌরম্মী। হৌজিক্তা ইন্ষ্টিট্যুৎ অসিদা রাশিয়ান ট্রানস্লেটর ওইরি। মপুরোইবনা আর্কিটেক্টনি। মচা অনি শুরে।

"নচা অনি শুরবা ?" ঐখোয়না থাজদতুনা হংডি ।

"শুরে, হুপা অমগা হুপী অমগা । ইয়েস, অমনা চহী নিপাল অমনা চহী অমত্তা ভায়রি ।"

"ঐখোয়দি লৈশাবা ওইনা খল্লুরে ।"

নোকফেৎ তৌরকই তামারা ।

করিগীবুদি লৈশাঙ্খীদোনা তনৌ-তনৌনা লৈরোইদগে ! থবক হায়রে অরাবা অমত্তা শূদ্রে ; করি চাগনি, করি শেৎকনি, কদায়দা লৈগনি হায়বগী চিন্তাস্থু লৈত্রে । কদায়দনো বাখল-হকচাংনা মন্থরক্কদৌরিবসে ? নপুরোইবনা থাদা লিশিং অমা ফংঙি, নহাক্না চা-তরেং । কা অচৌবা মরিনি নখোয়না লৈননবা ফংলিবা । য়ুমগী ভাড়া, মৈ, গ্যাস অমদি অতৈ-অতৈদা থাগী মার্ক চাম-য়াংখৈমুক্তনি চৎখিব্রা । অতৈদি চানবগা, শেৎনবগা, হুংঙাইথোক্লবগা অসিনি । অঙাংগী লাইরিক-লাইশু তম্বগী খরচ ? সরকারগীনি । নাকক-য়েক্লক্লগা ডাক্তর অমদি হীদাক-লাংথক্কী খরচ ? মতুস্থু সরকার-গীনি । লৈফমগী রানীংঙাই লৈত্রে, শূফমগী রানীংঙাই লৈত্রে, শেম্মোক মরাং কায়না লৈরে, অঙাং লৈরে, অতুগা লোয়ননা কারস্থু লৈরে—করিগীনো হুংঙাইরোইদৌরিবা ? কদায়দনো রাখল হকচাং মন্থগদৌরিবা !

তামারা-খোয়তগী রা নত্তে, লৈবাক অসিগী মীয়াম পূন্নমক্কী রানি । মসিনি সোসিয়েলিজমগী হুংঙাইবা, সোসিয়েলিজমদা মীপুম খুদিং-মক্কা ফংলিবা হুংঙাইবা !

মার্কেট স্কোয়ারগী তুকানশিংদো ঙরাংগীদোনা মী অতুম চিল্লম্মী । নাকন অমদা 'ইন্টরশোপ' হায়না খঙনবা তুকান অমা লৈরি । তুকান অসিদগী হার্ড করেন্সিনা, হায়বদি পাউণ্ড, ডোলার অমদি রেষ্ট-মার্কনা পোৎ-চৈ লৈবা য়াই—শেল অতৈদি চত্তে । পোৎ-চৈগী মমলদি মৈনি, ময়ায় ওইরপ ফবা চুরুপ উপু অমদা মার্ক অনি, ইলেকট্রিক্কী সেভিং মেশিন মার্ক ১২৫ দগী ১৫০ । অতুবু পংলৈতা লৈনৈ । অতোপ্পা তুকান অমদগী তামারানা স্লাইদ-প্রোজেক্টর

মচা অমা লৈ, মমল মা র্ক য়াংখৈ-মঙা। "হোঙ্‌দ্রদো—ইয়েস, ভেরী চিপ···হোঙ্‌ঙিনা।" মতোমতা ইংলগা মতোমতা খুমজে তামারা।

কৈথেলদগী হল্লকপদা লম্বা মপান্দা খুরক হাঙ্‌দনা কার ময়ান পরেং শানা থাত্তুনা লৈরিবদো উবদা কনানো অমনা হায়রকই, "নখোয়গী কার অসি লৈনগ্রমাল্লেদা!"

"লৈনৈ, অয়াম্বনা লৈনৈ, "তামারানা খুল্লকই। "ইয়েস, কার লৈবগা রাসিদি কৈস্মু লৈতে।"

মানি করিস্মু লৈভবা ফাংনি। থবক তৌবগা অত্তুন লৈগে য়ারে। বেঙ্কতগী শেন্থং ওক্লবা লৌবা য়াগনি। শিংবগী য়ারা? তোলোব-তগী থা থা খুদিংগী খরা খরা তৌত্তুনা কক্চহৌগনি। শেন্দোই? চাদা মথায়, হায়বদি কনাগুম্বনা মার্ক লিশিং তরা শেন্থং লৌরবদি চহীদা শেন্দোই মার্ক য়াংখৈ, শন্না হায়রবদা শেন্দোই পাঁদলগা অঙ্খানি!

"অত্তুবু ঐখোয়গীদি কার লৈবা মতমদা বেঙ্কতগী শেন্থং লৌবগী দরকার লৈখিদে। ইকু-ইনেম্না পাংবিরকখি।" তামারানা কার লৈবগী য়ারী তৌরকই, "ইয়েস, মমলবুদি য়াম্বা পোৎ নত্তে, লিশিং নিপানতনি। সে সে অসিদা লৈরিবা অসিগুম্বা 'ট্রাবেন্ট' কার।"

য়েংবদা 'ফিয়াত' মাল্লি,নোংপোক জর্মানীদা শাবনি। লৈবা কসিদ্বা কার অমগস্মু শাই, মমিং 'ভার্তবুর্গ'। 'ভার্তবুর্গ' হায়বদি 'ঙাইরমগী চাংঙাউ' হায়বনি। মসিগী মুংঙাইরবা য়ারী অমা লৈ।

"থাইনা মমাংগৈদা নাইট অমা লৈরমই···।" তামারানা য়ারী অদো লৌথরকই। তানা তানা লাকপদা ইনষ্টিট্যুৎকী কোম্বোং য়েংখিবা খঙ্‌হৌদে।

ঃ ৫ ঃ

ঙসিদি সেমিনার হৌবা হুমিংনি। ঙরাং হুমিদাং ডেলিগেৎ অরাংপশিং ভত্তুস্মু থুংলরে। লোইনমক্না ডেলিগেৎ কুন শুরে—

ভারত্তগী ঐখোয় তরুক, শ্রীলংকাদগী অনি, লেতিন অমেরিকাগী মেক্সিকো, ভেনিজুয়েলা, পেরু, কোলোম্বিয়া অমদি ইকুয়েদোরদগী তরানিথোই। মসির্গী মথক্তা মতম খরা ওবজার্ভর ওইনা য়াওগদবা ইথিওপিয়াদগী অহুম—মখোয় মরু ওইনা তৌবগীদি লৌউ-শিংউগী ট্রেনিংগীদমক্তা লাকপনি। ব্রেকফাষ্টকী মতমদা অনৌবা লাকপ-শিংগা শকখঙ-মায়খঙনরবা মতুংদা ইন্‌ষ্টিট্যুৎকী ডাইরেক্টরনা ঙসিগী প্রোগ্রাম লাউথোরকই—ব্রেকফাষ্ট লোইরগা মেডিকেল চেক-আপ, মথংদা ষ্টেট বেঙ্কতা শেল কায়থোকপা চৎপা, পুং তরা-মাথোইদা সোমনার হৌবা, কুমিৎ য়ুংবদা ফেষ্টিভ লঞ্চ, পুং অহুম-মথায়দা সেমিনার অমুক শমথবা, কুমিদাং-রাইনম পুং তরেৎ-মথায় তাবদা ফিল্ম-শো।

মেডিকেল চেক-আপ তৌফম হোসপিতাল অদো থোইনা লাপ্তে, খোঙনা চৎপা য়াবা জাৎনি। অহুবু মপান্দা নোং লেপ্তনা হৈখরি, নোংঙাল্লকপদা লৈরম্বা ফিভম অদো করিমতা হোংদ্রি, কুংশিৎনা অমুক নোংশিল্লকপদগীদি ঈংবম্মু হেঞ্জিল্লক্রে। অহুনা ইন্‌ষ্টিট্যুৎকী কারদা ময়াম অদো অনিরক অহুম্লক থোক্লা লোল্লে।

হৌসপিতালগী ৱেইটিং রুম অদো থোইনা চাউদে, অনাবা মী থোইনা লাক্তবা জাৎনি—নাকল অমদা ক্লোক রুম—ওভারকোট, টুপীনচিংবা য়ানফম, কাচিন-কাচিন্দা গামলাদা লৈপাল, অকোয়বদা চৌকি খরা, মাঙদা থারিবা টেবলদা খবর অমদি মেগাজিন খরা! পংকুই কুইনা চঙদে, মরু ওইনা এক্স-রেতং লৌবগী রানি।

ষ্টেট বেঙ্কতমুক চৎলে। থবক তৌরিবা ময়াম অদো মুপী ঙাক্তনি। দুকানদতরা হায়ববু অসিদম্মু মুপী ঙাক্তা, মুপা অমত্তা য়ানদে, থেংশু অহুম্মু য়েংবদা চান্নবা মুংঙাইবা অমা পোকই—মথোঙ মখুৎ থাংলিবদো অমত্তা শিরুম নারুন থাংদে, রারেম ঙাঙহনা লৈতে, কিউদা কনামতা কুইনা লেপ্তে, কিউম্মু কনামতনা থুগাইদে, অহুনা থবক অমত্তা কুইনা চঙদে। ঐখোয়গীম্মু কুইনা চঙলকত্রে।

খুৎতা মতম খরা লৈরবম্মু নোং চুরিবনিনা চুমত্রিং ঐখোয়গী লৈফমদা হল্লক্রে।

পুং তরা-মাথোই তারমদাইদা ঐখোয় পুন্নমক মিটিং হোলদা চঙনরে। সেমিনার হৌগদৌরে! থোইনা চাউবা হোল নত্তে, অদুবু হোল অমগী হৌনবী থৌরাংদি শুনা লৈ। অরাংলোমগী পরেংদা লেতিন আমেরিকাগী স্পেনিস লোনবা কাঙবু, খা-রোমগী পরেংদা ইংলিশ লোনবা ঐখোযগী কাঙবু, নোংচুপ লোমগী পরেংদা সেমিনার শীল্লি-লাঙলিবশিং অমদি রা ডাঙগদবা মরু ওইবা মীওইশিং, নোংপোকলোমগী পরেংদদি ইংলিশ অমদি স্পেনিস অমুক পূল্লরে, মখোয়গী মনাংদা মিংশেন্না থাজিনবা কেবিন অনিদা ইংলিশ অমদি স্পেনিস-ইন্টরপ্রিটরশিং। সীট খুদিংমকী ইয়ারফোন পাল্লি, ইংলিস তাগেরা স্পেনিস তাগেরা, হৌনা তাগেরা তপ্না তাগেরা ননীংনি—মরৈ অদো খজিক্তঃ লৈথোক লৈশিন তৌরগা লোইরে।

মিউজিকেল কন্সার্ট অমগা লোয়ননা সেমিনার হৌরে। সেমিনারগী ডাইরেক্টরনা হান্স রোমাইকেনি—বার্লিনদগীনি, ইন্টরনেশনেল ফ্রেণ্ডশিপ লিগকী আফ্রিকান সেক্সনগী সেক্রেটারীনি। সেক্রেটারী-জেনারেল গুয়েন্থরপু ঙরাং থুংলরে, সেমিনার হৌদোকপা ওইনা মহাক্কি অহানবা বক্তা। সাম্রাজ্যবাদীগী মায়োক্তা লৈবা জাতি পূন্নমক অমগা অমগা ফজনা শকথঙনবা, নকশিন্নবা অমদি তেংবাংনবা দরকাররনি। জাতি ময়াম্না নীংথিনা শকথঙ—মায়থঙনরবদতা পৃথিবীদা শান্তি থম্বা ঙমগনি, অদুগা শান্তি লৈরবতদা জাতি পূন্নমক্না চাওখৎপা ঙমগনি। মসিনি গুয়েন্থরগী ভাষনগী মরু ওইবা রাফম। জর্মান ডেমোক্রেটিক রিপাব্লিক হায়বদি নোংপোক জর্মানীগী মরমদা নোংচুপ লৈবাকশিংনা নত্ত-নত্তবা প্রচার তৌরিবশিংদো পল্লদুনা মহাক্না তারোইবদা হায়রকই, লৈবাক অসিদা মতম খরা লৈবিদুদা ডেলিগেৎশিংনা লৈবাক অসিগী অশেংবা শক্তম অদো য়েংবিখো অমসুং হনবিগ্রগা অচুম্বা পাউদম অদু মীয়ামদা তম্বিরুচো।

গুয়েরন্থনা ঙাঙবা লোইরগা ভারতকী ডেলিগেৎশিংগী লুচিংবা রামটেকেগী শম্লপ্পা ভাষণ, মরু ওইনা ভারত অমদি জি-ডি-আর লৈবাক অনিগী নোংম-নোংমগী কনখৎলক্লিবা মরূপ-মপাং ওইমিন্নবগী শক্তম। মহাক্না ঙাঙবা লোইরগা লেতিন আমেরিকাগী মীহুৎ ওইনা

পেরুগী ডেলিগেসন লিদরগী ভাষণ।

ভাষণ লোইবগা লঞ্চকী মতমস্থু ওইরক্লে। থীনবা তৌদনা ময়াম ডাইনিং হোলরোমনা হোৎচিন্নরে। সেমিনার হৌবা হুম্মিৎনিনা ঙসিদি ফেষ্টিভ-লঞ্চ—হরাও-মখে লাংবা চাক্লেন। নহানমখৈগী মান্নদে—টেবল চৌকি থারিবা খুৎথা-লাকপা টেবল মথক্তা পৈরিবা অচাথক, মখল মখাগী…। রারী শাবদা হুংঙাইহনবা ইংলিশ লোনবা কাঙবুনা নাকন অমদা, স্পেনিস লোনবা কাঙবুনা অমদা।

টৌষ্ট হৌবগা রারীমস্থু জাৎ জাৎ চথনরকই। নৌনা উনবা ঙাক্তনি ঈ-শাউ জাৎ-জাৎনি হনবিবা। খঙনীং-হংনীংবা হায়বসে মীওইবগী মহৌশানি, অতুনা ইমুং-মনুংগী ইচম-চমবা রারীদগী হৌরতুনা লৈবাক্কা লুপ্তবা রাফম ফাওবা কোইথুং থুংই ঙাইহাক অতুদা।

ভারতকা ঐখোয় তরুক্কী মনুংদা ঐনা শক-চুদা খরা তোপ্পনিনা ময়ামগী নিংয়েং অদো খরা হেন্না চিংশিন্নাংঙাই ওইরুরে। অতুনা মণিপুরগী রারী লাকপা মশানা তারকই। মখোয়গা খঙনাংবা মতুং ইন্না ঐনা ভারতকী নোংপোক চিদাইদা লৈবা চাংনা কোয়না পনশাবা ঈশৈ-জগোই অনদি হরাও-কুম্মৈদা চহী চুপ্পা হরাও-মখোই কাতুনা লৈবা পিক্লবা লমায়ম অতুগী মরমদা শক্লপ্পা রারী তৌই।

রারী লোইফাত্রিঙৈদা দিল্লীগী মরুপ মাখনলালনা মরক থৎলকই, "মরূ ওইবা রাফম অমা চিথরে।"

ময়াম অদো ঙকচানতুনা য়েংই মঙোন্দা, মহাক্না মখা তাথরকই, "প্রোফেসরখোয়গী লমদম অতুগী থোইদোক হেন্দোকপা সমগস্থু লৈবি—হুপী লোনবা। হুপা অমনা হুপী অনি, অহুম, মরি ফাওবা লোনবা য়াই।"

ময়াম অদো অঙকপা রাফম অতু তাবদা ঐঙোন্দা চাখোক্কদগুম য়েংখৎলকই নোকমি নোকমি মমিৎ কুপ্তুনথৈ, "অওইবরা?"

"ওইদবা নত্তে। অতুদা খজিক্তং চুমথোকচবা অমা—মরি ফাওবতং নত্তে, মঙা তরুক তরা তরামাথোই…নঙনা ঙমজবমখৈ।" করিনত্তা থৌরা শাদনা ঐনা থুনই।

"সুপী লোনবা অসি সেণ্টেল এশিয়াদসু থাইনা চৎনরম্মী।" তাসৃকেন্তত্তা পোকপী তামারানা হায়রকই, ঐগী ইকাইবদো থরা ফননবা তৌবরা খঙদে।

অছুবু ময়াম্না থরায় য়াওরিবদি থাইনগী হৌথ্রবা রারী অত্থুদা নত্তে, হৌজিক হৌজিকী ফোঙ ফোঙ শান্না থোক্লিব্রা অত্থুদনি।

"সুপী ময়াম্ন অছুদি কৈদৌনৈ ?" অমনা হংলকই।

"সুপী ময়াম অছুনা শূরগা সুপা অত্থুনা নিংথৌদৌনা ফমত্থুনা চাব-নিদন্না।" মণিপুরদা অমুক্তা কাওবা চৎলুদ্রিবা মাখনলালনা অখঙবা শাত্থুনা ঐগী ওইনা থুম্নকই।

"অছু অদা খঙদে, ঐ অমা হন্দক প্রোফেসরনা হনবদা তুংইনবা শোয়দে।" ঙসাইনখৈ রাদি ঙাঙদনা তুমিন্না মমিৎ-মনা থাঙ্গত্থুনা লৈরম্বা ইনষ্টিট্যুৎকী ডেপুটি ডাইরেক্টর ডাক্তর ব্রাউন্না গায়রকই।

"সুপী লোনবগীদমক্তা ওইরবদি ঐনা নঙবু পুবা ঙম্লোই, মাই ডিয়ার ফ্রেণ্ড! নঙগী সুপীনা কায়না মৈশা লাংথুনা কপ্থুনা লৈগদবদো, মত্থুগী পাপ ঐ পুজবা ঙম্লোই।"

থুবাক প্রোক প্রোক থুরকই সুপীশিংদো, মখোয়গী মীচং চঙবিবত্থুদা সুংঙাইরুরমাল্লে। অছু ওইরবসু ডাক্তর ব্রাউন হনথ লৈতে, হায়রকই, "সুপী লোনবগীদমক্তা নত্রবসু ঐ ইণ্ডিয়া চত্তবা য়াদে, ইণ্ডিয়াগী মশক মতৌ ফজবী সুপীশিংদো য়েবা।···ফজৈকো ইণ্ডিয়াগা সুপী ?

"ফজৈ, জর্মান সুপীশিংদোনা"

হন্দক্তি মাঙদা ফম্লিবা পিক্রক-চেংতক তৌবী মেনহা অদো ফম্বা য়ারক্তুমাল্লে, ফুক হোগৎলাগা মখুৎ তিংথোরকই ঐগী খুৎ শোক্কদগা। ওম্লোকপনি ময়ায়দা লৈরিবা টেবল অছুনা কৈদৌনবসু অত্থক য়াম্না মরাক পাক্রম্লিবা! তিংথোরক্লিবা খুৎ অনিদো লাম্ব ফংনদ্রে। মহাক্কী ওইনা ঐগা থংননা ফম্লিবী তামারানা মখুৎ তিংথোক্তুনা শোক্লকই। থংনী নীংশিংসকই, রুশ-চম্নু অমসু য়াওদি, চৌন্দগী থংথোক থোকখি, "রাশিয়ান সুপীশিংসু।"

অমুক্কা তামারাগী খুং ঐগী খুত্তা।

"মখে লাংমল্লেকো।" অওইবদা ফাগি ওইনা হায়রকই হরিয়ানাগী হরভজন সিং খরা অহনগী ভাবতা।

"সো ইট ইজ এ ফেষ্টিভ লঞ্চ—চারিবসে মখে লাংবা চাক্লেননি।" ঐখোয়না খুমই। সর্দারজী মখা অমুক তারকখিল্রে।

মাঙদা ফল্লিবী মোনিকানা লংলা অদো অমুক শমজিল্লকই, "জর্মান মুপাশিংসে মুংশিখিল্রে। খরা তৌবগা জর্মান মুপী ফজদে, ফ্রেঞ্চ মুপীনা হেল্লি। পৃথিবীনা য়াররোইদবা! ও চুমই, মুংশি-মুংওনগী মতাংদদি মখোয়গী মপা লৈতে। মতুম্মু মখোয়গী থোং নৌরা লোন অতুগী মপান্ননি। মখোয়গী লোন অসিমুক থোং নৌবা লৈতে হায়বসিদি ঐম্মু য়ানীংই।"

"ও ইয়েস করেক্ট। ফ্রেঞ্চ মুপী ফজবরা ফজদবরা হায়বতুদি উত্রিবনিনা হায়বা ঙমদে। অতুবু ফ্রেঞ্চ লোনগী মতাংদদি হায়নৈ, ফ্রেঞ্চ ইজ এ লভর্স লেংগুয়েজ—শাবী শানৌগী লোন্নি ফ্রেঞ্চ হায়বসি।" ঐনা পাংশিল্লি।

ঙাইহাক তুমিন লৈরুরবা ডাক্তর ব্রাউন মথি অমুক ফোংলকই, করিগানো হংলকই, "প্রোফেসর অঙাং কয়া শুরে?"

"ঐগী হায়দ্রিঙৈদা মরূপকী হান্না অমুক্তা হায়খো।"

"অমা।" মখুদোম্বী অদো উত্তুনা হায়রকই।

"মরূপ মোনিকাগাদি?"

"অমা।"

"অম-মমতা! "ঐগীদি," খুংশা মঙা শন্দোক্তুনা উৎলি, "মঙা।"

ময়াম অদো মমিং মনা লাওথোরকই। ডাক্তর-ব্রাউন মহাক্না মরূ ওইনা হংনাংলিবা অতুদা তাথরকই, "তালোই কয়ানা পোক্লিবনো?"

ঐনা খুমগে তৌরিঙৈদা সর্দারজী ফুক হোগৎলকই, "লোইশিল্লসি, টেবল অতৈ থাল্লি ওইনখ্রে।"

ময়াম অদুম্মু ফুক ফুক হৌগৎনরকই। মাখন লালনা ঐখোয় মশেনতগী ওইনা হিন্দীদা হায়রকই, "প্রোফেসরনে আজ তো কমাল কিয়া।"

"তুমহারা মেহরবানিসে, ইয়ার—।" ঐনা খুমই। নোকফেৎ তৌজে মহাকম্মু।

# ঃ ৬ ঃ

থোইনা চাউবা সহর নত্তে ভাইমার। মীশীংলোমদগী য়েংলুরবদি অমুক্কা হেন্না পিকখ্রবা জাৎনি, লিশিং হুমফু-মঙারোমতনি। অদুবু সহর অসিদা কোয়বা লাক্লিবদি নোংমদা লিশিং-লিশিংনি—সহর অসিগী মশাগী মীশীংদগী লমকোয়বা লাকপা মীগী মশীংনা হেল্লি: লৈবাক অসিগী তোঙান তোঙানবা লমদম কয়াদগী লাকপা মুর্পা-মুপা, অহন-নহাতা নত্তে, পৃথিবীগী লৈবাক কয়াদগীনি পাইশিন্ন-রক্লিবা মফম অসিদা।

মহৌশাগী থুৎশেন্না চাংদম্লিঙাই লৈতনা ফজরিবী উমং থুরিঞ্জিয়াগী কেনা-মৌনা য়োকচবী মমোম ভাইমারগী ইনৌতা নৌতুনা লৈবী পুক্লিং হুরবী মায়থোংনা লমকোয়বশিংবু ঈখৌলাংবা পোকহল্লি। তৌবগীদি ভাইমারগী পুক্লিং হুরবী ঈংলবী মায়থোং অদুগী মথক্তা মরম অমগম্মু লৈরি টৌরিষ্টশিংনা মফম অসিদা পাইশিন্নরকপগী। জর্মান সভ্যতা অমদি সংস্কৃতিগী ইতিহাসতা থোইদোকপা আসন অমা ভাইমারগী লৈজে। অদুনা লৈবাক অসিদা লাক্লবদি মফম অসি য়ৌরম্বা হায়বসে তঙাইফদবনি. করিগুম্বা য়ৌরমদ্রবদি জর্মান জাতিবু মশক খঙবা মপুং ফাদনা হনখ্রবনি হায়বা য়াই। অদুগা জর্মানশিংগীদমক্তদি মফম অসি তীর্থভূমিনি—লৈবাক অসিদা পোক্লবদি পুন্সিদা অমুক্তা ওইরবম্মু ভাইমার য়ৌরক্তবা য়াদে।

ঐতিহাসিক সহর অসিগী ভাইমার মিংথোল থোনবগী চহী লিশিংশুবা কুমওন ইং ১৯৭৫ দা পালন তৌখ্রে। চহী য়াম্বগী

খুদম সহর অসিগী মফম কয়াদা উরি—অরিবা য়ুম কয়ানা অনৌবা য়ুম কয়াগা থংননা লৈমিন্নরি, পাক্লবা লম্বীদগী শৎ হাইদোকখিবদা খুরবা লম্বী কয়ানা হৌগ্রবা মতমবু নীংশিংহ্নুনা লৈরি।

মতম অদো অয়ুক্কি। টোরিষ্ট ময়াম লৈফম লৈফমদগী থোক্লরক্কুনা লম্বী-লমথাংদা পাইথোক্লরক্লে। ঐখোয়স্থু থোরক্কুনা নেশনেল থিয়েটরগী মমাঙদা লেপ্লি, মফম অসিদা/খুৎশন্নহ্নুনা লেপমিন্নরিব কবি গোয়েটে অমদি সিলারগী মূর্তি অহ্নুনা পুখি ঐখোয়বু হৌগ্রবা অহ্নুঙৈগী ভাইমারদা। পাথং ওইরিঙৈগী শক্তম্নি, ছাত্র মাল্লি অনিমক। সিলারনা গোয়েটেদগী রাংবা খরা হেল্লি, অহ্নুবু হৈ-শিংলবা মূর্তি শাবনা মরেপ থেন্নবদো। উহন্দে—ফিরেপতা খরা শেমজিন্দুনা। গোয়েটে য়াম্না চেকশিনবা মীনি—ইমুং মন্নুংদা পোৎচৈ থম্বা. মফি মরোল শেৎপা হীরম পুন্নমক্কা চেকশিল্লি; অহ্নুনা মূর্তিদা মহাক্লা লিংলি-শেংলিবা মফি-মরোলগী কুদাম ফজনা পানশিল্লি। অহ্নুগা সিলারদি পোৎ মচা মশুদা থৌ-রা শাদে, মূর্তিদা মহাক্কী কুদাম থাদোক্লিবা মফি-মরোল অসিনা মহ্নুগী খুদমনি।

কবি অনিগী ভুংলোমদা লৈরিবা জর্মান নেশনেল থিয়েটর অসিদা মখোয় অনিগী ড্রামা মতম অহ্নুদা ভত্তনা উৎলম্মী, হৌজিকস্থু মরক মরক্কা উৎলি। গোয়েটেদি ড্রামা ইবতা নত্তনা মতম খরা ডাইরেক্টরস্থু ওইরম্মী।

থিয়েটরগী হৌজিক লৈরিবা শঙ অসি চহী মর্ফুরোমতা ভায়ারি। মহ্নুগী মমাঙদা হায়রবদি গোয়েটে সিলারগী মতমদা শঙ মচা অনি থাব্রা না মফম অসিদা লৈরম্মী। অহানবা লাঞ্জাওগী হেক মতুংদা ইং ১৯১৯ দা জর্মান নেশনেল এসেমব্লিগী মীফম শঙ অসিদানি হমখিবা, মরমদি মতম অহ্নুদা বার্লিনদা ঈরাং য়াম্না কনলম্মী। জর্মানগা রাজনৈতিক ইতিহাসতা মমিং পন্নরিবা 'ভাইমার কনষ্টিট্যুসন' পাশ তৌখিবা অমদি ইং ১৯৩৩ ফাওবা, হায়রবদি হিটলারনা শক্তি পায়খ্রিঙৈ ফাওবা খঙনরম্বা 'ভাইমার রিপাব্লিক' লাউথোকখিবস্থু মফম অসিদগীনি। অনিশুবা লাঞ্জাওগী মতমদা আমেরিকা অমদি বৃটিশ লান্মীনা নোংথক্লগী বোম নিপাল্লক

থাদখি পিকপ্রবা সহর অসিগী মথক্তা—মতুদা সংস্কৃতিগী মন্ন ওইবা শঙ কয়া মাঙ-তাকখি, অতুবু থিয়েটর অসিদি শোকহৌদে।

ভাইমারগী সংস্কৃতি পুন্সি অসি তরাতরুকশুবা শতাব্দীদগী শীংথাবা য়ানা ফুগৎলক্লবনু য়ক লাউনা মপুং ফাখিবদি তরানিপালশুবা শতাব্দীদনি। সেক্সেনী শাগৈগী ডাচেস অন্না অমালিয়ানা মহাক্কী মচানুপা কার্ল ওগাষ্টপু লাইরিক তম্বিনবা ওক্‌টতগী পুরকখি মার্টিন ভিলাণ্ডবু। মতাং অসিদগী হৌখি সহর অসিগী পুন্সিদা সংস্কৃতিগী অনৌবা য়াওল অমা লাকপা। লাইরিক লাইশু হৈরক-পগা লোয়ননা নহা ওইরিবা ডিউক কার্ল ওগাষ্টকী রাখল নোংম-নোংমগী সাহিত্য অমদি সংস্কৃতিদা লূপ্পা হৌরকখি। চহী তরামরিদা নৌনা ময়ুম পাল্লকপী অমদি চহী কুন্থ্রামরিদা নৌনা লুথ্রা ওইহৌবী অন্না অমালিয়ান্মু মচানা পামজরিবতুদা থরায় তাবা হৌরকখি। অতুনা চহী তরানিপাল শুরকপগী অতুরাইদা কার্ল ওগাষ্টনা নহা ওইনা মমিং ফাওগৎলক্লিবা গোয়েটেবু ভাইমারদা পুরকখি অমসুং সহরগী ফজরবা য়ুম অমা মঙোন্দা পীতুনা লৈহনখি। মতম অতুদা কবিগী চহী ২৬ তা ওায়রি, অতুগা ডিউক্কা চহী তরানিপাল। চহী খেন্নরবসু অঙকপা ফংনা চান্নখি অনি অদো, ডিউক্কা অরাৎপা লৈতনা শেল পুথোকপা অতুগা গোয়েটেনা অথম্বা লৈতনা শৈরেং অমদি অরাংবা রাখল পুথোকপা। ভাইমারগী পূক্লিং হুরবা মহৌশাগী দৃশ্য অমদি পূক্লিং-হকচাংদা অনৌবা য়েন্নিং হুল্‌হনবা ঈশিং নুংশিৎনা কবিবু শুক্কৎখি। চহী অনি মতুংদা সিলারবুসু কৌতুনা পুরকখি, মহাকপুসু তোঙানবা য়ুম অমা পীতুনা লৈহনখি।

থিয়েটর স্কোয়ারদগী শংং থাইদোক্লগা লৈরি উরুমদা ঈনা পোথা-তুনা সিলার হাউস। য়ুম অসিদনি শিলনা লৈনল্লিবা। কবিগী অয়াম্বা কাবা য়ুম অসিগী থাইগী মগক্কী মথোলদা লৈতুনা ইখিবনি নশা ফতুনা কবিনা অয়াম্বা মংমদা অাইওদা ওইনা লাইরিক-লাইশু ইনগী থবক তৌরম্মী। মখা লাংবা পাম্ব মচা নবিনা হুমিংদাং খুদিংগী থাইগী মথা থংবা মথোলদা লাঙতুনা লৈবতুনা মঙোন্দা থোইনা অকায়বা পীবা ঙম্মদে। চহী নিফুদা কবি লৈখিদে য়ুম

অসিমক্তদা। হৌজিক য়ুম অসি সিলার-মিউজিয়ম হায়রগমসু থঙনৈ। কবিনা লৈরম্না থবাই মথক্কী মখোল অতুদি লাঞ্জাওনা থুগাইবিরম্মী। অতুবু লান মতুংদা অমুক শেমজিল্লে হান্নগী অতুমক মান্না।

সিলার হাউসতগী থোইনা লাপ্তুনা লৈরি চহী কয়া শুরবা টাউন-হোল, হৌজিকসু মেয়োরনা শীজিন্নরি। লান মতুংদা মসিসু অমাং-অতা নংখি, অতুবু অমুক শেমজিল্লে হান্নগী মওং অতু তানা। লানদা তেকখি-কায়খিবা মক্ত ওইবা শঙ পুন্নমক শেমজিনবদা লৈবাক অসিগী থোইদোকপা থৌশিল হায়ববু হান্নগী মওং অতু চপ মান্ননবা হোৎনবা অসিনি।

সহর অসিগী থাইদগী লিরবা রেস্তোরাংগী মমাংদা লৈরিবা পার্ককী চিদাই অমদা ঈশিংগী লাই নেপচুনগী থ্রৈচু—থ্রৈচু অতুদগী থোরকপা ঈকুৎ অমদগী ঈশিং ওরো-রো চেন্থরি তৎপা লৈতনা। চহী লিশিং কয়ামুক মমাঙদা ভাইমার অসি পাৎ ওইনা ঈরোন্নংদা লৈরম্মী হায়বগী থুদম্নি।

লম্বীগী মনাক্তা লৈরি শঙ অমগা, য়ুম অসিদা পোকখি কার্ল চাইস, ভাইমারগী মতম অতুদা মমিং চৎলবাআনোক শাবা মুপা। অতুবু সহর অসিদা অতোপ্পা মেকানিক অমা লাকপদগী কার্ল চাইস জেনাদা মহাক্কী কারবার হোংবা তাখি। মহাক লৈবদগী জেনাগী মমিং ফাওবা হেক্সংলকখি। হৌজিক অপ্টিকেল গ্লাস শাবগী থাক্কদা পৃথিবীদা জেনাগী মমিং লৈরিবসি কার্ল চাইসনা ভাইমারদগী চৎলমদ্রবদি লৈরমদবসু য়াই।

মফম অসিদগী খজিত্তং লৈথোক্লগা উরি হেগ্দেগ চার্চ। চাউরবা লাইশঙ অসিদা মমিং চৎলবা দার্শনিক হেরদের চহী কয়া লাইরিক-লাইশু তোজুন লৈরম্মী। ফাওরবা মিউজিসিয়ানসেবাষ্টিয়ানবাকসু মফম অসিদা য়াম্না তোয়না ওর্কেষ্ট্রা থোজুনা মতম অতগা ভাবোক-শিংবু পেলহনখি। অসিতা নতনা রিফোর্মেসন যুগকা খৃষ্টান পাদ্রি মার্টিন লুথারসু তোয়না লাক্লুনা লাইশঙ অসিদা লাইশোন কয়া পাঙথোকখি।

মাংডা লৈরি স্কোয়ার ওফ ডেমোক্রেসি, গোয়েটেগী মতমদা গুলাপকী লৈকোল ওইরম্মী মফম অসি। মসিগী নাকন অমদা লৈরি জি-ডি-আরগী অহুমশুবা খাইদগী চাউরবা আর্ট-গেলারী, মতন অমদা লানবন ওইরম্মা মফম অসি। জর্মান রেনেশাঁ বুগকী ফাওরবা লাইয়েকপা লুকাস ক্রানাক ভাইমারদা পুন্সিগী মমল য়ান্নবা মতাং লেনখি, অতুনা মহাক্কী মমিংদা পোল্লি আর্ট-গেলারী অসি

স্কোয়ারগী চিদাই অমদা লৈরি চাউরবা শঙ অমা, ডিউক্কী লৈফম। হৌজিক অসিদা ঈশৈ-নোংমাইগী স্কুল অমগা অরিবা লাইরিক্কী লাইব্রেরী অমগা পুন্না লৈমিন্নরি।

খরা চথোরক্লগা লৈরি রুশ কবি পুস্কিনগী মূর্তি অমা। পুসকিন ভাইমারদা অমুক্তা ফাওবা লাকখিবা লৈতে, অতুবু কলা অমদি সাহিত্য পাম্বা সহর অসিনা কবি অমবু করম্না সম্মান তৌফম থোকপগে হায়বত্ থঙলম্মা। গোয়েটেগী মতমদা মফম অসি ফাওবতনি সহরগী চমখৈনা শন্দোক্লম্বা। মতম অতুদা সহরগী মাশাংস্তু লিশিং মরিতমক ভায়রম্মা।

পুস্কিনগী মূর্তিদগী খরা চথোক্লগা পাক্লবা শংবানবা লম্পাক অমগা মচা অমদা হৌরি উনা পুংলবা উপাল অমা—মমিং কুয়েংকো। উপাল অসিগী চারা অদো গোয়েটেনা লৈবাক কয়া কোয়কুরগা হল্লকপদা নাপশিং খুদম ওইনা পুরকপনি—জাপান নত্রগা খা নোংপোক এশিয়াগী লৈবাক অমদগা। মথাদা চোই-ডাইননা তাড়না লৈবিবা উপাল অসিগী উনা ময়াম অতুদগী অম-মম খুল্লগা হাপচিন্নৈ ময়াম। উনা অসি পুথ্রবদি অমুক হন্না মফম অসিদা হল্লকই হায়না থাজনৈ। হল্লকনাংবা কৈবনিনা থাজরম্মু থাজদ্রম্মু উনা অমা এম্মু খুঙ্গত্তনা হাপচিল্লে।

লম্পাক অসিগী চিদাই অমদা লৈরি কোহ্নংগী শগোলশংগ ডাই-রেক্টর ওইরম্লহুগী য়ুম। শগোলশঙ পানরবম্মু মাগী থুপা ফোনুষ্টিনা ভাইমারগীদি শকহেনবানি। গোয়েটেদগী চহী তরেৎ হন্বী মচা তরেৎ লৈবী থুপী অসিগী গোয়েটেগী চহী তরানি থুংশিনবা। নোংমতা উন্নদবা য়ারমদে মথোয় অনি। থুংডাইরিবদি ফোনুষ্টিনাগী মচাথুপা

অমনা মখোয় অনিগী দূতী ওইরম্মী। গোয়েটেনা নোংমতা লাক্কুবদা ফোন্‌ষ্টিনানা মচা হেক্তা থারকই।

মখাদা চেল্লি ইল্ম্‌ তুরেলনা থেক্না-খোয়না। তুরেলগী রাংমদা লাপ্তক্না উরি লৈকোন অমগী ময়ায়দা শঙ অমা—গার্ডেন হাউস। শঙ অসিমন্তু ডিউক্না মরূপ গোয়েটেদা পীথোকখি। ডিউক্না মহাকপু মন্ত্রী হাপত্রিভৈ ফাওবা কবি শঙ অসিদা লৈরম্মী। মরক্তা ইল্ম্‌ তুর্রেলনা থত্তুনা লৈবনা মরম ওইহুনা লম্বী য়াম্না কোইনা চৎপা তারম্মী, থোইদোক্না ফোন্‌ষ্টিনাগী য়ুম য়োবগী লম্বী য়াম্না কোইবহুদা কবিদা য়াম্না নুংঙাইরমদে। অহুনা তুরেলগী মথক্তা থোং শাহুনা ফোন্‌ষ্টিনাগী য়ুমগা গার্ডেন হাউসকা মপা চুম্না লম্বী অমা শেমহুনা লম্বী শমজিল্লহনখি, কাথোক কাশিন নুংঙাইনবা তুরেলগী তোর্বান সিড়ি চন্‌খি। অহুতা নত্তুনা গার্ডেন হাউসতগী ফোন্‌ষ্টিনাগী থোঙনাউ উবা ফংননবা য়ুম অনিগী মপাদা লৈবা উপাল পুন্নমক য়াম্বৎখি। অয়ুক নুংথিলদা থোঙনাউদগী ফোন্‌ষ্টিনানা য়েংলকপদো গার্ডেন হাউসতগী কবিনা উই, নুমিদাংদনা থোঙনাউদা থাংমৈ মঙাল অত্তু উরগা মবিনা থঙডি, ফোন্‌ষ্টিনানা মহাকপু ঙাইরি। ডিউকম্তু অঙাওবনি, কবিনা হায়রিখে হায়রম্মী

চহী তরা মতুংদা লৈরাংনা লৈমন চল্লহুনা তৌবনবা থোইমু লাবা থাংজেংবদো পাইরকখিদ্রে। কায়না মৈশা শাংলবা ফোনষ্টিনানা মচানুপা থাহুনা কবিদা কোলোয় মপাউ কয়া চেঞ্জখি। অত্তবু থোইমু শামাই অমুক লৈরকপা তৌখিদ্রে, খষ্টিনা কৌবা লৈরাং অমগী লৈকাদা তোংত্রে থোইমুদো।

কবি হায়বসে থরদি মথোং হুক্তবা ঙাংনি। মপুন্সিদা তুপী কয়ানি গোয়েটেনা কোয়খিবা, মশাং কনানো হায়বহুদি কবি মশানক হায়বা ঙমখিদে। তুপা কোয়নু অত্তগা লৈবেং ইহু, অসিনি তৌগদবা পূক্নিং-হকচাং ভগৎ-ভগৎ তেক্না লৈগে হায়রদি, কবিনা মরূপ-মপাংশিংদা হায়রম্মী। অহুনা ওইরিগদ্রা, কবিগুম্বা তঞ্জাং কাইজং য়াঙনা কবিনা চহী মপূ পুন্সিখিবসে!

ইল্ম্‌ তুরেলগী তোর্বান্দা থোং জেহুগা মনাক্তা চীপকুপী লম্না ঈকুং মচা অমা চেন্থরক্লি, থাইনদগী লৈরক্লিনানি। ঈকুং অসিগী

ঈশিং থক্লবদি চহী অনি নহা ওইথোকই হায়না থাজনৈ। নহা ওইথোকপা হায়বসি মী খুদিংমক পান্নবনিনা ঐখোয়গী চঙশিন্দুনা ঈশিং থূজোক মচা অম-মম থক্লরুরে। "চহী অনি-নি খুদিংগী মফম অসিদা লাক্লসিকো অহন শুপওই ওইদনবা," ময়াম ফাগি তৌনৈ।

ঈফুৎ অসিগী মনাক্তা খজিক্তং মথক ওইরপ্পা মহৌশানা লৈজরম্বা নুংপাক অমনা মথক কূপ্পা য়ুম মচা অমা লৈ। মরক মরক্তা গোয়েটেগা ডিউকা য়ুম অসিদা চঙতুনা মফি-মরোল পুন্নমক লৌথোক্লুদ্দ. থন্নগা তুরেলদা চোংথরগা ঈরোইতুনা শান্নরম্মী। মথোং হুক্তবা কবি অতুতা নত্তনা মহাক্কী মরূপ ডিউকম্মু মথোং হুক্লমদে! মথোং হুক্তবা অনিনা মফি-মরোল য়াওদনা ঈরোইতুনা শান্নবদো কুম্মৈ ওইনা য়েংবা লাকপম্মু কয়ানি।

মথোং হুক্তবম্মু কবিগী থম্মোঙ্দি রাংলম্মী। ইল্ম তুরেলগী নাকন অনিদা থাইনদগী হোৌনা মীয়াম্মু চঙহল্লমদবদো গোয়েটেনা ডিউকতা হায়বদগী চঙবা য়াহনখি। অতুতা নত্তনা মীয়াম্মু চয়োলদা অমু-মুক লেম্না থিয়েটরম্মু য়েংহল্লম্মী।

মফম অতুদগী খরা হাইদোরক্লগা ইংলিশ কবি শেক্সপিয়ারগী মূর্তি অমা লৈরি। অতোপ্পা লৈবাক্তা পোক্লবম্মু কবি হায়বসি লৈবাক পুন্ন-মক্কীনি জাতি পুন্নমক্কীনি হায়বসিগী লারবা মুদন্নি। মচাহুপাগী ওক্তা ওইনবা এফুটতগী লৌরুবা ভিলাওবু অন্না অমালিয়ানা শেক্সপিয়ার হন্দোকহনখি অমম্মুং মতুগীদমক্তা মতম অতুদা মার্ক লিশিং অহুম পীখি।

মাঙদা লৈরি ষ্টেট অর্কাইভ। ভাইমারগী চহী লিশিং অমদগী হেন্না লিরবা ডোকুমেন্ট ফাওবা য়াওনা চে-চাং পুন্নমক মফম অসিদা থন্নি।

মফম অসিগী ওয়রোমদা লৈরি গোয়েটে হাউস—গোয়েটেনা মঙ্গী ওইরবা মতুংদা লৈখিবা য়ুম। অসিগা হেক মায়োক্লরি লেডিজ স্কোয়ার—কবিনা মহাক্কী য়ুমগী মথক থংবা মথোলগী বেলকো-নীদগী হুমিং খুদিংগী য়েংলম্মী সহরগী শকহেনবী চহুরাশিংনা হরা চাবা লেঙথোরকপদো। য়ুমগী মমাঙ থংবা মাইকৈ অসি হান্নদগী

করিমতা কায়ক্সি, অদুবু তুংলোম থংবদি লান মতুংদা বোম তাহ্না থন্না থুগাইরক্লে। য়ুম অসিগী কা চামগা নিপালনি, শাবা হৌবদগী হৌজিক লৈরিবা কীভম অসি য়োবদা চহী কুথ্রা চঙখি—মরক্তা কবিনা পাম্লকপা মতুং ইন্না শেমদোক শেমজিন কয়ারকম্ব তৌখি। ডিউক কার্ল ওগাষ্ট অমদি মমাইবেম্মা অন্না অমালিয়া অনিমক মখোয়গী কবিনা হায়রিমথৈ য়ারম্মী, কবিনা হায়রিমথৈ পীরম্মী মনীং থুংননবা। হৌজিকতি য়ুম অসি মিউজিয়ম ওম্বোক্লে—গোয়েটে মিউজিয়ম।

মতম অদুদা ফ্রেঞ্চ ষ্টাইল হায়রগা লোইরম্লবমু গোয়েটেদি গ্রীক-রোমন ষ্টাইলদা থন্নায় তাজরম্মী। অদুনা ময়ুমগী কা পুম্নমক্কী মচু মমেল থম্লিবা পোং-চৈ, ডাইনিং রুম, লোইনা গ্রীক-রোমান ষ্টাইলদা শেম্লম্মী। মশানা শেমজরম্বা মিউজিয়ামগী কা, মফম অসিদা লৈরিবা মহাক্না খোমজিনজবা পোং-চৈ কয়াগী মরক্তা মরূপ সিলারগী মূতি মচা অমা, কবি মশানা য়েকপা মহাক্কী মুপী থংষ্টিনা অমম্বুং অমত্তা পোকচবা মচামুপা ওগাষ্টকী লাই, কবি মশানা তুবা মন্ত্রীগী ফিজোলমু কা অসিদা লৈরি।

মসিগা থংননা লৈরি চৌকি খরা টেবল খরা বেলকোনীদা। মফম অসিদনি কবিনা ফম্লগা লেডিজ স্কোয়ারদা শকহেনবী চহুরাশিংনা মচুম তানা কেরগা হরা-চাবাে থারকপদো থরায় তানা য়েংজরম্লিবা।

থোইদোকপা কা অমম্বু লৈরি, কা অসিদা মী অতৈ চঙহল্লমদে, ডিউক মমা-মচা নত্তনা। কবিগী মপোক হুমিং খুদিংগী ডিউক কার্ল ওগাষ্ট অমদি মমাইবেমা অন্না অমালিয়া লাক্তুনা কা অসিদা খুদোলপোংকা পোয়ননা য়াইফ-পাউজেল পীরৈ।

কা ময়াম অদো য়েংবগী লোইবা নাইদে—মন্ত্রীগী অরুবা রা তান্নফম, ঈশৈ নোংমাই তৌফম কা—রোমান লাইরেন্সী য়ুনোগী মমিংদা থোনবা, লাইব্রেরী কা—লাইরিক লিশিং তরুক্কি লৈরিবা। অরোইবদা কা মচা অমা—তুম্ফম কা। কা অসিদা হৌজিকমু থাহুনা থম্লিবা ফমুং অসিগী মনাক্তা লৈরি চৌকি অমা, চৌকি অসিদা ফন্না ফম্না চহী মকুগী তাংফমদা অরোইরা য়াহীপ তানখি

কবি গোয়েটে। টেবল মথত্তা চপ লেপ্তুনা লৈরিবা ঘড়ী মচা অহুনা পুংফম অদো ঙসিন্থু অরাকপা খুঁদিংদা তাক্লি—অয়ুক পুং ১১-৩০, মার্চ ২২, ১৮৩২।

কবিনা লৈখিদবদি কুইরে, অহুবু কবিগী মপোক হুমিত্তি চহী খুদিংগী হৌজিকস্থু পালন তৌরি। চহী খুদিংগী কবিগী মপোক হুমিৎতা ভাইমারগী মীয়াম্না তিল্লে য়ুম অসিগী মনীংদা লৈরিবা চাউরবা লৈকোন অসিদা, থকপ-চাবগা লোয়নন্না থায়নগী ঈশৈ-নোংমাই তৌহুনা পূমনিল নিল্লি মফম অসি, য়ুম অসিগী কা পূম্নমক অমদি লৈকোল অসি মোমবতীগী মঙালনা পূমঙাল ঙাল্লি—হুমিং অহুদি মফম অসি থায়নগী মতম অহুদা হঙ্গিল্লি।

কবিগী লৈকোল অসিদা ঙাইহাক পোথারম্নগা অমুক চৎলে মার্কেট স্কোয়াররোমদা। স্কোয়ার লাম্বোক্লগা লৈরি আর্ট গেলারী, শঙ অসিদা লুকাস ক্রানাক লৈরম্মী, মতম অহুগী ডিউক্না মহাকপু শেল-থুম পীহুনা লাই য়েকপদা থোগৎপিরম্মী। মফম অসিদা চহী চানি-চাহুম মমাঙগী পেইন্টিং কয়া লৈরি। খাইদগী চাউবা ফক্লাং তংথায়মুক কনুবা পেইন্টিং অহু লাম্মীনা শগোল ঈরুজবিবগীনি—হৌজিক হৌজিকমক লুজবিরিবা মাল্লি। লাইশিংদো উরগা থায়নগী ভাইমার অমদি অকোয়বদা লৈরিবা লমশিং রাথলগী ফিজংদা মমি ওইনা তারকই। অতোপ্পা অমদা অচৌ-অশাংগী মতৃ-মচাশিংনা সনা-লিক্কোন্না তেক্থমথৈ শির-চারহুনা কেনা কেনা চৎলি, লাইরবা লৌমী হুপীনা থাঙ্গোল পায়হুনা লৌ খাওরি চমোৎ-চমোৎননা, লাইরবা কনাগী মচাবু ওইরিগদবা মখোঙদা খোঙউপ য়াওদনা স্কুল কারি নিংথম থাগী অয়ুক্তা। পেইন্টিং অমদমুক মতম অহুগী কৈথেল। মতম অহুদস্থু য়ু ঙাওবা হায়বসে ফত্তনা লৌনরম্বা জাৎনি—হুপা অমা য়ু য়োনফম অমদা তপ্ তাবমথৈ থক্চিল্লগা রাম্বহুনা লৈরি, থেঙ্লবা অহিঙ ফাওবদা ময়ুমদা হঙ্গিল্লক্রবদা মচা পম্লহুনা মতুনা লৌবা লাক্লি। অমদা অমুক, শগোলনা লৌ খোইরি, হৌজিক্কী ট্রেক্টর-যুগ অসিগী নহারোলদদি য়াম্না ঙক্না থোক্লে।

শঙ অসিগী মমাঙ ওইরপ্পা সেন্ট জেকোভ সিমেট্রি। মফম অসিদা লৈরি গোয়েটেগী ভালোই থংষ্টিনাগী মোংফম। কবি সিলারগী

মোংফমম্সু লৈরম্বনি মফম অসিদা। অদুবু গোয়েটেনা অরোইবা য়াহীপ তাল্লবা মতুংদা মরূপকী মনাক্তা হোংখি অতোপ্পা মফম অমদা। মফম অসিদা নীংশিংবা য়াবা মোংফম অমগা লৈরি, গোয়েটেগী মিস্ত্রী জোন মার্টিনগী। জোন মার্টিন্না লৈখিদ্রবা মতুংদা কবিনা শাবিখি মোংফম অসি অচৌবা খরচ পুম্নমক পুথোক্তুনা, পুন্সি চুপ্পা মহাক্কী থৌদারোই ওইবদা রাজখিবা মিস্ত্রী অদুগী মফমদা তৌবিমল থঙবা উৎপা ওইনা।

: ৭ :

ভাইমারদা গুংলবা হুমিত্তগী সহর অসিগী রাংমদা অমুক্তা চথোকলুদ্রি। ঙসিদি চথোকলুবা তারে, অনকপদ-কা নত্তে, য়াম্না লাপ্পা। খুঙ্গং উরনি, অনৌবা লম উরনি, উন্নদ্রিবা কয়াগা উন্নরনি—পুক্লিং অসি নৌহৌন্ননা অমুক মরাং হৌরকই।

লাপ্পা চৎকদবনিনা ব্রেকফাষ্ট লোইবগা ময়াম বসৃতা অদুম কাখৎনরে। থঙ.হৌদনা সহরগী চিদাই য়ৌরকই। ষ্টেডিয়ম মচা অমদা পাখং মচা খরা শান্নরি, ঔরাইরিবা জাৎনি—পুংশু শুরে, অঙৌবম্সু অমুবম্সু রাউথাংনবম্সু। আফ্রিকা-মচানা মশীং খরা হেন্না উই। ওইরম্বা য়াই সহর অসিদা লাইরিক-লাইশু তমদুনা লৈবা ছাত্রশিং।

লম্বী ফবনিনা কার ময়াম মথং মথং হাইগৎখি ঐখোয়দগী বগল লৌদুনা। হায়নীংলকই, 'ড্রাইভর, খরা কন্না, খরগা কন্না।' অদুবু লোন খঙদহনিনা উপায় লৈতে। তৌবগীদি ঐখোয়গীদুম্সু কন্না পৌরিবা জাৎনি। কারশিং অদুনা হেঙ্গৎখিবা অদুদা মুংঙাইরক্তবগী রানি।

খুঙ্গংগী লমদম য়োরে। লম্বীগী নাকন অনিদা পাল্লবা লৌবুক্সা মপান নাইদনা শম্দোকখ্রি, লৌরী অমত্তা উঁদে অদুক পাকপ্রবা লৌবুক অদো। খোইদোক্লবা লৌবুকম্সু য়াওরি, লৌ খাওদোকখিবত্তা ঙায়রিবা চন্নানা পরেং পরেং পৈদুনা লৈবম্সু য়াওরি।

লম্বীগী নাকন অনিদা পরেং শানা হৌরিবা উপালশিংনা ঐখোয়বু তরান্না ওক্লি। অশংবা শজীক্লা লেক লেক হৌরিবা লম্ফাং অমুক উরক্লে, যাউ শঙ্গ অমা হোইহুনা পুরি, শেনবা পুরিমাল্লে। খরা চৎলগা চুজাক্কী লৌবুক—চুজাক্কী চুজাক ভাক্তা।

ভসিদি হুংশা ফজনা শারে। হকচাংসে খিং খিং লাউরে। ভরাং নোংথী নোংমংখি, নহান্না নোং-হুংশিং তৌখি হায়বদো কাউখ্রে।

খুঙ্গং মচা অমা য়ৌরে। লৌউ-শিংউগী খুৎশু-খুৎলাই—ট্রেক্টর, হার্ভেষ্টর, ট্রকনচিংবা পুন্না পোখাহুনা লৈমিন্নরি। নোংমাইজিংনিনা লৌমীশিংতা নত্তনা মখোয়সু পোখাবি ভরাংদগী।

মাইকৈ অসি লৌ-শিং য়ান্না ফৈ। গেহু, থাউ মরু, বালি, ওট— অমত্তা ফত্তবা য়াওদে; আলু, চুজাক, সুগারবিট—মখোয় ভাক্তা ওইগ্রবোই নীংই। হোয়, লৌউ-শিংউগী তৎন-থানবা য়াদ্রবা ঈশিংগী থৌরাংসু নীংথিনা লৈরি, ঈশিং তুংশিনহুনা থন্নবা, মথৌ তাবা মফমদা মথৌ তাবা মত্তমদা চাইননবা খোংমচা নত্রগা পাইপ।

রেল-লম্বী অমা লাম্থোক্লগা খুঙ্গং অমমুক লৈবক্লে। খরা চৎলগা খুঙ্গং অমমুক। করিনো তৌবিসিবু, খুঙ্গংনি হায়রগা তৌরিসিবু। লম্বী-থোং য়ুম-কৈ সহরগীগা করিমত্তা খেন্নদে, কারসু পংলৈতা মরৈ, য়ুমথক্তা টেলিভিজন এন্টেনাসু; খেন্নরিবা হায়ববু য়ুম-কৈ মশীং য়ামদবা অসিতা মঙায়রে। হোয়, চক্র-পৈফম লৌউ-শিংউগী খুৎশু খুৎলাই থবা—মখোয়না তাক্লি খুঙ্গংনি হায়বা।হন্দক্তি সহর মচা অমা য়ৌরে। নৎলমদ্রে, মসিসু খুঙ্গং ওইরক্লে। ওস্থোকপা লৈবাক হায়বদো ওইবে, সহরগা খুঙ্গংগা খেন্নবা লৈত্রবা! পাৎলা পুথ্রী অচৌবা অমরা লৈবি ঈশিংনা ইমায় নিক্ নিক্ থন্না, হি তোংহুনা শান্নবসু য়াওরি।

অমুরাইদা এর্ফুর্ট কাউন্টিগী ভমথৈ লৌইবে, হালে কাউন্টিদা হাইজিল্লে। জর্মান ডেমোক্রেটিক রিপাব্লিক্কী কাউন্টি তরামঙাগী মঙুংদা হালেদতনি খনিগী পোৎ-চৈ খরা ফংলিবসি।

মাঙদা তুরেল মচা অমা চেল্লি—মমিং উলষ্ট্রদ। নোংমাইজিং ওইরবসু

*কোয়খোক্তবা ইমুং অম'নিদি য়াওরি, ইংখোল মচা অম'নিদা মুপী-অঙাং খরা থবক শূরি, মাগী মাগী ইংখোল ওইরমাগ্লে।*

চীংশাং উবা হৌরক্লে। য়েংন-য়েংনা চীংদা কাববু হৌরে। বস মতুংগী মাইক্রোফোনদা গাইড্‌না লম্বিৎ-তুম্বিৎ তাক্লি। চীংচেপ্তা খেক্ত-খোয়না চেল্লিবা লম্বীনা অসুম অসুম রাংখলক্লি। লম্বীগী রাদি হায়হুনা কান্নদে, শৃৎ নাল্লি। লম্বীগী নাকন অনিদা উপালগী উপাল ঙাক্তা, অহুম হৌহন্দুনা থম্লি। ঐখোয়গীদা ওইরবদি য়াম্বৎতুনা নহান্না লোইশিনগ্রনি।

কিফ-হাউসেন চীংশাংগী চীংদোন য়ৌরে। সমত্রু ঈমায়দগী কিলো-মিটর অমরোম রাংনা লৈবা চীংদোন অসিদা লৈরি মুরুং অমা—বার্বারোসা কেভ। ঐখোয়দগী হান্না থুংলম্বা মী ময়াম অমম্ম লৈরম্লে, য়েংবা লোইরহুনা হনগদগী তৌবা কাঙ্‌বুম্ম য়াওরম্লে। মুরুং মমাঙদা সোভেনির দুকান অম'নিগা রেস্তোরাঁ মচা অমগা লৈরি। সোভেনির য়েংবোই-লৈবোই তৌহুনা অহুরাইদা ঙাইহাক মতম লেন্নবা তৌরে। কাঙ্‌বু অমা চঙ্‌খ্রি, মখোয় থোরক্লিমখৈ ঐখোয় চঙ্‌বা য়ারোই মুরুংদা।

মুরুংগী লম্বী অহু খূই, অহুবু চঙ্‌বদা কোক্‌মক্তি থেংদে। তৌবতবু ককচেং পরেংদোনা অম-মমতা পরেং শানা চঙ্‌বা তাই, মুরুংগী লম্বীনা শাংলিবসে মিটর চামগা হুম্ফুনি। থাউমৈনা পূমঙান ঙান্না থানবনিনা চঙ্‌বদা খুদি-খুরাং থাবগী রাদি লৈতে। অহুবু খরা চৎলগদি থাউমৈ খংমুৎ মুৎখ্রে, মাইকৈ মরিমক পুংমম মমখ্রে। হকচাং পুম্বা শ্বাই লাউবা অমা ফাওরকই, করিনো তৌরিসিবু, ঐখোয় পুন্নমক শ্বরুং মনুং অসিদা অসুম লোইশিনবা তারব্রা! টৌর্চ পায়হুনা মাঙ্‌দা চৎলিবী গাইড্‌লৈশাবী, মৌনহা ওইরম্ম য়াই, অহুনা চঙশিনখিহুনা সুইচ অমা থংমেৎ মেৎলুই, মিত্রং-দৌনা থংঙান ঙাম্থোরকই—মাঙ্‌দা চোংথোরকই চাউরবা য়ুম অমগী চাউরবা ইমুং অমা। মফম অসিদনি নিংথৌরেল বার্বারোসানা তরামাথোইশুবা শতাব্দীদগী তুমহুনা লৈরক্লিবসে সনালংকাগী নিংথৌ রাবণগী মনাউ-ইবুংঙো কুম্ভকর্ণগী রেকোর্ড থুগাইহুনা। চহী কুমজা

**কয়ানি মকম অসিদা মী চঙ্‌নরমদবা নিংথৌরেলগী তুম্বা থুগাইরুগনি হায়বা কিহুনা। অহুবু হৌখিবা শতাব্দী লোইরমদাইদগীদি মী চঙ্‌নরে বার্বারোসাগী খোঙ্‌জেল লীবা ওইনা। থঙ্‌দে, তুম্বা য়ারমখিগদ্রা নিংথৌরেল অদো!**

বার্বারোসাগী ইংখোল অসিনা কোল্লিবা লম অসি স্কোয়ার মিটর লিশিং কুনমঙানি, অহুগা মিটর মফু লৈরোম্লুংদনি। ইংখোলগী তোঙান-তোঙানবা শরুকী তোঙান তোঙানবা মমিং লৈ। মাঙ্‌দা লৈরিবসিনা 'রোক-ওসেন'—ফনা পাকই পাংমচা অদো, ঈশিংমু য়াম্না লুই। হকচাং থংঈং ঈংশিল্লকই। "টেম্পারেচর সেন্টিগ্রেড ডিগ্রী নিপাল্লি," গাইডনা নীংশিংলকই। মাইকৈ অদো মৈ মুখৎলম্লগা অমরোমদমুক চৎলি—লিনগী লিন ঙাক্তা, তশেং-তশেংবা লিনবুদি নত্তে, নুংশিং অদো লিন মান্ন উবগী রাতনি। অমরোমদমুক নোংথী-নোংমংবা অতিয়া। লৈতোন-ফবী হৈ-শিংবী গাইড অহুনা মৈ থংমুং মুখৎলি, মাইকৈ মরি পুংমম মমখি, মুরুং মন্নুং অহুদা শম চপ চপ য়ুংনৈ। "না থাঙ্গৎলগা তাবিয়ু ময়াম অমুক্তা," গাইডনা হায়রকই। রাখললবু ওইরিগদ্রা তশেংনমক্তাবু ওইরিগদ্রা লাপ্পা-নোং চুবগী মখোল তাবগুম তোরি। থাউমৈ খংঙান ঙাম্মোরকই, "অমুক লাকপিরে। অসোমদা, য়েংবিয়ু, তুংলোগদা মী চিথ-নাম্মহৌগনি! চহী অমা ফোটোগ্রাফার অমা ময়ামদগী নাম্ম-হৌহুনা নোংঙাল্লগা থিরুবদা শিনীংচিত্তা থেংনরুই।"

ময়াম অদো মহৈ মহৈ মাঙদা হাইগৎনরকই। মফম অসিদবু চিথ-নাম্মহৌরবদি লমুক-লম্মাংনদবগী রা লৈতে লম্বাগী লম্বা ঙাক্ত, থোক্‌ফমদি নত্তবা। চিথবু-চিথহৌরদি বার্বারোসানা হেক-হাক থাদোরকপগী রা লৈতে। ময়াম অদো বার্বারোসাগী খোম্লেন তুম-থুনগী জগৎ অসিদা কোয়বা লাক্লবস্মু লৈহৌনীংবা কনাস্মু য়াওদমাল্লে, মহৈ মহৈ মাঙ থাননবা হোৎনৈ।

খরা চৎলগা মাঙদা ঙাম্মোরকই—বার্বারোসাগী চাক-চাফম, ডাইনিং হোল, টেবলনে চৌকিনে অমত্তা রাত্তে, তৌবতবু নুংগী ঙাক্তনি, নুংদগী ওল্লকপা। মাঙদা অমুক লৈরি ফজরবা পাৎ অমা—স্মুইজারলেণ্ড

ভিউ। অহুদগী অমুক বার্বারোসাগী লানৃবন—লানৃবন অসিগী ময়ায়দা লৈরি তাংবল অমা—মসির্দনি অহুতৈ মকোই ঙাংজুনবা চোম্বা নিংথৌরেলনা লেঙশিল্লগা লৈবাক রায়েল্লম্লিবা। "হোয়, নোংমা নত্রগা নোংমদি বার্বারোসা তাংবল অসিদা লেঙশিল্লখিনি। মরমদি মহাক শিখিত্রি, হৌজিকসু হুংঙাইনা থোম্লেন তুমথুন তন্দুনা লৈরি। অতুগা মহাক্না তুমখন তাল্লিতৈ অসিদা মহাক্না শাংলবা ঙাংজুনবা মকোই-মরাং অহুনা চহীদা কিলোমিটর অম-মল্লি 'শাং-দোক্তুনা লৈতুংদা শন্দোকখিত্রবা, চহী চানিপাল চামাপল অসিদদি ইণ্ডিয়া শ্রীলংকা-নংচিবা লৈবাক কয়া য়োরম্লনি।" নোকফেৎ তৌনা চীন্দোন-লৈতোনফবী মশক-মতৌ লৈবী গাইড অহু ঐখোয়ল্লোমদা ওনশিল্লকই। অহুদগী অমুক মখা তাথরকই, "বার্বারোসাগী মকোই-মরাংনা শন্দোক্লসু শন্দোক্রসু ঐখোয়না পামজবদি থীন্‌বা তৌদনা সমাজবাদকী মরানা লৈবাক পুম্নমক্তা শন্দোকখিত্নুনা মীগা মীগা থেল্লবা লৈতবা হুংঙাই-য়াইফবা পৃথিবী অমা শেম্বা অসিনি। মরূপশিংনা হয়েং য়ুম য়ুমদা হনখ্রগা জর্মান চন্থরা অমনা বার্বারোসা সুরুং য়েংহনবদা অসুম্না মহাক্না পামজবদো হোয়না ফোঙদোরকই ময়ামদা তম্বিরু।"

"হোয়, শোয়দনা তম্লগনি।" হায়ত্নুনা সুরুংদগী থোরক্লগা মতৌ-লৈবী জর্মান চন্থরা অহুদগী বিদায় লৌত্নুনা বস্‌তা অমুক কাখৎলে। চীংখোঙদা সহরমচা অমন, ঐখোয়বু ঙাইত্নুনা লৈরম্মি। ময়ায়-চনবা য়ুগকী সহরনি, মমিংনা ষ্টৌলবার্গ—থায়নগী অমনবা য়ুম-কৈ অমদি খুরবা লম্বী থোংনা চহী লিরে হায়বা তাক্লি-। মফম অসিদা ঐখোয়গী চাক্লেনগী থৌরাং লৌইরম্লে। সহর অসি পিকচরসু হোটেলদি চাউই। হোয়, লমকোয়বা লাকপা মীনা অসুক য়াম্লবদবু হোটেলনা পিকপা য়ারিবয়া!

চাক্লেন চাবা লোইরগা গাড়ীদা অমুক কাখৎলে। চীংখোঙনিনা লম্বী থেরু-খোয়না চৎলি। থরা চৎলগা চাউরবা পাৎ অমা, চীংথক্তগী চেম্বরকপা ঈশিং থিংজিল্লগা শেম্বা পাৎনি। লৌখোংদা ঈশিং ফংহন্নবা অহুগা ছুটি লেনবা লাকপা কাঙবুগী মতম লেনফমসু ওইননবা। পাৎ মপান্দা গাড়ী ময়াম অমা, কারসু বস্‌সু, লেপ্তুনা সুপী-সুপা ময়াম অমনা হি তোংত্নুনা অমদি ঈরোইত্নুনা শান্নরিবদো য়েংলি।

ঐখোয়মু লমদম অসিদা লাক্লবনিনা পাং মপান অহূদা ভাইহাক পরিক্রমা অমা তৌরম্লে।

থরা চৎলগা লাপ্তক্লা উরে বেড-ফ্রাংকেন-হাউসেনগী চীংদোন, ঐতিহাসিক চীংদোম্নি। থোইনা রাংবা চীংবুদি নত্তে, মথক্তা পাক্লবা থেলনি। মফম অসিদনি তরাতরুকশুবা শতাব্দীদা টোমাস মুণ্টসারগী লুচিং মখাদা লৌমীশিংনা ফিউডাল লোর্ডশিংগী মথক্তা লাল্হৌ তৌখিবা। লাল্হৌ অহু মায় পাকপবুদি ওমখিদে। মরমদি ল্যুল্হৌবা লৌমী লিশিং মরিনা নোংমৈ তরামঙাথক্তং পায়রগা শগোল-তোংবা ফিউডাল লাম্মী লিশিং তরুক্কা মায়োক্লবা হায়বসে অরায়বা থবক ওইখিদে। অহুবু লৌমীগী লাল্হৌ অসিনা তুংদা মীয়ামগী লাল্হৌ পাঙথোকপদা লমজিং-মৈরা ওইখি। অহুনা. লৈবাক অসিগী ওসিগী মীয়াম্না কাউদে মখোয়গীদমক মথরাই কৎখিবা অহুগুম্বা লৌমীশিং অহুবু, শাগৎলি মফম অসিদা লাল্হৌ অহুগী নীংশিং থুভম। লাপ্ল-লাপ্লবা লমদম কয়াদগী লাক্লি মুপী-মুপা কয়া, কৎলরি লৈ-শু থুভম অসিদা। শাগৎপা লোইফাংত্রিবা নীংশিং-থুভমগী চাউরবা শঙলেন্দা লৈগনি পেনোরামা—অরাকপা মীশিংদা লালহৌ অহুগী শকুম উৎননবা, পৃথিবীগী ফাওর-ফাওরবা লাইয়েকপাশিংনা য়েন্পা লালহৌ অহুগা মনা। লৈনবা লাইশিংগা গেন্সারী—গেলারী অহুদা য়াওগনি টোমাস মুণ্টসারগী লালহৌ অহুগীতা নত্তনা মার্টিন লুথারগী লালহৌগী রারী—রোমান কেথোলিক অমদি মখোয়গী লাইনীংহন পোপকী মথক্তা তৌবা লালহৌ।

কিফ-হাউসেন তাল্লা অমুক লাকপদা মুমিং তানীং-তামাং ওইরে। চাংথোঙদা লৈবা বার্বারোস-গার্টেনদা ডিনারগা থৌরাং লোইরম্লে। টোরিষ্ট ময়াম অমা চাৎ৹কপা লোইরভুনা থোক্লখে,থরা অমনা চাগদগী চংলক্লি, চাউথ্রবা হোটেল অদো মীনা কুক কুক ঈনৈ। অমুক ভন্দিনা কোয়রক্লিগনিনা ময়াম অদো ফজনা চোকথনরে, অহুনা মীনা মানা হৈনজনা অচাথক্কী মতেংনা হকচাং চেকথৎনবা তোংনরি।

হোটেলদগী থোরক্লগা হন্দক্তি চুমত্রিং লেফম পাংলে। ময়াম তৃমিন্না চৎপদো নুংঙাইরক্তুনা ঐনা হোদোকই,"লম্বী খরা তেনশিন্নবা ঈশৈ অম-মম শক্লসি, মাগী মাগী লৈবাক্কী ঈশৈ।"

"ভেরী গুড প্রোপোজেল—য়াম্না ফখ্রবা প্রস্তাবনি।" ময়ামন্সু য়ানীংবা ফোঙদোরকই।

অদুবু কনামত্তা মাঙ থানা চোংথোরকত্রে।

"প্রস্তাব তৌবিরক্লিবা মীনা অহুম হৌবিরো।" ময়াম্না লাউরকই।

করিন্নুংগী হৌদোকল্লুরবা খল্লকই, ঐবু মীরৈবাক অসিদা ঈশৈ শকপা তারবা!

"করিগী নীংহন্নরিবনো ঈশৈ-জগোইগী লমদমদগী লাক্লগা?" মৈনা অদো চুরকই গোহাটিগী মরূপ শৈলেন মেধীনা।

ঐন্সু খল্লকই, "হোয়দা হে, মুপামচানবু। ইপা থৌদাং উৎকে, ইপু থৌদাং য়েংগে।" ফ্রক হৌগত্তুনা চঙশিল্লি, ড্রাইভরগী মনাক্তা লৈরিবা মাইক্রোফোন অদো তাপ পায়খৎলি। ময়াম খ্বাক প্রোক প্রোক খুরকই।

খল্লি, করি ঈশৈ শকসিগে। ঈশৈ শকপা মী নত্তবনিনা ঈশৈ অমত্তম্সু ফাদে, মতেক মতেক খরা খরা ফাবত্নু মাইক্রোফোন পায়খৎপদগী লোইনা কাউখ্রে। খংনীং নীংশিলকই ইচম-চম্বা অগতিগী গতি—খুন্নুং ঈশৈ।

ইখৌ পোঙনা লাউথোকই, "লাম্হোকচরি অহানবদা ভারতকী নোংপোক চিদাইদা লৈবা পিকখ্রবা লমদম মণিপুরগী খুন্নুং ঈশৈ অমা।" হৌই—

"হৈরাংখোয়নিদা চানবা হৈনিদা
'সিবু থোইনা হাউবা হৈদি
চান্দম্বা হৈনিদা······"

লোইবগা খ্বাক ময়াম প্রোক প্রোক খুজিন্নকই। খঙই, মখোয়-গীসে নুংঙাইহুনা খুব-কাদি নত্তে। ঈশৈদা ঐগী ইগুণ ঐ খঙ্জে।

অহুবু হৌরুরবনিনা খুবাক ময়াম অহুদা অমগমুক শমথনীংলে। হৌবতবু ইকাইবগী রানি, হৌবু হৌখ্রবদি মায়সে থাজিল্লকপা অাংনি। "হন্দক্তি বিপ্লবকী ঈশৈ অমা, অঙাং ওইরিঙৈদা কাখিবনি।" হৌই—

"থাঙ্গোল অহু ময়া থাংউ থৌনা
হে লৌ-উবা, থাঙ্গোল অহু ময়া থাংউ থৌনা…।"

হন্দকসু খুবাক ময়াম প্রোক প্রোক। ঐনা হেক লোইবগা চঙশিল্ল-কই শৈলৈন মেথী, হৌগৎলকই বিহু-ঈশৈ। মহাক্তি চান্নবা ঈশৈ শকপা ওইরম্লে। থল্লকই, কৈদকো হান্ন শক্তোকহৌবা। মহাক্না লোইবগা কনামতা হায়নবা তৌদনা চেনশিল্লকই লেতিন আমে-রিকাগী মরূপ অম-মুক। ময়াম অহু হৌদোকপা ভাইহুনা লৈনরম্ব-দৌনা তৌখ্রে। মীরৈবাক্তুগী লাকপা ময়াম অহুনা রা রা তৌনরবা অহুদদি য়ুমু ওইরিবা জর্মানশিংমু তূমিন্না লৈবা য়ারকত্রমাল্লে—হান্স, ইন্টরপ্রিটর মার্টিন, মোনিকা…চঙশিল্লকই, হৌরকই কোরাস অমা। অহুদগীদি ঈশৈতা নৎথিদ্রে—দিল্লী অমদি কর্নালগী মরূপ অনিগী শের ফাওবা য়াওশিল্লক্লে। ময়াম অদো তোঙান তোঙানবা লৈবাক্তুগীনি হায়বা কাউনখ্রে, লোনগী পন লৈখিদ্রে, জাত-কূচুগী খেন্নবা মাঙখ্রে।

## ঃ ৮ ঃ

অনিশুবা লাঙ্গাউনা পৃথিবীগী শক্তমদা অহোংবা কয়া পুরকখি, মহুগী শরূক অমা ওইনা জর্মানীগীসু। লাঙ্গাউ অনিমক্কী হৌরকফম ওইখিবা লৈবাক অসি অনি থোক্না চিংখায়খি, নোংপোক অমদি নোংচুপ। অনি থোক্না চিংখায়বতা নত্তনা শরূক অনিগী রাখল-ফিদমসু অনি থোকখি। নোংপোক্কী শরূক 'জর্মান ডেমোক্রেটিক রিপাব্লিক'না সমাজবাদকী রাখল-ফিদমগা লোয়ননা অনৌবা পুন্সি অমা শেমগৎনবা চঙশিনখি, অহুগা নোংচুপকী শরূক 'ফেদারেল

রিপাব্লিক ওফ জর্মানী'না কেপিটেলিজমগী মল্লবা লম্বী অহুদা অহুম চথরকুখি।

হৌজিক নোংপোক জর্মানী হায়না খঙনরিবা অসি থোইনা চাউবা লৈবাক নত্তে, নোংচুপকী শরুক্তা য়াম্না হেন্না চাউই—ভারতকী মধ্যপ্রদেশ অমদি উত্তরপ্রদেশকুম্বা রাজ্যশিংনা য়াম্না হেন্না চাউই, লমদম্সু মীশীংদম্সু। অদুবু পিকপ্রবা লৈবাক অসিনা মতম খরগী মনুংদা চাওখৎখ্রিবসি অঙকপনি। অতৈমক পম্রবম্সু, চহী খরতং অসিগী মনুংদা পৃথিবীগী ইণ্ডাষ্ট্রিদা চাওখৎলবা লৈবাক তরাগী মনুংদা অমা ওইরক্লিবা, সোসিয়েলিষ্ট লৈবাকশিংগী মনুংদা মীকোক্কী আয় খাইদগী হেনবা লৈবাক ওইরক্লিবা হায়বসে অরায়বা নত্তে।

অরায়বা নত্তে হায়বসে লৈবাক অসিনা অহানবদা ওইরম্বা ফিভম অদুগা হৌজিক ওইরিবা ফিভম অসিগা চাংদম্নরগা খঙবা ঙমগনি। মতম অমদা চাওখৎলে হায়না খঙনরম্বা জর্মানী অদুদি হৌজিক্কী নোংচুপ জর্মানী ওইহৌরিবা শরুক অসিনা খঙহল্লম্বনি, লৈবাক অমনা চাওখৎপগী মরু ওইবা মরম ওইরিবা কোল-কারখানা অয়াম্বা লৈরম্লিবসে শরুক অসিদনি। নোংপোক্কী শরুক অসিদি লৌউ-শিংউগা লমদম ওইরদুনা য়াম্না শোথনা লৈরম্মী। খুদম অমত্তং হায়বা তারবদা, ইং ১৯৪৫ দা নোংপোক থংবা শ ্রক অসিদা ব্রাষ্ট ফার্নেস মরিখক্ত' লৈরম্মী, নোংচুপলোমদনা চামথক।

অদুবু ঙসিদি নোংপোক জর্মানীদা শীংথানীংঙাই ওইবা কোল-কারখানা কয়া লৈরে, কোল-কারখানা চাও-খৎলকপগা লোয়-ননা লৌউ-শিংউগী থবকসু চাওখৎলে। হান্না শংগোলনা সম্পোৎ খোইনরম্বগী মহুত্তা ট্রেক্টরনা খোইরে, থুংনা শূরম্বা থবক অয়াম্বা মেশিন্গী মতেংনা য়াম্ন কোম্না শূরে। ঐখোয়গী লৈবাক্তা মেকা-নাইজেশন, হায়বদি থবক অয়াম্বদা মেশিন শীজিন্নবা, হায়বসি ফিনবি; মরমদি মসি তৌরবদি মী য়াম্না চঙবা থবক অদো মী থরতনা শূখ্রনি, অদুনা থবক ফংদবগী সমস্যা অসি অমুক হেন্না শাগৎলক্কনি অসিনি। অদুবু মখোয়গী লৈবাক অসিদদি অমুক য়াম্না মেকানাইজ তৌরবা ফাওবদা থবক ফংদবগী য়া লৈত্তে। তৌবগীদি সমাজবাদকী

থৌশিল মখাদা থবক কংদবগী সমস্যা অসি লৈতে। কেপিটেলিষ্ট সিষ্টেমদদি মসি কোকহনবা ঙমদবা লায়নানি।

অহুনা মেকানাইজেসন ফনা ভৌহুনন্সু সমাজবাদ চৎপা লৈবাক অসিদা মীশীংবুদি থবক্লা হেল্লে। থবক্লা মীশীংদগী কয়ামুক হেনবগে হায়বদা, খুদম ওইনা, খোঙউপ অমা শেমহনবদা য়ামত্রবদা থা মখায় অমদি চঙ্ই।

"করিগুম্বদা থা অম-নিন্সু চঙ্বা য়াওই।" নোংমা মেদাম বার্গনা হায়খি।

অহুনা অঙাং মশীং য়াম্না পোক্লনবা মমা-মপা ওইবশিংদা সরকারনা খুদোং চাবা কয়ানি পীরিবা। অঙাং অহুম শুবগা থোইদোকপা এলাউয়েন্স অমা ফংগনি, অঙাং মশীং হেঙ্গৎপগা লোয়ননা এলাউ-য়েন্সকী চাংসু হেঙ্গৎকনি। অঙাং চেনবী মমাশিংগী থবক শূবগী পুংশিংসু ময়ামগা মান্নদে, হইহে; অহুগা অঙাং মশীং য়াম্বগী মতীক য়ুমসু চাউনা ফংগনি। অহুবু ওল্বোকপা লৈবাক হায়বহুনি, অঙাং অমা নত্রগা অনিদগী হেন্নদে সরকারনা ফনা খুদোং চাবা পীহুনসু। ঐখোয়গী লৈবাক্তা ভৌরিবসিগা কয়াতা থেন্নখ্রবা।

"হোয়, ঐখোয়গী চহী মঙাগী থোরাংদা ঐখোয়না লেপ্পা পান্দম অহু য়োবা ঙমদবা হীরম কয়ামুকসু লৈতবা নত্তে। মীশীং হেঙ্গৎ-হনবগী পান্দম য়োবা ঙমদবসি মহুগী খুদম অমনি।" ঐগী ব্রাহংগী পাউখুম ওইনা হুমিৎ অহুগী সেমিনারগী মর্ম ওইবা বক্তা সোসিয়ে-লিষ্ট ইউনিটি পার্টিগী সেন্ট্রেল কমিটিগী মেম্বর ডাক্তর কির্চোক্না হায়রকই, "ভৌবগীদি চহী খরা অসিদা কিভম খরা কগৎলে হায়বদি য়াই—ইমুং অমদা অঙাং অনিগী চাংচত্তা লৈরম্বদো হৌজিক্তি অনি-মখায় য়োরে।"

নীংশিংলকই নোংমা ভামারানা হায়খিবদো, "ঐদি অঙাং অহুম শুনীংই। অঙাং ইয়াম য়ামদবসিন্সু ফুংঙাইতে।"

থঙদে, ভামারাগুম্বী মুপী লৈবাক অসিদা কয়া য়াম্লিবা! সমাজবাদকী লৈবাক অসিদা মীপুম খুদিং, থবক ফংলি, খুৎশূম্নলসু মরক মরক্তা হেল্লৎলি, অহুগা অমরোমদা পোৎচৈগী মমল, মরু ওইনা চঙদবা

য়াদবা পোৎচৈগী মমলদি হেক্সৎপা লৈতে, অহুনা মীয়ামগী য়ুমলৈ-কৈরৈগী থাক নোম-নোংমগী য়াংখৎলক্লি। অহুবু মীশীংতদি ইহেন-হেক্সৎপা লৈখিদ্রে।

"অহুগা হোয়, লৈবাক অসিদা করিমতা অয়াৎ-অপা লৈত্রে, মীয়াম্না পাম্লিবা পুম্নমক ফংহল্লে হায়বহুদি নত্তে," ডাঃ কির্চোফনা মখোয়গী পাঙথোকপা ঙমদ্রিবশিং অহুম্ম শেংদোরকই। "থূদম ওইনা, মরু ওইবা সমস্যা অমা গনবা তারবদি লৈননবা য়ুম-কৈগী অয়াৎপা অসিনি।"

য়ুম-কৈগী য়া পল্লকপদা ঐখোয় মশেল অমগা অমগা য়েংনৈ, থোই-দোক্লা ভারতমচা ঐখোয় খরা। মিত্তা শংশংনা উরকই ইরৈবাক্তা তৌরিবা ফিভম অদো,তেক্লি তেক্লিবা থাংপোকশঙ ময়াম, জিংঘ-ই-দি লায়রহুনা চয়াখোক ফাওবা কুপ্পা ঙমদহুনা নোংজু পম্বাদা নোংনা ওয়ো ওয়ো য়ুরিবা থাংপোকশঙশিং অদো, মহু ফাওবা লৈক্সদবা কয়ানা মীগী শাইজিন-শায়াদা নপুনা লেল্লিবদো, অচৌ-অচৌবা সহর কলকতা, বোম্বে, মাদ্রাজনচিংবদা ফুট-পাথতা লেল্লিবা মীয়াম অদো···।

অহুবু কদায়, মখোয়গী লৈবাক অসিদা উনা-য়ানাগী থাংপোকশঙ অমত্তম্ম উদে, লম্বী অপান্দা মী অমত্তম্ম লেকপা উদে। কদায়দনো মখোয়না লৈননবা য়ুম-কৈগী সমস্যা হায়রিসিবু? লৈবা ঙাৎনি। হোয়, মখোয়গী অসিনা মওং অমনি। য়ুমকৈ লৌত্তে হায়বা নত্তে, মীপুম খুদিংমক্কী লৈকম লৈ। সমস্যা থায়ববু হৌজিক্কালগী অনৌবা ক্লেট য়াংপগী য়ানি। মী অয়াম্বনা, মরু ওইনা নহারোলশিংনা হৌজিক্কালগী ক্লেট পাম্লে। মরমদি অরিবা য় মাশং অসিদা হৌজিক্কা-লগী খুদোং চাংবা ময়াম অসি য়াংলি। অহুনা লুহোংবগা অনৌবা মতৈ-মনাওশিংনা অনৌবা ক্লেট হেক্তা তাল্লি। অহুগা লৈবাক অসিগী চৎনবীদা য়ুম্বু পাল্লবদি মমা-মপাদগা তোঙাল্লে, অনৌবা ক্লেট অমা দরকার ওইরে। মসিনি মখোয়গী সমস্যা। অনৌবা ক্লেট কয়া শাগত্তুনা অমদি অরিবা য়ুমশিং শেমজিন্দুনা সমস্যা অসি কোকহন্নবা সরকারনা কন্না হোৎনরি, মথং চহী তরাগী মনুংদা সমস্যা অসি কোকহনবা ঙম্নবা থৌয়াং পায়খৎলি।

মুংথিলগী মীকমদা ডিফেন্স মিনিষ্ট্রীগী মন্না ওইবা মীশক অমা লাক্লুনা রা ঙাঙ্লৈ। লৈবাক অসিনা তংদানা পানবা ঙমদনবা নোংচুপকী লৈবাকশিংনা লোয়া অমদি ফোংনা তৌরিবা ময়াম অদো শন্দোক্লা পল্লে। ঐখোয়না লৈরিবা সহর অসিদগী নোংচুপ-জর্মানীগী ঙমথৈ কিলোমিটর মর্কুতনি। ঙমথৈগী লমদা নোংচুপ-জর্মানী অমদি মহাক্কী সজ্ঞীশিংনা ঈরাং থোকহল্লবা শীল্লিবা উৎপাত ময়াম অদো মহাক্লা মথং মথং লীথরকই।

ভাষণ অদো লুংঙাইনা তারিঙৈদা রিসেপসনদা লৈবী হল্লুবী অদো ইনাক্তা প্রেপ প্রেপ চঙশিল্লকই, নাকোংদা তুমিন্না হায়রে, "মী অনিথক নঙবু উন্নবা লাক্লি।"

কনাবু ওইরিগদবা মীরৈবাক অসিদা ঐবু উন্নবা লাক্লিসিবু!

রিসেপসন কাদা লৈরিবা মেগাজিনশিং অহু য়েংহুনা পাথংমচা অনি ফমহুনা লৈরম্মী। ঐবু উবদা ফুক হোগৎলকই। মশক উবদা ভাব তাই, শোয়দনা ভারতমচা ওইরমগনি। মৈতৈ মশক মানুবহুনা চঙশিল্লকই, খুৎ শোক্লে নোকমি নোকমি। চীন্দগী খঙহোদনা থোকখি মৈতৈরোল, "বসন্তনিনে?"

"মানি।" খুন্নকই।

লাকমিন্নরিবা মন্নপ অহুম্ চঙশিল্লকই, খুৎ শোক্লে, "চন্দ্রশেখর।"

মখোয় অনিমক লাইনে-ফিন্ডে হায়বা সহরমচা অহুদা টেক্সটাইল টেক্নোলোজি তম্লি। বসন্তনা মণিপুরদগীনি, অহুগা মহাক্কী মন্নপ চন্দ্রশেখরনা দিল্লীদগীনি। তম্লিবা মহৈ অহু কয়া য়াম্না হৈরবা হায়বহুদি খঙদে, অহুবু ঙাঙবা শকপদি য়াম্না নীংথিনা হৈরে, মমিৎ-মনা য়াম্না শিংনা উরে।

ভারতগী ডেলিগেসন অমা লাক্লি, থোইদোক্লা মণিপুরদগী অমা রাওরক্লি খঙবদা উন্ননীংহুনা বার্লিন য়োক্লুরবা জাৎনি মখোয় অনি। বার্লিনগী ফ্রেণ্ডশিপ হাউস্তগী চপ-চাবী পাউ অহু লোয়রগা ঐখোয়গী খোঙ্গুল লীরক্লিবনি ভাইমার তান্না। মীরৈবাক্তা-ইরৈবাকমচা উন্নবা হায়বসে ঋয়াতা পুক্নিং লুংশিনবা! মখোয় অনিদ অমুক হায়নীংঙাই লৈত্রে।

ন্না অম'নি ঙাঙ্.নরগা থাদোকখিবা য়াম্দবনিনা মখোয় অনিবু ঐখোয়গী কাদা পুশিল্লে। ফমথহনা ন্নারী শাবা হৌবতা ঙায়রি কাউণ্টরগী হন্নুবী অহু চঙলকই, জর্মনলোম্দা করি করিনো হায়রে মখোয় অনিদা। চন্দ্রশেখর মহাক্কী মতুং ইন্দুনা থোকখি।

ঙসাইমথৈ ইংরাজী অমদি হিন্দীদা ন্নারী শান্নরম্মী চন্দ্রশেখর থোকখিবগা ঐখোয় অনিতা ঙায়হৌরবনিনা খঙহৌদনা মৈতেরোলদা ওন্নুগ্রে।

"কৈদোরে ? করি হায়রিবনো ?" ঐনা হংই।

"মখোয়গী হৌনবীনি, হোষ্টেলদা চঙ্.বা তারবদি ডাইরেক্টরগী পার্মিসন হান্না লৌবা তাই, ঐখোয় লৌহৌগ্রে, মহুগীনি।"

ঙাইহাক লৈরগা চন্দ্রশেখর হল্লকই মঙক মঙক ফর্ ফর্ হাইরহনা; "শাথীগ্রে মখোয়গী চেকশিনবী অসে।"

"ফত্রনে চেকশিল্লিবসে !" ঐনা হায়।

"ফরবন্নু ঐখোয়দি ওম্মোক্লা হৈনখিগ্রে। হৌজিক্তি থরবু ফরে, অহানবদদি ওম্মোক্লা হৈনরমখিগ্রে।" মখোয় অনিনা খুন্নকই। অহুদগী মথা তাথরকই, "মখোয়গী ডিসিপ্লিন, মখোয়গী মতম নাইবা, মখোয়গী থৌশূ-লাকশূ।"

"করম হায়না ভৌবা জাৎনো ?" ঐনা হংই।

"অঙকপা জাতিনি জর্মনশিং অসে। থবক শূগ্রে, শূবগী মতীক চাবন্নু ফগ্রে, পংচাতা চায়। ভৌবগীদি লোইনা মতম নাইনা, চাবন্নু শূবন্নু কোয়বন্নু। মতম নাইদবসে মখোয়দা তিল্লাইখোম্বী চুবগুম্বা জাৎনি।" মখোয়না লীথৈ, ঐনা অহুম তাশিল্লি।

"লাকপা নৌরিঙৈগী অহুরাইদা ইকাইবা নংবন্নু ন্নাওখ্রবনি।" চন্দ্রশেখরনা ন্নারী অদো ভৌরকই, "নোংমা ঐনা মরূপ অমদা হায়রুই, হয়েং নুংথিল্লু ঊমসিকো। মরূপঅহুনা হংলকই, পুং কয়াদনো ? ঐনা খুমই, পুং মরি-মঙাগী অহুরাইদা। মরূপ অহু ভাব তাদহনা চংঙক্লহনা ঐঙোম্দা অমুক হংলকই, পুং কয়ায়নো হায়রিহুবু। ঐ ভাব থংতা তারকই, ইকাইবনা মায়সে ঈচপমুক ঙাঙ্.ই, খুমই, পুং মঙাদ্রা।

মরূপ অহ্থু হন্দক্তি জ্ঞান তারমাল্লে, মঙক শুরকই, অহুদি পুং মঙাদনিকো। অসিনি মখোয়গী চৎনবী, চমম্নবা য়াদে, পুং মরি হায়রগা মরি, মঙা হায়রগা মঙা। পুং মঙা হায়রগা চপ-চাবী পুং মঙানি, মিনিট মরি-মঙা ঙনখৎপা নত্রগা খেঙ্থবা মখোয়গীদা চৎনদে।”

“অহুগা মখোয়গী মগুণ অমগা, হায়নখিবা য়া মখোয় শোয়নদে।” রসম্ভনা মখা তাথরকই, “তশেংনমক, মখোয়গী ডিসিপ্লিন, মখোয়গী পাংচুয়েলিটি, মখোয়গী সিন্সিয়ারিটি—ময়াম অসিনা শাগৎপা জাৎনি জর্মান এফিসিয়েন্সি হায়না ময়াম্না খঙনরিবসে।”

মখোয় অনিনা হায়বদো ঐ অহুম তায়, ঐগী মোতখোইদোক্ল ফোঙদোকলুদে।

হুমিদাং-রাইরম চাক-ঈশিং চামিন-থকমিন্নরগা মখোয় অনিবু থিন্দোকপা ওইনা ঐখোয় ময়াম, হায়বদি ভারতকী ডেলিগেৎশিং ষ্টেসন তান্না চৎলি। থোইনা লাপ্পা ষ্টেসন নত্তবনিনা অহুগীম্ভ মথক্তা মতমম্ভ লৈরিবনিনা খোঙনা চৎলম্মী। লম্বীদা জর্মান পাখং-লৈশাবী কাঙবু অমা থেংনরে। মখোয়গী মরক্তা ইংরাজী থোকপা অম-নিম্ভ য়াওরম্মী। ছাত্র-ছাত্রী ঙাক্তনি, অতোপ্পা সহরদগীনি, ভাইমারদা কোয়বা লাকপনি, ঐখোয়গী ইনষ্টিট্যুৎ মনাক্তা লৈবা নহারোলগী হোষ্টেল অমা লৈবহুদা থুংহুনা লৈরি। ঐখোয় ময়াম ভারত্তগীনি অমদি ঐখোয়গী ছাত্র অনিবু থিন্দোকপা চৎলিবনি খঙবদা মখোয়ম্ভ য়াওগনি হায়হুনা ইম্নরক্লে। লোন নীংখিনা খঙনত্রবস, নোনা শক খঙনবগী হৌনবী ময়াম য়া য়া তৌহুনা চৎপদা ষ্টেসন য়োখিবা খঙহৌত্রে।

ট্রেন থাগদবা পুংথায়মুক য়াৎলি। মতম ঙাইবা ওইনা অমদি অনৌবা মরূপ-মপাং খঙনবগী হৌনবী ওইনা চা নত্রগা কোফি অম-মমতং থকমিন্নরুসি হায়হুনা রেস্তোরাঁদা চঙলে। ঐখোয়গী ষ্টেসন-রেস্তোরাঁ অয়াম্বদা চিনৃবা অহুম হায়না চিনৃবা নত্তে, টেবল ময়াম অমা থারি, টেবল অমঅমদা চৌকি মরি নত্রগা তরুক কোয়শিন্না থারি। নাকন অমদা টেবল অনিথক হাঙহুনা লৈরম্মী,

মহুদা ক্ষম্নসি হায়হুনা ময়াম চঙশিল্লে। অহুবু মী মশীং অহুনা খরদি য়াম্বনিনা চৌকিশিং অহু কোন্নত্রে। অতোপ্পা টেবলগী মনাক্তা চৌকি খরা হাঙহুনা লৈরি, পাখং-লৈশাবী অনিখক্কা চৌকি অনি-হুম লৌরুরগা টেবল অনিহুগী মনাক্তা খারগা ময়াম ফমিন্নরে। ক্ষমথবতা ডায়রি, রেস্তোরাঁগী মুপী অমা প্রপ প্রপ চঙশিল্লুকুন্না করি কারিনো মখোয়গী মরোলদা ঙাঙলরে, মরোল অহু খঙদ্রবমু মমিৎ-মনা য়াঙাং-শাঙাং অহু উবদা ভাব তাই, মহাক মৈ হৌনা শাউরে। অভোপ্পা টেবলদগী চৌকি থাংদোক্লিবা করিগীনো মসিনি মহাক্কা য়াম্বররিবসে।

ঐখোয়গী লৈবাক্তা হোটেল রেস্তোরাঁদা টেবল অমদগী অমদা চৌকি থাংদোক-থাংজিন তৌবদা কনাম্মু করি হায়দে, কনাম্মু করি খনদে। অতুগা মখোয়গী লৈবাক অসিদনা কয়াতা চাউথ্রবা মরালনো!

মরাল লৈরবশিং অহুনা "লাঙ্গরে" হায়বদগী ওইরিগদ্রা নত্রগা মীরৈবাকমচা খরা য়াওবা উবদগী ওইরিগত্রা মুপী অহু খোইনদি শাংখরমদ্রে। অহুবু মহাক্কা য়েংলম্বা মিৎয়েং অহুদি অর্থ য়ামদ্রে।

**: ৯ :**

অমুক ব্রেকফাষ্ট টেবলদা মার্টিন চঙশিল্লকই ইনাক্তা, হায়রে, "ব্রেকফাষ্ট লোইরগা এক্স-রে ক্লিনিকতা অমুক্তা লেঙমিন্নরুবা তারে। নহানগী এক্স-রে অহুদা মখোয়না চিংনবা অমা লৈরে।"

অমুক ঙস্তা অসিবা ওস্বোকপা পাউ হায়হুনি! করিবু করি ওইরিগদবা! টি-বি লৈরে-কা হায়রক্লবদি ওস্বোক্লা দাউ হনথ্রনিদকো। পুক্নিং অসি লাঙতক্লরকই।

ঐগী লাংতক্লবদো ভাব তারমাল্লে মার্টিন, মখা তাথরকই, "খোইনা চিংনবিরুম্বু। এক্স-রে নম্বদা শোয়হুনা মামি নীংথিনা ভাদবা ওইরম্মু য়াই। অদোমতা নত্তে চৎকদৌরিসে, মী অহুমনি।"

ঐখোয় অহমনি—ভেনিজুয়েলাগী মেদাম মোলিনা, শ্রীলংকাগী করুণারত্নম অহুগা ঐ। ক্লিনিকতি নহানগী অহুনি, অহুবু এক্স-রে লৌকম কাদি নহানগী অহুগা মাম্নদে। য়োবগা থীন্দনা মথং মথং ঐখোয় অহুমগী এক্স-রে লৌবা লোইরে। লোইবগা চৎপা য়ারদ-বোই থল্লুরে, অহুবু চৎহল্লনব্রে, থাম্লে, "ঙাইক্তং ঙাইবিথো, রিজাল্ট খঙবিরগা চৎপিথো।"

ঙাইহাক লৈরগা কৌশিল্লকই কা অমদা। অহানবদা মেদাম মোলিনা মহাক্কী স্পেনিস ইন্টরপ্রিটবগা লোয়ননা থাজিনখ্রে। মহাক থোরক্লগা করুণারত্নম্‌ অমুক থাজিনখ্রে। মহাক্না চঙখি্র ঙৈদা নোকমি নোকমি থোক্লকপী মেদাম মোলিনাদা হংঙি, "কৈদৌরম্লে, করি হায়রকই।"

"কৈস্নু তৌরমদে ; থবাক্তা দাগ অমা লৈবা উবহুদা চিংনরুরবা জাৎনি। চহী কুনথ্রামুক মমাঙ্‌দা টি-বি থুংলুবগী দাগ ওইরাম্লে।"

করুণারত্নম্‌স্নু হরাও-হরাও থোক্লকই, মহাক্কীস্নু হুংশা থীনিংঙাই ওইবা করিমত্তা হায়রকত্রমাল্লে। ঐগীনা করিবু করি হায়রক্কদৌরিন্না। মিহুন অসি তীং তীং লাউই।

কা মচা অহুদা অহন ওইরবা ডাক্তর অমা ফমহুনা লৈরম্মী, নোকমি নোকমি হায়রকই, "হুংশা থীরুরব্রা ?"

হুংশা থীনিংঙাই লৈতে হায়বা ঐ ভাব তারে, মায়থোঙ অসি মতোমতা নোকক্কেৎ তৌজরকই।

ডাক্তরনা মথা তাথরকই, "করি থোইদোকপা তৌদে।" অহুদগী হংলকই, "চহী কুনমুক মমাঙদা নিউমোনিয়ানা নাথিব-কা য়াওব্রা ?"

"হোয়।"

"মহুগী দাগ থবাক্তা লৈহৌবা জাৎনি।"

কয়াক্তা চাওথৎলবা মেডিকেল সাইন্সনো ! নীংশিংলকই, চহী কুনমুক মমাঙদা নিউমোনিয়ানা শাথীনা নাথিবদো। আমেরিকাগী প্রেসিডেণ্ট ওইরম্বা আইসেন-হৱারগা ঐগা মতম অমত্তদা লায়না অসিনা নামিন্নখিবনি। থরানি মতুংদা রেডিওদা তাখি আইসেন-

হয়ার লৈতবগী পাউ। পাউ অহু তাবদা ঐগী পূক্নিং অসি কয়াতা পিকথখিবা—ঐম্মু মহাকতৌনা··· । থেনফম অদো ঐ নানুবুদি নাম্বোকহৌই, অহুবু ওম্বোক্না রানা থামুক হেন্না লাম্বেংনবা তাখি।

ক্লিনিকৃতগী থোরক্লগা চুমজ্রিং 'কাথে-ডাংকের' কিণ্ডারগার্টেন তান্না চৎলে। মক্লপ-মপাং পূন্নমক হান্নবা থুংহুনা লৈরম্লে। লম্বী মপান্দনি কিণ্ডারগার্টেন অদো, থোইনা চাউদে, মথোল মরিগী শঙ্নি, কা পূন্নমক য়াম্না লৢ-নাম্লি। কিণ্ডারগার্টেন অসিগী ওজা-মকোক অনিতা জ্রিয়েব অমদি ওজা অনি-হুমগনা ঐথোয়বু কা ময়াম অহুদা পুহনা মথং মথং য়েংহন্নি।

কিণ্ডারগার্টেন অসিদা অঙাং চাম-কুনথক লৈ—চহী অমদগীনা তরুক ফাওবা। অঙাংশিং অসি কাঙলুপ মঙা থোক্লা থায়দোকই চহী মতাংগী মতুং ইন্না। ওজা য়াওনা মী কুনহুমদোইনি মফম অসিদা থবক তৌরিবা।

সহর অসিদা অসিগুম্বা কিণ্ডারগার্টেন কুনথ্রা লৈ এড্ভাইজর অহুমগী মথাদা। হাইফেৎ অহন ওইরবী মেদাম অনিতা জিয়েবম্মু এড্ভাইজর অমনি। মথোয়বু মতেং পাংনবা মমা-মপাশিংগী মী মাপন্না শাবা এড্ভাইজরী কাউন্সিল অমম্মু লৈ, কাউন্সিল অসি চহী অনি খুদিংগী ভোট তৌহনা শেম্মি।

অয়ুক পূং তরুক্তগী সুমিদাংম্নাই পূং তরুক-মথায় ফাওবা কিণ্ডারগার্টেন পূন্নমক হাংহনা লৈ—নিংথৌকাবদগীনা ঈরাই ফাওবা সুমিং খুদিংগী। থাংজগা নোংমাইজিংগদি কিণ্ডারগার্টেন অহুম-থক্তমক হাংঙি।

"অঙাংশিং অসিদি করি লইরিক তম্বি ?" কনানো অমনা হংলকই।

"কিণ্ডারগার্টেনদা লাইরিক তম্বিদে।" অনিতা জিয়েব্না খুম্নকই।

অহানবা গ্র্পকী অঙাংশিং অহু কা অহুদা মথোঙ থাংহনা চৎপা হৈবোই-হৈতবোই লৈরি। মরোলমকম্মু নীংথিনা থোকত্রিবা মথোয় অসিদা করি লাইরিকনো তম্বিগদৌরিবা! মথোয়গী কা অসিদা হুই-হৌদোং, শা-মণ, উচেক-রায়ানচিংবা শান্নপোৎ ময়াম অমা

লৈরি—ময়াম অসিগা শান্ন-শান্ননা শকথঙ্নহনবা, মতুগা লোয়ননা মখোয়বু নর্সারী রাইম থরা তম্বিবা অসিনি।

মথংগী কা-শিংদা থরা থরা হেন্না চাউবা গ্রুপকী অঙাংশিং লৈরি। চহী মতাংগী মতুং ইন্না রাঙাং-শাঙাং ফজনা খোম্থোক চুন্না ঙাঙ্বা অঙাংশিং অসিদা তম্বি, লোয়ননা মথল-মথাগী মশান্ন, লাইয়েকপা, ঈশৈ-নোংমাই, হকচাং শাজেন্নচিংবস্থু তম্বি। মতুগা লোয়ননা তোঙান-তোঙানবা লৈবাক্কী অঙাংশিংগী পুন্সিগী শক খঙনহন্দুনা মীওইবা পুন্নমকসে অমত্তনি হায়বগী পুকচেল চেলহন্নবা অমদি অমবু, অমনা মতেং পাংনহনা হিংমিন্নবগী রাখল পোকহন্নবস্থু মখোয়দা তম্বি। অসিতম্থু নত্তনা অঙাংশিংদা লাইথী শাবা তম্বি, লাইথীশিং অহু চহী খুদিংগী সোলিডারিটি চয়োলদা য়োল্লগা শেনফম অমা তুংশিল্লি, শেনফম অসিদগী লাইরবা লৈবাক্কী অঙাংশিংদা মতেং পাংজি।

লৈবাক অসিগী মমা-মপা অয়াম্বনা থবক তৌবনিনা থবক কারকপা মতমদা মচা-মশূশিং পুরক্লগা কিণ্ডারগার্টেনদা থম্লম্মী, অতুগা থবক্তগী হল্লকপদা পুতুনা চংখি। মমা-মপানা মচা-মশূশিং মফম অসিদা থম্বগীদমক করি থোইদোকপা চার্জ পীদে, মখোয়না পীবা হায়ববু চাক্লেন অমদি শাঙ্গোমগীদমক লোংমদা অঙাং অমগী পৈশা (ফেনিং) কুনথ্রামগা অসিত্তনি। অঙাং মরি ভুরবা মমা-মপাগীদি করিমতা তিংদে, খরচ পুন্নমক সরকারগীনি।

কা-শিং অদো মথং মথং চঙহুনা য়েংজি অহুক য়ামথ্রবা অঙাং অদো চিরি-য়াঙ্গংবা তৌঞ্জং-কায়ংজবা অমত্তা য়াওদে, লোইনমক তীক তীক লাউবা মশা-মউ ফবা হরাও-তয়াম্বা ঙাক্ত। চাক-ঈশিং থোংফম, লাইয়েংফম, মফি-মরোল হোংফম···লোইনমক চঙহুনা য়েংজি। অসিদবু মশা-মউ ফরোইদৌরিবা হরাও-তয়াম্মোইদৌরিবা করিগীনো!

লৈবাক অসিদা অঙাংশিংনা খাইদগী হেন্না খুদোংচাবা ফংবা খাইদগী সুনা তৌবা কাঙবুনি হায়বসি পঙ্হায় হায়বা নত্তে। কিণ্ডার-গার্টেন অসিনা মতুগী প্রমান অমনি। খুদোং চাবা ফংলিবসে অথন্নবা অঙাং থরতগী রা নত্তে, চপ মান্ননা অঙাং পুন্নমক্কী রানি।

কিণ্ডারগার্টেনদগী থোরকপা মতমদা খরা খরা চাউবা অঙাংশিং অহুনা অতিথিশিংদা মখোয়না শাবা লাইথীশিংদো অম-মম খুদোল তৌরকই. মরৈবাক মরৈবাকশিংদা হুনগ্রগা অতিথিশিংনা মখোয়বু নীংশিংননবা। ঐখোয়না গাড়ীদা কাখৎলকপদা অঙাংশিংদো মখুৎ হাইর-হাইরহুনা লৈহৌই। কিণ্ডারগার্টেনগী অকোয়বদা লৈরিবা লৈকোন্দা শাৎলিবা মচু-মচুগী লৈরাংশিং অহুগা অঙাংশিং অহুগা অমত্তা ওইখিবগুম তৌখি।

মুংখিল অমুক সেমিনার। হীরম—এন্টি-ইম্পেরিয়েলিষ্ট সোলিডারিটি, বক্তানা কোমরেড কুর্টহোর্ড, সোলিডারিটি ওর্গোনাইজেসনগী সেক্রেটারী। সমাজবাদকী লৈবাক নোংপোক জর্মানীনা কেপিটেলিজম অমদি মসিগী অরোইবা ত্রাংকক সাম্রাজ্যবাদকী মায়োক্তা লৈবা হায়বসে মশানা তাবনি। অহুনা করিগুম্বা লমদমদা লৌমী-শিন্মীশিংগী লমজিং মথদা মীয়াম্না সাম্রাজ্যবাদী অমদি মখোয়গী খোঙলোইশিংগী ওৎ-নৈবদগী নাপ্নোক্লনবা লালহৌ হৌরকপদা লৈবাক অসিনা হীরম কয়ামুক্তা মতেং পাংঙি. মনীং-মথা তম্নবা হোৎনরিবা বিপ্লবীশিংদা অমত্তা ওইবগী রাথল ফোঙদোকপতা নত্তনা থবক্তম্বু উৎলি। মসিনি সোলিডারিটিগী মরু ওইবা নীতি অমদি পান্দম।

সোলিডারিটিগী পান্দম অসি মপুং ফানা পাঙথোকপা ঙম্নবা চাউরবা শেনফম অমা লৈবাক্কী মীয়াম্না থায়গৎলি। লৌমী-শিন্মী, ওজা, ওফিসকী থবক তৌবা, পেন্সন ফংলবা মী—মীওই খুদিংমক্না মখোয়গী আয়গী শরুক মচা অমা 'সোলিডারিটি ফণ্ড'দা দান তৌই। নহা-রোল অমদি অতৈ শেল থোক্তবশিংমু শেনফম অসিগী শেল থায়-গৎপদা ফজনা মতেং পাংঙি। মীপুম খুদিংমক্না নীতি অসিগী পান্দমদা শরুক য়াবা ঙম্নবা চহী খুদিংগী 'সোলিডারিটি চয়োল' পালন তৌই। চয়োল অসিদা মফম মফম খুদিংদা 'সোলিডারিটি বাজার' হাংহুনা মথল-মথাগী পোৎচৈ য়োল্লি, মসিদগী লাকপা শেনফম পুম্নমক 'সোলিডারিটি ফণ্ড'দা কায়।

মুক্তিগী লান্থেংদতা নত্তে শেনফম অসিনা মতেং পাংলিবসে। লৈবাক অসিদা মীরৈবাক্কী, খোইদোক্তা চাওথৎলক্লিবা লৈবাকশিংগী, ছাত্র

লিশিং তরেৎ-মথায়রোম হীরম্ কয়ামুক্তা মহৈ-মশিং তমহ্না লৈরি, মখোয়গী খরচ পুন্নমক শেনফম অসিদগী কাইরিবনি। অসিতা নত্তনা কেপিটেলিষ্ট লৈবাকশিংদা লৌমী-শিন্মীগী আন্দোলনদা শীংথানিংঙাই ওইবা খোদাং লৌরিবা মীওইশিংবু মতম খরা লৈবাক অসিদা লাক্কুনা পোথারনবা অমদি পৃথিবীদা শান্তি থম্মনবা মরূপ-মপাং ওইবগী আন্দোলনগী খরচম্ শেনফম আসিদগীনি। অসিগীস্ মথক্তা নীংথা ভম্বতা ঙায়রিবা লাইরবা লৈবাকশিংদা চিঙাক, ফিরোল হীদাক-লাংথক, লোউ-শিংউ অমদি কোল-কারখানাগী খুৎশূ-খুৎলাই ওইনা মতেং পাংলিবসিম্ শেনফম অসিদগীনি।

শম্না হায়রবদা, সোলিডারিটিগী নীতি অসি সোসিয়েলিষ্ট জর্মানী-গীদি পুন্সিগী শরুক অমনি। অহুনা সহর খুদিংগী মরু ওইবা মফম-শিংদা উগনি পোষ্টর—'সোলিডারিটাদ'—জর্মানলোন্দা। ঐখোয়না সেমিনার তৌরিবা কা অসিদস্ সোলিডারিটি-পোষ্টর অমা থেৎলি। মসিনা মরম ওইহুনা লৈবাক অসিবু 'লেণ্ড ওফ সোলিডারিটি'—সোলিডারিটিগী লৈবাক হায়না শীংথানৈ।

হুমিদাং ছাত্র-ছাত্রী ময়াম অমা লাকই ঐখোয়গী ইন্ষ্টিট্যুৎতা সোলি-ডারিটিগী হয়াও-কুম্মৈ য়াওবা —অয়াম্বনা ভারত, আফগানিস্তান, কিউবা, চিলি, পেরু, পেরাগুয়ে অমদি আলজিয়াদগীনি—ভাইমারদা লাইরিক তম্লিবা। য়ারী-য়াতাই শামিন্নহুনা, চামিন-শকমিন্নহুনা, ঈশৈ-নোংমাই তৌহুনা, জগোই শামিন্নহুনা ময়াম অহু অহিঙ নোংয়াই ফাওবা য়া য়া তৌহুনা লৈরম্মী—জাতকী, কুচুগী, লোনগী, ধর্মগী থেন্নবা পুন্নমক কাউহুনা ময়াম অদো অমত্তা ওইখি হুমিদাং অদো।

## ঃ ১০ ঃ

থংল-থংননা নিনি-হুন্নি সেমিনারদা ফাজিন-পুনশিন্দুনা লৈরুরবা মনুষ্যা মপ্রাঙ্গ্য কোয়ম্খোকপগী খুদোং-চাবা লাকপসিদি করি অমুক হায়গনি, পোল্দগী থাদোরকপা চেক্লাগী মতৌনি ময়াম অদো।

এর্‌ফুর্ট কোয়বগী প্রোগ্রামনি। কাউন্তি অসিগী কোন্নুংনি এরফুর্ট, ভাইমারদগী পূংথায়রোমতগী লম্বীনি। লৈবাক অসিদা ফাওই সহর অসি—মথল মচুগী লৈরাং অমদি মশক-মতৌ লৈবী শানৌগী-দমক্তা। অহুনা সহর অসিনা ঈখৌরাংহল্লি মীপূম থুদিংমকপু মতম পুম্নমক্তা।

গাড়ীদা কাখৎপগা ভাইমার সহরগী ঙমখৈ লাম্হোকপা কুইহৌদে। লম্বীগী য়েৎলোমদা' হৈকোন লৈকোনগী পরেং। লৈকোনশিং অহুদা হৈরাংনা চরোং চরোং পাল্লি—ঙংশং ঙংশং ঙাঙ্না মুল্লবা কয়ানি, হৈমুন ফারবা কয়ানা মতোমদা মথাদা কেন্দুনা তাহনা লৈরি—কনামতনা হেকপিরক্রবরা, কনামতনা থুনবিরক্রবরা খঙদে। লৈকোন্দা মচু-মচুগী লৈরাং কয়া শাৎলি—কনামতনা পৎ থৎলদমাল্লে। ওয়রোমদা ইংখোল মচা অম-মমগী ময়ায়দা য়ুম মচা অম-মম মথং মথং লৈরি, মীদি লৈবা উদে। সহরদা লৈবশিংগী মশা-মশানা শাজবা 'সমার-হাউস'নি। নোং-ফাদোক ছুটিগী হুমিত্তা মতু-মচা পুহনা লাক্লগা পোথারনবনি। অয়াম্বা মতমদা ইহাং-হাঙ্না তাহনা লৈবা জাংনি। অহবু কনামতনা ইংখোলহুংদা লৈরাং অমত্তা পৎ থৎলদে, পাল্লিবা হৈরাং অমত্তা হূরদে, মী লৈত্রিঙৈদা য়ুমশিং অহু থুগাই খোৎকাইবা করিগুম্বা অমত্তা তৌবিরদে। ঐখোয়গী লৈবাক্তা থাজবা রাবা মতৌনি।

এর্‌ফুর্ট য়োবা খঙহৌদে অনৌবা লমদম য়েংহনা চৎপনিনা। সহর অয়াম্বগী মমিং থোনবগী রারী লৈবা অহুম হায়না এর্‌ফুর্টকীসু লৈজে। এর্‌ফুর্ট হায়বসিগী অর্থদি এর্‌ তুরেলগী মথক্তা শাবা লান্-বন (ফুর্ট) হায়বনি। হোয়, তুরেল অহুদি হৌজিকসু চেল্লি, অহবু লান্‌বনদি লৈত্রে। ভাইমারগুম্না সাহিত্য, সংস্কৃতি অমদি রাজ-নীতিগী ইতিহাসতা সহর অসিগী মমিংথোইনা লৈত্রবসু কাউন্তি অসিগীদি হোজ্জিক মরূ ওইবা সহরনি, ভাইমারদগী চাউবসু য়াম্না হেল্লি।

সহরগী চিদাই অমদা গাড়ী থারে। গাড়ীদগী কূমথবগা ঈংবনা ত্রৎ ত্রৎ চিংশিল্লকই। নোং মরীক মরীক তারি, হুংশিংসু থরা থরা য়াওরি। অহবু ঐখোয় ময়াম করিমতা থৌ-রা শাবিদে। ঐখোয়তা

নত্তে কাঙবু কাঙবু নাইনা কোয়বা লাক্লিবা অতৈ অহুস্থু নোং-থী নোংমংলি, মুংশিৎ শিংলি, ত্রং ত্রং চিংশিল্লি হায়বগী বে-পররানি। বসৃতগীতা নত্তনা ট্রামদগীস্থু মী শঙ্গ, শঙ্গ, কুমথনরক্লি।

মফম অসিদা চহী খুদিংগী ইন্টর্নেশনেল ফ্লারর ফেষ্টিভেল হায়বদি আন্তর্জাতিক লৈগী মেলা পাঙথোকই। হৌজিক মেলাগী মতম নত্তে, অহুবু লৈরাংগী কুম্মৈদি রাত্তে। রাংতক তৌবা পাকথ্রবা লম্পাক অহুগী য়েংখিবা মাইকৈদা লৈগী লৈ ঙাক্তা—মচু মচুগী পুন্না পুন্না অমদি তোঙান তোঙান্না, অমুকস্থু মচু ময়াম পুনশিন্না—মরক মরক্তা পেরে-দগী ঈশিং শাথেক-লৈথেক্তা লোয়ননা কাপখৎলক্লি। লৈকোলশিং অহুগী অকোয়বদা শঙ ময়াম অমা পরেং শানা লৈরি— শঙশিং অসিদা মখল-মথাগী হৈ-রা অমদি লৌউ-শিংউগী অতৈ অতৈ থোইদোকপা পোখোক কয়াস্থু উৎননবা থম্লি, অহুগা লোয়ননা উমং-ৱামংগী উচেক-ৱায়া, উরী-ৱারী, মমল য়াম্লবা নুংনচিংবস্থু উৎলি। শঙ খরদা অমুক লাইরিক-লাইশু, মরূ ওইনা লৌউ-শিংউগা মরী লৈনবা লাইরিক-লাইশু অমস্থুং অঙাংশিংগী লাইরিক অমদি শান্নপোৎ কয়া য়োল্লি। মনাক্তা অঙাংশিংগী সিনেমা হোল মচা অমা অহুগা মরক মরক্তা রেস্তোরাঁস্থু লৈরি। পুং অম-নিদা য়েংবা লোইবগী ৱা লৈতে। অহুনা মেলা মফম অহুগী অকোয়বদা ট্রেন মচা অমা তত্তনা চেল্লি। ঐখোয়স্থু মহুদা কাখৎলে; উৎলিবা ময়াম অহু অম-মমতা নীংথিনা য়েংবা ঙমদ্রস্থু হাইফেৎ শত্তম অমা খঙননবা হায়হুনা।

নোং মরীক মরীক অহুনে মুংশিৎনগা কনশিল্লকপনে ঈংবদো শাথীনা হেক্জিল্লক্লে। ময়াম অহু হকচাং খরা শাগৎননবা চা-রা কোফি-রা করিনো অমা নত্রদি য়াররোই হায়নরক্লে। ময়ামগী মতুং ইন্না রেস্তোরাঁ অমদা চঙলে। অহুবু কদায়, ফম্ফম-ককা অমত্তা লৈতে, হান্না হায়দ্রবদি খুদক্তা ফম্ফমদি লায়রহুনা থরু-চানবা অমত্তা ফংবপোৎ নত্তে। ফিভম অহুদা ঙাইরবদি হৌজিক হোরেনগী ৱা নত্তে, অহুনা "ডাংকে, আফিদাজেন—থেংক্ ইউ, গুডবাই" হায়রম্লগা খোরক্লে।

গাড়ীদা অমুক কাখৎলগা সহর ময়ায় য়োরক্লে। ৱুম-কৈ অয়াম্বা

অসিরাইদদি অরিবা ঙাক্তনি, লম্বী-থোংনু থোইনা পাক্কে, থায়নাদ পারুম্বা ঙাংনি, হৌজিকী মতম অসিদদি পিকশিনখ্রে। ডাইমারদগী মসিনা হেনবা অমনা ট্রামনি—ট্রাম কয়া চেল্লি, অয়াম্বদি মুপীনা ড্রাইভরনি মুপীনা কণ্ডাক্টরনি।

মাঙ.জোননা পাউ খঙ.হনখিবা হোটেল অমদা লঞ্চ চারগা ময়াম সহর য়েংবা থোক্লে, হন্দক্তি থোঙনা পোৎচৈ লৈবনু ওইনা। পোৎচৈ লৈনবদি খরতনি, অয়াম্বাদ য়েংবগা হংবগনি। ময়াম অদো খ্‌.ষ্টমাস মমাঙ.দা ইম্ফাল সহরদা চাংমী ময়াম পোৎচৈ লৈবা কুমথরকপা অহুমঙাই। খেন্নবা হায়ববু মকম অসিগী চুকান ক্লিন্নি-বীশিং অসে ওম্বোক্লা থোয়গ্রে, লাক্লিবা ময়াম অহুবু কৌশিনবা চিংশিনবা অমত্তা তৌদে, নম-হাহুনা য়োনশিনগে তৌদে।

ঐখোয় ময়াম অহু ইণ্টরপ্রিটর মরি অমদি রোমাইকে থারগা মঙা অহুনা পুব-থাংবা ঙম্বা পোৎ নত্তবনিনা মচোই মচোই তানরে। ঐখোয়-গী গ্রুপতা অহুমত্তা ঙায়হৌরে; অহুবু মাঙগনি 'হায়বগী অকিবা লৈত্তবনিনা পাংচত্তা চৎলে। চৎন-চৎন লম্বী ময়াম ভিন্নকম অচৌবা স্কোয়ার অমদা তাক্লবে। অসি য়ৌরবদি ময়াম ঙাইবা করে খন্নুনা অহুরাইদগীদি পঙহেন হেনখ্রে। চাউথ্রবা স্কোয়ার অহুদা ঙাহৌ ঙাহৌ চত্তুনা লৈরিঙৈদা মুপী কাঙ.বু অমা ঐখোয় তম্না চঙশিন্ন-কই—ঐখোয়গুম্বা লম কোয়বা লাকপীনি। মশা মউ তৌক্‌ তৌক লাউবদো উবদা ঐনা হায়, "শোয়দনা রাশিয়ান ওইরমগনি।"

নকশিল্লক্লগা মোনহা অমনা ইংরাজীদা হংলৈ, "এক্স্‌কিউজ মি, ইণ্ডিয়াদগী ওইবিরব্রা ?"

ঐখোয় হাইক্লেৎ ঙকই, পুক্লিংদা লুংঙাইবনু পোকই, থুমই, "মানি, করম হায়না খঙবিরিবনো ?

"কোকয়েৎ'সিদ।" সর্দারজীগী কোকয়েৎপুনি। মখা তাথরকই; "ঐ ইণ্ডিয়াদা চহী তরারোম লৈজরম্মী। অঙকপা লৈবাক্লি কাউবা য়াদবা।"

ইণ্ডিয়াগী নরমদা থরায় যাওবদো উবদা ঐখোয়নু মহাকা য়ারী অহু লুংঙাইনা শানরে। হায়গুম্মহুনা মখোয় পুম্নমক সোভিয়েৎ

ইউনিয়নদগীনি। সোসিয়েলিষ্ট, লৈবাক মশেন কোয়নবসিদি মচীন-মনাউ মরী-মতাগীদা চৎনবগুম্বা জাৎনি, অথিং-অপন থোইনা লৈতে—পাংকোয়ত্তা কোয়নৈ, পংচত্তা চৎনৈ।

মৌনহা অহু মোস্কোদগীনি, তশেংবা ময়ুমদি উক্রেইনদনি। ইণ্ডিয়াদা চহী তরারোম লৈরম্বা অহুদা লৈবাক অহুগী মকম কয়া কোয়রুবগী রারী, লৈবাক অহুগী কলা অমদি সংস্কৃতিগী রারী—ঙাইহাক অহুদা য়াওশিল্লকই।

"মণিপুরদগি য়ৌবিরম্রিরোই?" ঐনা হংঙি।

"হোয় মণিপুরদদি য়ৌজরমদে, অহুবু মণিপুরগী ফজত্রবা জগোই অহুদি ঐ দিল্লীদা য়াম্না তোয়না উজরকই।" অহুদগী মথা তাথরকই, "হন্দমুক ইণ্ডিয়া চৎলবদি মণিপুর শোয়দনা য়ৌজরকনি।"

"শোয়দনা লেঙবিরকউ, মণিপুরদা অদোমবু ওকচবগী খুদোং চাবদো ফংজগে।" ইপূক্লিংদদি খল্লি, ইণ্ডিয়াদা অমুকা লাক্লবম্ মণিপুরদা কদায়দগীনো!

মহাকম্ হায়রকই, "অদোমম্ অমুক হন্না সোভিয়েৎ ইউনিয়ন কোয়বিরক্লবদি উক্রেইন য়ৌবিরকউ। য়াম্না মুংঙাইজরে অদোমগা ঙাইহাক রারী শাবা ফংজব'সিদা অরিবা মরূপ উনবদৌনা,…চৎচরগে, দস্ভিদানিয়া।"

"স্পাসিভা, দস্ভিদানিয়া।" ঐসু খুমই।

মথোয় ময়াম অহু চৎখিবগা কলকতাগী মরূপ অমলবাবুনা বাংলাদা ফাগি তৌরকই, "আর পারা যাবে না—প্রোফেসারগা চৎমিন্নব-সিদি য়ারোইদৌরি, রাশিয়ান রাহৈ খরা খঙবগী খুদোং চাবা য়াম্না লৌরে।"

"কনানা খঙবা নখোয়গীসু তাঙ্গা লাকপা য়াইনা।" ঐনমুক ফাগিহুদা ফাগি তৌশিল্লি।

নোং-মুংশিৎ য়াম্রনা ঈংলবা ক্লিভম অহুদা মপান্দা কুইনা কোয়ব-লাকপা য়াবা পোৎ নত্তে। কোয়বগী মহাওবুদি ঈংবগী ময়াইনা

হেঞ্জিল্লক্কবা অহুদদি ময়াম হনখিবনা করে খন্দুনা গাড়ীদা কাখৎনরে।

হুমিদাং-রাইরমগী ডিনারদা মী অনি হেঙ্গৎলকই—হুপী অমগা হুপা অমগা। মখোয় অনিমক প্রেস্‌দেনদগীনি, থাগী চেকোঙ 'জি-ডি-আর রিভিউ'গী মীহুৎওইনা লাক্লিবনি। হুপী অহুনা রিপোর্টারনি অহুগা হুপা অহুনা কেমেরামেন্নি। হুপী অহুগী মশক মতৌ, শাওং-শাদা, রাঙাং-রাত্তা অহু উবদা গৌহাটিগী মরূপ মেধীনা কাগি তৌরকই, "ফিল্ম-ষ্টার ওইগে হায়রহুনা কৈদৌনবা রিপোটার ওইরিবা!"

চাব-থকপা লোইরগা লাউঞ্জদা হুপী অহুগা থেংনরে, ইংলিশ থোক্তে, অহুনা মোনিকাগী মতেং লৌরে ঙাইহাক্তুং রারী শানবদো। অহুবু মরূ ওইবা রারী অহু শাবা হৌদ্রিডৈদা ময়াম হুপচিল্লক্লে। রিপোর্টার অহুনা হংবগী মহুত্তা ময়াম্না হংজিল্লকপা রাহংনা হেঞ্জিল্লক্তুনা জ্ঞান-মেন অমত্তা তাখিদ্রে।

ফিল্ম উৎপা মতম য়োরকহুনা বেল থীংলক্লে। ঙসিগী ফিল্ম য়েংদবা য়াদবনি। মেক্সিকোগী মরূপ-মপাংশিংনা য়াম্না রানা পুরকপা ফিল্মনি—ডোকুমেন্টারীনি, মমিংনা "নিকারাগুরা-১৯৭৮।" নিকারা-গুরাগী মীয়াম্না লালহৌ তৌহুনা ফেসিষ্ট ডিক্টেটরবু লৌথোক্তুনা অনৌবা মীয়ামগী শাসন পুরকপগী থৌদোকশিং অহু হকথেংননা নমহৌবা ফিল্মনি। অহুনা কনামতনা মহু নাম্বোকহনবা তৌদ্রে।

# : ১১ :

ঙরাং সেমিনারদা কাজিল্লুনা লৈরুরে। অহুনা ঙসিদি অমুক মপান্দা পুথোকপিরে, ভাইমারগী মপান্দদি নত্তে—সহরগী মহুংদা ইনষ্টিট্যুৎতগী পংলাপ লাগুনা রেডিও ষ্টেসনদা। থোইনা লাগুবনিনা থোঙনা অহুম চৎলে। ষ্টেসন অহুনা লৈরিবদো চীংথকুম্বা অমদনি, অহুনা কাখৎপদা মদো খোংবা থরদি য়াওনরে, মরূ ওইনা হুপী অনিহু।

ষ্টেসনগী ডাইরেক্টর অমদি মহাকী ষ্টাফ থরনা ঐখোয়বু গেটতা ওক্লম্মী, অদুনা গেট পাররিবা ইউনিফোর্ম শেংপশিং অদু মখোয়গী থবক শমজিনজবা ঙমজয়ে, অদুগা ঐখোয়দমু ঙাইহাক্তং ওইরবমু অপনবা হায়বদো থোকহনরে।

মপান্দগী য়েংবদদি শঙ অদু মখোল অনিতা গুবা মাল্লি, মনুংদা চঙলগদি মখোল য়াম্নরে। থোইনা চাউবা মান্দবা বিল্ডিং অদু কাগী কা ঙাক্ত ঙায়ররে। লৈনুংদা হনজিন্দুনা লৈবা কা, অমদা ঐখোয়বু পুশিল্লি—মিটিং তৌফম কানি। মফম অদুদা মী থরগমুক লৈরম্মী ঐখোয়বু ওকপা ওইনা—চৌকিনা ইকোয়-কোয়শিনবা শাংলবা টেবল মথক্তা অচাথক ময়াম। ব্রেকফাষ্ট লোইরকপতা ঙাররিবনিনা মাঙদা থিল্লিবশিং অদুদা কনামতা থোইনা মিতারুরে। ঙাইহাক রারী রাতাই শাম্নরগা হোৌগৎলে কা ময়াম অদু য়েংবা।

শঙ অসি রেডিও ষ্টেসনগীনি হায়না শাথিবা নত্তে, শোক ১৯৪৫দা ফেসিষ্ট ফিলোসোফি তম্বিনবা শাথিবনি। অদুবু ফেসিষ্ট ফিলো-সোফি শঙ অসিদা চঙবা নংথিদে, শক্লাক্ত্রিভৈ ফেসিজমবু ফুমজিনথিবনা হানথি। কাউন্টি অসিগী হেড-কোয়ার্টার এরফুর্টনা ওইজরমু এরফর্টতা রেডিও ষ্টেসন লৈত্তে। মসিগী মরমদি, নোং-পোক জর্মানী অসি অহানবদা প্রোভিন্স মঙাথক্তা থোক্লা থায়-দোক্লম্মী, হৌজিক কাউন্টি অহুমথোক্লা থায়দোক্লবা মতম অদুগী থুরিঙ্গিয়া প্রোভিন্সকী হেড-কোয়ার্টার ভাইমারদা ওইরম্মী। অদুনা রেডিও ষ্টেশন অসি ভাইমারদা লৈবা তাথি। হৌজিকমু ষ্টেসন অসি কাউন্টি অহুমগীনি। লৈবাক অসিদা অসিগুম্বা রেজিওনেল ষ্টেসন তরেৎথক লৈ।

ডাইরেক্টরনা পুদুনা য়েংহল্লি কা ময়াম অদু মথং মথং—মসিনা ষ্টুডিওনি, মসিনা রেকোর্ডিং রুমনি, মসিনা প্রোসেসিং রুমনি, মসিনা রেকোর্ড রুমনি···। য়েংহল্লি থুংঙ-থুংলাই ময়াম অদু, অয়াবদি মতমগী ঙাক্তনি, ঐখোয়দা নৌনা থোকপা কয়ামু য়াওরি।

ডাইরেক্টরনা তম্মি, চহীদা ষ্টেসন অসিগী প্রোগ্রামগী মরমদা ইরকপা চিঠিঅমদি টেলিফোন কোল অসি চাউরাক্লা লিশিং তরামঙাদগীনা কুল

কাওবনি। অয়ুক পুং মঙাদগী হুমিদাং পুং তরা কাওবা প্রোগ্রাম লৈ, মসিগী মহুংদা পুং মঙাদি রেজিওনেল প্রোগ্রামনি, অতৈনা য়িলোনি। প্রোগ্রামদা চাউরাক্লা চল্লিবা হীরমশিংদি—ঈশৈ-নোংমাইগী মথক্তা ছাত্রশিংগী ওইনা লাইরিক-লাইওগী প্রোগ্রাম, লোমী শিল্পীশিংগী ওইনা ম্যাগ্নিজমগী পারা, লৌউ-শিংউগী পাউজেল, কমেন্টারী… অসিনচিংবা। ঈ-পাউদি পুংথায় থুদিংগী। অহুমা হোয়, শান্ন-খোংনবগী ঈ-পাউমু তোয়না য়াওই।

“য়াবিরবদি প্রোগ্রাম অমা শীজরকে, য়ারী-য়াতাই নত্রগা চুম্নগী টোক অমা, লৈবাক অসিদা অদোম্না খেংনবিবা থরা…,” ডাইরেক্টরনা হায়রকই। ঙরাংমু 'জি-ডি-আর রিভিউ'গী কাওবুনা আর্টিকল অমতং ইবিয়ু হায়বনি।

য়াম্না থুনা হায়জিল্লরুবদি ঐঙোন্দা য়ানা থোকপা য়াই। করিগী মরমদনো ঐনা ঙাঙ্গদোবা নত্রগা ইগদোরিবা!

ষ্টেসনদগী থোরক্লগা লম্বীদা চৎনা চৎনা কন্যানো অমনা, কলকত্তাগী মরুপ অমলবাবু ওইরমাল্লে, লংজিন অছু ভাকপগুম হায়রকই, “অঙকপা নত্রনে য়েংঙু মখোয়গী মীশিং অসে! অহনমু অঙাংমু লম্বী মপান্দা পাল্লিবা হৈ-য়াশিং অসে হেক্তুনা অমত্তা চাদমাল্লে, চাবা হৈতমাল্লে। ঐখোয়গী লৈবাক্তা ওইরদি অমত্তবু লৈখিগদ্রা?”

মানি ঙক্লিংঙাইনি হায়বা য়াই। লাকপা হুমিত্তগী উরক্লিবনি—হৈকোন-লৈকোনগী য়াদি তোল্লসি, লম্বী মপান্দা জুম জুম পাল্লিবা হৈরাংশিং অসে কনামত্তনা পৎ থৎপা উদে। ঐখোয়না চৎলিবা লম্বী অসিগী নাকন অনিদা পরেং শানা হোৌরিবা হৈরাং পাম্বীদা হৈমুন কারবা হৈরাংনা তেকথমথৈ পাল্লি, কনামত্তনা হেকপিদমাল্লে। মছু উবদনি মরূপনা হায়রিবসে। লম্বী মপান্দা পুলিশ নত্রগা চৌকিদার অমত্তা লৈতে। হৈ-য়াগী য়াদি তোল্লসি, লম্বী মপান্দা লৈরিবা টেলিফোন বুথশিং অসে ঐখোয়গী লৈবাক্তা ওইরবদি লোইরি। মিংশেল্লা মাইকৈ মরি থাজিনবা উপু অসিদা অহন [illegible] [illegible] থঙদে, চুপী থঙদে, চুপা থঙদে চঙলগা থাদকম থোকপা লৈবা-অছু থাদয়গা টেলিফোন তোগদবছু তোয়গা অদুম চৎখি,

কনামতনা মরী থদংলমদে, রিসিভার লংথাইরমদে, থারিবা মিংশেন অমু মুগাইরমদে। ডাক টিকেট ডাকঘরদা য়োনদে, লম্বী মপান্দা মিংশেন-থোঙ পানবা উপু অমদা শন্দোক্তুনা থম্মি, অয়োনবা মী লৈডে, লৈনীংবা মীনা অমুম লৈখি, পৈশা অমু মশা মশানা থঙনা অমুম থাদরমই। ঐখোয়গী লৈবাক্তা ওইথোকত্রা অসিবু? হোয়, চাংয়েংবুদি ভৌথিবগী য়ারী হৌজিকম্ মরক মরক্তা য়ারীনরি। শোক য়াংখৈগী অমুয়াইদা মতম অমুগী মণিপুরগী মমিং চংলবা মুংঙিগী চেস্লোঙ 'ঙসি'গী সম্পাদক শ্রীকৈশাম কুঞ্জবিহারী সিংহনা লম্বী মপান্দা উপুমচা অমম য়াম্লগা থবর থরা থমমুনা চাংয়েং অমু ভৌথি। থবর পাবশিংনা হয়াও হয়াও থবরশিং অমু মথুং মথুংনা লামমুনা লৌনখি, অমুবু থবরগী মমল অমু থাদরম্বদি থোইনা য়াও-থিদে, মমুগী মহুত্তা লৈতুম নুংমুম।

তম্বদা থাজদবা য়াই, লম্বী মপান্দা থামুনা থম্লিবা কার ময়ামগী য়া। সহর মচা ওইরবম্ কারদি য়াম্না লৈ। থুংলবা মুমিংকী মুমিদাং-য়াইরম অমুমক্তদা লম্বী মপান্দা পরেং শানা থামুনা লৈরিবা কার ময়াম অমু উবদা হংলুই, "কার ময়াম অসি করিগী লম্বী মপান্দা থাদ্না থম্লিবা?"

মেদাম বার্গনা থুম্লকখি, "ঐখোয়গীদি গেরেজ থোইনা লৈনদে, লম্বী মপান্দা গাড়ী অমুম থম্লে।"

অহিঙ চুপ্পা মপান্দা কার ময়াম অদ্ অদ্ম লৈ, নোংঙানবা কাওবা তেক্ত-কারদনা অদ্ম লৈরমই। গাড়ী মন্থুংদা করিগুম্বা মতমদা ওভারকোট, কম্বলনচিংবম্ অদ্ম থম্লরমই, নোংঙাম্লগা অদ্ম লৈরমই কনামতনা পুরমদে।

"হোয়, মরক মরক্তা ঙাওশিন্নবা পাথংমচাশিংনা অম-নিকা অদ্ক ভূমিন্না পুথোক্লগা অহিঙ চুপ্পা থৌবমখৈ থৌদ্না শাম্লকপগা নোংঙান-কাত্রিঙৈদা থমজিন্নবম্ য়াওই।" মেদাম বার্গনা হায়রকই।

থাজগত্রা, হেক্লিম্না তম্বদি নত্তে, দুকান অমত্তগী থোঙ্দা শারং নত্রগা শট্টার পানদে। মিংশেন্না থাজিনবা দুকানশিং অদ্ থাউমৈনা পুমঙান ঙাম্না অহিঙ চুপ্পা অদ্ম লৈ, দুকান মন্থুংদা মমল য়াম্লবা

পোৎচৈশিং—ফিরোল, লিক-কোন, ঘড়ী, কেমেরা, ট্রানজিষ্টর, টেপ-রেকোর্ডার—ময়াম অদু অদুম লৈ, মপাল্লগী ফজনা অদুম উবনিনা মুমিদাং থেঙ্লবা কাওবা মুপী-মুপাশিংনা শো-কেসকী পোৎচৈশিং অহু অদুম য়েংনৈ, দুকান-শঙবা মী লৈতে হায়দুনা কনামতা মিংশেন থুগাইদুনা পোৎচৈ অমত্তা লৌথিবা তৌদে।

ঙসিদি অকরুবা প্রোগ্রাম থোইনা লৈতে। মুমিদাংরাইরম অহু ফিচর ফিল্ম অমা য়েংঙি। মেল্লিকোগী মরূপমপাংশিংনা পুরকপা ফিল্মনি—চিলিদা মিলিটারী জুন্তানা মীয়ামগী সরকার অমদি মীয়াম নমথিবা থৌদোক অহুগী মতাংদা নম্বনি—মমিংনা ট্রানজিসন। ফিল্ম অহুনা নোংহোননা নীংশিংহল্লি চহী তরেৎলোম মমাঙদা থোকখিবা চিলিগী লাইবক থীরবা থৌদোক অদো। অহুবু অকনবা থাজবা অমদি পোকহল্লি, নোংমা নত্রগা নোংমদি চিলিগী মীয়াম্না শোয়দনা মায় পাকনি।

মুমিদাং অহু শ্রীলঙ্কাগী মরূপ করিমগা ঐগা কোয়থোক্লসি হায়দুনা থোক্লে, কাজিন পুনশিন্দুনা লৈবসি ইহৈ হৈনদে। লম্বী লমথাংদা মী থোইনা কুংত্রবম্ব চৎতি চৎনরি, সহরগী ময়োল য়েঁশিল্লকপগা লোয়ননা মী কুংবা হেঞ্জিল্লকই—পাথং-লৈশাবী, অহন-নহা; সহর অসিগী মী, মপাল্লগী লাকপা মী; কুচু অঙৌবা ঙৌদবা···। থরনা মথোঙ কল্লা থাংদুনা চৎলি, থরনা দুকান ময়ামগী শো-কেসতা লৈরিবা কজ-কজরবা পোৎচৈশিং অহু য়েংনরি, অপাম্বা য়াওরগা হয়েং লৈগদৌরিবা, ঙসিগী য়াদি লৈত্রে। হোটেল, রেস্তোরাঁ অয়াম্বা মী হাঙ্দে। নহারোলশিংগী তোঙানবা ক্লব থরদি মীনা চিং-চায়বা ঙম্নদনা লৈরি,ছাত্র-ছাত্রী নত্রবদি মকম ঙসিদা চঙ্বা য়াদে। অচা-থক্কী মমল ক্লবশিং অসিদনা মকম অতৈদগা তংথায় অমা তাই। ঐথোয় অনিমক নহা নত্রে, অহুবু নহা শাবদি য়ারি। ইন্স্টিট্যুৎনা ঐথোয়দা কার্ড অম-মম পী, মহুবু উৎলবদি য়ারে, ছাত্র নত্তে হায়না কনানম্বু হায়রোই। ঐথোয়গী কার্ড অহু উৎলগা ক্লব অমদা চঙ্লে। অহুবু থেঙ্গ্রমাল্লে, কমৎবতা ঙায়রি হায়বা য়াই, ক্রিং-ক্রিং বেল খীংলক্লে। ময়াম অহু-খীম্বদে, কুক কুক হোৌগৎনথিং, মপান্দা থোক্লখি। ঘড়ীদা

য়েংঙি, বারো ভারে। অছুননি বেল থীংলক্লিবা, থীম্বা ভৌদনা ময়াম খোক্লক্সিবা। অহিঙ নোংয়াইবু য়োরবদি ক্লব পূন্নমক খোঙ হেক্তা থিংলে, লাইগী মচা ওইরবস্থ চোম্বনা লৈবা য়াত্রে।

ক্লবতগী থোরক্লগা চুমজ্রিং ঐখোয়গী লৈকম পাংলে। অছুবু সহরগী ময়োলদগী হাইদোরক্তুনা থরা চৎলগদি জ্ঞান থংতা তারক্লে, ঐখোয় লম্বী লম্মুক্লরে। করম হায়না লম্মুক্লরিবনো খঙদে। খোইনা চাউবা সহর নবে ভাইমার। সহরগী ময়োলদগীনা ঐখোয়গী লৈকম অছু ফাওবা আনি-অহুম্নকস্থ চথোক-চৎশিনি ভৌথ্রবনি। ঈংগা ঈংশিল্লক-পনে করিনো ভৌগদৌরিবসে জ্ঞান তারক্ত্রে। সহরগী চিদাই ওইরক্লবনিনা মী-পোংস্থ অমত্তা চৎনখিদ্রে। ঈংলবা থেঙলবা অহিঙ-সিদা কনানস্থ চৎকদৌরিবা! সহর মচাগী হৌনবী গাড়ী ফাত্তবা চেনখিদ্রে,.লম্বীদা পুলিশ লৈবস্থ উদে। কনাদনো হংগদৌরিসে? ঐখোয় অনি ভাব তাদে, অছুবু খোঙ থাংবদি ভোক্তে। অমকস্থ থল্লকই, য়োনীংবা মক্তমদা য়োজবা হায়'হুনি। অছুবু অরাবদি, ঈংবনা ত্রৎ ত্রৎ চিংশিল্লক্লিবা অসিনি, অছুগীস্থ মথক্তা কনানা খঙবা তাকুতারাং-ককা থেংনরবদি..., অহিঙ নোংয়াই অসিদা লাউ-খোংলবস্থ কনামতনা তারোই। পোৎচৈত্তা মূনবিপ্রদি কৈদো, থৌরী মেৎখায়হুনা হাত্তোকপিরম্লবদি ঐখোয় অনি লোইজরেদো।

লম্বীগী নাকন অনিমক্তা থাউমৈ পরেংনা ঙাল্লি, অছুবু মঙালগী অয়াম্বা শরুক্তি উপাল পরেংগী পূংলবা উনারক্তা কেকুলোৎপী শান্নহুনা লৈথিবনা.লম্বীগী নাকন অনিমক উরুম ওইনা ভৌরে, পংঙান ঙাদ্রে। থরা চৎলগা লম্বীগী লম্রোং অমদগী হুপী অমা হাইজিল্লক্তুনা মাঙ.দা লাগুক্লা মল্লি-মল্লিবা লম্বী অছুদা মথোঙ কপ, কপ. থাংহুনা চৎপা উই। নোংয়াই মতুং অসিদা হুপী অমথক মতোমতা, লাই থাজবা মী ওইরবদি হেলোইনি.কা হায়হুনা চিংনরগদব জাৎনি।

হুপী অসে ভাম্নদবা য়াদে হায়হুনা ঐখোয় অনি চেনবোই লাকপোই ভানথৎলি, কৌই, "হেল্লো, হেল্লো, রেইট প্লিজ।"

মুপী অদো তাদমাল্লে মখোঙ থাংবা তোক্তে। ঐখোয়না কৌবা তোক্তে। হন্দমুক্তি তায়মাল্লে, খংলেপ লেপ্পি মুপী অদো। মনাক্তা চঙশিল্লি ঐখোয় অনি। মুপী মদো য়াম্না নহানি, নৈশাবী ওইরম্বা য়াই নত্রগা মৌনহা, মশক-মতৌনু কজে, শঙং-শাদা তোজানৈ।

"ইংলিশ খঙবিবয়া ?" হংজি মতোন্দা।

"খঙজদে।" মঙক হাইরহনা মরোলনা খুম্নকই।

ঐখোয় অনি চম্মরৈ, খয়ে কৈদৌসিগে। লোন খঙনদবা হায়রবদো অম্মি ওইরে। তাইহাক য়াখল তৌরগা অমুক হংজি, "ইনষ্টিট্যুৎ ফির. কোমিউনাল পোলিটিক··· !"

মুপী অদো ভাব তাত্রমাল্লে, মঙক হাইরকই।

ঐখোয়না হনবা লৈত্তে, ঐখোয়গী লৈফম মনাক্তা চেপ্পিবা লম্বী অনিহুগী মমিং অদো অমুক হায়রহনা য়েংজি, "সালভাদোর আলেন্দি ষ্ট্রাসে···পাবলো নেরোদা ষ্ট্রাসে··· ।"

মুপী অদো তাইহাক য়াখল তৌই, হন্দক্তি ভাব তায়মাল্লে, মঙক অহু তুরকই, "ইয়া, ইয়া।"

অহুদগী ঐখোয়না খঙদবা মরোল অহুদা মখুৎনে মশানে তৌহনা ঐখোয়বু মতুং ইন্নবা হায়রকই।

লম্লোং অম-নি লাখোয়ুগা লৈয়ম্লে সালভাদোর আলেন্দি ষ্ট্রাসে। চৌন্দগী খঙহৌদনা থোকখি, "থেঙ্ক ইউ, ডাংকে।"

নোককেৎ তৌয়ম্লগা মন্নি-মন্নি অহুদা মহাক অমুক কপ, কপ, থাংহনা চৎখরে মহাক্তী লম্বীদা। মহাক্না চৎখিবা অদোমদা য়েংহনা ঐখোয় অনি তাইহাক ভবুনা লৈহৌই, ঐখোয়গী লৈবাক্তা অমুম হায়না নৈশাবী নত্রগা মৌনহানা মতোমতা অহিঙ নোংয়াইদা কন্নিমতা চিংনদনা চৎপগিবু করি মুমিং ওইখোক্লবা !

## : ১২ :

ঙসিদি অমুক এরকুটতা। কেসিজমগা লাম্বেংনবদা থল্লায় থাখিব-শিংগী নীংশিং-ছুমিৎ লৈবাক শীয়া পাদন তৌরি, এরকুটতমু—মচু-দনি ঐখোয়না য়াওবা চৎলিবা।

নোংমাইজিংনি, অছুনা লৌবুক-লম্মাং পুম্নমক তুম্মিয়া পোখাছুনা লৈরি। খুলংগী মচা অমদা, পোংচৈ পৈকম ওইরমাগ্নে, মেশিন ট্রেক্টর ট্রেলার-ময়াম অদো লোইনা পূনশিন্দুনা তুমছুনা লৈরি। লম্বীদদি গাড়ী য়াম্ভে, মানা মানা থোকপা হুইস্ হুইস্ থোছুনা চৎলি। লম্বী চৎপগী নিয়মদি কনাম্ থুগাইদে, মাঙদা চৎলিবা গাড়ী অছুনা সাইন পীজ্রিমখৈ তুংগী গাড়ী অমত্তা হাইগৎনদে।

নহানমখৈ য়েংলুদে, ড্রাইভরগী সীট মনাক্তা নেম-প্লেট অমা য়াল্লি, মচুদা ড্রাইভর অছুগী মমিং থারি। বস্ খুদিংগী অম্তুম হায়না ড্রাইভরগী মিং থাবস্রি লৈবাক অসিগী চৎনবীনি। অতোপ্পা বস অমগা খৈনবা মতমদা ড্রাইভর মশেল মখুৎ হাইনৈ, মসিন্তু চৎনবীনি। গাড়ী অতৈগা খৈনবদদি হাইনদে, মায়-মায়বা শিন-কমগী সুংশিনবা হায়বদো ওইরমাগ্নে।

সহরগী লম্বী য়োংশিন্নরে—মী,গাড়ী/কুংবা হেজিন্নরে, ট্রামসু উরগ্নে। থরা চৎলগদি গাড়ী চঙবা য়াজ্রে, গাড়ীদগী কুমথরে। লম্বী মীনা চিৎ-চায়বা ওয়দে। লম্বীগী নাকন অনিদা কিরাল মচা মচা থেৎলি য়ুমগী বেলকোনিদা থোঙনাউদা—মরক মরক্তা অঙাংবা বেকগ্রাউণ্ডদা অঙৌবা ময়েক্কা ইবা পোষ্টর ময়াম।

থরা চৎলগা লৈরগ্নে স্কোয়ার অদো—মিচিং তৌকম। মী লিশিং লিশিং তিনবা ছোরগ্নে, লাকবগীসু লেপ্পা লৈত্রি—চুপী-চুপা অহন-নহা, মচু মচুগী মখল মখলগী মকি-মরোল শেৎ-চাহুনা। ফঙদা চৌকি পরেং থরা থারি, কেসিজমগা লাম্বেংনবদা ময় ওইবা থৌদাং লৌখিবা এন্টি-ফেসিষ্ট জেটোরানশিংগী কম্ফমনি। অতৈদি লোইনা

তুংলোমদা, কম্ফম লৈত্তে, লোইনা লেপ্পরি, তৌবগীদি মীরৈবাকগী লাকপা ঐখোয়গীদি মাঙ্দা নাকন অমদা।

ক্যোয়ারগী অকোয়বদা, য়ুমগী থোঙনাউ অমদি বেলকোনিদা ফিরাল অঙাংবা অমদি জি-ডি-আরগী ফিরাল ময়াম পাইরি, মরক মরক্তা হোনেকর অমদি ব্রেজনেভ্কী পুম্না নম্বা চাউরবা ফোটো, কল্লাংদা অঙাংবা বেকগ্রাউণ্ডদা অঙৌবা ময়েক্তা ইবা পোষ্টর, জর্মানদা ইরি—মাঙগ্রসম্ভ সাম্রাজ্যবাদ, পুম্নসি মালেমগী প্রোলে-টারিয়েৎশিং, ফেসিজমগী লাম্হৎনবদা থরায় থাখবশিংনা পামরজম্বদ্ পাঙথোক্লনবা ঐখোয়না হিংলি, সোসিয়েলিজমনা লান পামদ্রে শান্তি পামই···। মাঙ্দা লৈরিবা রোষ্ট্রাম অদ্গী অকোয়বদা লৈগী লৈ ঙাক্তা, চবুন চবুন—অঙাংবা অঙৌবা হজাম-মপাল হিগোক···।

থৌরম হোরে। য়েৎলোমদা সুপী-সুপা পুনবা আর্মিগী বেণ্ড খোংবা হোরকই। রোষ্ট্রামদা ময়া ওইবা মীশকশিং কাখৎনরক্লে, লেপ্লরে।

কাউন্টি কাউন্সিলগী ফাষ্ট সেক্রেটারীনা ময়ামবু ওকচবগা লোয়নন‌া মহাকী ভাষণ অদ্ পাখোরকই। ময়ামগী থম্মোয়দা পানবা রারোল য়াওমাল্লে, মীয়াম অদো খঙহোদনা থুবাক প্রোক প্রোক থুরকই। থুবাক থুবা লেপ্লগা রারোল অদ্ অমুক পাথরকই, অমুকমু থুবাক প্রোক প্রোক···। অদ্দগী অমুক মখা পাথরকই—

"ফেসিজমবু ঐখোয়না অমুক হম্না মরা ডাহল্লরোই—জর্মানগী লৈমায়দা, ইউরোপকী লৈমায়দা, মালেমগী লৈমায়দা। ফেসিজমগী মায়োক্তা লাম্হোংনবদা থরায় থাখিবশিংবু ঐখোয়না কাউদে, ঐখোয়না মখোয়গী রাশক অদ্ থুংহনগনি—লান তৌদবা মীনা মীবু ওৎপনৈবা লৈতবা সুংঙাই-য়াইফবা মালেম অমা শেমগনি ঐখোয়না। পৃথিবীদা শান্তি থম্লনবা অমদি জাতি মশেল মরূপ-মপাং ওইনা লৈমিন্নবা ঐখোয়না তত্তনা হোৎনগনি। সোভিয়েৎ ইউনিয়ন অমসুং অতৈ সোসিয়েলিষ্ট লৈবাকশিং অমদি চাওথংপা পাম্বা লৈবাক অতৈগা লোয়ননা ঐখোয়না মীওইববু কনগনি···।" অদ্দগী মখা ভাখরকই মখং চহীগী হোরকপদা কমগদৌরিবা ভরাতবা পার্টি কংগ্রেসকী মরমদা।

মথংদা ইতালী অমদি নোর্‌ৱেদগী থোইদোক্লা থৌরম অসিগীদমক্তা লাকপা মীছৎ অম-মমনা য়া শাঙ্‌লবা মতুংদা থৌরম অদু লোইশিল্লে।

মিটিং মফমদগী মীয়াম কায়নরবা মতুংদা ঐখোয়দু সহর কোয়বা চৎলে। অথয়বা লম্বী লৈতে, ঐখোয়না চৎনীং চৎনীংবা মাইকৈদা, তৌবতবু ঐখোয় মশেল থানদনবদি হোৎনৈ। অথুব-অরিবা লম্বী-থোং, মার্চেণ্ট ব্রিজ, দুকান পরেং মথং মথং। থরা চৎলগা লাপুক্লা চার্চ অচৌব্লা অমদগী কাংশিগী মথোলনা নিল্লকই, লাপুক্লা উই লাই-খুরুম্বা লাকপশিং। নোংমাইজিংনি, অদুনা গির্জাদা লাই-খুরম্বা লাক্লরিবনি। অসিগুম্বা হৌজিক ফাওবা লাই খুরুম্নরিবা গির্জা কয়া লৈবাক অসিদা লৈরি, অদুবু গির্জা অয়াম্বদি মিউজিয়ম নত্রগা মীয়ামগী হরাও-কুম্মৈ শঙ ওম্মোকপ্রে।

ডাইমারদদু হৌজিক হৌজিক লাইখুরুম্নরিবা গির্জা অমা লৈ—হের্‌দের্ টাউন চার্চ। হুমিদাং-রাইরম চার্চ অদুদা ঐখোয় চৎলুই, লাই খুরুম্বা নত্তে, মিউজিকেল কন্সার্ট তাবা হায়গত্রা য়েংবা হায়গত্রা। চার্চকী মমাঙ্‌মক্তদা লেপতুনা লৈরি কবি-দার্শনিক হের্‌দের্‌গী চাউরবা নুংগী মূর্তি অমা, চার্চ অসি মহাক্কী মমিংদা থোনবনি। মপান্দগী য়েংলগা কনানদু হায়বা ওয়োই মতুংদা অদুক য়াম্না লুরমগনি অদুক য়াম্না নাল্লমগনি হায়বা। চবুতোরাদা লৈও অমদি ক্রোশ, যীশু খৃষ্টগী চাউরবা মূর্তি অমা ক্রোশতা পাংতিংদুনা লৈরি। মূর্তি অসি জর্মান-রেনেশাঁ যুগকী মমিং চৎলবা পেইণ্টার লুকাস ক্রানাকনা য়েক্লম্বনি। ইমুংগী অকোয়বদা যীশুগী পুক্সিগা মরী লৈনবা লাই ময়াম অমা—মসিদু লুকাস ক্রানাকনা য়েক্লম্বনি, তৌইগুম্বদুং মহাক্লা য়েকপা লোইশিনবদি ঙম্নমদে, মহাক্লা লৈখিত্রবা মতুংদা মচানুপানা লোইশিনখি। য়ুম্বী খুদিংগী অমদি ফক্লাংগী অকোয়বদদু মথল মথলগী হক-খোৎপা অমদুং মচু মচুগী লৈরোংনা ফজনা লৈতেংলি। চাউরবা হোল অদো লৈতেংবদা অমুক্তদু মওং মওংগী লৈরোং থোকপা মৈয়াম্না মতেং পাংশিল্লি।

কন্সার্ট হৌগদৌরমাল্লে, মীনা হোল অদু পিক থনপ্রে। ঐখোয়না

খন্না হান্না লাকপনিনা কন্নিবসি ময়াম-ম্রাইদনি। অকোয়বদা অমুম য়েংথোকখিবদা অরাং থংবা বেলকোনীদা মিৎয়েং থংলেপ লেপখি। তাঙা চাননা মরূপ শৈলেন মেথীনা কিন্না ৱাইরকই, "উরব্রা, নঙগী বনলতা সেন।"

মহাক্না য়েংথোরকপগা চপ চামরুরে, নোকক্নেং তৌরকই তামারা। ঐনা রাশিয়ান রাহৈ খঙবহুগী খুদোং-চাবা লৌহ্না তামারাগা খন্না নরুবহুগীদমক্তনি মরূপ মেথীনা মহাকপু ঐগী'বনলতা সেন'নি হায়না লক্ববিরিবসে। চয়োলমুক কারে মহাকা উমদবা, মহাক্না ইনষ্টিট্যুৎতা লাক্লবা। হায়মু হায়রবনি, মহাকপু উনীংবগী ঈথোয়াংবা অমা পোক্তবদি নত্তে, অহ্না হুমিং খুদিংগী ইনষ্টিট্যুৎকী কাউন্টরদা হংই, "তামারা লাকপ্রা, করিগী লাকত্রিবনো, লাক্লরোইত্রা?"

তামারানা ঐথোয়বু নোং-নিনি জর্মান রাহৈ খরা তম্বিখিবদো নীংশিংলকই। রাহৈশিং অহ্ কক্তনা হায়বা থোকপগা মহাক্না হেক্তা থাগৎলকই, "গুট্।" মহাক্না 'গুট' হায়বদো রাশি য়ান্না লৈ। মহাক্না তম্বিবা জর্মান রাহৈ খরা অহ্ মতৎ মতৎ শমজিল্লগা কাউন্টরগী হন্নুবী অহ্দা মহাকী পাউ হংলুই।

হন্নুবী অহ্মু ঐগী জর্মান অদো ভাব তামাম্লে, ইংরাজী মতৎ মতৎ শমজিল্লগা খুম্নকই, "নঙগী তামারাদো, লাক্কে, খঙ্দে মচা অত্তোম্বদো নাই হায়বরা করিনো!"

ইথা-থাজদনা মহাকপু উবহ্দা খন্নকই, চঙ্শিন্দুনা হংলুসিরা ঐবু, "কমদোরে? কৈদোরে লাক্রুবদি? অঙাং নাই হায়বদো করব্রা?"

অহ্বু মীয়াম অহ্ লান্দুনা চৎপা লুই, লাইটকী সিগনেলমু পীরক্লে, কন্সার্ট হোগদোরে। হোয়দা, হোরেন কুমৈ লোইরগা উনবা হায়-হুনি খন্নোকই।

ঙসিগী কন্সার্ট অসি কম্পোজর অহমগীনি। কন্সার্ট হোবগা ময়াম অহ্ উন-ম্রাইমুক চিকখি, মৈমু ঙাক্লবদো মন্নি মন্নি তৌখি। কন্সার্টকী অহানবা শরুক অহ লোইবগা মৈ অমুক কজনা ঙাম্বোরকই। অরাংথংবা বেলকোনীয়োমদা য়েংথোক্ল্ই, তামারা মহাকা লাকমিয়বী

মরূপ অহুগা মখোল থোক্তনা রারী শানরি. ঐখোয়রোমদা নোকফেং তৌরকই, হংলিবা ভাংনি, মুংঙাইব্রা ? ঐখোয়মসু নোকফেং তৌহুনা পাউখুম পীখি। মহাক্না ফম্লিবা পরেং অহুদা, ঙসাইমখৈ উরুদে, পাউখুম পীখি। মহাক্না ফম্লিবা পরেং অহুদা, ঙসাইমখৈ উরুদে,

গনা কম্পুচিয়াদগী।

কন্সার্ট অমুক হৌগ্রে, অমুক উন-রাইমুক চিকখ্রে। মথক্তা সিলিং মনাক্তা অকোয়বদা লাইথুহু ময়াম অমা তুমিম্না লৈরি, মখোয়মসু কন্সার্ট অহুনা শুঙ্কংলমাল্লে লেঙ্ব-লাকপা তৌদনা তুমিম্না লৈরি। কন্সার্ট ঙসাইমখৈ উরুদে, মাঙ্দা লৈশাবী-মৌনহা থরনা উইরিবদো, কন্সার্ট তাবা লাক্লগা উইরি। অঙাং ওইরিঙৈদা জগোই-রাস তৌফমদা উখিবা দৃশ্যদো থংনীং নীংশিংলকই, জগোই য়েংবা লাক্লগা অহিঙনা থরা থেঙ্জিল্লকপদা লৈশাবী-মৌনহা থরনা উইবদো। মহু উবদা ঙাওশিন্নবা পাথংমচাশিংনা তুংলোমদগী ফাগি-জোগাই তৌহুনা লক্লবদো ; মহুদা লৈশাবী মৌনহাশিং অহুনা ইকাইজবদো। অহুবু ঙসিগী মফম অসিদি জগোই-রাসকী মফম অহু নত্তবনিনা লক্লবিনবা কনামতা চোংথোরক্লে, লৈশাবী-মৌনহা থরা অহু মুংঙাইনা অহুম উহরি।

কন্সার্ট লোইবগা ময়াম যুক যুক হৌগংনহুনা থোকপা হৌনখ্রে। তামারাগী মনাক্তা চংকে তৌবনি, অহুবু মীয়াম অহুদা কনানা কদোমদা চংনগ্রবা উখিত্রে। থল্লি, মপান্দা থোক্লগা উনবসু য়াই। অহুবু অরেম্বনি. মীয়াম অহুদা মহাকপু উবগী রা লৈতে। হংনীং- লম্বনি মঙোন্দা, "কমদৌরিবা, কৈদোরে লাক্ত্রবদি, অঙাং নাবা ফরত্রা ?"

অহুবু পূক্লিংগী রাথল পূক্লিংদা অহুম লৈহোরে।

## : ১৩ :

ওসি অমুক নোং-মুংশিং। ওয়াং মুমিদাং থেঙলবা কাওবা করি থোইদোকপা তৌহৌদবনি। নোং-মুংশিং অসু য়াম্না কন্না তৌবদি নত্তে, অদুবু মপান্দদি কজনা ঈংগ্রে।

ওরাংদি ষ্টেডিয়ামদা নহারোল ময়াম শান্নহৌবনি, মথল-মথাগী মশান্না—ফুটবোল, ভোলিবোল, টেনিস…। ওসিদি নোং-মুংশিং মত্তা অসিদা কনামত্তা থোক্লরক্তে মাল্লে, শান্নকমশিং অসু ইহাও-হাওনা লৈরি। অদুবু লম্বীদা মীদি অহুম চংলি, পওচত্তা চংনরি—ওইরবা য়াই স্কুলদা, ওফিসত্তা, কারখানদ,. দুকান্দা…।

বস্তা ওাইহাক চংলগা য়োরে 'ভেব ডাইমার ভের্ব'—ডাইমার রার্কসোপ, সহরগী চিদাই অমদা! কারখানা অসি লৈবাক অসিগী খাইদগী চাউবা এন্টারপ্রাইজনি। মফম অসিদা মী লিশিং মঙাগা চাত্তরুক্করোম থবক তৌরি—শিল্পী অমদি অতৈ অতৈ থবক তৌবশিং পুন্নমক থারগা। মথোয়গী মতুংদা চাদা কুনথ্রাদি মুপীনি।

লোউ-শিংউগী খুৎও-খুৎলাই, মন্না ওইনা হার্ভোষ্টর-কোম্বাইননি মফম অসিদা শান্নিবসে। লৈবাক অসিগী লৌবুকশিংদা আলু লোকপগী হার্ভেষ্টর-কোম্বাইন ময়াম ঊন্নিবসে কারখানা অসিদা শাবা ওাক্লেনি। আলু লোক্লনবা কোম্বাইনৃত্তা নত্তে মফম অসিদা শান্নিবসে—সুগারবিট লোক্লনবা, চুজাক লোক্লনবা, গেহু লোক্লনবা মথল-মথাগী কোম্বাইনৃনি শান্নিবা। অসিগুম্বা কোম্বাইন অসি মীরৈবাক্তস্থু য়াম্না থান্ন, সোসিয়েলিষ্ট অমদি চাওখংলক্লিদা লৈবাক-শিংদত্তা নত্তনা চাওখংলবা কেপিটেলিষ্ট লৈবাকশিং, নোংচুপ-জর্মানী, ফ্রান্স, আমেরিকা অমদি ইংলেণ্ডদস্থু থান্ন। মফম অসিদা শাবা মোবাইল ক্রেনস্থু মীরৈবাক্ত য়াম্না পান্নে।

কারখানা অসি রেল-ৱাগন শাননবা শোক ১৮৯৮দা লিংখৎখিবনি, অদুবু অহানবা অমদি অনিশুবা লাঞ্জাও মত্তমদদি রেল-ৱাগন শাবা তোকথোক্লনা লানগী খুৎও-খুৎলাই শাবদা শীজিন্নখি। অনিশুবা

লাঞ্জাওগী মতমদা বুখেনভাল্ড কনসেন্ট্রেসন কেম্পতগী বন্দী ময়াম মকম অসিদা পুরকুনা থুংশুমল য়াওদনা থবক শূহনখি। কনসেন্ট্রেসন কেম্পকী লেয়া কংবা শিন্নীগী মশীং অহু য়াম্মনপ্রহুনা কেম্প মনাক্তা কারখানা অসিগী মশা অমম্ম লিংখংখি। শোক ১৯৪৪দা এলাইদ ফোর্সনা কারখানা অসি বোম থাদহুনা থুগাইখি। মহুগী থুদোং চাবা লৌহুনা এস.-এস. আর্মিনা কনসেন্ট্রেসন কেম্পতা বন্দী ওইনা লৈরিবা জর্মান কমিউনিষ্ট পার্টিগী চেয়ারমেন থাল্মানবু টেঙ্কনা তকথায়হুনা হাংখি, বদনামনা বোম থাদবদা তৌখি।

শোক ১৯৪৫গী মে থাদা কারখানা অসি ফেসিষ্টশিংগী মথুত্তগী লে শিনবা ঙমখি, লোয়নননা সোভিয়েৎ লাম্মীগী মতেং লৌহুনা থবক অমুক তৌবা হৌখি। শোক ১৯৫২দা কারখানা অসি নেশনেলাইজ তৌখি। মহুদগী হৌরহুনা উদ্যোগ অমদি লোউ-শিংউগী থুংশু-থুংলাই শাননবা মাইকৈরোমদা চঙশিনবা হৌখি। চহী অনি মতুংদা কারখানা অসিনা ইহান-হানবা কোম্বাইন-হার্ভেষ্টর পুথোকখি। কোম্বাইন-হার্ভেষ্টরশিং অসে মীরৈবাক্তা য়াম্না পাম্নবগী মরম লৈ। মসিনা অমুক্তদা আলু লু অহুম ভান্‌বা ঙম্মি, তানবতা নত্তনা মশা মতো-মতা ট্রকতা হাপচিনজে, অহুদগী মতোমতা আলুশিং অহুগী অচৌ-মচা মতুং ইন্না চাংচৎ অহুম থোক্না থাইদোক্তুনা উপুদা চনশিনজে।

মীরৈবাক্তা য়াম্না পাম্নরিবা অমনা হাইড্রোলিক মোবাইল ক্রেননি। মসি কারখানা অসিদা শোক ১৯৫৭ তগী পুথোকপা হৌখি।

"হৌজিক্তি থুংশু-থুংশুাইশিং অসি পুথোরকপদগী লোউশিংউগী থবক্তা মতম থোইনা চঙদ্রে, মীশু য়াম্না চঙদ্রে, পোথোকশু য়াম্না হেঙ্গংহনবা ঙম্রে," কারখানাগী চেয়ারমেন্না হায়রকই। "হোয়, অহুগা পোথোক ময়াম অসি নীংখিনা পুথোকপা ঙম্লিবসি মকম অসিদা থবক তৌরিবা শিন্মীশিং অমদি অতৈ কর্মচারীশিংনা মপুক্লিং চঙ্না লিংজেন মান্নবা থবক তৌবননি।"

অহুনা কারখানা অসিদা থবক তৌরিবা মীপুম থুদিংমক্কী ওইনা য়ুস্বান-কৈবান ফগৎনবা অমদি হরাও-তয়াম্বা পুন্সি অমা ফংহন্নবা য়াইফ-থৌরম কয়া পায়খৎলি। থবক তৌরিবা ইমুং থুদিংমক্তা

লৈনববা ক্লেট অম-মম পী। থাইনগী ক্লেটশিংদা খুদোং-চাবা থরা ৱাৎপনা শিন্নৌশিংনা অনৌবা ক্লেট পান্নে, অঙুনা হৌজিক হৌজিক অনৌবা ক্লেট কয়া শাগৎলি। চহী-তরা মতুংদদি য়ু.ম ৱাৎপগী, হায়বদি অকবা ক্লেট ৱাৎপগী অৱাবসি কোক্লগনি। মসি কারখানা অসিতগী ৱা নত্তে, লৈবাক অসিগী ৱানি।

শিন্নৌ অয়াম্বা ট্রেড ইউনিয়নগী মেম্বরনি। শিন্নৌশিংগী অৱাৎ-অপা য়েংশিনবতা নত্তনা ট্রেড ইউনিয়ন্না কারখানাগী থবক-থনা শীনবদম্ মতেং পাংই। শিন্নৌ পুন্নমক চহী খুদিংগী ছুটি ফংই, চহীগী ছুটি মতমদা মখোয় অয়াম্বনা হোলিডে কেম্পতা ছুটি লেনবা চৎলি। কারখানা অসিগী মশাগী হোলিডে কেম্প লৈজে মকম কয়ামুক্তা, বাল্টিক তোন্দম্। মকমশিং অসিদা শিন্নৌশিংনা ছুটি লেনবদা শেন খোইনা চঙ্দে, থরচকী অয়াম্বা শরুক কারখানা অমদি ট্রেড ইউনিয়ন্না পুই। ছুটি মঙুংদা শিন্নৌশিংনা মীরৈবাক্তা কোয়রুগে হায়রম্ য়াই, খোইদোক্লা সোসিয়েলিষ্ট লৈবাক্তা শিন্নৌ অয়াম্বনা কোয়নরুই। সোসিয়েলিষ্ট লৈবাক মশোনগী শিন্নৌশিংনা কোয়খোক কোয়শিন তৌবদা খুদোং চানবা খোইদোকপা খৌরাংদম্ লৈ।

শিন্নৌশিংনা নারক-য়েক্লক্লগা লাইয়েংনবা কারখানা অসিগী মশাগী হোস্‌পিতাল অমা লৈজে। পিক্লিবা অঙাংশিংগীদমক কিণ্ডারগার্টেন অনি লৈ।

মসিনি সোসিয়েলিষ্ট লৈবাক অসিগী শিন্নৌশিংগী অৱা-ফুংঙাইগী শক্তম।

কারখানাগী ইকোনোমিক ব্রাঞ্চকী রেক্টরনা ঐখোয়বু লমজিংহনা য়েংহন্নি কারখানাগী তোঙান-তোঙানবা শরুকশিং অদু—এসেমব্লি সেক্সন, ওটোমেটিক সেক্সন···মেশিনগী চাকা শাকম—মথং মথং···। মীরৈবাক্কী এপ্রেন্টিস কয়াম্ থবক তম্বা য়াওরি। রেক্টরনা হায়রকই, "সে, মসিনা তেম্পাক্ থুগাইনবা মেশিন্নি।"

ভোকেসনেল স্কুলদা চঙ্ঙি। স্কুল অসি কারখানা অসিগী মরু শরুক অমনি। মকম অসিদা মী চামঙারোমনি থবক তম্লিবা, চান্না কুন্দ্রাদি মুপীনি। লৈবাক অসিতগী নত্তে, ভিয়েৎনামদগী,

জিম্বাবরেদগী, নামিবিয়াদগী…। হাইস্কুল লোইরগা মক্কম অসিগী ট্রেনিং অসি লৌবা য়াই, চহী অনিগী কোর্সনি। থবক তম্লিবা মীশক্ত খুদিংমক এলাউয়েন্স ওইনা থাদা মার্ক চামদগী চাময়াংথৈ ফাওবা ফংই। থরা থরায় য়াওনা থবক তৌবশিংদা থোইদোকপা এলাউয়েন্স অমম্ভু পী।

রিসেপসন-রুমগা হেক থংনবা কাদা চঙবগা উই মুপীমচা কুন-কুনথ্রামুক থবক শূত্নুনা লৈরম্বা, য়াম্না ইকায় থৌরি, চঙ্বা কুইড্রিবা জাৎনি, প্লাষ্টিক-রেল্দিংগী থবক তম্লি।

মরূপ রোমাইকেদা ঐনা ফাগি তৌই, "য়োংতেক-থাঙ্তেক মরক'সিদা করিগীনো তনৌ তনৌবী লৈরাংশিংসে।"

রোমাইকেম্ভু রস চেনবা মুপানি, হায়রকই, "ফেক্টরীগী রাশি হাপ্লনবা।"

মুপীমচাশিংতা নত্তে, মুপামচাশিংম্ভু য়াম্না নৌরিবা ঙাক্তনি, চহী কুনগী ওকয়া ঙাক্তনি। ট্রেনীশিং গ্রুপ গ্রুপ থায়দোকই, গ্রুপ অমদা মী তরা তরা, গ্রুপ খুদিংগী ওজা অম-মম। ট্রেনী খুদিংগী মাগী মাগী মমাঙদা চার্ট অম-মম থেৎলি, মহু য়েংত্নুনা থবক তৌগদৌরিবা।

পুং অমা তারে, লঞ্চকী মতম য়োরে। মহৈ মহৈ মাগী মাগী খুৎশু-খুৎলাইশিং অহু মক্কম চানা চানা থমজিল্লম্লগা কাষ্টিনলোমদা ফুজিম্লব্রে, কনামতা পম্বত্নুনা লৈহৌদ্রে। কাষ্টিনদা ঈশৈ হৌনা থাগৎব্রে, নহারোলগী ঈশৈ, হৌজিক্কালগী ঈশৈ—ঙাইহাক্তং চাব-থকপদো ময়াম রা রা লাউনা পুক্লিং হরাওনা তৌননবা।

কারখানাদগী থোরক্লে। গেটতা চাউরবা বোর্ডতা ইত্নুনা লৈরিবদো উই কারখানা অসিগী চহীগী পান্দম, লোয়ননা ঙসি ফাওবদা ফংলবা পান্দম। চেয়ারমেন্না ইরিবদো থিন্দুনা তাক্লকই,'ঐখোয় চহীগী পান্দমদগী নোংমা মাঙজিন থাত্নুনা চৎলি।"

মপান্দা শাবা লোইবতা ঙায়রিবা মোবাইল ক্রেন টেষ্টিং তৌবদো ঐখোয়বু য়েংহল্লি। মক্কম অসিদা শাবা করিগুম্বা মেশিন অমত্তা

নীংখিনা টেষ্টিং তৌদনা খাদোক্তে। টেষ্টিং লোইরবা হার্ভেষ্টর: অমদি ক্রেন কয়ামুক রেল-রাগন মখক্তা খাজকুনা পরেং শানা লৈরি, মপান্দা খাখিগদবা ঙাক্তনি।

লঙ্ক লোইরগা হুংখিল অমুক কারখানাগী আউট পেসেণ্ট ক্লিনিক য়েংবা চৎলে। মকম অসিদা শিন্মীশিংগী হকচাং মরক মরক্তা চেক-অপ তৌই। হকচাংগী কায়াৎ খুদিংমক্কী লাইয়েংকম তোঙান তোঙান্না লৈ—মিৎকী, য়াগী, না-নাকোংগী, থবাক্কী—তোঙান তোঙানবা ডিপার্টমেণ্ট। তোঙান তোঙানবা কাদা লৈরি—এক্স-রে রার্ড, থিরাপী রার্ড, মেসেজ রার্ড···। ঈগী বেক্কম্ লৈরি। মকম অসিদা শিন্মীশিংনা ঈ দান তৌনরৈ, মহুগীদমক খোইদোকপা হুমিং অমা লৈ। ঈগী দরকার হেক ওইবা মতমদা বেঙ্ক অসিনা খুদক্তা ঈ ফংহনবা ঙমই, অম্ুন্না থরায় কয়া বেঙ্ক অসিনা কল্লি।

আউট পেসেণ্ট রুমগী মমাঙ্দা লাইয়েংবা লাকপশিং, হুপীম্ হুপাম্, ময়াম পরেং শানা লেপ্লি, কনামতনা পরেং অহু থুগাইদে, থুগাইগে খনদে—কনা চাউবা পুলিশ অফিসারম্ য়াওরি, মহাকম্ মহাকপু হাল্লম্বা মীহুগী মতুংদা।

ঐখোয় মশেন ভূমিন্না ঙাঙ্নৈ, "ঐখোয়গী লৈবাক্তা ওইরদি মহাক্না মাঙ থাগ্রগদবনিদো। মরাইবক থীদা, ইউনিফোর্ম শেৎপা ওইরগা ঐখোয়গী লৈাক্তা পোকহৌদবা!"

মকম অসিদগী হাইফেৎ চোকথরহুনা ইনষ্টিট্যুৎতা হল্লক্লে। অহুবু পোথাবগী রাদি লৈতে। জর্মান নেশনেল থিয়েটরদা ঙসি ড্রামা অমা য়েংবগী প্রোগ্রাম লৈ। ড্রামা অসি ইতালিয়ান ক্লাসিক অমদগী হন্দোকপনি—মমিংনা 'তোসকা'। লোন খঙদবনিনা হোরেন ড্রামা অদো ভাব তাবা বাগনি, অহুনা শন্নপ্পা রারী-রাখোং অমা ঐখোয়দা লাবা লাক্লি থিয়েটরগী এড্ভাইজর ওইরিবী হুপী অমা। মতম মাঙহনবা তৌদনা হুপী অহুনা রারী-রা··· অহু ··· হোরকই। অহুবু রারীবুদি লীলা অহু পুখোকপদা ক··· করি ভৌবা তাখিবা, কনা কনাগী মতেং লোবা তাখিবা, কদায় কদায়দা চৎপা তাখিবা, করি করি খিক্লিনবা তাখিবা—ময়াম অহু লীবদনা হেন্না কজম লৌগ্রে। মতাং অমদা পল্লকই, ভারতকী সংস্কৃত ক্লাসিক

"মুদ্রা-রাক্ষস'মু চহী থরগী মমাঙদা মক্তম অসিদা শান্নখি, মতুদমু ভারত্তগী ডাইরেক্টর পুরকপা তাখি, ভারত্তগী ফিজেৎ-চাকশেংকী ডিজাইন কয়ামুকমু পুরকপা তাখি।

হৌমিদাং অদো মতম চানা ড্রামা য়েংবা চৎলে। নহানমখৈ হোলগী মপান অহু উরগা খল্লম্বা রাখল অহুগা মহুংদা তৌরম্লিবা অসিগী শাথীনা খেন্নরম্লে। মপান্দদি ইচম চম্না উই, মহুংদদি মচুম তানা কেরম্লে, খোঙ হেক থাংজিনগদবা হঙোই। কুম্মৈ য়েংবা লাক্লিব-লাক্লিবীশিং, অহুমু পংতা তাদে। নহানমখৈ খল্লম্বনি, লৈবাক অসিগী মুপা-মুপীশিং অসিবু কেবলাকপা খোইনা হৈতবা জাৎলা, নত্রগা মতম শংদহুনা তৌরিবা জাৎলা! রাখল অহু লাম্লম্লে। কুম্মৈ য়েংকম অসিদা ঙসিদি উৎলগে মতাগুম লাক্লরে।

লীলা হৌরে। তরামঙাগুবা শতাব্দীগী রারীনি, নেপোলিয়ন্না লৈবাক কয়া খুহুম চন্‌শিন্দুনা ময়াই কারবা মতম অহুনি। নেপোলিয়নগী তেঙ্গোলনা ইতালীদা লান্দারকই। মতম অহুদা পেরিসতগী লাইয়েকপা মুপা অমা চেল্লকুনা রোমদা লৈরে। রোমগী মশক-মতৌ ফজবী 'তোস্‌কা'গা মহাক্না থম্মোয় থম্মোয় পীনরম্মী। নিংথৌগী অঙম-অথৌ অমনমু তোস্‌কাবু তান্নরম্মী। অম্মুম্না শাগৎলকখি লীলা অদো। লীলা অহুগী রারীবুদি ষ্টেজ-ডেকোরেসন, এক্টিং—শম্না হায়রবদা ডিরেক্সন অহুনা হেন্না ঐখোয়দা পেলহনখ্রে।

ইণ্টরভেলদা ভাবোক ময়াম হোলগী নকোয়রবদা লৈরিবা বেলকোনীদা থোক্লরক্লে, কনানা চুরূপ থকপা, কনানা চা-কোফি থকপা, কনানা ড্রিংক মচা অমত্তং চিংহৌননবা। খঙনবা ময়াম রারী শান্নে, লীলাগী মরমদা নত্রগা হীরম অতৈদা। মৌনহা অমা প্রপ প্রপ চঙশিল্লকই ঐখোয়না লেপ্লিবা অদোমদা, মহাক্কী মতুংদা মুপা অমা।

"নমস্কার। করম তৌবিরি?" হংলৈ ময়ামদা। মথা তাথরকই, "ঙসাইদগী ময়ামবু খিজরিবনি ঐখোয়গী মুপাগা শক খঙনহঙ্গে হায়হুনা।"

মৌনহা অসিগা ঐখোয় থরগদি হান্নবা শক থওনগ্রবনি। হুমিৎ হুম্নি মরিনিরোম মমাঙ্দা নোংমা হুংথিল থিয়েটর অসিগী মনাক্তা চৎলিঙৈদা তুংলোমদগী হুপী অমা প্রপ প্রপ হাইগৎলক্তুনা হংলখি, "ম্লারোৌবিবা য়াদে, ময়ামবু ইণ্ডিয়াদগী ওইবিরব্রা ?"

অহুদগী য়ারী তৌরকখি, ড্রামা য়েংননবা ঐখোয়গীদমক টিকেট লৈখিবহুদগী ইণ্ডিয়ান থরা লাক্লি হায়বসি মহাক থওবনি, মহাক ইণ্ডিয়াদা চৎলুরে, মহাক্কী মপুরোইবনু—লীলা উৎপা। অহুনা ইণ্ডিয়াগী মীগা মহাক্কা মরী-মতা থোক্লবগী য়াথল অমা মঙোন্দা লৈজে। মহাক থিয়েটর অসিগী ডিজাইনরনি, মপুরোইবনা এক্টর। নম্বোই হাবোই তৌহুনা মহাক্কী লোবোরেটারী হায়গড্রা নত্রগা ফেক্টরী হায়গড্রা অহুদা ঐখোয়বু পুশিল্লে। য়ারী মথং মথং তৌরকই—ইণ্ডিয়াদা চৎলুবগী য়ারী, ইণ্ডিয়াদা লীলা উৎলুবগী য়ারী, ইণ্ডিয়াগী মরূপ-মপাংশিং অহুগী য়ারী, ইণ্ডিয়াদা উরকপা মীয়ামগী পুন্সিগী য়ারী।

হুমিদাং অহুদা মতৈ-মনাওনা ঐখোয়বু বার্তোন তৌরকই, "করি-গুম্বা অচিনবা লৈবিত্রবদি ঐখোয়গীদা নোংমতং চা চখোম অমত্তং থকমিন্নথিসি।" ঐখোয়না পাউথুম পীড্রিঙৈনা অমুক মথা তাথর-কই, "অহুবু ঐখোয়গীদি মনম-হুংশিবা মৈথু থোকপা চৈতেক অহু লৈজদে।"

ময়াম ডাইহাক ভাব তানদে। য়াথল তৌনৈ, আগরবত্তী ওইরম্বা য়াই।

"আগরবত্তী য়াওড্রবনু কৈন্নু কায়দে।" ঐখোয়না থুমই।

মতৈ-মনাওদো হরাওজে।

বেল থীংলকই ভাবোক ময়াম চঙ্ননবা।

মতৈ-মনাও অদো ঐখোয়দগী বিদায় লোই, হাওয়াদগী ফারকপা য়াহৈ অহু কাউড্রি, "নমস্কার, নমস্কার।

## : ১৪ :

"ইর্টের্সবার্গকী চীংদোম্দা লিক্লা-চোৎলবা উপাল-রাপালশিংনা মচুম শিম্বরি অত্থগা লেঙ-লাকপা তৌদনা শম্দোকখি অচিকপদা— লোয়নমা অচিকপা চীংমায় অত্থবু কুপশিনবিত্থনা মহৌশাগী দৃশ্য অতৈদগী তোঙান তাহল্লি। নিংথম-উম্নেনগী চৈনাদা কেল্লবা উনা-রানাশিংনা মনিল ওইনা তুমশিনখি লৈমায়থক্তা।

মফম অসিদা বসন্তনা লাকই য়াম্না লাকনোংদ-লাকনোংদা।

মাবু কিহনবগুম তৌরি উপাল মরক্তা ইত্থনা থেংলিবা সাইনশিং অত্থনা—

এরিয়া হেড-কোরার্টাস

কনসেণ্ট্রেসন কেম্প বুখেনভাল্ড

খুদোং থীবা!

লাপ্পা চথোকখো!

অয়াবা য়াওদনা চঙলকপশিং রার্নিং পীদনা কাপথুগনি।

মথাদা সহি তৌবগী মওংদা য়েক্লি মী মকোক অমগা কারন লাকপা শরু অনিগা।"

অম্মুম্না হৌরি ক্রনো আপিৎস্‌না মহাক্কী পৃথিবী ফাওরবা উপন্যাস 'নাক্‌ট উন্টের ভোল্‌কেন' (কৈশানশিংগী মরক্তা মফি শেত্তবা)। কনসেণ্ট্রেসন কেম্প অসিদা বন্দী অমা ওইনা মশাঁমক লৈত্থনা মফম অসিগী অওৎ-অনৈশিং হকথেংননা থেংনখিবা মীশক্লি ক্রনো আপিৎস্। কেম্প অসি শাগৎপা মতমদা বন্দী-শিল্পী ওইনা থবক শুবা য়াওখিবশিংগী মরক্তা মতোমনি হিংহৌবা কেম্প অসিনা ফেসিষ্টশিংগী মথুত্তগী নাম্বোকপা ঙম্বা হুমিৎ ফাওবদা।

নহানমথৈদি কেম্প অসিগী মরমদা রারীতনি তাবা, অত্থবু ঙসিদি হকথেংননা য়েংবা চৎলে। ভাইমারদগী পংলাপ লাপ্তে, উপাল-

য়াপালনা উপশিনবা থেক্ল-খোয়না চেনবা লম্বীদা অয়ক অহুদা ঙাই-হাক গাড়ীনা চৎলগা অহুম য়োরে।

ঐখোয়বু ওক্লম্লিবা অহন ওইরবা হেনিমান কেম্প অসিগী লোই-রমদাই তাংকক্তা বন্দী ওইনা লৈরম্বশিংগী মরক্তা অমনি। চহী হুম্ফুরোমগী মথক্লি, চাউ-শাংই, কেম্প অসিগী থৌদোক-রাথোক কয়া মশানা থেংনহৌবনিনা মহু মঙোন্দগী তাবদা ঐখোয়দা ওস্থোকপা অকি-তুজুংবা অঁমা পোকখি।

শোক ১৯৩৭তা শাবনি কেম্প অসি—হিটলারবু য়াদবা কাঙবু, মহাক্কী লানগী থৌরাংদা অপনবা পীবা কাঙবু, থোইদোক্লা কমিউ-নিষ্টশিং অমদি মহাক্লা জাতি অমা ওইনা খাইদগী শাথীনা তাথীবা কাঙবু ইহুদীশিংবু (জুশিংবু) ফাজিন্দুনা থম্লনবা, মফম অসিদা মখোয়বু পুমলোই লোইশিন্ননবা। লান হৌরবা মতুংদদি জাতি কয়ামুকন্সু পুরকখি মফম অসিদা বন্দা ওইনা—মন্না ওইনা পোল, রাশিয়ান, চেক···লোইনা শুনা। মফম অসিদা লৈবাক ৩২গী বন্দী ২,৩৮,৯৮০নি লৈরম্বা, অওৎ-অনৈদা শিখিবা অমদি হাৎখিবন ৫৬,৫৪৫নি।

হৌজিকসু লৈরি কেম্পকী অকোয়বদা ভিংখং তারাগী রাংলবা শম্বল, মতম অহুদনা অহিঙ-সুংথিল নাইদনা ইলেকট্রিক চার্জ তৌশিন্দুনা থম্লম্বা চেনগে তৌবা বন্দীশিংনা হেক শোক্লবদা চিংশিন্দুনা শিজনবা। হেক চঙফমগী নাকন অমদা লৈরি মতম অহুগা গার্ডশিংগী লৈফম অমদি রোল-কোল তৌফম ওফিস। ওফিস অসিগী মমাঙদা হৌজিকসু লৈরি রোল-কোলগী পাক্লবা লম্পাক। মফম অসিদনি বন্দী লিশিং লিশিংনা নোংজু-সুংশা অমদি নিংথম-উম্লেন মরক্তা চাদ-থক্তনা সুমিৎ থুদিংগী পুংজা কয়ানি লেপ্পা তাখিবা, করিগুম্বা সুমিত্তা রোল-কোল লোইবদা পুং তরেৎ-নিপান চঙবন্স য়াওখি; মহু ঙাইবদা অঙাং ওইরিবা বন্দী কয়া, অশোন-অনা অমদি অহন ওইরবা বন্দী কয়া থাঙবা ঙম্লক্তহুনা মতোমতা লেক-থরক্তুনা লৈমায়থক্তা হাইথরকখিবা, লেপমিন্নরিবা মন্নাপ-মপাংশিংগী মফমদগী অরোইবা বিদায় লৌখিবা।

শোক ১৯৩৮গী তরৎ তরৎ চিংশিন্নবা রাকচিংগী অহিঙ অমদা ইহুদী

লিশিং কয়া শা-ষগ হোইবদৌনা ফূর-ফূরত্নূনা কাওশিল্ল-কাওশিল্লত্নূনা হোইজিল্লকখি কেম্প অসিদা। হিটলারনা খাইদগী তাথীবা জাতি অসিগী বন্দীশিং অসিবু খাইদগী তমথীরবা মত্তংদা ওৎ-নৈননবা ময়ামদগী তোঙাল্লা থমখি। ইচম-চম্বা চিঞ্জাক অমদি থরুনবা ঈশিং ফাওবা তাঙ্‌লবা মমলদা মখোয়বু লৈহনবা তাখি গার্ডশিংদগী। লৈবা ঙমদবশিং অত্নূবুনা ফূজিনবগা কাওশিনবগা থিন্‌জিনবগা তৌত্নূনা লোইশিনবিখি। খোঁদোকশিং অত্নূ নীংশিংননবা ঙসি মফম অত্নূনা শাত্নূনা থল্লি নীংশিং-ফূরা।

ফেসিষ্টশিংনা পোলেণ্ড লান্দাবদগী পোল বন্দীশিংবুসু হোইজিল্ল-কখি মফম অসিদা। থমফম লৈতত্নূনা রোল-কোল স্কোয়ারদা দম্বূর মঙাখক থল্লগা থমখি পোল লিশিং লিশিং অত্নূবু। চাদ-থক্তবনে অয়িংবা অত্নূদা মফি-মরোল য়াওদবনে লাইনা-লাইচৎনে ফুবগ-থিনবগনে হুমিৎ তরানিথোইগী মত্নুংদা পোল লিশিং অমগী মথক্তা শিখি। মফম অসিদসু লৈরি মখোয়গী নীংশিং-ফূরা।

লাপ্তক্লা নোংচুপলোমদা লৈরম্মী শগোলশঙ অমা, শগোল তরা-তরুক্কী থম্ফম। হুংশিৎ-হুংশা চঙদবা, থোঙ-থোঙনাউ পান্দবা মফম অত্নূদা থমখি সোভিয়েৎ বন্দী লিশিং অনি ঙারী নম্বদৌনা অমুক্তদা। মফম অসিদা হাৎখিবা সোভিয়েৎ বন্দীসে লিশিং নিপান চামঙারোমনি।

রোল-কোল স্কোয়ার অসিদগী খরা চথোক্লগা লৈরম্মী বেরেক কয়া শগোলশঙ্‌গা চপ মান্নবা। রেরেকশিং অত্নূগী মথোল অত্নূম-মরি নাইবা বাক্স্‌তা শুজিন্দুনা থম্লম্মী বন্দী লিশিং কয়া, অম-মমদা বন্দী লিশিং অনি-অনি ; মী নত্তে, শা-ঙাগী মওংনি।

'কেম্প-মচা' হায়না খঙ্‌নবা নিপানশুবা ব্লোকতা অঙাং লিশিং কয়ানি শুজিন্দুনা থম্লম্বা। মমিং অমা থোনজিনবগী রাতনি, মখোয়বু খম্বিরিবা মফম অত্নূদি শগোলশঙ্‌নি। অত্নূনা কেম্প অসিনা নাৎসীশিংগী মখুত্তগী নাম্বোকপা হুমিত্তা অঙাং খরতম্মক হিংনা ফংখি।

অসিগুম্বা বেরেকশিং অসি মুংশিং-মুংশা চঙদবগী রাতা নত্তে, খোঙ-খুং হাঙ্কম মপান-ইপান খোকফম বেরেকশিং অসিদা অমত্তা লৈরমদে; ঈংলবা নিংথম থাদা বন্দীশিংনা লেনবা তাখি কম্বল অম-মমতংগা, করিগুম্বা মতমদা মী অনি-হুম্না অমথক্তুং শূপমিন্নহুনা; ঈরু-মায়থঙবগী, ফি-রোল হোংদোক্লবগী রা লৈতে। ফিভম অহুদা নোংমগী তল মচেৎ অম-মমদগী হেন্ন চাবা ফংদবা বন্দীশিং অহু অয়াম্বনা মতোম মতোমদা মুংশাসোর হোনবা ঙম্লক্তহুনা রা ঙাঙ্নশ-ঙাঙ্না মরূপ-মপাংশিংগী মফমদগী বিদায় লৌবা তাখি; নত্রগনা মপান্দল য়াওদ্রবা বন্দীশিং অহু লাইনা-লাইচৎকী মুংঙাইজরবা শিকার ওইবা তাখি। নার-খোৎলগা লাইয়েংবগা খৌরাং! লৈরমদে হায়রমক্তি য়াদে, লৈরম্মী। মফম অহু হৌজিক-সু লৈরি, শঙ অমগী কাথ্ অমদা। কনাগুম্বনা মশা ঙমত্রে হায়বগা থৌন্দনা পুশিনখিগনি, মফম অহুদা থোইদোক্লা হৈ-শিংলবা ডাক্তর লৈ, অশাবা ডাক্তর। অনাবা অহুনা চঙলকপগা ক্রা অহুগী অথম্নবা ফক্লাং অমদা তুং ওম্বোক্তুনা ফক্লাংগা তপ নপ্নবা লেপহনগনি, অহুদগী ডাক্তরনা হায়রক্কনি 'সেন্টিমিটর অসুক' অনাবগী ঙকশম মপাগী মরেপ অহুনি। অহুদগী ফক্লাংদা য়ুংনা খজিক্তুং হুত্তোক্লিবা অহুদা ঙকশম মপা চপ চানা তুংলোমদগী দং লাউনা মখোল অমথক খোরক্কনি নোংমৈ-গুলি অমথক্তুংগী, অহুদগী লোইরে। নোংমৈ-গুলি অনি শুনা ভিংবগী রা লৈতে, গুলি অমথক্তুং অহুনা পূংফ-ফহনবগী য়ানি অমুক হন্না নাদনবা।

থংননা লৈবা অতোপ্পা শঙ অমগী মমাঙমক্তদা লৈরি নীংশিং-খুভম অমা, লৈ-শু কৎলৈ মুমিৎ খুদিংগী মীয়াম্না মফম অসিদা; মফম অসিমক্তদনি বন্দী ওইরিবা জর্মান কমিউনিষ্ট পার্টিগী চেয়ার-মেন থালমানবু নাৎসীশিংনা টেঙ্ক খৌজিন্দুনা হাৎখিবা। শঙ অসিগী লৈতুংগী কাদা লৈরি অশিবা ময়াম পৈকম, তৌবগীদি অশিবা ঙাক্তা নত্তে, শিক্কাৎত্রিবা শিরুম-নারুম কয়াম্নু অশিবা ময়াম অহুগা মথক্তগী লংথরকপদা য়াওরকখি। থংননা লৈরি পোৎলোইকম, অশিবা ময়াম পুম্না পুন্না পোৎলোইফম, ক্রা অসিগী

মথক্তা ৱাংখৎব্রিবা চাউরবা চিমনী অসি মতম অহুদা নোংমতা মৈথু কাবা লেপথিদে।

কেম্প অসি নাৎসীশিংগী মথুত্তগী মুল্লবা হেক মতুংদা মকম অসিগী শক্তম মশামক্লা উহৌবা ঐখোয়গী ইনৃষ্টিট্যুৎকী মরূপ অহুনা হায়রকই, "ঐখোয়না চঙলকপা মতমদা মকম অসি ঈ কংলমদ্রি, ঈখেংনা চোৎ চোৎ লাউনা লৈরম্লি।"

নাৎসীশিংনা বন্দীশিংবু মী ওইনা থল্লমদে, শা-ভাদোনা থল্লম্মী। নাৎসী লাম্মীশিংভা নত্তুনা ডাক্তরশিং ফাওবনা মীবু মী ওইনা থল্লমদে, মখোয়গী অনৌবা হিদাক-লাংথক্কী চাংয়েং হুই-হৌদোং-উচীদা তৌবগী মহুত্তা বন্দীশিংদা তৌরম্মী, হিদাক অহু কাপশিন্দুনা নত্রগা পীজহুনা।

কেম্পকী মিউজিয়ামদা লৈার বন্দীশিংগী মউন্না শাবা খুদোলপোৎ কয়া। কেম্প কমাণ্ডরগী তালোই অহু ঈরাং-পাম্বা অকে-অমৌ পাম্বী ওইনা তৌরম্মী। রোল-কোল মতমদা মহাক্না মহাক্কী খোঙলোইশিং থাদোক্তুনা হকচাংদা লৈরোং য়েকপা মউন ফজবা বন্দী থিহল্লম্মী। অহুগুম্বা বন্দী ফংবগা মউন খোকতোক্তুনা মউন অহুনা হেণ্ডবেগ, টেবল-লেম্প কভার, শাম্রপোৎনচিংবা শাহুনা ঈরাং-পাম্বী অহুনা মরূপ মপাংশিংদা খুদোল তৌরম্মী।

লান মতুংদা ওফিসার কয়াগা লোয়ননা কেম্প-কমাণ্ডরগী তালোই অহুসু ফাহুনা ৱায়েল-বিচাব তৌখি, অহুবু হুপী অহুদি চৈরাক্তগী নাম্থোকখি, মরমদি আমেরিকান লাম্মী অমগা পান্রহুনা মতম অহুদা মহাক্ক মীরোে। তৌবগাদি মহাক মতোমতা নত্তে ৱায়েল-বিচারগী চৈরাক্তগী নাম্থোকখিবা, নাৎসা ৱার-ক্রিমিনেল কয়াসু নোংচুপলোমদা লোত্তুনা অমদি চেন্দুনা মৈথরাই কনবা ভমখি নত্রগা নোংচুপলোমগা অভম্বা মীওই কয়ানা খুৎ থিংজিন্দুনা মথরাই কনবিখি।

কেম্পকী চঙফম অহুগী ওয়রোমদা লৈরি 'বঙ্কার'—মুংশিৎ-মুংশা চঙদবা পিকখ্রবা 'আইসোলেসন সেল' কয়া। মওং কয়ামুক তৌহুনা ওৎ-নৈরবা মতুংদা ৱাহং-পাউহংনবা নত্রগা পুক্সি চুপ্পা ময়ামদগী

থাইদোক্লবা ঙথন্নবা বন্দীশিংগী মী অমদগী হেন্না লৈবা য়াদবা সেল সেলশিং অসিদা লৈবা তারে হায়বা পাউ লাক্লবদি মাহুবু অমং-য়াইথোংগী পাউজেলনি হায়না বন্দীশিংনা লৌনরম্মী। হেন্না হায়জিনবা নত্তে, কেম্প অসিগী থাইদগী তুকচনরবা 'হেংমেন' মার্টিন সোমার মতোমতনা সেলশিং অসিদা ফুবনে নেৎপনে ঙকথী-চপ্পনে থোরী য়ানবনে তোহুনা হাৎখিবসে থা তরুক্কী মনুংদা বন্দী চামঙাদগী হেল্লি।

তিংখং তারানা য়াংনা হৌজিক ফাওবা থাজিন্দুনা লৈরিবা অকি-তুজুংলবা মীওৎ-মীহাৎকী য়ারী কয়াদো নীংশিংহুনা লৈরিবা পাক-চাউরবা কেম্প অসিবু অমুক্তংগা ওনশিন্দুনা মুন্না য়েংলয়গা থোরকই ময়াম থুক থুক লাউরবা পুক্লিং-য়াথলগা লোয়ননা। হোজংদগী লাম্নোকপগা চৎলিবা লম্বী অসিমু মীহাৎ-মওৎ কয়া অহুগী সাক্ষীনি—ঈঙাংনা ঈংগ্রী শিংখিবা লম্বীনি, মমিংনা 'ষ্ট্রীট ওফ ব্লড'। লম্বী অসিদনি বন্দীশিংবু শঙ্গু শঙ্গু শা-মণ হৌইজিল্লকপদৌনা হৌইজিল্লকখিবা—অরাপ্পা লমদমদগী ফারকপা অনৌবা বন্দীশিংতা নত্তে, কেম্প অসিদগী পুথোক্তুনা থবক শূফম কয়াদা হুমিৎ চুপ্পা থবক শূহল্লুরগা পুশিল্লকপা বন্দী শঙ্গু কয়াম্নুনি। চাদ-থক্তবগা শাংলবা লম্বী চৎলকপগা নত্রগা হুমিৎ চুপ্পা থবক শূরুবগী চোকথরবা হকচাংগা মথোঙ থাংবা থোক্লক্রবা ফিভম অহুদা অমুক হোজংদা লেপ্তুনা লৈবা তাখি চেক্কীদমক্তা। বন্দী থুদিংমক চেক তৌদনা অমত্তা থাজিনবা য়াদে। চেক তৌবহু ঙাইনা ঙাইনা বন্দী কয়ানি লেপ্পা লেপ্পা মতোমতা লৈমায়থক্তা ঙাইনা ঙাইনা বন্দী কয়ানি লেপ্পা লেপ্পা মতোমতা লৈমায়থক্তা হাইথখিবা। মথৌদা মপুক্লিং চঙই হায়বা উৎননবা এস্-এস্ লাম্মীনা "লম-হেনবা" বন্দী কয়ানি গুলি অম-মমদা লোইশিনখিবা। লম্বী অসি শেম্বদা লুম্নবা রোড-রোলার চিংহনখি বন্দীশিংবু, মশা শোল্লবা বন্দীশিংনা য়ান-য়ানা চিংলিঙৈদা লৌচৈ-শাচৈনা মথোয়বু মউন তংনা ফুবিখি হরাওবা অমগা লোয়না এস্-এস্ লাম্মীশিংনা।

নীংশিংলকই, মতম অহুগী মীহাৎ-মীওৎশিং অহুগী য়ারী লীনা লীনা ঙসাই অহন ওইরবা হেনিমানগী মথোল অদো, লোথরকখিবদো, মশিত্তা পিরাংগা লোয়ননা হায়খিবদো, "শাথীরবা অওৎ-অনৈ অদো

ঐখোয় খাঙনবা লাক্লখি, খাঙ্‌বা ঙমখি। মরমদি ঐখোয় আশা থাদোক্লমদে, চেৎনা থাজরম্মী—নোংমা নত্রগা নোংমদি ঐখোয় শোয়দনা ফেসিষ্টশিংবু মায়থীবা পীবা ঙমগনি, মখোয়গী মথুত্তগী নাম্থোকনি।”

অত্তুনা কেম্প অসিগী মন্নুংদা লোন্না লোন্না 'রেজিষ্টেন্স কমিটি' শেমত্তুনা ফেসিষ্টশিংবু মায়থীবা পীননবা থবক পায়থৎখি। চেক অত্তুক কনগ্রবা অত্তুগী মরক্তদু মপান্দগী খুৎশু-খুৎলাই পুশিল্লক্তুনা লালহৌগী খৌরাং তৌখি।

লম্বীগী য়েৎলোমদা লৈরি চাউর-চাউরবা নুংগী নুং ঙাক্তা চীংমায় অমা। মফম অসিদা বন্দীশিংনা নোং ফুং ঙানবদগী হুমিৎ তাবা ফাওবা, করিগুম্বদনা অহিঙ ফাওবা নুং থুগাইবা তাথি কেম্প অমদি লম্বী শেন্নবা। মফম অসিদা থবক শূবা থোরক্লগা কেম্পতা অমুক হন্জিনথিদবা বন্দীসু কোঙ্গাইনি, থবক শূনা শূনা মতোমতা লেকথখিবা নত্রগনা মখোয়বু শেন্নরিবা লান্মীশিংনা মশক খরা হুংশিদবা বন্দীশিংবু 'দোং-দোং' গুলি অম-অমদা লৌইশিনখিবা। ওফিসতা রিপোর্ট পীবদনা 'চেনগে তৌবদা কাপথুবনি' হায়বা। নোংমদা বন্দী অহুম অহুম কাপথুবা ঙম্বা লাম্মীদা মনা-মথুম চাউনা পীরম্মী, লোয়ননা হুমিৎ নিনি-হুম্নিগী থোইদোকপা মথলগী ছুটিসু।

মফম অসিদতা নত্তে, ভাইমারদা এর্‌ফর্টতা অমদি অতৈ মফম কয়াদা থোইদোক্লা লানগী খুৎশু-খুৎলাই শাবা কারখানাদা বন্দীশিংবু শঙ্গু শঙ্গু পুত্তুনা থবক শূহল্লম্মী। খুৎশুমল পীত্রম্মু য়াবা, পুংশিং ককপা লৈতনা নমত্তুনা শূহনবা য়াবা বন্দীশিন্মীশিং অত্তুগী হুমাং মরীক মরীক অমদি ঈ মতুম মতুমগী মপান্না চাউর-চাউরবা কোম্পানীশিংনা মার্ক ক্রোর ক্রোর শেন্দোং তানখি হিটলারবু লান্দা মতেং পাংবগা লোয়ননা। মখোয়গী মরক্তা ক্লিক, ক্রুপ, সিমেন্স অসিনচিংবা কোম্পানীশিং অসিনা খাইদগী শেন্দোং য়াম্না তানুখি। লাইবক থীবদি, হায়রিবা কোম্পানীশিং অসি হৌজিক ফাওবা নোংচুপ জর্মানী অমদি অতৈ লৈবাক কয়াদা মীয়ামগী ঈ চুপ্নি, ঐখোয়গী ভারত্তসু।

চীংগী চীংমায়দা শারিবা পাক্লবা সিড়িশিং অহুদা ঐখোয় ময়াম কূমথরকই। মরক মরক্তা সিড়িগী নাকন্দা চাউর-চাউরা নূংপাক্তা লাই হকুনা উৎলি মতম অহুগী কেম্পতা তৌখিবা মীহাৎ-মীওৎকী শক্তম কয়াদো।

চীংখারোমদা থরা কূমথরগা লৈরি পাক্লবা লম্বী অমা,রোড ওফ নেসন্স। লম্বী অসিগী নাকন অমদা লাপুক-লাপুক্লনা লৈরি চাউরবা পুথ্রী অহুম অকোয়বদো নূংনা চনসিন্দুনা, মক্কম অসি-দনি বন্দী লিশিং তরাবু পুন্না ফুমখিবা। লম্বী অসিগী য়েৎলো-মদা লৈরি জাতি ময়ামগী নীংশিং-ফ্‌রাশিং—ফেসিজমগী মায়োক্তা তুংগী মীরোলগীদমক থরাই কৎখিবা জাতিশিং অহুগী নীংশিং-ফ্‌রা মথং মথং—বেলজিয়াম, বুলগেরিয়া, ডেনমার্ক, জর্মানী, ফ্রান্স, গ্রীস, হোলেণ্ড, ইতালী, যুগোশ্লাভিয়া, লুক্সেমবার্গ, নোরয়ে, ওষ্ট্রিয়া, পোলেণ্ড, রুমানিয়া, স্পেন, চেকোশ্লোভাকিয়া, সোভিয়েৎ ইউনিয়ন, হাঙ্গেরী···।

লম্বী অসিগী অরোইবদা ওয়রোমদা থেকচিন্দুনা চীংথক্তা কাখৎ-থ্রি থাক থাক তৌহুনা পাক্লবা 'ষ্ট্রীট ওফ ফ্রিদম'—নীংতম-লম্বী। চীংথক্তা নীংতম-লম্বীগী লমথৈদা পাক্লবা লম্পাক অমগী ময়ায়দা লৈরি য়াংলবা 'বেল-টরার'। বেল-টরার অসিগী মমাঙদা নীংতম লম্বীগী ময়ায়দা লৈরি বন্দী তরা-মাথোইথক্কী নূংনা শারা মূর্তি, নাৎসী কনসেন্ট্রেসন কেম্পতা লৈবা মতমদা বন্দীশিংগী য়াথল-থোনাগী শক্তম—থরনা চঙশিল্লি ফিরাল অমদি নোংমৈ পায়হুনা নাৎসীশিংগা থেংননবা, অমনা থংনবহুদা হায়রি 'কাম্ৰরোই মখোয়গীসে, য়াওরুবু।'

মূর্তিশিং অসিগী মমাঙদা ছাত্র-ছাত্রী ময়াম অমা ওজা থরগা ফোটো নমহুনা লৈরম্মী। মখোয় পুন্নমক 'ফ্রি জর্মান ইয়ুথ' কৌবা নহারোলগী সংস্থান অহুগী মেম্বরনি—মেম্বর নত্তে, মেম্বর ওইরমদাইগী য়াশকপা লাক্লিবনি মক্কম অসিদা। মখোয় পুন্নমক সংস্থান অসিগী ইউনিফোর্ম হিগোক মচুগী ফুরিৎ শিংলি। মখোয়না হায়রবদগী মখোয়গা ঐখোয়গা পুন্না ফোটো নমমিন্নরে,

ৱাদি ঙাঙ্নদে লোন খঙ্নদবনিনা, নোকফেৎ নোকফেৎভি অহুম তৌনৈ।

"ডাংকে, আফিদাজেন।" হায়রম্লগা মখোয়দগা বিদায় লোহুনা কাখৎলে 'বেল-টন্নার' লৈরিবা লম্পাক অহু তান্না।

লম্পাক অহুদসু নহারোল ময়াম অমা লৈরম্মী। টন্নার মঙ্গুংদসু নহারোল ময়াম অমা। ময়ায়দা লৈমায়থক্তা পাক্লবা কোরি-কোম্পাক অমা লৈরি। নাৎসী কন্সেন্ট্রেসন কেম্প লৈরম্বা মফমশিং 'অমদি শহীদশিংগী মোংফমদগী লৌরুবা লৈবাক মথক্তনি কোরি-কোম্পাক থম্লিবসে। নহারোলশিং অদো অম-মমতা চঙ-শিন্নকই কোরি-কোম্পাক মনাক্তা, লৈ-ও কৎলৈ, ঙাইহাক ভূমিন্না লেপ্পুনা লৈরে মফম অহুদা। টন্নার মতোনগী কাংশিনা মখোল ঈংনা পুক্লিং হুংশিনা য়ৈরি তপ্না তপ্না।

শোক ১৯৪৫গী এপ্রিল ১১গী নুমিৎ য়ুংবা মতাম্লি। খঙ্হৌদনা বন্দীশিংনা লাল-হৌরকখি অমসুং পুং থরগী মঙ্গুংদা কেম্পকী গেটতা নীংতম ফিরাল পাইহনখি, কেম্প অসি নাৎসীশিংগী মখুত্তগী মুনখি। হিটলারগী কন্সেন্ট্রেসন কেম্প ময়াম অহুগী মরক্তা বুখেনভাল্ড কেম্প অসিতনি বন্দীশিংনা লালহৌ তৌহুনা মনীং তমহনখিবা। নুমিৎ অহুমক্তদা রোল-কোল স্কোয়ারদা লেপ্পুনা মনীং তম্লবা বন্দী লিশিং লিশিং অহুনা ৱাশকখি, ৱাশক অহু হৌজিকসু ইহুনা লৈরি টন্নার মথক্তা—"ঐখোয়গী খোল্লউ-দি নাৎসীজমবু মল্ল ফংনা ফুক্তুৎপনি ঐখোয়গী পান্দমদি নীং-থা তম্বা শান্তিদা লৈবা অনৌবা পৃথিবী অমা শেম্বনি।"

মসিনি টন্নার মতোনগী কাংশি-মখোলনা শন্দোক্লিবা ইটের্স্বার্গ্কা পাউজেল—মসিনি লৈবাক অসিগী ৱাশক।

: ১৫ :

নোংপোক জর্মানীদা শাসন পায়মিন্নরিবসে দল মঙানি, 'নেশনেল ফ্রোণ্ট'কী মথাদা মঙা অসি পুন্না থবক তৌমিন্নে। ঙসি ফ্রোণ্ট অসিগী মতাংদা সেমিনাররনি। ঙরাংস্থু এর্‌ফুর্টতা ফ্রোণ্টকী লুচিংবশিংগা উন্নহুনা রারী-রাতাই শান্নরকখি, ফ্রোণ্ট অসি শেম-খিবগী মতাংদা রারী লীরকখি।

শোক ১৯৩৩দা হিটলারনা মীথলদা মায় পাকুনা শাসনগী শক্তি পায়খি। মহাক্না শাসন পায়রবদি লৈবাক মরা তপ্না পানবা ঙম্নরোই হায়বসি কমিউনিষ্ট পার্টিনা উখি, অহুনা মহাকপু শক্তি পায়হন্দনবা পার্টি ময়াম পুন্‌সি হায়না কমিউনিষ্টশিংনা, মরম ওইনা, সোসিয়েল ডেমোক্রেট অমদি খৃষ্টিয়ান ডেমোক্রেটশিংবু হোৌখি। অহুবু কমিউনিষ্টশিংগী রা অদো মখোয়না তাখিদে, তাবদি লায়রহুনা মখোয়না মহুগী ওন্ন-তৈনবদা হিটলারবু মীথলদা শোৌগৎখি। কুইহৌদে মহুগী মহৈ চাবা ফংবা। হিটলারনা শক্তি পায়বগা কমিউনিষ্টশিংতা নহুনা মখোয়বুস্থু কনসেণ্ট্রেসন কেম্পতা থমখি। চৈ চারগা শিংঙকপগুম কনসেণ্ট্রেসন কেম্পতা লৈরব-হুদদি নহানমথৈ কমিউনিষ্টশিংনা হায়বদা তারমবদো হন্দক্তি ফজনা জ্ঞান তারকখি; হিটলারগী মায়োক্তা পার্টি ময়াম পুনবা তাই হায়বসি খঙখি, এণ্টি-ফেসিষ্ট রেজিষ্টেন্স মুভমেণ্টতা মখোয়স্থু য়াওশিন্নখি।

অনিশুবা লাঙ্গাও লোইরে, জর্মানী অনি থোক্না চিংথাইরে, নোংপোক্কী শরূক সোসিয়েলিষ্ট লৈবাক ওইরে। নোংচুপ ইউ-রোপকী থোঙজিন্‌মক্তদা সোসিয়েলিষ্ট লৈবাক অমা চোংথোরক্লবা! নোংচুপ-লৈবাকশিংদা মঙলাক্লবা ওইনা থোকখি, অহুনা অনৌবা লৈবাক অসি য়াররবদি পোকপতা ঙায়রিঙৈদা মখৌরী মেকুনা হাৎননবা লোন্না অমদি কোংনা থবক কয়া পায়খৎলকখি। নোং-চুপলোমগী অসিগুম্বা শরৌ অসিদগী লৈবাক অসিবু কন্ননবা কমিউনিষ্ট পার্টিনা দল অতৈবুস্থু খোঙ্জিন্দুনা নেশনেল ফ্রোণ্ট শেমখি। মতম অহুদা শেমখিবা ফ্রোণ্ট অহু হৌজিকস্থু কায়ব্রি, পার্টি মঙামক হৌজিকস্থু পুন্না শাসন পুমিন্নরি। হৌরম থরদা

দল মঙা অসি মোক্ত খেন্নরবসু মন্না ওইবা হৌরম অমদদি খেন্নবা লৈতে—দল পু্ম্নমক সমাজবাদপু থাজে, চাওখৎলবা সমাজবাদী সমাজ অমা শেমগৎপনা দল মঙামক্তী পান্দম্লি।

সুমিদাং-রাইরম সেমিনার লোইবগা পংকুই কুইনা পোথানজে, লাউঙরোমদা ময়াম হোৎচিন্নরে। ঙসিদি ‘ইণ্ডিয়ান-ডে’নি। মসিগী মমাঙদা ‘মেক্সিকান-ডে’ নচিংবসু তৌখ্রে। চাব-থকপগী থোরাংদি হায়ত্বনা কান্নদে, ভাড়ী-ভূড়ীনি। ঐখোয়না লৈবা অমত্তা য়াওদে, ইনষ্টিট্যুৎনা থোরাং তৌবা ঙাক্তনি, ‘ইণ্ডিয়ান-ডে’নি হায়বগী নামা অত্বতং ঐখোয়না লৌবগী য়ানি।

ইণ্ডিয়ান টিমগী লিদরনা য়াহৈ অম-নি ঙাঙবগা লোয়ননা থোরম অত্ব হৌদোক্লে। মথংদা য়াহৈ অম-নিদং ঙাঙবিনবা কৌখোকই ‘ডাক্তর ফিসারবু’। নোকমি নোকমি হৌগৎলকই হের্বার্ট ফিসার। য়াং-চাউগ্রবা মশা অত্ব অহন ওইবগী চৈনাখোল থোইনা ফাত্তত্রিং-মান্নে শক্তিক্তা ফাওবা কোম্বদ্রি। মতৈ-মনাও কয়াতা খেন্নথবা! মপুরোইবনা য়াং-চাউরিবা, তালোইনা কয়াতা পিক্লিবা! হের্বার্ট ফিসার ভারত্তা চহী কুনলোম লৈরম্লবা মীনি, ভারত্তা নোংপোক-জর্মানীগী ইহানহানবা রাষ্ট্রদূতনি। অত্বনা ভারতকী মরমদা ওথাক থঙই, থঙবতা নত্তনা ভারতপু সুংশিজবা মীনি। মহাত্মা গান্ধীগী মরমদা লাইরিক অমা ইরি, লোইশিনগদৌরে। ঙরাংদগী মফম অসিদা লৈরিবনি মতৈ-মনাও সেমিনারদা শক্লক য়াবা। ঙাঙবা শকপা য়াম্না হৈ, মীনা তানীংঙি, মরক মরক্তা ফাগি মচা মচা থেৎচিন্দুনা য়ারী সুংঙাইহল্লি।

নোকমি নোকমি হৌগৎলকই ফিসার, হায়রকই, “ঐগী ইমিংগী মমাঙদা য়াম্না ইকায়-খুম্ননিংঙাই ওইবা লৈথেৎ অমা হাপ্লিবগীদমক সুংঙাইবা ফোঙদোকচরি। অত্ববু, তশেংবদি ঐ ‘ডাক্তর’ নচ্চদে।”

ময়াম ঙাইহাক ঙকচানৈ। মথা তাথরকই ফিসার, “য়ারী অমা নীংশিংলকই। ইণ্ডিয়াদা থোকখিবনি, মিটিং অমদনি। ভারতকী রাষ্ট্রপতিনা মিটিং অত্বগী সভাপতিনি, ঐসু রা ঙাঙবা তারম্মী। ঐগী মতাং য়োরকপদা সভাপতিনা কৌরকই, “রা ঙাঙবিগদবনা

জর্মান ডেমোক্রেটিক রিপাব্লিকী রাষ্ট্রদূত ডাক্তর হের্বার্ট কিসার। ডাক্তর কিসার…”

মাইক্রোফোনদা চঙশিল্লগা ঐনা রাকম অহ্ নোল্লুকচবগা লোয়ননা শেংদোকচে, ‘ইয়োর এক্সেলেন্সি মিষ্টার প্রেসিডেন্ট, ঙাকপিগনি, ঐ ডাক্তর নচ্ছদে, ঐ ইচম-চম্বা ফিসারনি।’

‘নেভার মাইণ্ড ডাক্তর কিসার, কৈস্নু কায়দে।’ সভাপতিনা রাকম অহ্ নাগি ওইনা লৌইশিনথি।”

ঐখোয় ময়ামস্নু নোহোনবা নাগি অহ্দা রা লাউনা নোকখিবা খঙ্‌হোদে।

রা ঙাঙ্‌বা অমদি খুদোলপোৎ পীনবা লোইরগা ভারতকী সংস্কৃতি-পুন্সি উৎপা স্লাইদ থরা ঐনা পুবদো উৎলে, লোয়ননা ভারতকী তোঙা-তোঙানবা লোনগী ঈশৈ, মথংদা কবি হরভজনগী শায়র… ।

ঙসি হুমিদাংগী থৌবমদা থোইদোকপা অতিথি থরস্নু য়াওরি, আফগানিস্তানগী ছাত্র মঙা-তরুক। বিপ্লব পাঙথোকখিবতা ঙায়রিবা লৈবাকী নহারোলনিনা মথোয়বু থরস্নু হেন্না হুংশিরে। ভারতকা য়ুমলোন্নরবস্নু সংস্কৃতিগী মাইকৈদা আফগানিস্তানগা কয়াম নক্ল-রমগদগে হায়বদো নোংমতা খল্লুদে। ঙসিদি হকথেংননা খঙ্‌লে। আফগানমচাশিং অহুনা শক্লকপা কৌন্নালীদা ঐখোয়স্নু ফজনা য়াওশিনবা ঙম্বদো উবদা মন্নপ-মপাং অতৈহুনা হংলকই, “লোন খঙনবরা ?”

মথংদা নো'চুপকী নহারোলশিংনা শন্নথরকই মথোয়গী জগোই, ঐখোয়না বোল ডান্স হায়রগা খঙনবদো।

লেতিন আমেরিকাগী লৈবাক থরগী, থোইদোন্না চিলি, পেরু, উরুগুয়ে-সচিংবা লৈবাকী ছাত্র-ছাত্রী থরদি ঐখোয়গী হুমিদাং-থৌরমদা পার্মানেন্ট ইন্‌ভাইটি ওইরে হায়বা য়ারে। হুমিদাংগী থৌরমবু লৈরবদি হেক্তা লাকই, অহিঙ নোংয়াই কাওবা পেন্না জগোই শামিন্নরন্নগা মাগী মাগী লৈকমদা হন্নথি। ঙসিস্নু ঙসাইমথৈ

ওপ্নোক্লা য়ানা কমত্নুনা লৈরম্বা জাৎনি, মাগী মাগী লাম্বা থিত্নুনা শার্থেক কয়া থেক্লবা হোৌব্রে।

ভেনিজুয়েলাগী মেদাম মোলিনা হৌগৎলকই, নোকমি নোকমি চঙশিল্লকই, হায়রে মখুৎ অনি তিংখোক্লুনা, "মি আমিগো, পার ফেভর—মাই ফ্রেণ্ড, প্লিজ।"

"গ্রাসিয়াস ; মি অমিগা—থেঙ্ক্‌স্‌, মাই ফ্রেণ্ড।" ঐস্মু হৌগত্তবা ঙমদে।

মেদাম মোলিনা চহীদি কনা য়াম্নবা জাৎনি, অহুবু রাখলদি নহা ওইরি। মপুরোইবস্মু কম নত্তে, ইউনিভার্সিটিদা জর্নেলিজমগী ওজা ওইরম্মী, হৌজিক থবকুগী পোথারে, অহুবু রাখলগী থোৎ-নৌবদি মতৌ-মনাও পংথেন থেম্নদে। মপুরোইবদি ইংলিশ খরা খরা খঙ্‌ই, মেদাম মোলিনাদি রাহৈ অমা কাওবা খঙদে। অহুবু ঐখোয় অনি অহুম রারী শানৈ, মহাক্লা স্পেনিসতা ঐনা ইংলিশতা। করিগুম্বা মতমদা মহাক্লা হায়রিবহুগা ঐনা লৌরিবা অর্থহুগা খেন্নবদো ভাব তারকপদা ঐখোয় অনি থল্লাই তানা নোকমিন্নৈ। মহাক্লা খরা তিন্ন-তোৎনবদগী ঐস্মু স্পেনিস রাহৈ অম-নি হৈরে, ঙাইহাকীদি মতো মাল্‌হনবা ঙম্নে।

অয়ুক খুদিং ব্রেকফাষ্ট টেবলদা উন্নবগা হেক্তা হায়রকই, "বুয়েনোস দিয়াস।"

ঐস্মু খুম্বা হৈরকই, "বুয়েনোস দিয়াস—গুড মোর্নিং।"

অহুদগী মখা তাথরকনি, "কোমো এস্তাস, মি আমিগো—কমদৌরি-বগে, মরূপ ইবুংঙো ?"

"মুই বিয়াং, মি আমিগা—হুংঙাইজরি, মরূপ ইবেমা।" ঐস্মু খুমই।

য়াম্না থুনা স্পেনিস হৈবদো উবদা স্পেনিস-লোনবা মালেমগী মরূপশিং অদো ঙকই, মখোয়দা হুংঙাইজবা অমা কাওবগুম তৌই, ঐঙোন্দস্মু : হুমিৎ খুদিংগী মানা মানা ঙমজবা রাহৈ অম-নিতং ওইরবস্মু তম্বিবা হৌরকই। থরনি মতুংদদি মখোয় মরাম ঐগী মিং

কাউনখিবগুম তৌগ্রে, ঐগী মিং কৌনখিগ্রে, ঐ অমে মখোয় খুদিংমক্কী 'মি আমিগো' ওইগ্রে।

জগোই শানা শানা মেদাম মোলিনানা থাগৎলকই, "য়াম্না হৈরে, মি আমিগো।"

য়াম্না হৈবদি নত্তে, অদুবু চৎনবা য়ানা হৈরে হায়বদুদি ইশাদমক্কু ফাওরকই। 'মেক্সিকান-ডে'গী শুমিদাংদা তৌখিবদুদি কুম্মৈনি। ইংলিশ-লোনবা মালেমদগী লাক্লবসু ঐখোয় কনামতা নোংচুপকী জগোই হৈবা য়াওদে। জগোই শাসি হায়না মেদাম মোলিনানা হৌরকপদা ঐখোয় ময়াম চমল্লদুনা ঙাইহাক লৈখি। গোহাটিগী মরূপ মেধীনা ঐঙোন্দা থঙ্জিল্লকখি, "প্রোফেসর, হৌগৎলুদনা, মণিপুরীমচানবু জগোই হৈতবা হৌনবরা!" মরূপ অতৈদুসু মহাক্কী মতেং পাংশিল্লকই। "পোকপদা তাইথিং হায়না পোক্লক্লবা মৈতৈমচানবু" হায়বা রাখল অমা ঐঙোন্দসু পোক্লক্লুনা ঐসু চোং-থোক্লে। অদুবু জগোইগী থোঙথাং লানবা খুদিংগী ইমায় অসি ঈচপমুক ঙাঙ্শিল্লকখি, শাথেক শোয়বা খুদিংগী হকচাং অসি হুমাং অনপ্পী কাংখি। জগোই শানা শানা নীংশিংলকখি জেইনবু, জেইন রাটসনবু—শিলোংদা কোলেজ তম্লিঙৈ মতম অদো। জেইন্না ঐবু জগোই হৈননবা কয়াতনো লাক্লজখিবা, হৈহনবা ঙমখিদে। মমানা ফাওবা হায়খি, "জেইন্না নঙবু অমুক য়াম্না জগোই হৈহল্লীংলগা করিগীনো নঙনা হৈবা লৈত্রিবসে?" ঐ পাউথুম পীবা ঙমখিদে। জেইন্না নীংবা কায়বদো উরগা ঐসু থম্মোয়দুংদা দুংঙাইখিদে।

বিশ্ববিদ্যালয়গী চহী লোইরমদাইদা মহাক্কী অরোইবা চিঠি অদো ফংখি, "ঐ থাইনরে। নঙগা অমুক্তংদি উন্নরীংবনি। কিরুদু জগোই তম্বিগে হায়গদবা নত্তে।"

পরীক্ষা লোইবগা শিলোং চৎলুই। অদুবু জেইনগা উনবদি ফংলকখিদে শিলোং থাদোক্লুনা চৎলম্লে কানাডাদা মবুংগী মনাক্তা। ঐ হুমিং থরনিতং পীনখি, থম্মোয়দুংদা মদুগী নীংঙমহৌদবা অমা মতম কুইনা মমি তাদুনা লৈখি—এংলো-ইণ্ডিয়ান ওইজরবসু মবুংনা কানাডাদা লৈজরবসু মহাক্তি ইণ্ডিয়াদা য়াম্না লৈনীংলম্বনি।

"গ্রাসিয়াস, মি আমিগো গ্রাসিয়াস," মেদাম মোলিনানা মখুৎ থাদোক্তুনা হায়রকপহ্নদা জান তারকই মিউজিকী তাংকক অমা লোইশিনখ্রে হায়বা।

মিউজিক অমুক হৌরক্লে। হন্দক্তি কিসার মতৈ-মনাওম্‌ চিথক্রে। অতৈদি তোক্লহনা মেথীগা মাখনলালগা কাওবা হৌগৎলক্লে।

ঐম্‌ হন্দক্তি পার্টনার শিল্লে। পেরুগী য়াম্না তোয়না লাকপী জগোই য়াম্না হৈবী হৌবদগী লোইবা কাওবা পোখাদনা জগোই শাবী অনিহুগী মরক্তা থরা পিক্তক-চেংতকপী অহুগা তারে। মখোয় অনিমক গুকরা-রাদনা জগোই শাই, জগোই শাবদা য়াম্নম্‌ পকচৈ, য়াম্না থীংই। কুমিং খুদিংগী মখোয় অনিতনা ময়ামবু লাকচহনা চংখি।

ঙসিদি ঐ কুম্মৈ অমা তৌরগে থল্লে। তাংকক অমুক-অনিরক মহাক্কী মতুং ইন্দুনা শারগা হায়রে, "হন্দক্তি ঐখোয়গী নোংপোকলোমগী ষ্টাইলদা শারসি, ঐগী ইতুং ইম্নু।" অহুদগী হৌজিক্কালগী নহা-রোলশিংনা থাবলচোংবীদা শাথেক-খোঙথাং জাৎ জাৎ হাপতুনা তৌবদো অহুমক ঐম্‌ তৌরে। লৈশাবীমচা অদো ইতুং ইম্ননবা ফনা কম্না হোৎনজরম্মী, ঙম্লক্রমাম্লে মুংশাসোর থবেৎ থবেৎ হোল্লহনা তোক্লসি হায়রক্লে।

করম হায়না মতম হৌখিবনো খঙহৌদে। মী কনা য়াম্না তাকশিল্লক্লে হায়না ঘড়ীদা য়েংলুবদদি নোংয়াই মতুং পুংখায় অমা তারম্লে।

# : ১৬ :

ব্রেকফাষ্ট লোইবগা গাড়ীদা কাখৎলে। ঙসিদি কিলোমিটর মর্ফুরোম লাপ্না নোংচুপ হারমদনি,আইসেনাকতা—লৈবাক অসিগী ঙমখৈদা, কিলোমিটর কুনতং ঙায়রে নোংচুপ-জর্মানীগী ঙমখৈ য়ৌগদবা। কিসার মতৈ-মনাওম্‌ ঐখোয়গী ইরক্তা য়াওরি। রারী

হৈগ্রবা অহম্নি। ডাইহাক্তা তূমিন লৈতে, অহন ওইরকপনরা মশাগী ওইবনরা মরায়দা কমছুনা য়ারী মথং মথং লীথরি। মরক মরক্তা ময়ায়া হংলকপা য়াহংগী পাউখুমসু পীরি।

চীংয়া-তময়াগী হৌনবী লম্বী থেক্লা-খোয়না চৎলি, অনেম-অয়াংবি খোইনা য়াওদে। শাংলবা লম্বীগী মরক মরক্তা ট্রাফিক পুলিশকী গাড়ী থাহুনা লৈরম্মী, ট্রাফিক রুল থুগাইবা মী ফাগদগী। য়েৎলোমদা শাংলবা চীংশাংগী য়াংলবা চীংদোম্দা উরি টেলিভিজন টয়ার। মরা চৎলগা লৈরম্মী খরা খরা লাপ্তক লাপ্তক লানবন অহুম, থাইনগীনি লোইনা কীহ্বরে। মরূপ ব্রাউনমা য়ারীদো লীথরকই—

লানবন অহুম অসে নাইট মচিন-মনাও অহুমগীনি। মচিন-মনাও অহুমগী ইতোন-ভোনবা অহু ক্রুশেদ য়াওবা চৎলুই। লান্দা তুর্কী-লাম্মীগী মথুক্তা বন্দী ওইহুনা মতম কূইনা লৈখি। তুর্কী-বাদ্‌শাহ্‌গী মশক মতৌ কজবী শাহ্‌জাদী অমগা থেংনরুহুনা মহাক্না মুংশিনাখি, মহাক্কী মতেংনা মরৈবাক্তা চেন্নকখি। অহুবু ময়ুম হন্নরুগা হেন্না অয়াবা হায়বদো থোকখি। কেথোলিক ধর্মগী মতুং ইন্না নুপী লোনবা হায়বসে য়াদে। অসোমদা হান্নগী নুপী অহুমু মশক-মতৌদা য়াত্ত-পাদবীনি, মহাক্না থাইনবমু থম্মোয়না য়ানীংদে। থনগদবমথৈ থল্লগা কাইনথংদা চৎলে পোপকী মফমদা—কেথোলিক ধর্মগী অচুম-অয়ান অয়োইবা ওইনা লেপ্পা ওম্বা মহাক্কী মফমদা। ক্রুশেদ য়াওরুবা অওম-অথৌ অমগীদমক্তদি পোপনা ধর্মগী অফা-অপুন অদো থরা কোম্‌থোক্‌হনবিরকখি, মহাক্কীদমক্তদি নুপী অনি লোনবা য়াবিরকখি।

ব্রাউনমা ঐঙোন্দা ওনশিন্দুনা মখা তাথরকই, "ওরিয়েন্টলরোমগী নুপীশিং অসিবু মশক-মতৌ য়ায়া কজবরা?"

"কজবতা নত্তে, য়ায়ন্মু রোমান্টিকনি।" ঐনা মথোই হাপচিল্লি।

"অহুননি ঐনা নোংপোকলোমদা অমুক্তা ওইরম্মু চত্তবা য়াদে হায়-রিসে।" ফাগি তৌরকই ব্রাউন।

পিকগ্রবা সহরনি আইসেনাক। মীশীং লিশিং মঙারোমতনি। অহুবু লমকোয়বা লাকপা মীদি য়াত্তে,পিকচরবমু সহর অসি লিরে

হায়বহ্ তাক্লি অমনবা মায়থোঙগা লোয়ননা লেপ্তুনা লৈরিবা থাইনগী য়ুম-কৈশিং অহ্না। সহর অসিন্দু ডাইমারগুম্না অচৌবা মিউজিয়ম অমনি হায়না লৌবা য়াই।

সহর অসিগী ময়োলমক্তদা লৈরি চর্চ অমা, সহরমচা অসিগী চাং তম্লগা শাবা মাল্লি। অহ্বু গির্জা অসি জর্মান সভ্যতাগী ইতিহাসতা ময়েক লানা লৈবা গির্জা অমনি। মফম অসিদা মার্টিন লুথারনা মতম কয়া লাইশোন পাঙথোকখি।

গির্জা অসিগী মনাক্তা থোইনা লাপ্তনা ওন্নরোমদা লৈরি বাক-হাউস তোংতক তৌবা চাংহ্মগুম্বা মফম অমদা। য়ুম অসিদনি তম্লানিপান-গুবা শতাব্দীগী কাওরবা মিউজিক কম্পোজার সেবাষ্টিয়ান বাক্না লৈরম্বা। য়ুম অসিগী মমাঙদা লেপ্তুনা লৈরি বাকী মশামুক চাউবা নুংনা শাবা মূর্তি অমা।

য়ুম অহ্ মথোল অনিগীনি, য়াম্নদি মল্লে। য়ুম অহ্তা নত্তনা কা ময়াম অহ্ন্দু থাইনগী ফিভম অহ্দা লৈরি—ফম্ফম কাদা থাইনগী-টেবল-চৌকিশিং অহ্ হোংদনা লৈরি ; বাক-ইমুংগী লাইরিক-লাইও থম্ফম কাদা মেপ, খুৎনা ইবা লাইরিক কয়া ঈশৈ-নোংমাইগী যন্ত্রগা লোয়ননা লৈরি। ফল্লাংদা মতম অহ্গী আইসেনাক কৈথেলগী পেন্টিং, বাক্না তম্লম্বা স্কুল অহ্গী পেন্টিং—স্কুল অহ্ হৌজিক্তি ওজাগী ট্রেনিংশঙ ওহ্মোক্লে। থোইনা চাউদবা চাকশঙ অহ্ থাইনগী কোল-লিকশিং অহ্গা লেঙদনা লৈরি।

সেবাষ্টিয়ান বাক স্বুরকার অমা ওইনা য়াম্না নহা ওইনা মমিং চৎখি। অহ্না সহর কয়াদগী বার্ডোন ফংহ্না লাপ্ল-লাপ্লবা লমদম কয়া কোয়বগী খুদোং চাবা ফংখি। ডাইমারদন্দু চহী নিপাল্লোম মহাক লৈরম্মী। মরৈবাক য়াংমা লাম্না ক্রাজতন্দু মহাক ওর্কেষ্ট্রা থোংবা চৎলুই।

ঐথোয় বাক্না উনরক্তে, উনবন্দু ওইথোক্তে। অহ্বু মহাক্না লেংলম্বা ওর্কেষ্ট্রাগী স্বুরদি তারকই মাগী ইমুংদা লৈবা হোল মচা অমদা। নহা ওইরিবা আর্টিষ্ট অমনা, ঐথোয়তবু নত্তে, মফম অসিদা লাকপা লমকোয়বা পূম্নমকপু বাক্নী স্বুর থরম্দি থোংহ্না তাহল্লি।

বাক-হাউসতগী থোরক্লগা সহরগী নাকন অমদা অমুক চৎলে, ভার্ত-বুর্গ কার-মিউজিয়ামদা। সহর অসিদনি ভার্ত-বুর্গ কার শাবগী কারখানা লৈরিবসে, ঐতিহাসিক ভার্ত-বুর্গ লানুবনুগী মমিং লৌহুনা থোনবা। শোক ১৮৯৬তা কারখানা অসি লানগী খুৎশু-খুৎলাই শাননবগী ওইনা লিংখৎথিবনি। অহুবু চহী অনি মতুংদা কার শাননবা কারখানা ওইনা ওন্থোকখি। মতম অহুর্দগী হৌনা হৌজিক ফাওবদা শারক্লিবা কারময়ামগী মোডেলশিং অহু লোইনা মথং মথং মিউজিয়াম অসিদা লৈরি। অহানবা পুথোকপা মোডেল অহু উবদা মুংবু মুংশি, মোটোর কার নত্তে মোটোর কোচনি, মথক কুপতে। ফিভম অহুদগী মথং মথং হোংলক্লুনা হৌজিক উরিবা কার অসি পুথোরক্লিবনিকো থল্লুবদা মীওইবগী চাওখৎ-খোঙথাংবু থাগত্তবা উমদে। শোক ১৯০৭-১০দা পুথোকপা অনিশুবা মোডেল অহু 'ডিক্সি' কৌই, মথক ফিনা কুপ্লবমু কারদি মান্দ্রি। হৌজিক শারিবা ভার্ত-বুর্গ কার অসি লৈবাক অসিদা থাইদগী ফবা মথলনি। মমল চাউরাক্লা মার্ক লিশিং কুনমাথোইরোমনি। শেন থরা হেন্না থোকপা কাঙবুনা মথল অসিগী কার অসি লৈনৈ; পংলৈ লৈজদবা কাঙবুনা 'ট্রাবাণ্ট', মসিগী মমলনা লিশিং নিপাল্লোমতনি।

কার-মিউজিয়াম য়েংবা-লোইরগা গাড়ীদমুক কাথৎলে। থেক্ল-খোয়না থরা চৎলগা চীংখোঙ অমদা থ্ংলে। চীংখোঙ অসিদা গাড়ী ময়াম অমা থারি, লমকোয়বা মী ময়াম অমা হান্নবা য়োরম্লে। নীংশিংলকই, অঙাং ওইরিঙৈদা অহন-লমন্না হায়বদো, 'ভুবন-বারুনী কাগে হায়রবদি। ফক্লাং কাবা তম্মু।'

থাইনগী অঙম-অথৌশিং অহুদি চীং অসি কাবদা গাধা তোংহুনা কারম্মী। হৌজিকমু অচৌ-অশাংশিং অহুগী মতৌ তম্লিংবশিংনা গাধা তোংহুনা কাবা য়াই, মহুগীদমক গাধা থরা তৈয়ার লৈরি, ভাড়া পীরগা লোইরে। তৌবগীদি গাধা তোংনীংবা মী পংয়াও য়াওরক্রে। লম্বামু পাইনগী অহুম হায়না পুংঙম-ঙমত্রে, সিড়ি মতেক মতেক চনশিন্দুনা, থোং মচা মচা শাজিন্দুনা চীং কাবদা থোইনা রাদনবা তৌরে। অহুমকপু মশা-মউ নোয়-পেল্লবী হুপীদি মতেক অমা কাখৎপগা পোথাই, থরমুক কাখৎলগা ফমথৈ। থাইনা

নহা ওইরিবঁদা বারুনী কাবদো কয়াতা নীংশিংলক্লে। মখুৎ পায়হনা চিংখৎপিরুসিরা খল্লকই। অহুবু ঐনা চিংখৎপগী মহুত্তা মখোয়না চিংখখিগদবদো উবদা থোনা উৎলুব্রে, ঐখোয়গী পিক্তক-চেংতক-পীশিং অহুগা মখোয়গা খেন্নথ্রবা জাৎনি।

চীংদোনদা লৈরম্লে রাং-চাউরবা শঙজাউ অমা, অকোয়বদা শঙ অচৌমচা কয়ামক্তা লোয়ননা। মসিনি ভার্ত-বুর্গ লানুবন। নীংশিংলকই, লানুবন ৺ সি শাখিবগী রারী, নোংমা তামারানা লীখিবদো।

তরামাথোইগুবা শতাব্দীদনি। থুরিঙ্গিয়াগী লেগু-গ্রেভ শাগৈগী নাইট অমা য়াঙ্গোই-শগোল তোংহনা চীং-মান্দা শাদানবা লাকই, মহাক্না অম্নুম অম্নুম লাকপদা চীংদোন অসি য়োরকখি। চীংদোন অসিদগী অকোয়বদা লৈরিবা লমদমশিং অহু উবদা মপুক্লিং শুঙ্কৎখি, খনখি—চীংদোন অসিদা য়ুম অমত্তং শারগা লৈরদি! চৎলমদাইদা হায়রমই, "ভার্তে বুর্গ—ডাইরমখোকো চীংজাউ।"

মতম খরগী মতুংদা নাইট অহু অমুক্তা লাক্লে, চীংজাউদু ডাইহনা লৈরম্মী। অহুবু য়ুম শাগে হায়না থৌরাং তৌরকপা মতমদদি চীং-মপু অহুনা খিংলে, "শাবা য়ারোই।"

"করি, শাবা য়ারোই হায়বা?" নাইট অহু শাউনা মৈ হৌথ্রে। মীচম প্রজা অমনা করি লৈহনা! থীন্দনা অথাপ্পা মফমদগী লৈবাক মপোৎ মপোৎ পুরক্তুনা চীংথক অহু থোঙ্কৎপা হোরে।

চীং-মপু অহু তৌফম খঙদহনা লৈবাক-নিথৌদা রাকৎলুরে। অহুবু নিংথৌগী মফমদা করম্না নাইট অমগা মীচম অমগা মান্নরুগনি, মীচম প্রজা অমনা ফনা চুমহনদু নাইট অমবু করম্না লালহনগনি। সনা-য়াথং তাউথরকই—"নঙগী লম-মথক্তা শাবা নত্তে, নাইট মশাগী লম মথক্তা শাজবনি।"

অঙকপা রায়েলনি! নিংথৌ অমদি অঙম-অথৌশিংনা তৌবা থবক পুম্নমক মতম অহুদা অচুম্বা ঙাক্তনি, মী হাৎলুরবদু মহু অরানবা থবক নত্তে। বৃটিশ সংবিধানদা মহুগী সাক্ষী ওইনা হৌজিক ফাওবা লৈরি—King can do no wrong, নিংথৌনা অরানবা তৌদে। অহুনা থাজনরমই, নিংথৌনা তৌবা পুম্নমক অচুম্বা ঙাক্তনি,

মরমদি মথোয় অসি ঈশ্বরনা থারকপনি, ঈশ্বরগী শক্তি চেন্নিবনি।

"ঈশ্বরগী শক্তি চেন্‌বা হায়ববু য়েংঙ্‌দনা, নিংথৌদি লায়রদনা নিংথৌগী মথাদা লৈবা অঙম-অথৌ অমনা 'ডাইরমথো' হায়বদা অপুক চাউথ্রবা চৌংজাউ অসি কাওবা ঙাইরম্লিবছনি।" ব্রাউন্না ফাগি ত্তৌরকই।

"হোয়, ঐথোয়বুস্থ ঙাইরম্লি চৌংজাউ অসিনা।" ঐনা ফাগি অদো অমুক শমখৈ।

ঐথোয়তা নত্তে, তুংগী মীরোল কয়াবুস্থ ঙাইথিগনি চৌংজাউ অসিনা। লাকথিগনি মীরোল কয়া মাগী মথক্তা শারম্লিবা লানবন অসি য়েংবা, তারথিগনি লানবন অসিগী রারী।

অকোয়বদা লৈরম্লিবা শঙ অয়াম্বদি ওফিস, পোথাশঙ, চুকাম্না চিংবা ওম্মোক্লে; অচৌবা শঙ অমদি হোটেল-রেস্তোরাঁ ওম্মোক্লে। হোটেল অসিদা চাকলেন চারগা চঙলে মরম্ম ওইবা শঙজাউ অছু য়েংবা।

শঙজাউ অসি মথোল অছুমনি, রোমান ষ্টাইলদা শাবনি। মথাগী মথোলদা মরম্ম ওইনা চাউরবা কা অছুম লৈ—অছুমছুগী মমুংদা বেরোনিকেল হোল অছু থাইনগী রোমান হোলশিংবু নীংশিংহল্লি। অনিশুবা মথোলদা লৈরিবা কা-জাউশিং অছুগী মরক্তা পনবা রাবদি এলিজাবেথ্‌স্‌ বরায়রনি। কা অসিগী লৈরোং-লৈতেং বাইজেন্টাইন ষ্টাইলগীনি—কা অসিগী কল্লাংগী অকোয়-বদা সেন্ট এলিজাবেথকী পুজিগী মরম্ম ওইবা থৌদোকশিং অছু য়েক্লি, মিং-মায় থকপা লৈরোং-লৈতেং অছুগী মরক্তা লম্বোইবী অমগী পুজি-রারীগী শক্তমছুগা পল্লদবদো রাথলদা কাওদবা নত্তে। থংননা লৈরিবা লাই থুরুমকম কা অসিনা গোথিক ষ্টাইলদা শাবনি। পনবা রাবা কা অমনা সিজার্স হোলনি। হোল অসি হায়দি হৌজিক লৈরিবা অসিদগী হেন্না চাউরম্মী। কা অসিদা লৈবাক কয়াদগী কবি অমদি অশৈবশিং কৌছুনা শৈরেং অমদি ঈশৈ তায়রক্লম্মী।

সিজার্স হোলগী হেক মনাঙদা লৈরি এলিজাবেথ গেলারী।

গেলারী অসিগী মরম ওইবা লাইশিংদি এলিজাবেথকী পুন্সি-মারীগী মরী লৈনবনা অয়াম্বনি। হাঙ্গেরী নিংথৌগী মমোম-লোই এলিজাবেথ চহী তরামন্নিদা মপা-ইবুংঙোনা থাজরকখি লমদম অসিদা। অছুবু লমদম অসিগী ঈরাং-করাং অমদি অকে-অমৌনা মহাকপু শুক্কৎপদি ঙমখিদে। অছুনা মতম থরগী মনুংদা লৈম-শিজগী পুন্সি থাদোক্তুনা লম্বোইবী ওইনা পুন্সি লেনখি।

পনবা য়াবা কা অমনা লেগুগ্রেভ শাগেগী হোল অসিনি। মসিদমক্ কক্লাংগী অকোয়বদা য়েক্লি লাই ময়াম অমা, থুরিঙ্গিয়াগী লেগুগ্রেভ শাগেগী মৈহৌরোলদগী হৌরছুনা ভার্ত-বুর্গ লানবন অসি শাবা অমমুং শাগেগী মরম ওইবা থৌদোক-য়াথোক ময়াম অছুগী য়ারী।

ভার্ত-বুর্গ হেক পনবদা নীংশিংনরিবা মিং অমনা মার্টিন লুথারনি। শোক ১৫২১গী মে-দগী থা তরা লানবন অসিদা লৈছুনা গ্রীক লোন্দগী মহাক্লা অচম্বা জর্মানদা নিউ টেষ্টামেন্ট হন্দোকখি। মহাক্লা লৈরম্বা কা অছুদা হৌজিকসু লৈরি ডেস্ক অমদা বাইবল অমা শোক ১৫৪৪দা নম্বা, লুথার মশামকী মখুৎনা মরক মরক্তা য়ারোল মতেক মতেক ইরম্বা।

শঙজাউ অসিগী হোল অমদি কা অয়াম্বা থাইনগী শকক্ম অছু য়ারিমথৈ কায়হন্দনা থম্নবসু ফেষ্টিভেল হোলতংদি হৌজিকলগী মওংদা শেমদোক্লে। হোল অসি জর্মান ইতিহাসতা মমিং লৈবা হোলনি। শোক ১৮১৭তা তৌখিবা ভার্ত-বুর্গ ফেষ্টিভেলদা জর্মান ছাত্রশিংনা মচেৎ মচেৎ তারবা লৈবাক অসি পুনশিন্নবা লাউখিবা থোল্লাউ অদো মকম অসিদগীনি। জর্মান ডেমো-ক্রেটিক রিপাব্লিক লিংখৎপগী কুমওন পালন তৌবদা শোক ১৯৬৭তা নেশনেল ফ্রোন্টনা ভার্ত-বুর্গ মেনিফেষ্টো লাউথোকখিবসু হোল অসিদনি। কালেন থুন্দিংগী ভার্ত-বুর্গ কলার্ট পাঙথোক্তুনা হোল অসিগী মগুণ হৌজিকসু ঙাক্লি।

মপান্দা লেপ্তুনা লৈরি লানবনগী য়াংলবা টয়ার অছু। টয়ারগী মথোঙদা লৈরি মম্নবা কা অমা, মতম অমদা কৈগুমশঙ ওইরম্বা।

কৈথুমশঙ অসিদনি ভারতরুকথুবা শতাব্দীগী মরাম্নরাইদা খুঙ্গংগী ইচম-চম্বা লৌমী অমবু লৈবাক্কী চৎনবিবা ধর্মগী মায়োক্তা রা ঙাঙ্ই হায়বগীদমক ফাজিন্দুনা থমখিবা চহী নিপাল, পুন্সি থম্বা ফাওবা। অদুনা টরার মখোঙগী কৈথুমশঙ অসিনা তত্তনা নীংশিংহন্নি মকম অসিদা অরাকপা খুদিংদা মতম অদুগী তৌবা ঙম্বা অঙম্বশিং অদুগী মীহুংশি থঙদবা তমথীরবা শক্তম অদো।

: ১৭ :

সেমিনার নত্রগা লম কোয়বগী প্রোগ্রাম লৈতবা হুমিংতি ফনা রায় মতম লেনবা। পিকপ্রবা সহর ভাইমার অসিদা কয়াম কোয়গনি। লম্বীগী উপাল-রাপাল ফাওবা শক থঙনরক্লে। অদুবু য়েংগদবদি লৈরি, লোইবা নাইদে।

রোমাইকেনা হোয়কই ঐবু, "লাউ ঙাইহাক চথোক্লুসি। ফনা তোয়না ভাইমারদা লাক্লরনি, অদুবু য়েংগদবা লৈরি।"

ঐন্দু য়ারিমথৈ য়েংনীংবা উনীংবা কৌবনিনা হরাওনা মহাক্না থোকখিন্নরে। ঙসিদি ঐখোয় অনিতনি। মার্কেট প্লেসকী মতাই অমদা জেকোব ষ্ট্রাসেদা লৈরিবা কির্ম্স্-ক্রেচোভ হাউস য়োবদা মতম য়ান্না ঙল্লিবোই থল্লুরে। ভিজিটর পংলাক লাক্লমদ্রি। তৌবগীদি পংঙন ঙনুবা নত্তে। মিউজিয়ম অতৈদদি মীনা কুক কুক ঈমবা হোপ্রবা জাৎনি। ভাব তারকই, মকম অসি মী পংয়াম য়ান্না লাক্নদবা জাৎনি। মিউজিয়ম অসিগী গাইড ওইরিবী অনিহুম্ন চীন্দোন-লৈতোন পংশেং শেংদে।

মথোল অনি নাইবা শাংলবা শঙনি-মিউজিয়ম ওইরিবসে, মনুবা হৌনবমথৈ মল্লে। য়ান্না কম্না শেমজিন-শাজিনবগী মওংম্নু উদে। তরাতরেৎথুবা শতাব্দীগী শঙশাং অসিদা লৈরম্বা ডিউকী কয়াইবা অদো। মহাক্না শীজিন্নরম্বা কমুং-কাংথোল চেয়ার-টেবল

অমদি পোং-চৈ পুন্নমক হৌজিকস্থু লোইনা লৈরি কা ময়াম অসিদা। পুজিগী অরোইবা মিংকুপ্তা কয়াইবা অসিনা মহাক্কী লৈক্লবা পু্নমক কথোক্লম্মী ভাইমারগী মীয়ামদা। ভাইমারগী মীয়ায়া মমল য়ায়বা পোং-চৈশিং অছু মাঙহনখিদে, লোইনা মিউজিয়ম অসিদা থম্লি।

শঙ অসিগা থংননা লৈরি অতোপ্পা মিউজিয়ম মচা অমগা— হের্দার মিউজিয়ম। ডিউক কার্ল ওগাষ্টনা, কবি গোয়েটেবু পুরকখিবগুম দার্শনিক জোহান হের্দারবুস্থু ভাইমারদা পুরকখি অমস্থুং মকম অসিদা লৈহনখি। অসিগুম্বা মীথোই-মীহেন্না লৈত্তেং ওইছুনা মমাইবেমা অন্না অমালিয়াগী কোস্থুং অছু সাহিত্য, কলা, দর্শন, বিজ্ঞান্নচিংবা হীরম কয়াগী নৈনফম ওইরম্মী। কান্ট্‌কী মমিং চংলবা ছাত্র হের্দারনা মপুজি হোর-কপদা ওইনীংলম্মী ক্লাজি—ধর্মগুরু। অছুনা চংলুই রিগাদা মছু ওইনবগীদমক্তা। অছুবু ফ্রান্সতা চংলুবদগী মহাক অতোপ্পা মীশক অমা ওইরকখি! ফ্রান্সকী চাওথংলবা সংস্কৃতি অমদি বিপ্লবকী রাখল-ফিদম্মা মঙোন্দা কন্না প্রভাব তৌখি। গোয়েটেগা উন্নবদগী মহাক্কী চান্নরবা মরূপ ওইরখি অমস্থুং মছুনা ভাইমারদা লাকপগী লংলা লংজিনস্থু ওইখি। মহাক্কী মমিং চংলবা লাইরিক "মীওই-বগী য়াওল"গী অরিবা কোপি অমা মিউজিয়মগী লাইরিক ময়াম মরক্তা মশক নাইবা অমা ওইনা লৈরি। মহাক্না খোমজিমন্নবা লৈবাক কয়াগী ফুজারারী অমস্থুং খুন্নুং-ঈশৈ অছু হৌজকস্থু লৈরি। সাহিত্য অমদি কলা হায়বসি মীয়ামগী ওইগদবনি হায়বসি কবি-দার্শনিক অসিগী থাজবনি, মছুগী খুদম মহাক্কী খুৎইশিং অসিনি।

মার্কেট প্লেসতা লৈরিবা সিলার হাউসকী মনাক্তা কনা তোয়না চংগ্রে, নেশনেল থিয়েটরগী মমাঙদা গোয়েটেগা লেপমিন্নরিবা কবিগী মূর্তি অছুগস্থু কনা তোয়না উন্নগ্রে, অছুবু কবিগী য়ুম অসি চঙছুনা য়েংবগী মতম ফংখিদ্রি, গুসিদি তাঙ্গা অছু লাক্লে।

খোঙজিন্দা হেক কানশিনবগা তৌরম্লিবা মতৌ অছু উবদা পুমঙক

ঙকথ্রে। কিম্‌'স্‌-ক্রেচোভ অমদি হেন্‌দার মিউজিয়মদা হাঙ-হোরিবত্বগা মকম অসিদা কুক কুক ঈম্নরম্লিবসিগা—হম্লসিন্না হায়বদো য়োরে। কবিনা ইরম্বা লাইরিকশিং, মহাক্লা য়েক্লম্বা লাইশিং, মহাক্লা শীঞ্জিম্নরম্বা পোৎ-চৈশিং—ময়াম অত্বগনি লাক্লিবা মীয়াম্না শকথঙনবা লাক্লরিসে। ঙক্কবা ঙমদে, অত্বক নাগন-য়েকনথ্রবা কবি অত্বনা অম্নক য়াম্বা অসি করম হায়না হোৎনরম্লিবা।

সিলার হাউসতগী থোরক্লগা অতৈদা অমুক পরিক্রমা চৎত্রে। ঘড়া অমত্তং য়েংলুসি," হায়ত্বনা রোমাইকেনা হায়বদগী ঘড়ীগী ত্বকান অমদা চঙলে। ত্বকান অত্ব পংচাউ চাউদে, মীদি চিং চায়নবা ওমদে। য়ারিমখৈ ত্বকানগী মমাঙদা লৈরিবা শো-কেসশিং অত্বদা মানা মানা পামজবদো থক্লগা ত্বকান মতুংদা চঙনবা ঙাক্কনি। 'কিউ' নত্রবদি হৈনদবা জাৎনি লৈবাক অসি, ত্বকান অসিদস্থু কিউ। মমল ঙাঙনদে, অত্বনা মতম চঙদে পোৎচৈ লৈবদ্রা। কনাগুম্বনা য়া থরা পেৎলুরবদি পোৎ-য়োম্লিবীশিং অত্বনা মওং অমা ওইনা য়েংখৎলকই, "কদায়দগী লাক্লিবনো 'সিবু," হায়বগী মতানি।

রোমাইকেম্থু ঘড়ী অমা লৈরে। ঐখোয়গী লৈবাক্তা ওইরদি নোক্তনা শিনি, বার্লিনদা লৈবা মীনা ডাইমারদা লাক্লগা ঘড়ী লৈবা! অত্ববু লৈবাক অসিদদি নোক্লিংঙাই ওইদে। লৈবাকী মকম পুম্নমক্তা মমল চপ মান্নে, বার্লিনদা মার্ক চামা পীবদো ডাইমারদম্থু কেনিংস অমত্তা হেন্দে।

ঘড়ী অত্ব সুপীসীনি, ঐনা কাগি তৌই, "কনাগুম্বী অমদা থুদোল তৌগদবা মাম্লিদা।"

"ঐবু করাম অহন ওইরবগে!" রোমাইকেনা নোকমি নোকমি থুম্নকই '

খোঙউপকী ত্বকান অমদমুক চঙলে, রোমাইকেগী খোঙউপ লৈবা।

"করিগীনো অসিদগী লোইনা লৈরিসিবু, বার্লিনদগী লৈবা কৈদোংগে?" ঐনা হংই।

"বার্লিনদা ত্বকান থুদিং য়াম্না চিম্লি, অত্বনা পোৎ-চৈ লৈবা মুংঙাইতে।

অহুগী মখক্তা ঐনা লৈগদৌরিসে নিংথম-থাগী খোঙ.উপনি। নিংথম য়ৌরক্তি ঙৈদা লৈহৌত্রবদি হয়েং মতমছুদা পংলাক্ত-লারিছনা কংবা য়ার। নিংথম-থাদা কয়াম্না ঈংথগে হায়রবহ্ মতমছুদা অমুক্তা লৈরদি খঙগদবনি।"

"নঙগীসে ককচেংগা হন্নিনোংনাংগগী য়াৱী অদো নীংশিংহল্লি, ভাই।"

য়োমাইকে নোকমি নোকমি তৌরকই।

অহুবু খোঙ.উপকী মমল থারিবদো উবদা ঐ থবাক য়ৈ।

"করিগীনো য়াম্না তাঙ.ব্রা? হোয়, নখোয়গী লৈবাক্তদি খোঙউপ য়াম্না হোঙ.ই হায়। নয়াইথক কৈ নখোয়দি।"

য়োমাইকেগী অয়োইবা য়াহৈ অহুদা ঐ ইতোমতা ইকাইরকই, অরেম্বদা থবাক য়ৈরুবোই থল্লকই। কদায়দনো ঐখোয়না লাইবক ফরিবা! চুম্নি, মখোয়গী লৈবাক্তা পীরিবা খোঙউপকী মমল অসিগা ঐখোয়গী লৈবাক্তা পীরিবহুগা শাথীনা খেৎ্নৈ। অহুবু লৈবাক অসিদা খোঙউপ উপ্তবা মী অমত্তা উদে, অহুগা ঐখোয়গী লৈবাক্তনা খোঙউপ হোঙই হায়রিবা লৈবাক অহুদনা খোঙউপ উপ্তবা,উপ্না ঙমদবা মী লিশিং-লক্কা কয়ানো লৈরিবা!

থংনীং নীংশিংলকই সার ইলিজা ইম্পেদো। শোক ১৮৫৭তা কলকতা হাইকোর্টকী ইহান-হানবা চিফ-জষ্টিস ওইরছুনা বিলাত্তগী জাহাজদা লাক্তুনা ভারতকী নোংপোক সমুদ্র-তোর্বান্দা হেক খোঙদাবদা কি মচেৎ অম-মমতং শেৎপা খোঙউপ উপ্তবা মুশিনমুবা কুলিশিং অহু উবদা তু খ্যাউ চুংখি সাহেব অদো। য়াশকখি—য়ায়েল লোয়শঙগী থবক-থনাদি লায়বু লায়রি, চাওথংত্রিবা মীয়াম অসিবু হাম্না মফি-ময়োল শেৎপা খোঙউপ উপ্না তথিখিগে, থা তরুক্কী মতুংদা লোইনা মফি-ময়োল শেৎলহনুগনি খোঙউপ উপহনগনি।

থা তরুকন্তি লায়রছুনা শতাব্দী অমা হেন্না হৌখ্রে সার ইলিজা ইম্পেনা য়াশকখিবদো, অহুবু ঙসি (ক্)ওবা লৈরি ভারতকী মকম

খুদিংদা মফি-মরোল মরাং কায়না শেৎপা কংদবা খোঙউপ উগ্গা ওমদবা মীওই লিশিং লক্ষা কয়া! মরূপ রোমাইকেনা 'নরাই-বক কৈ নখোয়দি' হায়বত্থদা ইতোমতা ইকাইজরকই।

হুমিদাং-রাইরম খুঙ্গং মচা অনদা ময়াম চৎলি. ভাইমারদগী কিলোমিটর তরানিখোইরোমতনি, মমিং বার্লষ্টেদ কৌই। খুদংগী লম্বী-খোং অমদি মীয়ামগা শেৎলি চারিবদো উবদা নীংশিংলকই লাপ্পবা নোংপোক লমদমদা লৈহৌরিবা ইরৈপাক্কী খুঙ্গংশিংদো। কয়াতা খেম্নব্বা! খোন থোক্কনা ইপুক্কিংদা ইতোমত্তা খঙহৌ-দনা হায়খি, "কয়াতা নরাইবক ফথ্রবা নখোয় অসে।"

খুঙ্গংগী কলচারেল সেন্টরগী মমাঙদা অঙাং খরা শাম্মহুনা লৈরম্মী। ঐখোয়বু উবদা চঙশিল্লকই, ঐখোয়ম্বু চঙশিল্লি, খুৎ শোক্নে নোকমি নোকমি, "গুন-টাগ।"

ইন্টরপ্রিটর য়াওদনা মখোয়গা রারী শাবা হৌই ইংরাজী জর্মান য়ানশিন্নহুনা খুৎনে-শানে তৌহুনা। ঐখোয়না হংই, "নমিং করি কৌই, করি ক্লাশতা তম্বই?"

মখোয়না হংই, "করি করি লৈবাক্তগী লাকপনো?"

ঙাঙ নরিবদো ভাব তানববুদি তানদবনা অয়াম্বনি। কিথু-কিরুম তৌবা অঙাং অম-নিম্বু অহুম য়াওই। অঙাংশিং হরাওজনবা হায়হুনা ঐখোয় ময়াম মাগী মাগী লৈবাক্কী পৈশা অচোয়বা মচা মচা অম-মম মখোয়দা পীবিরে। হরাওজে মখোয়, "হায়-রকই, "ডাংকেসিয়েন—থেংক ইউ।"

ঙাইহাক দ্রো দ্রো তৌবহুদগীদি অঙাংশিংদো হেজিন্নকপম্বু য়াওরে। ময়ামগী মরক্তগী খরা চাউবা অহুনা মহাক্কী লৈজবা ইংরাজী বিদ্যা অহুনা কিথি-কিরুম তপ্পি তপ্পি হায়রকই, "স্মোক্··· সিগ্রেট।"

লৈবাক অসিদম্বু ঙাওশিন্নবা লমহেনবা অঙাং অহুম য়াওবা জাৎনি। লৈবাক অসিগী আইন মতুং ইন্না অঙাং অমত্তা, মুপামচাম্বু মুপীমচাম্বু, চহী তরা-তরুক শুগ্রিবা ফাওবা সিগারেট

অমদি যু থকপা য়াদে। হোটেল-রেস্তারাঁ খুদিংদা রারোল অসি ইহুনা থেংলি। ছকান্দা চহী তরা-তরুক শুড্রিবা অঙাং অমত্তুনা হায়রিবা পোৎশক অনিসে লৈবা য়াদে। করিগুম্বা মতমদা "ইমানা লৈরকউ হায়, বাবানা লৈরকউ হায়" হায়হুনা- চালাক ভোরবন্থু য়াওই। হৌজিক্কি মহুন্থু য়াদ্রে, পুংখিং থিংখ্রে। অহুনা ঐখোয়গুম্বা মীরৈবাক্তগী লাকপশিংদগী খুদোং-চাবা কংব্রা য়েংবা জাৎনি।

"লৈবাক অসিদা লমহেনবা অঙাং লৈত্তে হায়বদি য়াদে," নোংমন্থু সেমিনারদা মখোয়না হায়খি, "অহুবু কেপিটেলিষ্ট লৈবাকশিংদগীদি য়াম্না রাংলি।"

কলচারেল হাউসকী ডাইনিং-রুমদা অনৌবা মরূপ-মপাংশিংগা চামিন-থক্মিন্নরগা হরাও-কুম্মে ভোকম হোলদা চঙবা মতমদা কুম্মে হোগদগী থৌরাং ভোবা লোইরম্লে, মী কনা য়াম্না কম্নরম্লে। মখোয় লোইনমক খুঙ্গংসিত্তগী নত্তে, অকোয়বদা লৈরিবা অনকপা অরাপ্পা খুঙ্গং কয়াদগীন্থু য়াওরি। মত্তে-মনাও লাকমিন্নবনা অয়াম্বনি, পুংবা লৈজ্জদব-লৈজ্জদবী কয়ান্থু য়াওরি। চহীগী ওইনা পাঙথোকপা হরাও-কুম্মেনি, অহুনা কনান্থু নাম্থোকহন্নীংদে। লাক্লিবা মী পুম্নমক্কী চান-থক্লবগী থৌরাংন্থু মকম অসিদনি। লৈশাবী-পাখং মকম অসিদা য়াওবা য়াদে হায়ববুদি লৈত্তে, অহুবু মখোয়গীদি থোইদোকপা পার্মিসন লৌগদবনি।

পুং নিপান হেক ভাবগা হোলগী বেল থীংলকই। কুম্মে হৌদোরে, হোল মীনা পিক থনখ্রে। মিউজিকেল কন্সার্ট হৌরকই। ষ্টেজদা মুপী অমগা মুপা অমগা থোরকই, ঈশৈ হৌই। লোনদি থঙদে, অহুবু মুংঙাই—খুল্লং ঈশৈ ওইরম্বা ভাই, ময়াম খুবাক প্রোক প্রোক থুনৈ। অহুদগী ঈশৈ মথং মথং—অনি শকমিন্নবা নাইতোম শকপা। মরক মরক্তা কাগি জোগাইগী মখেলন্থু য়াওরকই। খুঙ্গংগী ঈশৈ, খুঙ্গংগী কাগি।

মাইক্রোফোনদা লাউথোরকই, ঈশৈগী থৌরম লোইশিল্লক্লে, জগোইগী থৌরম চথজরনি। জগোইগী মিউজিক হৌরকই।

ঙমাইদগী জগোই শারীংছনা খ্রো খ্রো খোত্তুনা থাওলবা ওইরমাগ্রে মৌনহা অনি চেহ্যোয়কই লময়ায়দা, জগোই শামিন্নবা হৌই।

মাইকতা লাউয়কই, "ঙাইবিখো ঙাইবিখো।"

মৌনহা অনিকো ইকাই-ইকাই চেনশিনখি।

মাইকতা করি মথা তাথরকপনো থঙদে, কমিন্নরিবা ঙুপী-ঙুপা ময়াম অহু থৃদাং লোনশিন্নছনা কম্না কম্না চপ চপ মান্ননা মশা অহু ওয়রোম-দমুক হাই য়েৎলোমদমুক হাই, অদুদগী হোগৎলগমুক ওয়রোমদা য়েৎলোমদা···। থাইনগী লৌমী-জগোইনি।

মথংদা মন্নাম্না ঙাইনরিবা জগোই অদু হৌরে—চাউরবা হোল অদুগী লমন্নায়দা। অহৌবদদি জগোই শাবদো মী পংন্নাম য়াম্রমদে। ভাংকক অহক-ককা ওরকপগী অদুরাইদদি কমদুনা লৈবা মী পংন্নাও য়াওখিদ্রে। অদুদগীদি ময়াম অদো মতমগা মরী লৈনখিদ্রে, কনানা কনাগা শামিন্নরিবা মতুগী য়া লৈখিদ্রে।

: ১৮ :

নোং ঙানবদগী নোং থিংলি থিংলি তারি। ঐখোয়না মার্লিস্‌-হাউসেন এগ্রিকালচারেল কো-ওপারেটিভ ইউনিয়নগী সেন্টরদা থংবা কাওবদা নোং লেপত্রি। ময়াম মুক্রম মুক্রম ঙাঙনৈ, ঙসিদি শাথীনা হীং কায়বা তারেদা। নোংসে অমুম চুদুনা লৈরবদি লৌবুক-লম্বাংদা চংপা য়ারোইদৌরি। য়াম্না কম্না হুংশা থীনিংঙাইবুদি ওইদে, মরমদি লৈবাক অসিগী নোং অসে কম্না চুবা হৈত্তে, থিংলি থিংলিদগী হেনদে, ঐখোয়গী অদুম হায়না জম্ জম্ হৈথবী অদু থঙদে।

কো-ওপারেটিভ ইউনিয়নগী মিটিং হোলদা লোকেল পার্টি সেক্রে-টারী, কো-ওপারেটিভকী চেয়ারমেন, সেক্রেটারীনচিংবা লুচিংবশিংনা ঐখোয়বু ওক্লম্মী। ওকপা শায়রিবসে অচাপক য়াওননি। পুক্তা

করিমত্তা য়াওদনা য়ারী-য়াত্তাই শানবা হায়বসি লৈবাক অসিদা চৎনদে।

খুঙ্গং তরামঙানা পূনশিন্নগা শাবা হাইকেং ফজনা চাউবা কো-ওপারেটিভ ইউনিয়ন্নি। আলু, সুগারবিট, গেহুনচিংবা লৌবুক্কী পোথোক-পুথোকপা, অহুগা যণ, য়াউ, ওক্নচিংবা শা-যণ লোইবা অসিনি কো-ওপারেটিভ অসিগী শিনকম। কল্লাংদা থেংনিবা মেপ অহুদা উৎলি করম্বা খুঙ্গংনা করম্বা শিনকমদা মন্না ওইনা হোৎনরিবা, পান্নবা চাউত্তা উৎলি হৌথিবা চহী থরগী তোঙান তোঙানবা পোথোক-চাথোক্কী চাং।

কো-ওপারেটিভ ইউনিয়ন অসিগী বস্ অমদি ট্রেক ৮১২ লৈ, ট্রেক্টর অচৌবা ১১০, ট্রেক্টর মচা ৪৮, আলু লোক্নবা হার্ভেষ্টিং কোম্বাইন ২০ অসিনচিংবা অতৈ অতৈম্নু কয়ানি। গাড়ী অমদি মেশিনশিং অসি চামথোক-থোত্তোক্নবা মফম লৈ, খুৎনা চামথোক্তে, মেশিন্না চামথোকই ঈশিং ফ্রি ফ্রি কামহুনা; অতেক-অকায় শেমফমম্নু লৈ, সহরদা চৎপগী দরকার লৈত্তে। মফমশিং অহু ঐথোয়বু পুহুনা য়েংহল্লি। লৌ-শিংউগা কোল-কারখানাগা মফম অসিদা পুন্না লৈমিন্নরি।

ঐথোয়গী ইথুত্তা মতম থোইনা লৈত্তে। অহুনা মফম খুদিং য়েংবা ঙম্বগী য়া লৈত্তে, অথন্নবা থরতনি। নোং-সুংশিংকী মত্তো অহুদা মফম খুদিং খুদোং চাবম্নু য়াৎলে। অহুনা চঙশিন্নে আলু পৈফম অহুদা।

আলু পৈফম! নোক্নিংবা য়াই, আলু পৈফমবু য়েংবা, য়েংনীঙাই লৈত্রবা জাৎলা!

পুথ্রীমুক চাউবা শাংলবা কোম অমদা ট্রেক মথং মথং লাক্লগা আলু মপোৎ মপোৎ হৈথররি। হার্ভেষ্টিং কোম্বাইন ময়াম্না ভানবা আলুশিং অহুনি লৌবুক্তগী পুরক্নিবসে। আলুশিং অহু লৈপাক থরা থরা তোৎলি, নাপী-শিংবী থরা পক্নি। হৈথবগা আলুশিং অহু কোম অহুদা কুইনা লৈত্তে, গ্রং গ্রং চেন্নবা এস্কেলেটরদা কন্ কন্ চোংল-চোংলহনা চাউরবা শঙ অহুগী নাকন অমদা চঙশিংনথি,

অহুদগী কদোমদনো ঙাইহাক কোয়রুরগা শঙ ময়ায়দা চঙশিন্নকই। হন্দক্তি মশা নাপ্লে, লৈপাক তোৎত্রে, নাপী-শিংবী পক্ত্রে। মফম অসিদা ঙাইহাক কন্-কা কন্-কা চোংলন্নগা লম্বী অহুম কাংহুনা—অচৌবা, য়াইমরপ, মচা থায়হুনা মাগী মাগী উপু লৈরিবা অহুদা চোংথখি। উপুশিং অহু হেক থনবগা ঠেলাগুম্বা গাড়ীমচা অমা লাক্লগা থোক থাজত্নুনা পুখি, মীগী মথুৎনা থাঙ্গৎপা নত্তে, গাড়ীদা য়াওরিবা মী মথুৎ মানবা অহুননি। উপুশিং অহু চাউরবা গুদাম অমদা মরোল মরোলনি পৈরুরিবা, গাড়ী মচা অহুনা উপু অমগী মথক্তা অমা অহুম লোনথৎলি—অা শেগাই য়েনা, থরা পৈবা নত্রগা মফম চাত্রগা মেশিন্না অহুম শেমজিল্লি, মী অতে য়াওদে ড্রাইভর অহু নত্তনা। পংপিক পিকপা উপুদি নত্তে, টোন মাপম্নি অম-মম্না লপ্লিবা। অহুগা গুদাম অসিদা চল্লিবনা অহুগুম্বা উপু লিশিং অহুম্নি। আলুশিং অসি কুইনা থম্বা য়াননবা গুদামগী অয়িং-অশা চাং অমদা কণ্ট্রোল তৌহুনা থম্ই।

য়েংবদা কুম্মৈ অমনি। থবক পুম্নমক লোইনা মেশিন্না, হকচাংগী পাঙ্গল থোইনা শীজিন্নত্রে, মীম্নু পংচঙ চঙত্রে। লো থোইবা হৌবদগীনা মহৈ-মরোং লোকপা অমদি পৈশিনবা ফাওবা লোইনমক মেশিন্না।

অহুবু চহী কুনথ্রামুক মমাঙ ফাওবদা মথোয়মু ঐথোয়গী লৈবাক্তা তৌরিবা অম্নুম হাম্লনা ষণ-শগোলনা সম্পোৎ থোইরম্মী, খুৎনা থবক অয়াম্বা শূরম্মী, হকচাংগী পাঙ্গল কম্না শীজিন্নরম্মী। হৌজিক হৌরক্লিবা নহারোলশিংদদি মহু রারী ওইনা থোক্লে, অঙকপা রারী ওইনা।

অনিশুবা লাঙ্গাও্ লোইশিনগ্রবা ফাওবদা ইনাক-কৈরাক খুনবা লোয়াম চাবা জর্মানশিংনা থাজরম্মী, কেসিজম অমুক হম্না মপাঙ্গল কনখৎলকখিনি, অমুক হঙ্গিল্লকখিনি। কেসিজিমগী থোল্লাউ অহু মথোয় কাউবা ঙম্নমদে—জর্মানা খাইদগী অরিবা জাতিনি, খাইদগী চাওখৎপা জাতিনি, খাইদগী লৈবাকমচা তাবা জাতিনি; জাতি অতৈসিদি য়াম্না চাওখৎত্রিবা, কমুৎ-কনাইদগী হৌরকপা জাতনি, অহুনা চাওখৎলবা লৈবাকমচা তারবা জর্মান জাতিনা জাতি অতৈগী

মথক্তা পানবগী অধিকার লৈ, পানবন্থ পানগনি। মখোয়গী থাজবসি লাইব্রিক-লাইও পংহৈ হৈতবা লৌমী-শিংগী মরক্তা কন্না শন্নোকক্তুনা মখোয়বুস্থ থাজহল্লম্মী। অকিবা অমস্থ মখোয়দা পোকহল্লম্মী—সোসিয়েলিজম লাক্লবদি সোভিয়েৎ ইউনিয়নদা তৌখিবা অচুম হায়না লৌমীশিংদগী লৌ পুন্নমক সরকারনা লৌশিনগ্রগা লৌমীশিংবু হাজিরা শূহনগনি।

অচুনা সরকারনা কো-ওপারেটিভ লিংখৎনবা থৌরাং পায়খৎলকপদা লৌমীশিংনা মচুবু চিংনবা মিৎয়েংদা য়েংলকখি। লৌমী অমত্তা কো-ওপারেটিভ য়াও হায়বা য়াখিদে। মমৈথংদা শোক য়াংথৈ হৌরকপগী অচুন্নাইদা লৌয়াম-চাবা লৌবুশিংদগী হেক্টর চামগী মথক্তা লৈবা লম মথৈ সরকারনা লৌশিনখি। মচুদা শোকপদি মী খরতনি, অচুবু সরকারনা লমদি কনা য়ায়া কংবা ওমখি। অমুম হায়না সরকারনা লৌশিল্লবা লমশিং অসে লম লৈজদবা লৌমীশিংদা য়েন্থোক্তুনা মাচুদা কো-ওপারেটিভ লিংখৎখি, অমম্বুং মচুদা সরকারনা লৌউ-শিংউগী থুৎও-থুৎলাই, মন্না-মরাং, হারনচিংবা পীশিল্লুনা পোথোক-চাথোক ফননবা হোৎনবা য়াবমথৈ হোৎনখি। কো-ওপারেটিভশিংদা লৌমীশিংনা থবক য়েন্থোক্লরগা ইন্না-য়াদনা থবক শূরিবা অমদি পোথোক-চাথোক ফরিবদো উবদা মরন্নাই লৌফমদা শূজরিবা লৌমী থরস্থ মমিৎ-মমায় পাওলকখি। তাঞ্জা অসিদা পার্টি-য়ার্কর ময়াম অমস্থ থুজং থুজংদা চত্তুনা কো-ওপারেটিভকী প্রোপেগণ্ডা কন্না তৌখি। মচুগী মহৈ ওইনা লৌমী থরদি মশা মশানা কো-ওপারেটিভ য়াওজগে হায়না চওশিল্লকখি। অদুবু মশা মশাগী লৌফমদি থাদোকউ হায়বা য়ারমদে। অদুনা সরকারনা মখোয়বু য়াহল্লবা চে ইদুনা পীরম্মী—লৌমীশিংনা তোকশিংবা জুমিত্তা কো-ওপারেটিভতগী তোক্পা য়াগনি, অচুগার মখোয়না তোকপা জুমিত্তা মাগী মাগী লৌফম অদু হন্না ফংগনি। চহী থরা মতুংদদি, তোকপদি লায়রদুনা, লৌমী অয়াম্বা মশা মশানা য়ানা কো-ওপারেটিভতা য়াওশিল্লকখি। হৌজিক্তি কো-ওপারেটিভ য়াওদবা লৌমী অমত্তা লৈত্রে। মতম অমদা সরকারনা লম যুনখিগনি হায়না চিংনরবদো হৌজিক্তি মদুগী য়াফম-ফকা নীংশিংনখিত্রে

অদুগা হোৌজিক্কী নহারোলশিংদি মপা-মপুগী লৌকম কনাইদা কনাইদা লৈরবগে হায়বা কাওবা থড়রে, থড়লেমদ্রবা থদ্রে।

কো-ওপারেটিভকা মেকানাইজেসনগা পূল্লা থুংশনবদুনা চংশিনবগীদি লুমংগী শরুক অরুকপা কান্না হোৌরে। লৌমীশিং অমসুং মুখাম-কৈথেল মহৌশাগী শিন্নবীশিংগী তারে। কারখানাগী শিন্নবীশিংগুম্না লৌমীশিংদু নোংমদা পুং নিপাল্লগী হেক্না থৃরে, চহোলদা নুমিৎ মঙাদি শুবা, নুমিৎ নিনি চুটি। শিন্নবীশিংনা কংবগুম লৌমীশিংদু চহীদা নুমিৎ ১৮নি চুটি, কোয়বগী থুদোং চাবা, অহল ওইরগা পেন্সন। অসিদবু করম্বা লৌমীনা 'ঐ কো-ওপ্রারেটিভগী তোক-চরগে, ঐগী লৌকম হল্লোকপিরো' হায়গদৌরিবনো। মথক্কী অসিনা লোইরি, মসিগী মথক্তা যুমথোঙ থুদিংগী রেডিও, টেলিভিজন, ফিশ্-ফিজারবা মেশিন, ফ্রিজ—অদুগা কার। মহৌশাগী লমদমদদি যুমথোঙ চাবগী মচুংদা কুলথম্বা-নিফুতনি কার লৈরিবা, থুংলদি যুমথোঙ থুদিংগী হায়বা য়াই।

কিতম অসিদবু করম্বা থুংং. থাদোকুনা মহৌশাদা চৎকদৌরিবনো! মহৌশাগী মী কাওবা থুংং পাংলৌংনরে। শম্না হায়রবদা লৈবাক অসিদা মহৌশা থুংংগগী থেম্রবদো মাওৎপ্রু; থেম্রিবা হায়রবদু মহৌশাগী লমদমদা মী অমদি য়ুম-কৈ য়াবা অদুগা থুংংদনা মী অমদি য়ুম-কৈ য়ামদবা অসিতনি।

কো-ওপারেটিভ সেন্টর অসিদগী গাড়ীদা কাথতুনা চৎলে থুংং অমদা—মমিং আউসৃথাউসেন। থুংং অসি কো-ওপারেটিভ ইউনিয়নগী ইউনিট তরামতা লৈবা অদুগী মচুংদা অমনি, য়ুম্নাক ১৮০ য়োমতনি। অদুবু থুংং অতৈদা লৈবগুম্না মকম অসিদসু লৈ—নর্সরী, কিণ্ডারগার্টেন, স্কুল, শাম্ন-থোংনবগী থুদোং-চাবশিং, ডিপার্টমেন্টেল স্টোর, কলচারেল সেন্টর—অসিনচিংবা।

কো-ওপারেটিভ কোম্বাইন অসিগী ইউনিটশিং অসি মাগী মাগী ফুলবা মচুং ইম্না থবক তৌহল্লি, হায়বদি স্পেসিয়েলাইজ তৌহল্লি; করিগুম্বা থুংং অমনা আলু থাবরোমদা, থুংং অমনা য়েন-ওাদু লোইখরোমদা, অতোপ্পা অমনা শা-বণ লোইবদা—অমুম হয়না।

আউন্সথাউজেন অসি শা-খল লোইবদা লেপ্লিরেলাইজ তৌবা অহু-গুম্বা খুমং অমনি।

খুমংসী কন্না লাম্বা অহাওবা লৈৗবুক-লম্ফাংদা শঙ্জাউ থম্না কোরথিন্না লৈ—মকল অমিদনি খুমংগী শা-খল থম্নিবসি। মকল অসিগী অকোয়বদা লৈরিবা থাজশাংকুবা অহুম্দা মতম পুংসঙ্কা, ঈশিং তিতি তিতি চেন্থমুলা থম্বই—শা-খল লৈরিবা মকল অসিদা মপান্দগী মহীক-মনাম চঙবা ঙমদনবা, অমুক্তা মজীক চেকশিন্না থম্লে। ম'ম অসিদা থম্নিবসে মনুবী ২৭০০নি, ম্রাজংবী অমত্তা লে, মখ লাওঁ অমত্তা ম্রাওদে, মমাঙতিদি তোঙান্না থম্বই। রিমখৈ শিং অসি লম্ফাংদা থোকহল্লে, থোকহনবা তারবদু লোং-খুংশিংকা ফিভম য়েংলগা। অয়াম্বা মতমদা মখশিং অসি মজো নদা লৈ। শজোনশিং অসি মাম্না বৈজ্ঞানিক ওইনা ম্রুংদা শাবনি, মথী-মম্নুং অমত্তা পক্তে, ভাইহাক কাংদনা অটোমেটিক মেশিন্না শেংদোকই, চামথোক-থোক্তোকই।

মখ মরাম পাম্নবা লৈরিবসে মী, মর্কুরোমনি, তুপীনা অয়াম্বনি। মথোয়গী থবক হায়বদু শজোম ওম্বা, মচিজাক থাবা, শজোন লুনম-নাম্না থম্বা অমিনি। শজোম ওম্বা হায়রিবসে খুৎনা ওম্বা নত্তে, মেশিননি—অমুক্তদা মনবী নিকু পুম্না। মচিজাক থাবদু লোশিন্না, থবক তৌবশিং অশুপ মেশিন পায়বগী ম্রাতনি। চাউরবা কা অমদা মেশিন অমনা শজীক অকংবগা অতেকপগা ৰজনা ককথত্তুনা মম্নান অতৈ অমুক ম্রামশিন্নগা তোঙান তোঙানবা মকল য়োননবা মতোমত্তা ঈনথি—য়েংবদা কুপৈ অমনি।

মখশিং অসি মরক মরক্তা নায়ক-য়েক্লকপা। ম্রাওদবা নত্তে। অদুনা মখ ডাক্তর অহুম্রি মকল অসিদা লৈরিবা মথোয়গী ঙাক্কা লোয়ননা।

ঐথোয়গী লৈবাক্তা মখবু লাইনি হায়না পূজা তৌনৈ, "লো-মাত্ত," হায়না খুরুমজৈ; অদুবু নীংথিনা য়োকপি-থাকপিবগী ম্রাদি লৈজে. অদুনা মখ অয়াম্বা চিরি ম্রাজংই, ফেরে ফেরে হাইদুনা থাঙ্ই। অদুগা লৈবাক অসিদনা মখবু লাইনি হায়না খুরুমদে, অদুবু মখগী

মেবাদি কক্লগা তৌই, মচিঞাক য়াংহল্লনদে, অকন্না ওাক্তা পীজে, মশা-মঔ লুন-শায়া থবি, নাদ-য়েক্তনবা কয়া শেংয়ে। মথোয়গী মেবাগী মৃতুং ইয়া মহৈন্নু চায়, নোং ওাল্লকপাদগী শক্তোম গাড়ী গাড়ীনি পুখোক্লিবা।

ওমিদি খুজং য়েংবা লাকপনিনা মথং মথং য়েংথরে, খুজং অমম্লুক চথলে। চাংয়া ভন্না ওইনা তৌই, ময়ামদগী থোইদোক হেন্দোকপা অমা লৈজে খুজং অসিগী—শগোল-তোংবগী ক্লব, খুজং খুদিংদা লৈবা স্পোর্টস্ ক্লবতা তোয়না য়াওগদবা আইটেম অমনি।

সুমিদাং-য়াইয়ম ঐথোয়না থুংলুবা মতমদা খুজংগী পাক্লথা শাম্নবুং অহুদা শগোল তয়ানুকা অতাং কুনুমরি-অতারোমগা ওজা থরগা শামহুনা লৈরম্মী, ভাবোকতি পংয়াও য়াওদে। অতাংশিং অহু চহী তয়ামরি-মতারোমগী সুপীমচা সুপামচা ওাক্তনি। ঐথোয়না থুংবগা হায়গী মশায়া অহু তোকথোক্তুনা ঐথোয়দা উৎপা য়াবা মশায়া থয়া হোয়কই—শগোল লমজেল মথল মথল, সকীসতা উৎপা অহুম হায়না, মহুদগী হেনুবা কয়ানু। অতাং পুম্নমক মশামশিং অহু চপ মায়না হৈরে হায়বদি য়াদে, করি করিগুম্বা মতমদা শগোলদগী ওহবনু য়াওই, লাক্ল-থীবা শগোলনু অহুম য়াওই।

শগোল-তোংবগী ক্লব অসিদা য়াওনীংই হায়হুনা হেক্তা য়াওবা য়াদে। ডাক্তরনা হায়া পরীক্ষা তৌবা ওাই। ডাক্তর-পরীক্ষা অসি স্পোর্টস ক্লব খুদিংমক্তা হেক্ষদবা অমনি। খুজং অসিতগী নক্তনা অতোপ্পা খুজংগী অতাংনু ক্লব অসিদা য়াওরবা য়াই। মেম্বর ওইবগী কী থাদা, স্পোর্টস ক্লব খুদিংমক্তা তৌবগুম্না, কেনিং কুনথক্তনি—ঐথোয়গীদা হায়রগা পৈশা কুন। থরচ পুম্নমক কো-ওপারেটিভ ইউনিয়ন অমসুং জর্মান জিমনাষ্টিক এণ্ড স্পোর্টস এসোসিয়েলনমা পুই। হায়রিবা থরচ অসিদা চাব-থকপগী, ওজাগী, শামপোংকী, শামবুং শেমগৎ-শাগৎপগী লোইনম্লক য়াওরিবনি—পুম্নমক অসি সরকার অমদি মীয়ামগী সংস্থানশিংনা পুরিবনি। অসিননি শিকাবা লৈবাক অসিনা শায়থোংনবগী ভগত্তা মকোক থোংবা ওাক্লিবনি।

মফম অহুদগী অমুক লাক্রে মার্লিসহাউসেনগী কলচারেল সেন্টরদা। সংস্কৃতি-ভবন অসিশাবা কুইস্ত্রিবা মাল্লি, মথোল অহুমগী শঙজাউ অমনি, মসিদা অঙাংশিংগী নর্শারী কে-জিদগী হৌরহুনা লাইব্রেরী, ময়ামগী ঈশৈ-নোংমাই নচিংবা তৌবগী পুন্নমক পুল্লে। অনৌবা শঙজাউ অসিগী মনাক্তা থায়নগী মন্নবা য়ুমজাউ অমা শোল্লি-মাল্লি শৈরিবদো য়েংবদা হুংঙাইত্রে। য়াম্না থুনা থুগাইবগী রাখল লৈতে, ..য়ু অহুনা মপা-মপুনা শারম্বা য়ুম অসি থুদেকনীংদে। অহুনা মহুংলোমদা থরা শেমজিন-শাজিন্নগ' মপানগী মায়থোঙ অহুদি কায়হন্দনা থন্নি।

ঈশৈ-নোংমাই তৌফম হোলদা ঐথোয়বু কো-ওপারেটিভকী অমদি লোকেল পাটিগী লুচিংবশিংনা ওক্লম্মী। মফম অসিদা রারী রাতাই শাম্নরে, চামিন-থকমিন্নরে, খুদোলপোৎ কয়া পীনরে, অহুদগী ডিস্কো চথরে। হুমিদাং ফনা খেংল-ফাওবদা ময়াম অদো হনুবা লৈতে। এস-ইউ-ডিগী লোকেল সেক্রেটারী অদো মৌনহানি, মশা-মউ তীক তীক লাউ, মশক মতৌম্বু ফজে। মহাক্নবু হেন্না থাম্বা য়াথিত্রে। থল্লকই, কম্না শূব-লোম্বগী মতীক মথোয় অসে ফজনা হুংঙাইখোকপম্বু হৈবা জাৎ ওইরে।

## ঃ ১৯ ঃ

ঐখোয়না মিলহাউসেন য়ৌবদা অয়ুক্কী পুং তরারোম তারে।

খোইনা চাউবা সহর নত্তে মিলহাউসেন, মীশাং লিশিং নিক্‌মরি-রোমতনি। অহুবু চহীরোমদা য়েংলুরবদি অঙাং নত্রে। তরামা-খোইগুবা শতাব্দীদগী সহর অসিগী অইবা ইতিহাস লৈবা হৌরে। সহর অসি অহন ওইরে হায়বহু লম্বী-খোং অমদি য়ুম-কৈশিং অসিনা তাক্লি—থাইনগী অথুবা লম্বী-খোংশিং অহু শক্তম পংহোং হোংদনা লৈরি, য়ুম-কৈশিং অহুম্বু অরিবনা অয়াম্বনি, চহী-চা কয়া থাঙ্‌লকুবা চপ্‌-চপ্‌ য়ুংবা য়ুম-কৈশিং অহু চগুংননা অহুম থাঙ্‌হুনা

লৈরি। অমুবু য়ারিপথৈ দ্রূম-নাম্না লৈননবা হোৎনরি। মহর-মচাগী হৌনবী হকানশিং অমুমু মচা মচা ভাক্তনি, অমুবু মকে শেৎলগি য়াত্তে। লৈবাক অসিগী মকম পুন্নমক্তা য়োক্লিবা পোৎ-চৈশিং অসি চপ মাটে, মমলমু থজিক্তা কাওবা থেমদে; অমুবু অনৌবা-মকমদা লাকপনিনা পোৎ-চৈশিং অমু হেক্তা য়েংনীংই, হেক্তা লৈনীংই—ইত্তোমক্তা নত্তে, চৎমিন্নরিবা মরূপ-মপাং খুদিংমক্কি।

অমুবু হকানগী পোৎ-চৈ য়েংহনা লৈবগী মতম ঐখোয়গী শংদে। চেক-থাবা গ্রন্থক তৌবা থাইনগী অথুবা লম্বী অমদা থেকতোক-থেকচিন তৌহনা মরাম কাখৎলে থর, চৎলগা য়াং-চাউরবা য়ূম অমা য়ৌরে। য়ূম অসি টাউন হোলনি, তরামাথোইগুবা শতাব্দী-গীনি। মকম অসি সহরগী থাইদগী অরিবা শরক্কি।

পিক্লমু পিক্লা মিলহাউসেনগী চাউথোকচবা অমা লৈজে—চহী-চা কয়া 'ক্লি-টাউন' হায়বদি মনীং-মথা তম্বা সহর অমা ওইনা লৈরম্বগী। অমুনা মশাগী থোইদোকপা ইতিহাস অমা সহর মচা অসিগী লৈজে। মতম অমু তরাহুমদোইগুবা শতাব্দীদগীনা তরামাপন হোৎরকপা অমুরাই কাওবনি। মতম অমুদা টাউন হোল অসি 'কেপিটোলম' হায়না কৌরম্মী, ঐতিহাসিক ওইবা মীকম কয়ানি কেপিটোলম অসিদা কমথিবা। হোল অসিগী অকোয়বদা কক্লাংদা অমদি সিলিংদা য়েক্লিবা লাইশিং—জুলিয়স সিজারদগী হৌহনা ইউরোপকী অকন-অথোশিংগী পুক্লিগা মরী লৈনবা য়ারী কয়াগী শক্তমশিং অমু য়েংন-থেংনা ঐখোয়মু থগুহৌদনা য়োখি ময়ায়-চনবা যুগকী ইউরোপতা, অমুদগী মহুগীমু মমাঙদা।

হোল অসিগী নাকল অমদা সুক্লংগুবা অমা কুমথগ্রি, য়াম্না থুই থাউমৈ থাজ্রবদি লম্বী উবগী য়া লৈতে। সুক্লংগী অয়োইবদা লৈরি নেমগ্রবা চিনথুবা কা থরদা আর্কাইভ অমা—সহর অসিতগী নত্তনা জর্মানীপুম্বগী ইতিহাসকা মরী লৈনবা মমল য়াম্নবা চে-চাং অমথি লাইরিক-লাইক্ত কয়া। হেক চত্তবগা অয়াকপশিংবু তক্লি তরা-মাথোইগুবা শতাব্দীগী ময়াঙ্গ্রাইদা ইথিবা সহর অসিগী ইতিহাসমা—মতম অমুগী থুৎই অমুনি। মিংশেন চনুবা উপুশিংদা লৈরি

তরাহুমদোইগুবা শতাব্দী কাওবা নিংথৌ অমদি নিংথৌ অকয়, চৎনবা লৈবাক ভাকলোনগা মরী লৈনবা চে-চাং কয়া। জর্মানীগী অতৈ, করিগুম্বা সহরদা অমুক য়াম্বা অরিবা দলিল লৈতে। দলিল কয়াদা প্রুসিয়াগী নিংথৌ অনিগুবা ফ্রেদারিকী মহি য়াওরি। দলিলশিং অসিগী মরক্তা য়াওরি মিলহাউসেনগা প্রুসিয়াগা অমদি মতম অদুগী জর্মান ষ্টেট ৩৬০গা চৎনবা চে-চাং কয়া। দলিল কয়া অমমু য়াওরি—সহর অসিগী মমিং ইহান-হানবা ওইনা পনবা শোক ৭৭৫গী দলিল, নিংথৌরেলনা লাউ-থোকখিবা শোক ১২০৭কী সহর অসিগী চৎনবী আইন, সিটি কাউন্সিলগা মীয়ামগা মহি তৌমিন্নখিবা য়াম্ন-চেরোল, সহর অসিগী নীংথা তম্বা মাওথিবগী চেরোল—তাং ৬-৬-১৮০১ ··· অসিনচিংবা।

মিলহাউসেনগী চাউথোকচবা অমগমু লৈজে—থোমাস মুণ্ট্‌সারগী লমজিং মথাদা লৌমীশিংনা বিপ্লব হৌখিবদো সহর অসিদগীনি। শোক ১৫২৪দা মুণ্টসার সহর অসিদা লৈহুনা অকোয়বদা লৈরিবা লৌমীশিংবু য়াকাইহল্লম্মী। মহাক্না লৌমীশিংদা পীখিবা বিপ্লবকী পাউজেল অদু আর্কাইভ অসিদা লৈরি। মসিগা লোয়ননা লৈবি মিং পরেং অমা—মুণ্টসারগী মতুং ইন্দুনা বিপ্লব য়াওরুবগী মরালদা হোৎনেদা কৌবা খুৎংদা হাৎখিবা লৌমীশিং অদুগী মমিং—তাং ২০-৬-১৫২৫।

বিপ্লবকী মালেমদা অনৌবা লমজিং-মৈরা চুরম্বা কার্ল মার্ক্স মতম অদুগী নিংথৌ-নিংথৌরেল অমদি শাসনগী চুপ্নি পায়রবশিংগী মকমদা অকি-অথং অমনি। অদুনা সহর অসিদা লাকপা মতম-দা মহাকপু অমদি মহাক্কী মরূপ আর্নোল্ড রুগেবু ফাননবা ব্রারেন্ট ইমু তৌখি, মদুগী কোপি হৌজিকমু মকম অসিদা লৈরি। লোয়ননা অতৈমু লৈরি—তাং ২৪-২-১৮৭০দা মিল-হাউসেনদা কমখিবা সোসিয়েল ডেমোক্রেটশিংগী মহানবা মীফম অদুগী পুলিশ রিপোর্ট। শোক ১৮৯০দা ইহান-হানবা ওইনা মে-মুমিং পালন তৌখি, মদুদা লাউথোকখিবা ব্রারেণ অদুগী পুলিশ রিপোর্ট অদুমু লৈরি। অদুদগী লৈরি মহর অসিগী

অরিবা লাইরিকশিংগী মতুংদা থাইদগী চাউবা, ফুট ১১/২×১, নিরাবার্গতা শোক ১৪৭৪দা নম্বা থোমাস একুইনোগী লাইরিক। আর্কাইভ মচা অসিদা লৈরিবা ঐতিহাসিক ওইরবা চে-চাং লাইরিক-লাইশু ময়াম অসি পন্দুনা লোইবা নাইরোই, লোইনা য়েংবগীদমক মতম ঐখোয়গী লৈতে। সহর অসিনা মসিগীদমক চাউখোকচৈ, অহুনা মসিবু য়াম্না চেকশিন্না থমজে।

টাউন হোলদগী খরা চৎলগা লৈরি সহর অসিগী থাইদগী চাউবা গির্জা—চর্চ ওফ মেরী, তরাহুমদোইগুবা শতাব্দীদা শাবা। চর্চ অসিগী গেটতা রোমান ষ্টাইলদা শাবা নুংগী মূর্তি কয়ামুক লৈরি—যীশুগী পুক্লিগা মরী লৈনবা, অকোয়বদা বেলকোনী—

বেলকোনী অসিদনি চহী কুমজা খুদিংগী অচৌ-অশাংশিংনা লেপতুনা ইবুঙোগী মিংদা রাশক্লম্বদো অকবা থবক ঙাক্ত তৌগনি হায়রুনা। রাশকশিং অহু মখোয়না ঙাকথিবরা হায়বহু ইতিহাসনা সাক্ষীনি।

মকম অসিদনি থোমাস মুণ্টসারনা ঐতিহাসিক ওইরবা মীয়ামগী মিটিং তৌখিবা, মিটিং অহুদনি লাউথোকখিবদো, অনৌবা মীথল তৌগদবনি অমদি লাইশঙ পুম্নমক মীয়ামগী ওইগবদনি। চর্চ অসিগী মনাক মত্তদা লৈরি মুণ্টসারনা লৈরম্বা য়ুম অদো।

গির্জাগী মতুংদা কল্লাংদা অমদি থোঙ-থোঙনাউদা য়েক্লিবা লাইশিং অসি তরামরিগুবা শতাব্দীদগী তরানিপালগুবা শতাব্দী ফাও-বগীনি—আয়ম্বনা রোমান ষ্টাইলনি। গির্জাগী রাংল-রাংলবা পিলারশিং অহুনম্বু অহুঙৈগী রোমান যুগ নীংশিংহল্লি।

গির্জাদগী থোরক্লগা অহুঙৈগী থুরবা লম্বী অমা লাম্থোক্লগা লৈরি সহর অসিগী থাইদগী রাংলবা টরার—মসিম্বু গোথিক ষ্টাইলদা শাবনি, তরানিথোইগুবা শতাব্দীগী সাক্ষীনি। মনাক-মত্তদা লৈরি থোমাসি মুণ্টসারগী মূর্তি—অচৎ-অওকশিংদা য়োক্লিক-ম্বু নীংশিংহল্লি বিপ্লবকী পাউজেল।

অছুৌঙ্গী সহর অছু পংচাউ-চাউরমদে হায়রবছ তাক্ল খল্লা চৎলগা লৈরিবা তেক্লি-কাইরি তৌরবা সহর অসিবু খাজিন্দুনা থম্লম্বা চেকপন অছনা। থাইনদি মসি উনা খারম্বনি, মৈনা পুম্নচাক চাকথিবদগী নুংনা শিনখিবনি। থাইনা মতম অমদা চেকপল অসিগী কান্নবদো লৈরম্মী, অছুবু নোংমৈ-তোপ থোরকপদগীদি মসিগী অর্থ থোইনা লৈখিত্রে। চেকপলগী অকোয়বদা মতম অমদা ঈশিংনা ঈমায় চোম্না লৈরম্বা থাঙ্গপাৎ অন্ত লৈনি হায়রবদি য়াই, অছুবু পুমকংদি কংলে।

চেকপনগী স্নথোংগী ওয়রোমদা লৈবা রাংলবা টরার অমা। টরার অসিগী মথক্তা কাখৎলগা উনি সহর পুম্বা শীন থুংনা—থাইনগী মল্লবা য়ুম ময়াম, মরক মরক্তা গির্জাগী তুমখৎলকপা অরাংবা য়ুমদোন।

কার্ল মার্ক্স স্কোয়ারদা লৈরিবা "হোটেল তাঞ্জাবর"দা চাকলেন-চারগা অমুক চৎলে পুস্কিন হাউস্তা। মফম অসিদা ঐখোয়বু ওকপগী থৌরম্নি; টাউন কাউন্সিলগী মেয়োর, ডেপুটি মেয়োর অমদি ডেপুটিশিং হান্নবা লৈরম্লে।

টাউন কাউন্সিলগী ডেপুটি ১৩০নি—মীখলদা কাবা ঙাক্তনি। কাউন্সিল অসিগী থৌদাং য়াম্না চাউই—সহরগী লম্বী-থোং, পার্ক, শান্নবুং অসিনচিংবা শেমগৎ-শাগৎপত্না নত্তবা য়ুম-কৈ, স্কুল-কোলেজ, কোল-কারখানানচিংবা শেমগৎ-শাগৎপগী থবকসু কাউন্সিলনা য়েংশিল্লি।

টাউন কাউন্সিলগী ডেপুটিশিংগা ফনা কুইনা রারী-রাতাই শানবা লোইরগা সহরগী মরু ওইবা মফমশিং অমুক কোয়চৎ চত্তুনা য়েংলুরে। ইণ্ডাস্ট্রি চাওখৎলবা লৈবাক অসিগী মমি সহর অসিদসু তারি। পিকচরবসু সহর অসিদা ফিরোল শাবগী কারখানা, ইলেকট্রোনিক্সকী কারখানা, মোটর পার্টকী কারখানা, হিদাক-লাংথক শাবগী কারখানা…অচৌ-মচা লোইমক্না কারখানা ১৪০রোম লৈ।

হুমিদাং-ম্নাইরম চীংথক অমদা কাখৎলগা সহর অছুবু অরোইবা ওইনা অমক্তং যুম্না য়েংলম্নগা বিদায় লৌরক্লে। অছুবু নাকোংদা

হয়া হয়া তারি, ওমাই মুপী ডেপুটি অমনা য়াহং অমগী পাউখুমদা হায়খিরদো, "চুম্মি, মহৌশাগী ওইবা নন-থুম ঐখোয়গী খোইনা লৈজদে ; য়োং, করলা, থাউ ঐখোয়গী লৈজদে হায়বা য়াই ; অদুবু মসি নত্তে। নন-থুম থরদি ঐখোয়গী লৈজৈ—মীয়ামগী পূকচেল, লোশিং অমদি খোনা।" মসিগী মপায়নি লৈবাক অসিনা থুমাঙ চাওখৎপা ঙম্লিবসি।

: ২০ :

অমুক গুস্তা ব্রেকফাস্ট টেবলদা। কমথবগা মাঙদা উয়ে অনৌবী অমা—মোনহানি, মশক-মতৌ ফজে, শজী অমোমগুম্না মমিং-মনা তথক তথকই। কনাবু ওইরিবগা, ঐখোয় মশেন থয়ে।

"গুড্ মোর্নিং লেডিজ এণ্ড জেণ্টলমেন," মোনহাচুনা হৌগৎলগা নাম্লবা ইংলিশতা হায়রকই, প্লেন মনুংদা মশক-মতৌ ফজবী এয়ার-হোস্টেস্না লাউরকপা অদুমগাই, "ঐ হাইদে মিলিন্দ্কি-নি, ঙয়াং অহিঙ রোস্তোক্তগী থুংজয়বনি, ইণ্টরপ্রিটর ওইনা ময়ামগা মতম থয়া লৈমিন্নজবা তারি।"

মহাক্কী চাবদা হাউরগদবা ইংলিশ অমদি মওং-মতৌ অদুদা ঐখোয় হায়মৈ, মুপী অসি পংলাই লায়রম্লোই।

অয়ুকী প্রোগ্রাম এন্ক্রুট্তনি ঙসিদি ইণ্টরপ্রিটর অদুম ত্তরে ইংলিশ ঙাঙ্বা কাঙবু ঐখোয় নিপানগী—মোনিকানে, মার্টিননে অদুগা অনৌবী হাইদেনে। থমৈ, য়াম্না করেদা।

চেম্বর ওফ ক্রাফ্টস্মেনগী ওফিস বিল্ডিংদা চেয়ারমেন অমদি এক্সি-কিউটিভ মেম্বরশিংনা ঐখোয়বু ওক্লম্মী। সহর অসিদা ক্রাফ্টস্-মেন হায়বদি থুংনাইবশিংগী কো-ওপারেটিভ চেম্লোম লৈ, জোঙান তোঙানবা শিনফমগী—ফি তুবা, থড়ী শেম্বা খোঙউপ শেম্বা অসিনচিবা। কো-ওপারেটিভ য়াওদবা অয়মাইগী শিনথঙ্বা

থবক পূত্তবা খুৎনাইবা থরম্ নৈ। অদুবু কো-ওপারেটিভশিংগী সরকারনা শেম্বং অমদি অতৈ মতেং কনাবুক পী। খুৎনাইবা পুন্নক কোল-কারখানাগী শিন্নাইশিংনা কংবগুম্না তোলোব অমদি অতৈ খুদোং-চাবা পুন্নক কংই। মখোয়গী অয়াৎ-অপা য়েংশিন্ননবা ক্রাফ্টসমেন গিল্ড লৈ। তোবগীদি খুৎনাইবশিংনা মখোয়গী অয়াৎ-অপারোমদতা পুক্নিং চঙবা তোদে, লৈবাকী শৌদোক-য়াথোক কয়াদম্ মখোয় শরুক য়াই। খুদম ওইনা, সোলিদারিটি ফুণ্ডকেন্টতা মখোয় শরুক য়াই, শেল ওইনা অঙবা মতোংদ্ পাংই।

ক্রাফ্টসমেন গিল্ডগী ওফিস ওইনরিবা বিল্ডিং অসি চহী চামা থরা হেন্নে। অনিগুবা লাঙ্গাওদা অমাঙ-অতা থরা খোকথি, হৌজিক্তি হায়গী মওং অদু মায়নবা শেমজিল্লে। কা-শিং অদু অয়ায়া মেরোক ষ্টাইলদা লৈতেংই অদুবু কা অমগা কা অমগা মায়হন্দে। বিল্ডিংগী মমায়দা হক্তুনা নম্লিবা লাইশিং অদু বাইবলদগী লোথোকপা ওইরবদ্র হিন্দুশাস্ত্রদগী মাল্লি। লেনিন ষ্ট্রীটতা লাই মরাম অদু য়ায়দি চুনম্রে।

থরা চংলগা বেকারী কো-ওপারেটিভ অমগী ভল-শাকম অমদা চঙলে। চহী তরানিথোই মমাঙদা লিংথংপা কো-ওপারেটিভনি। মতম অদুদা মেম্বর ২৫ তমক লৈরম্মী, হৌজিক্তি ১০৫ গুরে, থবক কজনা তোবগীদমক সরকারগী মনা-মথংমদ্ কংলে।

ঐখোয়না চঙথিবদা ফুপী-ফুপা খয়া তল শাম্নুনা লৈরম্মী, অয়াম্বনা ফুপীনি। থবক অয়াম্বা মেশিন্না তৌই—য়াম তোংপদগীনা তল পেকিং তৌবা কাওবা। শাবিবা অচাথকশিং.অদু হাউননবতা নত্তনা মহুনা হকচাং- কয়ননবরোমদম্ হোৎনৈ। তল-খা. শারিবা মকম অদু-লনা লান্না থম্বতা নত্তনা অথুম-অহাও শাবদা য়াওরিবা মচলশিং অদু করিত্রা কত্রবা, মচল অমগা মচল অমগা তিনশিনবদা কন্নি অকায়বা লৈ হায়বনচিংবরোমদম্ য়ায়া কয়া য়েংশিল্লি। শিন্নী খুদিংমক য়ামত্রবদা পোলিটেক্নিক ফুল পাশ তৌরবা মতুংদা চহী অনি-ছুম এপ্রেন্টিস ওইনা ট্রেনিং লৌরুরবা ওাক্তনি।

তিন্নীগী মরুপ মাখনলালনা ঐখোয়গী লৈবাক্তা ওইরিবা ক্রিডম

অদো নীংশিংজুরমাম্রে হংলকই, "তল শাব্রিবা শিল্পীশিং অসিবু সমাজদা হন্থনা য়েংত্রা ? মম্ৰূম-মকৈ পানবা রাজ্জা, হূপী ওইরগনা হূপা অকবা কংবা ওম্বরা, হূপা ওইরগনা মশক-মতৌ মজবী হূপী কংবা ওম্বরা ?"

শিল্পীশিংগী লুচিংবা ওইবা ভাই, নোকমি নোকমি তৌরকই, হায়রকই, "ঐখোয়গী লৈবাক্তা শিনফম অমবু শিনফম অমনা থক হন্থনা থনৃদে। তল-শাবা, মুক্তি, ডাক্তর, ইঞ্জিনিয়ার—শিনফম পুম্নমক্কী মীওই পুম্নমক সমাজদা চপ মান্নবা সন্মান ফংই। তল-শাবা শিল্পী ওইরগা য়ুম পানবা রায় হায়বসি ঐখোয় থঙ্দে। অদুগা ঐ ইশাগী ওইনা হায়বা তারগদি, ঐ পোঙ্না হায়বা ঙম্ই ঐগী হূপী অদো মশক মতৌ কজবীশিংগী মরক্তা অমনি। হৌজিক-মক ইনাক্তা লৈরবদি পুথোকত্রুনা উৎচনীংবনি, ঐনা হায়জরিবসে থজিক্তা হেজিনবা নত্ত্রে হায়বদো প্রমান তৌজনীংবনি, অদুবু মহাকস্থু মহাক্কী থবক মফমদা চৎখ্রে, মহাক স্কুল ওজানি।"

মহাক্কী পাউথুম অদুদা হূপী শিল্পীশিং অদু নোকফেৎ নোকফেৎ তৌজে।

রাগী রাপাং ওইনা চেয়ারমেন্না নোংশিল্লকই, "সহর অসিগী মক্তিং লৈরবা কবি হাজেক মুজিনি।"

বেকারী কো-ওপারেটিভকী অহাও-অথূম খরা চারগা ময়ামদগী বিদায় লৌত্থনা থোরক্লে। করম্না মতম হৌখিবনো থঙহোদে, লঙ্কীস্থু মতম য়ৌরম্লে।

ঐখোয়গী ইন্টরপ্রিটর "অনৌবী হাইদে খরা লাঙ্বা পামই, রাম্নী শীবস্থু য়াম্না হৈ। অদুনা হোটেলদা লঙ্কী কম্বা মতমদা থম্নদি লাঙ্লে। অদুবু ডিগ্রী অদু পংকুই কুইনা রাংনা লৈবদি য়াম্রে, মোনিকাগী রাফম অমদা বেরোমিটর অদু থংহাই হাইখরকই।

"ওসিদগীদি ঐ ময়ামদগী বিদায় লৌজবা তারে।"

"করিগী ?" ময়াম ঙকৃচানৈ।

"হাইদে লাক্লবনিনা ঐগী দরকার লৈত্রে।"

মাখনলালনা নহানমখৈ লোত্তুনা থন্বা ফাগি অত্ত মরাম মমাঙদা পুথোরকই, "মোনিকা নঙনা চৎপ্রগা থম্মোয় অমা কায়হৌগদৌরি-বসিদি কমদৌবা ?"

সর্দারজীগী রানি। ইণ্ডিয়াদগী পুরকপা চা-মনা চারিক পরেং অমদি খুদোলপোৎ কয়া মোনিকাদা ফনা য়ায়া তমশিনখ্রমাল্লে। মাখনলালনা মথা তানা শন্দোরকই, "খঙলমগনি মোনিকা, সর্দার-জীগী থম্মোয়লকাহুংদা নঙগীদমক থোৎকল-নৌরবা কাচিন অমা লৈরিবসে ?"

নহানমখৈ কোঙদোকপা ঙমদনা লৈরম্বদো তাঞ্জা ফংলহুনা সর্দারজী খৌনা ফরকই, "ইউ নো মাই নেম ইজ হরভজন সিং কোমল। ঐগী মিংগী অরোইবদা কোমল হায়বা রাহৈ অমা নপ্লি, কোমল হায়বদি খঙবা, থোৎ-নৌবা হায়বনি···।"

মোনিকাম্মু পংতা তাবা মুপীদি নত্তে, হায়রকই, "ইট ইজ টু লেইট মাই-ডিয়ার পোয়েট,—ইবুঙো কবি য়ায়া থেঙ্লে নঙনা লাকপা।"

ঐন্মু য়াওশিল্লি, "খল্লুমু সর্দারজী মোনিকাবু তান্নগেকো হায়হুনা। উত্রনে মহাক্কী খোঙথাং, মুমিৎ চুপ্পা গাড়ী নংহৌরোইদগী মতাগুম। তান্নরুমু, তান্নবা ফংবগী য়া লৈত্তে, নঙ্না থেঙ্গদবতনি।"

মোনিকাগী হৈনবীনি, নোংমত্তা খোঙথাং তপ্পা য়াওদে। ইন্টর-প্রিটর অভৈদি ঐখোয়গা লৈমিন্নে, মহাক্তি মুমিৎ খুদিংগী ময়ুমদগী লাকই, অমুক লাকপা মতমদা চেনবোই-লাকপোই য়োরকনি, মুমিদাং-রাই হনখিবম্মু খোঙথাং অত্তুদা। মরক মবক্তা ঐখোয়না ফাগি তৌই, "করিনোনে মোনিকা, নোং-ফাদোকম্মু ঐখোয়গা লৈমিন্নবা য়াই, মুমিৎ চুপ্পা চেনগদগী। নয়ুমদা মী কয়া লৈহুনা থবক চিল্লিবনো ?"

"মীবুদি য়ামদে। ঐখোয়গী মুপাহুগা ইচাহুপা অমগা ঐখোয় অহুমতনি। অত্তুদা ঐনা লোইনা তৌবা তাবা—চাক-ঈশিং থোংবা, ফিত্তু-ফিজাম্বা, ইমুং-ইমুং শিত্তোক নাম্বোকপা···।" মোনিকানা খুল্লকই।

"মখোয়গী হুপ্পাহুনা নক্তেং শাংবিত্রা? আউনদি হুপী …শিনি হায়রুনা অয়াবা মতমদা চাক-ঈশিং থোংই হায়।"

"ইমাইপেমা ঐখোয়গীদি নোং কাদোক মানা থোংনদি লোইরে, য়োংশিনবা য়াত্রে। অহুনা ঐ য়ূম থাদোকপা য়াদে।"

"অহুবু ঙসি হুমিদাংদি ঐখোয়গা জগোই শামিন্নদবা য়াদে।"

"আই এম্ সোরি।" নোকক্কেং ডোহুনা মোনিকানা খুন্নকই, "হৌজিকমক ঐ চৎচবা তায়ে। মসিনা ময়ামগা অয়োইবা চামিন-থকমিন্নবনি।"

অহুদগী মড়ীদা য়েংলগা য়ূক হৌগৎলকই মোনিকা, মাগী বেগ মচা অহু মরেংবান্দা য়ানশিল্লি, হায়রকই, "থেঙ্ক ইউ, বেষ্ট অফ্ লক্, গুড বাই।"

ঐখোয়গীস্তু চীন্দগী থোকখি, "থেঙ্ক ইউ মোনিকা, আফিদাক্কেন।"

## ঃ ২১ ঃ

ইনষ্টিট্যুৎকী মনাকমক্তদা সোরোকী রাংমদা য়াম্না নানৃবা মথোল অহুমগী বিল্ডিং অমা লৈ, অহন ওইরবশিংগী লৈফম্নি—ওল্ড এজ হাউস। ইনক-নক্না লৈরম্মু নোংমতা চত্তুনা অহনশিং অসিগা উমরুদে। ঙসিদি হুাঁশিং গুরমাল্লে।

অয়ুক্কি, মপান্দা য়াম্না ঈংলি। অহুবু ওল্ড এজ হাউসকী রিসেপসন রুমদা চঙ্বগা ফোঙ কৌও শাবদো ফাওরকই। হমুব-হমুবীশিং অহুনা ঐখোয়বু ঙাইহুনা লৈরম্মী য়াম্না হরাও তম্নাম্না।

অহন-শঙ অসি শাবা পংকুই কুইত্রি, চহী তরাতা ঙায়ম্নি। অথম্নবা সহর থরদতানি অসিগুম্বা শঙ লৈরিবা, কাউঙ্টি অসিদা নিপান থক্তনি। লাক্লিবা চহী থরা অসিদা থরগম্মু শাননবা তৌরি। শঙ অসিদা লৈরিবশিং অসে পেন্সন্ ফংলবা ঙাক্তনি—হুপীনা হম্ফৃগী মথক, হুপানা হম্ফৃমগাগী। মচা-মপুশিংদা অমুক য়েংলুবা তৌদনা,

অহুগী মচা-মপু লৈজদবশিংনা কনাপতদা তাংজরুবা জৌদনা সুংঙাইনা লৈরি শঙ অসিদা অহনশিং অসি।

লাক্লবনিনা মখোয়না লৈরিবসে কয়াম সুংঙাইনা লৈরিবনো. হায়রবত্থু থরা কৃপ্না য়েংনীংলে। অহুনা মথক থংবা মখোলগী অয়াং থম থেংবা কা অমদা ময়াম চঙ.শিন্নে। থোঙ হাংদোক্লুনা লৈরম্মী য়ুম্বুদি লৈরমদে। ঐখোয়না ঙাইহাক ঙকচানরিঙৈদা হমুবী অদো চেন-শিল্লকই, থোইনা অহনদি ওইত্রি, মশাম্থু খীং খীং লাউরি, ময়ামবু উবদা হায়রকই, "ঙসি ঐগী লাইবক কয়াতা ফগ্রবা, অতিথি কয়া য়ায়নো লেঙবিরক্লিবা ঐগী য়ুম অসিদা, মহুম্থু লৈবাক কয়াদগী।"

"য়ারোবা য়াদে, য়ুম্বু লৈত্রিঙৈদা অতিথিশিংনা লান তাশিন্নে।" ময়াম ব্যবহার ওইনা হায়।

"করিগী য়ারোক্লদগে। ঐ লৈত্রম্থু অমদি শোয়দনা লৈরমগনি, ঐগী বোয় ক্লেগু। ইদি ইকায়গনগপ্রবনি, মী অতোপ্লবু লাক্লবদি হেক্তা লোৎথি। হায়গুমহুনা কদায়দবু লোৎপ্রবা খুঙদে।" নোকমি নোকমি হমুবী অহুনা হায়রকই।

অওইবরা কাগিরা হমুবী অসিনা হায়রিসিবু, ময়াম ঙাইহাক চম্ময়ে।

হমুবী অহু মথা ভাথরকই, "কদায় লোৎলিবগেনে নঙবু, থোরকউবা কৈদোগে, করিগী ইকায়রিবনো?"

থরা শিল্লা মখোল অহু ভাবদা অমহু উপু মথক্তগী থুম্লকই, "ম্যা উ।"

"লৈরে পরে।" উপু মথক্তগী তাপ ফাহুনা ময়ামদা উৎলি "সিনি ঐগী বে ফগু।"

ময়াম'য়া লোকই রস চেন্নবা কাগি অহুদা।

হমুবী অহুগ.. কা অহু থোইনা চাউদে, লুব-নানুবগী য়াদি হায়নীংঙাই লৈতে। কা মচা অহুদা কয়ুং অমা থারি, ফ্রিরোল হাপ্লনবা উপু অমম্থু থিল্লি, টি-ভি সেট অমম্থু। তুম্ফম কা অসিগা থংননা চাকশঙ

মচা অমনা ঈরু-মারুপজকম অমগা—মসিনি মহাক্কী মরুম। অক মনতা লৈবা কা-শিং অহু লোইনা হাইকেং মাটে।

মতৌ-মনাও লৈবম্ না য়াওরি। মথোরগীদি কা অনি কংই। মতৌ-মনাও লৈবা কা অমদা ঐথোয় চঙ্ই। ঐথোয়বু উবদা হয়াওবনা লোই অনিদো—হন্নুবা অহুনা লাই য়েক্নুনা লৈরম্মী অহুগা হন্নুবী অহুনা ভেনরা মচিঞ্জাক পীজহুনা। মানা মানা হৈনজবা থবক্তা মতম লেমবা থৌরাংনি।

হুপাহুনা য়েক্লম্লিবা লাই অহু ময়াম চঙশিন্দুনা য়েংঙি—লেওক্কেপনি। থোঙনাউদা লাম্না উরি ইটেসবার্গকী চীংদোম্দা বুখেনভাল্ড নেশনেল মেমোরিয়েল টন্নার, মহুনি মহাক্না কেনভাসতা উৎননবা হোৎনরিবসে।

ময়াম্না ফাগি ভৌই হন্নুবীহুদা, "অদোমগী পোট্রেইটতি য়েকপিদ্রা?"

"ইয়া," হায়রগা উপুগা শো-কেসকা পূম্না লৈরিবহুদগী লাই অহু পুথোরকই, ময়ামদা উৎলি।

"থাইনা লৈশারীঙৈ পাখং-আর্টিষ্টনা য়েকখিহুদি।"

হন্নুব-হন্নুবী অনিদো য়েংমিন্নরগা নোকমিন্নে। অহুদগী পুথোরকই অহুঙৈগী প্রোট্রেট অদো—পাখংনা য়েকপা লৈশাবীগী শক্তম অদো, য়াম্না চেকশিন্না থন্নি, মরক মরক্তা পুথোক্লগা য়েংমিন্নে অহুগা অহুঙৈগী পুন্সি'হুদা অমুক য়োই মথোয় অনি।

ময়াম্না ফাগি ভৌই, "অসিননিদনা অহন অনিনা ভগৎ ভগৎ ভেক্তুনা লৈরিবা!"

ভগৎ ভগৎ ভেক্তুনা লৈতনীংঙাই মরম লৈতে; মরমদি, অহন ওইরে হায়হুনা থোইনা য়ানীংঙাই লৈতে। শেল-থুমগী য়া? পেন্সম্না লোইনা কোম্নে। মথোয় অনিতগী য়া নত্তে, মফম অসিদা লৈরিবা অহন পুম্নমক্কী য়ানি। কনাগুম্বনা শেল-থুম থরা মরাং কায়না শীজিন্নগে হায়রগনা মপান্দা থোক্তুনা থবক ভৌরুবা য়াই, চহী মজাংগা চানবা-থবকশু অহুম ফংই-থিয়েটরদা, সিনেমাদা, নার্সিং হাউসতা। থুদম ওইনা, য়ারী অদো ভৌরকই—মিসেস ব্রাউন ওন্ড

জি-ডি-আর ডাইরী

এজ হাউস অসিগী খাইদগী লাইব্রেরীনি হায়রবা য়াই, মরমদি মহাক্কী পেল্লায় খাইদগী শিকই, মার্ক ৩৪০ ভনি। অহুবু মহাক্কী থাগী আয়দি মসিদগী হেল্লি, থিয়েটরগী ক্লোক-রুমদা মহাক থবক তৌরি, অহুনা পেল্লনগী মথক্তা মহাক্কী কজবা আয় অমত্তু লাকই। তৌবগীদি অয়াম্বনা শেলথুম মরাং কায়না শীজিন্নবা গুমনবগীদমক্তু থবক তৌরুবা নত্তে। অহন ওইরবা [হায়রবসিদি থবক-ইনথাং ইনোম নোমজ্রগনু শোত্থিবা থঙহৌদে, অহুনা মশান্মউ খীং খীং লাউনা থন্নবা মপান্দা থোক্তুনা থবক শুবগী য়ানি।

মপান্দা পংথোক থোকচরোই হায়রবশিংগীমু পুক্নিং-হকচাং খীং খীং লাউনা থন্নবা পাম্বে কয়া মকম অসিদা লৈরি। লাইব্রেরী অমা লৈ—মথল-মথা কয়াগী লাইরিক অমদি মেগাজিন্না থল্লা, পাননবা কা অচৌবা অমগা লোয়নননা—য়ুম অসিগী মুপী অমবু শেম্নহল্লি। শান্ন-থোংনবগী খুদোং-চাবমু লৈ—সত্রং, টেবল টেনিস—ইমুংদা শান্নবা য়াবা পুম্নমক। মপান্দা থোক্তুনা হরাও-কুম্মে য়েংগে হায়রমু য়াই—মরক মরক্তা সিনেমা, ঈশৈ-নোংমাই, জিমনাসিয়াম অসিনচিংবা উৎননবা থৌরাং মকম অসিদা অহুম শীল্লি। হমুব-হমুবীশিংগী মপোক মুমিৎ পালন তৌননবা তোঙানবা রুব-রুম অমা লৈ। মপোক মুমিত্তদি মচা-মশূশিং অয়াম্বনা লাকই, অহন-শিংদা য়াইফ-প্লাউচেল পীরৈ, মুমিৎ অহুদি নীংশিংনিংঙাই থৌদোক অমনি। মপোক মুমিৎ নত্রবমু মরক মরক্তা মচা-মশূশিংনা মপূ-মবেন অহুম উন্নবা লাকই, মথোয়মু মচা-মশূশিং উন্নবা চৎলি। অহুনা মকম অসিদা লৈরে হায়রহুনা মচা-মশূশিংগা মরী ভৎনবদি নত্তে।

চাকথকপগী রা? মশা মশানা থোং-থাক্তুনা হোৎনজবা য়াই, য়েনশাং-নাপীগী দুকান য়ান্না নন্না লৈ। মশানা থোং থাকপা ঙমজ্রগনা রেস্তোরাঁদা চাবা য়াই, রেস্তোরাঁদা অচা-থক্কী মমল হোংই, সরকারনা শেলগী মতেং পাংই।

য়ুম অসিদা খাইদগী অহন ওইরবী আইদা ফিসার মশানা থোং-থাকপা ঙমজ্রে, অহুনা রেস্তোরাঁদগী পুরক্তুনা চায়। চহী মফু মরি শুরবী হমুবী অসিবু য়ুম অসিদা ময়ান্না ব্যবহার তৌনা চৎলি,

লোয়ননা মতম পূন্নমক্তা মহাক্কী মতেংমু পাংবি। চহী য়াম্বতা নক্তনা আইদা ফিসার য়ুম অসিদা থাইদগী ইনাক-খুনথীনি, থাদ মার্ক চা-মাপন পেন্সন ফংই। মরমদি মহাক অগুারগ্রাউণ্ডদা লৈহনা রেজিস্টেন্স মুভমেন্ট য়াওরকই, কনসেন্ট্রেসন কেম্পতা থম্মী ওইনা চহী মরি লৈরকই।

"উম্" অহন ওইরবী অহনা ভপ্পা ভপ্পা লীরকই, "ঐনা লৈবা কনসেন্ট্রেসন কেম্প অহদা হাংখিবা মী কয়ানো খঙব্রা? লিশিং মথু ভরানি, মুপী-অঙাংমু য়াওরিবনি। মুমিং খুদিংগী মী কয়ানি হাংখিবা। অমুবু শিগনি হায়না নোংমতা কিরুদে। ঐখোয়দা য়াম্না কন্না থাজবা অমা লৈরম্মী, নোংমদি ঐখোয় শোয়দনা মায় পাকনি।"

আইদা ফিসার হৌজিকমু সোসিয়েলিষ্ট ইউনিটি পার্টিগী মেম্বর ওইরি। চাব-শেংপগী পৈশা থরা লোহোৌরগা পেন্সনগী লেমহোবা শেনফম পূন্নমক পার্টি অমদি সোলিদারিটি ফণ্ডদা দান তৌথোকই। সোলিদারিটি ফণ্ডদা দান তৌবসি য়ুম অসিদা লৈরিবা মীপুম খুদিং-মকমু তৌই।

অহন ওইরবী আইদা ফিসারগী মচা-মশু কনামতা লৈজদ্রে, লোইনা লাপ্পা শিগ্রে। য়ারী শাবা লোইশিন্নকপদা ঐখোয়না হংখি, "পুন্সিগী অরোইবা মতাং অসিদা অদোমগী পাউজেল করিনো?"

"উম" খুম্নকই অহন ওইরবী অহনা রাথল ঙাইহাক থম্নগা, "পৃথি-বীগী লাঞ্জাও অনিমক জর্মান লৈমায় অসিদগী হৌখিবনি। ঐ অনিমক উহৌই। অসিগুম্বা লান অসিনা মীওইবগী করা য়াম্না মাঙহন ভাকহনবগেঁ হায়বহ্ অমুক হায়হনা কান্নদে। অহনা লান হায়বসি অমুক হম্না থোক্তনবা লৈবাক পূন্নমক্না হোৎনগদবনি। শান্তি লৈরগভদনি মীওইবনা মুংঙাই-য়াইফবা পৃথিবী অমা শেম্বা ঙমগদৌরিবসে।' মসিনি ঐগী পাউজেল, ঐগী লৈবাক মীয়ামগী পাউজেলমু মসিনি।"

ভশেংবনি, শান্তিগী পাউজেল অসিনি লৈবাক অসিগী পাউজেল। লৈবাক অসিগী চংনু চংলুবা মক্‌ম খুদিংমা, য়ারী-য়াভাই শান্নকুবা

খুদিংদা ঐখোয়না উরকই লৈবাক অসিগী মীয়াম অমদি মরকায়না লান হায়বসি কয়াম্না পামদবগে হায়বদো। লৈবাক অসিগী আইনগী মিৎয়েংদসু কনাগুম্বনা লানগী প্রচার তৌবা থেংনরবদি মহ চাউরবা মরাল অমনি অমসুং শাথীরবা চৈরাক ফংনীংঙাইনি।

রুব রুমদা হস্থুব-হস্থুবী ময়াম অহুগা য়ারী শায়বদা ঐখোয়না হায়, "নখোয়দি কয়াতা নয়াইবক কথ্রবা! অহন ওইরে হায়রুনা করিমতা য়ানীংঙাই লৈতে। পৃথিবীগী লৈবাক পুম্নমক্তা লৈরিবা অহন-লমন খুদিংমক নখোয়গুম্না অয়াং-অপা লৈতনা হিংবা ঙম্বদি কয়াতা নুংঙাইগদবা।"

"ঐখোয়গীসু অয়াং-অপা লৈতবদি নত্তে।" ময়াম অহুগী মরক্তগী হস্থুবী অমনা খুম্নকই।

"ঐখোয় ময়াম ঙকচানবগা লোয়ননা য়েংই হস্থুবী অহুদা, "করি অয়াং-অপানো?"

নোকমি নোকমি খুম্নকই হস্থুবী অহুনা, "হুমিদাং জগোই শাবদা সুপা মখীং ঙনদহুনা ওথোক্লা য়ানগ্রে, সুপা মখীং য়াংপসিনি ঐখোয়গী অয়াবা।"

ময়াম অহু য়া লাউনা নোকই। চুম্মি, য়ুম অসিদা সুপী মরি-অরিদা সুপা অম-মম্ভংনি থুংনরিবা। "নহাক্লা পাউ অসি খঙলম্ববদি ঐখোয় হুমিদাং খুদিংগী লাকপা য়ারবনি।" কাপি ওইনা ঐখোয়না হায়।

কাগিনিদি হায়নবু থংনবা মিৎকুপ অহুমক্তদা ঐখোয়দসু থংকাও কাওরকই চৈনাখোল অদো—লৈবাক অসিদা হৌজিকসু কাওরিবা অনিঙবা লাঙ্গাওগী চৈনাখোল অদো।

## : ২২ :

সহর ডাইমার হৌগৎপোই হৌগত্তবোই ত্তৌরি, ঐখোয়গী গাড়ী ড্রেসদেন পাংবা হৌরে। কনা কুইনা অমত্বা লৈচিন হাইদোক হাইদোক্তনা চৎলি। থয়া চৎলগা লম্বী মপান্দা খুজংগী লমদমদা য়াহৌ-ওনবা লৌমী থয়না মাগী মাগী ইংখোলদা ওইরমাগ্রে থবক পায়থৎনবা চঁয়ক্রে। ওসিদি থাংজনি, লৌবুক্তা মী উদে।

গাড়ী নোংপোক পাংনা খোৗগৎলি, ওয়রোমদা নোংচুপ পাংনা হুইস হুইস খোৗদখিবা গাড়ীশিংগা খৈনবদা পাখৎপা অমা য়াওই। তুংলোমদগীদু কার কত্তা ঐখোয়বু হেক্তবা য়াদে মতাঙুম য়েংলোমদা ফুং ফুং ফাওগৎলকই। পাক-চাউবা লম্বীনি, য়েং ওয় নাইবা শুং নানবা। গাড়ীগা ড্রাইভরগা অনিগী হুংতাইজবা হায়বদো লোইরে। মথং মথং খুজং কয়া, পাং-তুরেল কয়া, থোং অচৌ-বচা কয়া, সহর কয়া লৈহৌরে—লৈহৌরে জেনা…কার্ল মার্ক্স ষ্টাড…।

পুং তয়াগী অহৢাইদা উরে ড্রেসদেন, এলবী তুরেলগী তোর্বান্দা। তুরেলময়ায়দা হিমার থয়া চৎলি, থয়না লেঙদনা লৈরি তোর্বান্দা পুনশিনখিরিমাগ্রে। হি-থাংফম ড্রেসদেন মথৌ চিনবীনি, চিন্দবা য়াদবনি, লৈবাক অসিগী পোৎ-চৈ অয়াম্বা মীরৈবাক্তা থাদোকথাজিন তৌরিবসি হি-থাংফম অসিদগীনি। লৈবাক অসিগীদি অহুমশুবা সহরনি ড্রেসদেন, বার্লিন অমদি লাইপজিগকী হেক মথংদা।

ড্রেসদেনা কাওরিবসি কোল-কারখানা অমদি লয়োন-ইতিকী মফম ওইনতা নত্তে, আর্ট গেলারী অমদি মিউজিয়ামগী দমকুল্নি। এলবী তুরেলগী তোর্বান্দা লৈরি মমিং চৎলবা আর্ট গেলারী, তরা-মিপানশুবা শতাব্দীদা বেরোক ষ্টাইলদা শাবা চাউরবা বিল্ডিং অমদা। সহর অসিগী বেরোক ষ্টাইলদা শাবা বিল্ডিং অয়াম্বদি তরানিপালশুবা শতাব্দীদা শাবনি।

আর্ট গেলারীগী খোঙজিন্দা চঙলমদাইগী ওাইহাক ভাইখোক-ওাইশিন তৌরিঙৈদা পাখংমচা অনি-হুম প্রপ প্রপ চঙশিল্লকই, হংলৈ, "ইণ্ডিয়াদগী ওইবিরব্রা ?"

"মানি ।"

"ঐখোয়স্থু ইণ্ডিয়াদগীনি, মকম অসিদা লাইরিক তমজরি ।"

মরৈবাকী মী উনবত্থদা কয়া হরাওরে, মথং মথং হংলকই মরৈ-বাকী ঈ-পাউ ওাইহাক অত্থদা। মখোয়তা নত্তে, ভারতমচা অতৈস্থু তল্লি সহর অসিদা, চাওথংলক্লিবা লৈবাক কয়াগী য়চাস্থু য়াওরি লিশিংগী থৃজিংদা—লোইনা লৈবাক অসিগী থরচতা। মখোয়স্থু ঐখোয়গা লোয়ননা চঙলে ওল্ড মাষ্টরশিংগী, হায়রবদি থাইনগী লাইয়েকপশিংগী, গভর্নর হোলদা। হোল অসিগী কক্লাং থল্লা লৈরি কার্পেটতা য়েকপা লাই তরেৎখক যীশুগী রিসারেক্সনগী রারীগা মরী লৈনবা।

গেলারী অসিদা লাই লিশিং অমগী মথক্তা লৈরবস্থু লৈবাক কয়াগী মমিং চৎলবা আর্টিষ্ট কয়াগী মমিং চৎলবা লাই কয়া য়াওরবস্থু চহীচা কয়া গেলারী অসিদা মীয়ামবু চঙহল্লমদে, নিংখৌ মচা-মশু অমদি অচৌ-অশাংশিংতগী ওইনা লৈরম্মী। শোক ১৯৩৩দতা মীয়াম্মা গেলারী অসিদা চঙবগী অথিকার ফংখি, অত্থবু মন্না ওইবা লাই থরদি মখোয়বু য়েংহল্লমদে। লামি হৌরকপগা গেলারী অসি পুংথিন খিংজিনখি অমস্থুং লাইশিং অসি লানবন মস্থুংদা পুশিন্দুনা থমজিনখি। অত্থবু মওং চাদনা থম্বদগী লাই থরদি শাথীনা শোকখি। লাই অতৈ থরস্থু মাঙ তাকপা য়াওরমগদবনি, অত্থবু সোভিয়েৎ তেক্নোলনা থেংনবদগী লাইশিং অত্থ সোভিয়েৎ ইউনিয়ন্দা পুত্থনা চেকশিন্না থম্বিখি। শোক ১৯৪৬তা গেলারী অসি মীয়ামগী ওইনা হাংদোকখি অমস্থুং সোভিয়েৎ ইউনিয়ন্দগী লাইশিং হুস্থু পুরকখি। বিস্তিংগী অকোয়বদা বেলকোনীদা লৈরিবা পেন্টিংশিং অসিস্থু অমথক্তং নম্বনা অতৈদি লোইনা লান মস্থুংদা লোথোক্তুনা থমলুই।

হোলশিং অত্থদা মথং মথং চঙই। আর্ট গেলারী অসি লিংথৎলম্বদি

পোল্লেণ্ডগী নিংথৌনি, মেয়োনীগীনা ইলেক্টর 'ওগাষ্টস্ দি ষ্ট্রোং'। ওগাষ্টস্ পাঙ্গনবগী মতমদা য়েকপা লাই অমদি মহাক্কা মীরৈবাক্তগী পুরকপা লাইশিংতনা হোল অমা থন্না লৈরি। মতম অছুগী কাওরবা ভেনিসিয়ান ষ্টাইলদা য়েকপা লাইনা অয়াহনি—লাইশঙ্ , ময়াম, মেয়োনশিংগী তিনকম, ওগাষ্টসকী মচা মুহোংবা, কৈথেল অনোবা...মতম অছুগী অকাওবা লাই-য়েকপশিংগী থুংকম ওাক্তনি।

ঐথোয়গী গাইড অছু কাগি য়ান্না হৈ। হোল অছুগী লাইশিং অছু য়েংবা লোইবগা হায়রকই, "খণ্ডবরা, অগাষ্টস্ পাঙ্গনবগী তালোই কয়ানো? চহমগা কুম্নি। পাঙ্গনবা হায়বা মিংথোল অছু অরেম্বদা থোল্লম্বা নত্তে।"

ময়াম য়া লাউনা নোকই। ঐনা ঐথোয়গী ইণ্টরপ্রিটর হাইদে-য়োমদা ওনশিল্লি, হংঙি, "অছু ওইরদি মাগী মুপীশিংদো যম-লৈরাক্তা মচী হৌরম্বা তাই।"

য়ারী-য়াথোং খণ্ডবা কাওবুনা নোক্লকই, খণ্ডবা কাওবুনা তিঙক তিঙক য়েংলকই। য়ারী অছু নোংমা হাইদেনা এর্ফুর্টকী হোটেল অমদা লীথিবনি। ময়ায়-চন্‌বা মুগকী অচৌ-অশাংশিংনা মুপী ওাঙ্নরবম্ মাগী মাগী মুপীবুদি লম হেন্দনবা য়ারী অদো শন্দোক্লম্মী। তাইবং-মীয়মলেন অসিদা কনাগুম্বী মুপীনা ময়া-মপুয়োইবা লৈন-লৈনা অতোপ্পা মুপাগা লোঞ্জালোনথ্ প্রয়দি হংয়েং শিরগা অশি-লৈবাক হেক য়োবগা অছুগুম্বী মুপীশিং অছুগী মকোক্তা মচী হৌরকই, অছুদগীদি মছুগী মতীক থোকপা:...।

হাইদেনা খণ্ডবা কাওবুগী ওইনা য়ারী অদো অমুক লীরকই। ময়াম অছু অমুক হয়া নোকমিন্নে।

হোল পুম্নমক্তা 'চঙ্বগী মতম লৈত্তে, মন্না ওইবা হোল খরতমক য়েংবা তাই। হোল অমদা ভেনাসকী চাউরবা শক্তম অমা লৈরি, ক্রামক্তাওবা শত্তাব্দীগী আর্টিষ্ট অমনা য়েকপনি; মকম অসিদা তাবোক ওাশিনবা থয়া হেনবগুম তৌই, লাই অছুগী ফজবা

অহুনা ওইরিগত্রা নত্রগা মমিং উইরুম উইরুম মফি-মরোল য়াওদনা হীপুনা লৈরিবী মাগী শক্তম অহুনা ওইরিগত্রা, খঙদে। গেলারী অসিগী খাইদগী মমিং চৎপা লাইদি 'হোলি-নাইট' হায়বা জেসাস ক্রাইষ্ট পোকপগী অহিঙ অহুগী শক্তম অহুনি। উপাক্তা.য়েকপা অসিগুম্বা লাই ইউরোপতা মসিনা অহান-বনি। •ভেনিসিয়ান ষ্টাইলদা য়েকপা কাউন্টর বিভোলিউসনগী লাই অহুম্ শীংথাবদা য়াওই। অতোপ্পা হোলদা বেরোক ষ্টাইলদা য়েকপা লাই ময়াম অমা, মর্ম ওইনা, পোল রুবেন্সনা য়েকপা লাই থরা। শীংথাবা য়ারা লাই ঙাক্তনি, পন্দুনা লোইবা নাইরোই। অহুননি আর্ট গেলারী অসিদা মী কোটি মঙারোমনা চহী খুদিংগী য়েংবা লাক্লিবসে।

আর্ট গেলারীদগী থোরক্লগা অমুক চঙলে আলবার্টিনো হোলদা— মফম অসিদা, মর্ম ওইনা, গ্রীক অমদি রোমান ষ্টাইলগী স্কাল্পচর কয়া থোমজিন্দুনা থম্নি। মতম অমদা গ্রীক অমসুং রোমান সংস্কৃতিনা ইউরোপকী ফিদম্নিংঙাই ওইরম্বহুগী খুদম অমনি।

নিংথৌ ওগাষ্টস্‌না কলাবু পামজবগী খুদম অমগম্ লৈরি—আর্ট গেলারীগা থংননা, 'গ্রীন ভোল্ট'। চাউরবা হোল নিপাম্নি গ্রীন ভোল্টকী, অশংবা মচুগী ফক্লাং অহুনা ওইরিগত্রা পোৎ-চৈ পুম্নমক শংনা উই। তরাতরুকশুবা শতাব্দীদগী হৌহুনা চহীচা অহুমগী মমল য়াম্লবা অকে-অমোগী পোৎচৈ ঙাক্তনি লৈরিবসে লিশিং কুনথ্রাদগী হেন্না—লৈবাক লৈবাকী তোঙান তোঙান্ন থম্নি। জর্মানী, ফ্রান্স, ইতালীনচিংবা ইউরোপকী মতম অহুদা লৈবাকশিংগী নিংথৌমচা-মশুশিং অচৌ-অশাংশিং অমদি মথৌরুগী মতু-মচাশিংনা শীজিন্নরম্বা লৈরোং য়েকপা কোল-লিকতগী হৌরহুনা সনা-লুপা মনি-মুক্তাগী মমল য়াম্লবা লিক-কোল ময়াম অহু হৌজিকসু মিংয়েংবু থকহল্লি। ফজরবা হায়রবসি মতম, পুম্নমক্তা মগুণ মাঙদবা জাতনি।

ইউরোপতা নত্তে, আফ্রিকাসু ফজ্রে। লৈরি হোল অমদা

আফ্রিকাগী মমল য়াম্নবা লিক-কোল অমদি শামু মরান্ম শাবা লৈজেং কয়া।

ভারতকী য়াওরি মকম অসিদা। গ্রীন ভোল্টতা যোগল নিংথৌরেল ঔরঙ্গজেবকী মপোক হুমিংকী হরাও-চুম্মে—শামু তোংহনা খোরক্ত্রি শাহন্‌শাহ্ আলমগীর। মমল য়াম্নবা নুং অমদি এনামেলনা শাবা শঙ্কম অসি লোইবদা আর্টিষ্ট মচীন-মনাওগী চহী নিপাস্ত্রি চঙখিবা—হুংজাইরিবদি মখোয় অনিমক ইণ্ডিয়াদা চৎলুবা অমম্ভা য়াওদে, লাইরিক পারগা হোৎনখিবনি। ইণ্ডিয়াদগী তশেংনা পুরকপা পোৎশু য়াওরি—তা, থাঙশাং, পাম্বোম-য়াই, খুদোপ···লম্বোই-বগী গেরুন্না কিজোল কাওবা।

ইউরোপকী মলুংদমক নত্রবশু জর্মানীগী মলুংদদি সেক্সোনীনা খাইদগী ইনাক-খুল্লম্মী হায়বদো আর্ট গেলারী অমদি গ্রীন ভোল্ট অসিনা হৌজিকশু সাক্ষী ওইনা লৈরি।

গ্রীন ভোল্টতগী খোরক্লে। লম্বীগী ওয়দা চাউরবা থিয়েটর হোল অহু হৌজিকশু শেমজিনবা লোইদ্রি। অনিশুবা লাঞ্জাওদা সহর অসিগী মথক্তা হৈথখিবা বোম মশীং লাকঙমখিদে। খাইদগী শাথীখিবদি, জর্মানীনা মায়থীরক্তুনা তুং হল্লক্রবা মতমদা শোক ১৯৪৫গী ফেব্রুয়ারী ১৩দা এংলো-আমেরিকান তেঙ্গোলনা নোং হৈথেবগুম বোম হৈথখিবা অহুনি, শিগদোরে খঙনা খঙনা খোমজিনখিবহুনি। হুমিং অহুদা শিথিবসি হুপী-অঙাং য়াওনা মী লিশিং কুনথ্রা-মঙাল্লি। হুমিং অহুথী চৈকুদগী থিয়েটর অসিশু নাম্বোকপা ঙমখিদে, ঙসি কাওবা মহুগী চৈনাখোল কোক্ত্রি।

কৈখেল অরিবগী পাক্লবা লম্বীদা চৎ-চৎনা খল্লকই, লান হায়বসিবু তৌনদবা ইয়ামক য়াত্রবরা! ওয়বোম থংবদা কীহ্বহুনা লৈরি চাউরবা কেথেড্রেল—চর্চ ওফ্ অরার লেডি, এংলো-আমেরিকান বোম্বিংগী তমথীরবা খুদম অমগা, মমাঙদা অরাংবা প্লেটফোর্মদা লেপ্পুনা লৈরি পলেম মেরীগী চাউরবা মূর্তি অমা। কেথেড্রেল অসিদি শেমজিন্নরোই, লান হায়বসি অম্মুকী মতীক মাঙহন-

ভাকহনরোইরে. অমুক্তী মতীক তমীক তমথীবোইরে হায়বদো ভুংগী মীয়োলনা কাউদনবা সাক্ষী ওইহুনা লৈরগনি। সহর অসিদতা নত্তনা লৈবাক অসিগী সহর কয়াদমু লানগী অকায় অতোই কয়া শেমস্তিন্দনা থল্লি, মহু উরগা ভুংগী মীয়োলনা লান তৌগে খন্দনবা।

মীয়ায়া লৈননবা শঙশিংদি শেমজিল্লে। শোক ১৭৭৭তা শাবা পার্লামেন্ট হাউস লাম্দা থীনা শোক্লুরবমু হৌজিক্তি হায়গী শকক্ম অহুদা হজিনখ্রে। লাপ্পা উরি টাউন-হোল্ টরার মতোন্দা চাউরবা ঘড়ীগা লোয়ননা—সহর অসিগী খাইদগী য়াংবা টরায়নি।

ইন্টরনেশনেল হোটেলদা চাকলেন চারগা থোক্লকপদা ভারতমচা খরগমুক ওক্লরে, মথোয়গা লোয়ননা আফ্রিকামচা খরমু, জর্মান-মচা খরমু য়াওরি। গুাইহাক্তং উনবত্ত কাউনদনবা কেমেরা খরা য়াওনরিবদো মথৌ হাইক্ষেৎ চিল্লি।

গাড়ীদা কাখৎলে, নোংমতং লাকপংসিদা সহর অসিগী শক্তম অসি য়ারিমখৈ য়েংদবা য়াদে। কলা অমমু সংস্কৃতিগী লমদমদা ড্রেস-দেনগী মমিং লৈজে' লম্বীগী ওয়রোমদা য়েৎলোমদা মথং মথং লৈরি—ইঞ্জিনিয়ারিং ইনষ্টিট্যুৎ, রাশিয়ান ওর্থোডোক্স চর্চ…। চর্চ অসি লাইরবা হৌনমখৈ লাইররে, মেম্বর কুন্থ্রাখক্তা ঙায়রে।

খরা চৎলগা সালভাদোর আলেন্দি স্কোয়ারদা লৈরি শোক ১৮২৮দা লিংখৎপা টেক্নিকেল ইউনিভারসিটি। স্কোয়ার অসিগী নাকল অমদা লৈরি লিওস্লুমেন হাউস—মতম অমদা য়ারেলশঙ ওইরম্মী, অহুবু কেসিষ্টশিংগী মথুক্তা কৈগুমশঙ ওনখি'। মকম অসিদা হাৎখি রেজিষ্টেন্স ফাইটর লিশিং কুনহুমদোই, গুইলোটিন তৌকম অহু হৌজিকমু লৈরি গুমাঙ ময়ায়দা শঙশাংনা ইকোয়-কোয়শিল্লুনা, মনাক্তা লৈরি মূর্তি মঙাখক—গুইলোটিন তৌরমদাইদা বন্দীশিংনা তৌবা মতৌ অহুগী শক্তিমনি। কোয়শিন্না লৈরিবা শঙশাংদা লৈরি সেলশিং অহু—হাৎলমদাই পুং কুনমরিক্তা ঙায়রবা মতমদা বন্দীশিংবু পুরক্তুনা থম্মম। সেলশিং অসিদবু য়োয়ক্লবদি বন্দী

খুদিংমক ভাব ভাই, কনানা হায়ত্রবনু, ফজরবা পৃথিবী অসিগা কায়নরনি হায়বা।

গাড়ী মথক্তগী উই ড্রেসদেন ষ্টেডিয়াম, ফুটবোল শান্নরি, ভাবোক্না পিক থল্লি। "ভাবোক লিশিং নিফুমঙা চল্লি," গাইড্না হায়রকই।

তুরেল মথক্তা শাবা থোংদা লান্দুনা সহবগী অতোপ্পা শরাক্তা অমুক চৎলে। থোং অসি এল্‌বীগী মথক্তা শাবা ইহান-হান্‌বা থোংনি, 'ব্রিজ ওফ ইউনিটি' হায়না থোং অসিবু খঙনৈ—তুরেলগী তোর্বান অনিদা লৈরিবা সহরগী শরাক অনি শম্নহনবগীদমক। হৌজিক তুরেল অসিগী মথক্তা শাবা থোং নিপান শুরে, সহরগী শরাক অনি অমত্তা ওইখ্রে।

বস মহুংদা মাইক্রোফোনদা গাইড্না লম্বিৎ-তুম্বিৎশিং অহু তাক্ল-কই, "মাঙদা লৈরে ওগাষ্টস পাঙ্গনবগী মূর্তি।" ওগাষ্টসকী সনাগী মূর্তি অহু য়াঙ্গোই থুরুপ কম্না থৌরি। সহর অসিগী শেমগৎ-শাগৎপদা শীংথানিংঙাই ওইবা থৌদাং লৌখিবগীদমক নিংথৌ ওইরবম্বু দৈথাক অসিনা হৌজিক ফাওবা নীংশিংলি, লৈবাক্কী ফননবা তোরম্বশিং অহু নিংথৌ-নিংথৌরেল ওইরম্নবম্বু সোসিয়েলিষ্ট সমাজনা কাউদে হায়বগী লারবা খূদম্নি। মাঙদা মথং মথং চোংথোরকই—মতম অমদা সেক্সোনীগী থাইদগী ফজবা গির্জানি হায়না মমিং চৎলম্বা গির্জা, মসিবুম্বু বোমনা শার্থানা থুগাইবিবম্মী ; মথংদা লানবন অচৌবা অমা, জর্মানীগী মহুংদা থাইদগী ফজবা লানবন ওইরম্মী, মসিবুম্বু বোমনা থাদোকপিরমদে, হৌজিকং শেমজিন শাজিন্নবা কম্না লাক্করি মিউজিয়ম ওইনন্নবা, মথংদা অমুক ওপেরা হোল অমা তরা-মাপলগুবা শতাব্দীগী পৃথিবী ফাওরবা, মসিবুম্বু লান্না মাপ তৌবি-রমদে···অহুদগী সিঙ্গার পেলেস··· ।

মরাপ থরনা হৌদোরিকই, নিউ মাষ্টর আর্ট গেলারী য়েংলুসি। উসাইদা অয়ুক থুংলবগা থাইনগী লাইয়েকপাশিংগা শক থঙনখে, অহুনা অনৌবা মুগকী লাইয়েকপুশিংগা শক থঙননীংবগী ঈখৌরাংবহু পোক্লকলে। মতমম্বু ডাইহাক লৈরি ; অহুনা ঐখোয় অম-নিদ্রি

থীনবা তৌদ্রে। ইন্টরপ্রিটর থাদোক্লয়ে, ঐখোয়না খোকপা তৌজগে হায়দুনা। ময়াপ থরদি য়ারে হায়দুনা তরেল মপান্দা পোথাহনা লৈহৌরে।

ইন্টরপ্রিটর য়াওদবসিদু মসুংডাই অমনি। গাইড.সু য়াওদে, ঐখোয়না খোকপা পুংয়েংতা য়েংই, চৎনীংবা মাইকৈদা পংচত্তা চৎজি। ঐখোয় মশেলদি য়ানদে, মাঙবা তারবদু পুন্না মাঙমিন্ননবা। গেলারী অসিদা হোল কয়া শুরিবা, লাই কয়া লৈরিবা গাইড য়াওত্রবনিনা খঙদে। পংয়েংতা য়েংই, পংয়েংতা য়েংনীংই, খঙদে ওল্ড মাষ্টরনা হেল্লিবরা নিউ মাষ্টরনা হেল্লিবরা। তিল্লিবা মী ময়াম অসিদু ঙসাইগীহনা-হেন্দে।

ডাইহাক লৈরগা হোল পান্নরিবী মুপীশিং অহুনা থৌরী শৎ শৎ তিংথোরকই নাকন অমরোমদগী। লোন খঙত্রবদু মথুৎ-মশা মওং-মতৌ অহুদা ভাব তাই, "অসোমদা চঙ.বা য়াররোই, মাইকৈ অসোমদা চৎপিরো।" গেলারী থিংজিনবা মতম য়োরে। থোকক্ম লম্বী খঙদে, অহুবু মুপীশিং অহুনা মথং মথং তকথোরকপা অহুগী মতুং ইন্না লাকপদা ঙসাইগী চঙকম থোঙজিন অহুদা পোপ তাররে।

মপান্দা লৈহৌবা ময়াপশিং অহুনা হংলকই, "কমদৌই?"

"পুন্সিদা অমুক হন্না উররোইদবা অমা নখোয় উহৌদ্রেদো।" ঐখোয়না খুমই থরা কল্লক্লনবা।

"নখোয়সু এলবী তোর্বানগী মুমিদাংয়াইগী পুন্সিদা কাউবা য়াররোইদবা দৃশ্য উহৌদ্রেদো।"

শিংবা মামহুদা নোকমিন্নে ঐখোয় মশেল।

সহরগী ময়ায়দা অমুক চৎলে, পাক-চাউরবা স্কোয়ারগী মচী অমদা লৈরিবা ইন্টরনেশনেল হোটেলদা ডিনারগীদমক। • গাড়ী চঙ.বা য়ীদে স্কোয়ার অসিদা, লৈকোন মচা মচা শেমহুনা ঈশিং পেরে কাপহনা কজনা থল্লি মকম অসি। থবক-য়ারবা নত্রগা চৎপ-য়ারবা মীয়াম পোন্থানবি স্কোয়ার অসিদা, ঐখোয়সু মথোয়গী মরক্তা ডাইহাক তিল্লে।

ঙাইহাক পোখ্নারগা হোটেলদা চঙলুবা মতমদি মন্নপ রোমাইকে কাউণ্টরদগী ময়াম পুবা ঙমদনা থোরক্লে। "কৈদোরে, ময়াম ইকিং ক্ষিংগত্তুনা হংই।"

ঐখোয়গী টেবল রিজার্ভ পুং মঙামখায়দগীনা তরুকমখায় কাওবনি। মিনিট তরারোম থেঙংগ্রে। কাউণ্টরদগী মহু নীংশিংলকপগুদনি রোমাইকেনা হায়নীংঙাই লৈতনা ইকাইরিবসে। মিনিট তরামুক থেঙব-কা হায়বসে য়াম্না ইকাইনিংঙাইনি লৈবাক অসিদা।

ঐখোয়গীদমক্তা রিজার্ভ তৌহুনা থম্নম্লিবা টেবল অহুদা কমথবা মতমদদি ঐখোয় শাউসিরা ইকাইসিরা খঙগ্রে, অচা-থক অয়াম্বা টেবল মথক্তা উনমুক ঈংহুনা লৈরম্লে। অহুবু কনাদা তাইনরুনি, ঘড়ী শিন-শিনা মতম খঙদবা ঐখোয়গী ইরালনি? মীগীদি পুং তরুকমখায়দগী অতোপ্পা কাঙবু অমগী রিজার্ভ লৈরি, মহুগী থৌরাং মতম চানা তৌবদা য়াদে।

অচৌবা সহরনি, মমিং চৎপা সহরনি ড্রেসদেন, অহুগী মথক্তা ঙমখৈদা লৈবনি, টোরিষ্ট য়াম্না লাকই—অহুনা হোটেলশিং অসি য়াম্না চিল্লি। মকম অসিদগী পুং অমতংগী লম্বীনি পোলেণ্ড।

"মথং চয়োলদা ঐন্দু পোলেণ্ড চৎলুবা তারি। কুমশিদি ছুটি পোলেণ্ডদা লেম্লুগে, কার পুহুনা ফেমিলি হুপ্পা।" মার্টিন্না হায়রকই।

নোংপোক জর্মানীদগী পোলেণ্ড চৎপা হায়বসে ঐখোয়গীদা হায়রগা মণিপুরদগী আসাম চৎপগুম্ব। জাৎনি, অহুনা কার পুহুনা পংচত্তা চৎনৈ।

"ম্লারী শারহু, নমাঙদা লৈরিবত্ত তকশিল্লু, অহুগা ঘড়ীদো য়েংঙু," রোমাইকেনা অচুম্বদা কাগি তৌরকই।

ঐখোয়গীবুদি' করে চারি, পুক থম্নবা চারনি। অহুবু হৌজিক কাওবা য়োরক্লিবা কাঙবুম্ব য়াওরি, মথোয়না কমদোবা। ইণ্টর-প্রিটর মরি য়াওরিবা অমিনা কনা কম্না লাক্লজবনি ময়াম চাইথোক-খিদনবা, অহুবু য়াবা লৈখিজ্রে।

হায়গুম্বঙ্না ঐখোয়না হোগৎকদৌবা লাওবদা মী অমদি য়ৌরকপা লৈখিত্রে। মেক্সিকোগী ওস্কাব ফ্রিয়াস য়াৎলি; আর্টিষ্টনি, কদায়দনো মতোমতা কোয়চৎ চত্তুনা লৈরমগনি, মহাক্কী হৌনবীনি।

ঐখোয়গী পুংকম লোইরঙ্না হোগৎনরগে তৌরকপা তাঙ্গা অচুমক্তদা তফিং তক্মিং চঙ্গলকই ওস্কার। মরাম হৌগৎনগদগী তৌবঙ্দা মহাক ভাব তাই।

"মি আমিগো" ঐনা হংঙি, "কদায় চৎলুই?"

"মতম লৈরিমাল্লে খন্দুনা স্কেচ অমা···।"

"অঙুনা ঙসিদি চরা হেনবা তারেদনা!"

"হোরেন ডাইমারদা চাবা হায়ঙ্নি।"

"ডাইমারদা? ডাইমার য়ৌবা মতমদদি হোটেল বাব পুন্নমক থোঙ লোল্লম্মনি। অঙুনা থাইদগী ফবা, চে অমদা তন্-খা খরা য়োমশিল্লো, হৈরা খরা পায়শিল্লো।"

হায়নিরঙৈদা এটেণ্ডেণ্টশিং লাক্তুনা টেবল শেংদোকপা হৌবরে। মতমগী চৈরাক হায়বসে ওস্মোক্লম্মু কনগ্রবা জাৎ ওইবে লৈবাক অসিদা!

## ঃ ২৩ ঃ

সেপ্টেম্বরগী কুনমাথোইনি। সুংতিগী মতৌ ওইববদি ঙসাইনা ব্রেকফাষ্ট টেবলদা ফন্নবা মতম য়ৌরবনি। অচুবু মতম অচু য়ৌগদবা পুং অমা য়াৎলি, ঙসিদগী মড়াদা পুং অমা লৈথগ্রে, ইউরোপকী মড়ী পুন্নমক্তনি। লৈথখিবা অসি অমুক লৈথৎকনি হয়েং এপ্রিলদা। অঙুনা ঙসিদগী হৌনা ইউরোপকা মীয়াম পুং অমা লাংথনা হৌগৎপা য়ারে।

নোংঙানবগা মপান্দা য়েংথোকলুবদা লৈচিল্লা পুংমম মমশিল্লা লৈরম্লে।

ব্রেকফাষ্ট টেবলদা ঐনা য়োমাইকেদা ফাগি তৌই, "মখোয়না ফড়ীদা পু্ং অমা লৈথক্লবদগী নিংথম-থা য়ৌরক্লেদো।"

"য়ৌরকপা নত্তে নোটিস থারকপনি।" য়োমাইকেনা খুম্নকই।

ঙসিদি প্রোগ্রাম অমূক মখল-মচুগী লৈরাং অমদি শকহেনবী শানো-শিংগী সহরদনি। সহর অসিদা ফনা তোয়না লাক্লে অহুবু লাক্লিংবা অহুম পোকই। তৌবগীদি চাং পংতা তাবা সহরদি নত্তে এরফুর্ট—লৈবাক অসিগী নিপানগুবা সহরনি। অরাংপা থোইনা লৈতে মাগী—মেশিন টুল ফেক্টরী, ইলেকট্রোনিক ইণ্ড্রী, মেডিকেল একাদেমী, ইঞ্জিনিয়ারিং কোলেজ, ওজাগী ট্রেনিং কোলেজ, এগ্রিকলচার কোলেজ···ফনা য়াম্না লৈজে।

মিউজিয়ম অমদি আর্ট গেলারীশু এরফুর্টকী রাংচদে। অহুবু ওরাংতা য়েংলুবা ড্রেসদেনগী অহুগা চাংদম্নবদি য়াদ্রে। ইনাক-খুনবগী ফুরা-দলানদা চঙলুরগা লাইর-শঙদা চঙ্‌ব'হুমগাই।

য়ারী শাবা মতমদা টাউন কাউন্সিলগী মেয়োরনা হায়রকই, "ঐখোয়গীশু অরাংপা লৈতে হায়বা য়ারোই, অরাংপা লৈ। নম্বর য়ান, য়ূম-কৈগী অরাংপনি।"

লৈবাক অসিদা লাকপদগীনি য়ুম-কৈ রাংপগী য়া তারক্লিবসে। কয়াম শাথীনা রাংপনো খঙদে। ঐখোয়গী লৈবাক্তা লৈরিবা খাংপোকশঙ অহুগুম্বা অমত্তা উদে—কলকতা, বোম্বে, মাদ্রাজ নচিংবা সহরশিংদা ফুটপাথতা পুন্সি লেনবা অহুগুম্বা অমত্তম্ উদে। কদায়দনো রাংলিবসিবু। হোয় হৌজিক্কালগী খুদোংচাবা পুম্নমক য়াওবা ফ্রেট অহুন্নি রাংলিবসে, নৌনা ময়ুম পানবা নহারোম্বশিংনা অসিগুম্বা ফ্রেটতা তাম্নখ্রে। অহুগী মথক্তা লৈবাক অসিদা অনৌবা য়ুম পানবা হায়বসে অনৌবা য়ুম অমা হেঙ্গৎপা হায়বনি। মসি ওইরে মখোয়গী য়ুম-কৈ রাংপগী সমস্যা। অহুনা খুঙ্গং কয়াদা সহর কয়াদা শাগৎলি চাউর-চাউরবা মখোল য়াম্নবা য়ুম কয়া—এরফুর্টতশু অরেম্বা লৈতনা শাগৎলি, চহী তরাগী মম্লুংদা সমস্যা অসি কোক্নবা। চাউর-চাউরবা মখোল তরা-তরানিথোইগী দলান-থা থরতংগী মম্লুংদা শাবা লোইশিল্লি, ঐখোয়গী লৈবাক্তা চেক

অমগী মথক্তা চেক অমা লোনবহু নত্তে, হায়না শাহুনা লৈরবা করাং মপাক মপাক্কি চাউব-চাউরবা ক্রেনগী মত্তেংনা থাক্কৎলগা লোনথৎলিবসি।

লৈননবা য়ুম-কৈ শাবডা নত্তে মখোয়না চথরিবসে। হাউসিং কোল্লোনী অমা হাংদোকপগা লোয়ননা শান্ন-খোৎননবা স্পোর্ট কমপ্লেক্স, ডিপার্টমেন্টল সোপ, কলচারেল সেন্টর, নার্সিং হোম···ময়াম অসিন্থু য়াওরিবনি। অহুনা মখোয়না চহী তরাগী মতুংদা কোক-হনবা ওমগনি হায়রিবা সমস্যা অসি অরায়বদি নত্তে। ঐখোয়বু পুহুনা য়েংহল্লি অনৌবা হাউসিং কোলোনী থরা।

"য়ুম শাবা লোইরগা য়েন্থোকপগী থবক্তি করম হায়না তৌই ?" দিল্লাগী মরূপ মাখনলালনা হংলকই। ঐখোয়গী লৈবাক্তা অসিগুম্বা মতাংদা থোক্লিবা রাথোকশিং অহু নীংশিংলকুনা হংলিবনি।

"য়ুম হান্না ফংননবা রানোম্বা য়াওবদ্রা ?" অমুক্তা নোৎশিল্লি হান্নগী রাহং অহুদা।

"ঐখোয়গী লৈবাক্তা রানোম্বা হায়বসে চৎনদে।" য়ুম-কৈ য়েন্থোক-পগী থবক পুবিবা রাং-চাউরবা মুপা অহুনা খুম্নকই।

য়ুম-কৈ য়েন্থোকপদা নৌনা য়ুম্বানবশিংগী রাকম্না হান্না থরে। য়ুম চাউব-পিকপদি ইমুং অহুগী মীশীংগী মতুং-ইল্লি, মী মশীং য়াম্বা ইমুংদনা য়ামদবা ইমুংদগী কা মশীং হেন্না ফংই। ভাড়াদি কা য়াম্ব-য়ামদবদা চৎনদে—ভোলোব চাউনা চারগা ভাড়া য়াম্না লৌই, ভোলোব য়ামত-য়ামত্রগনা ভাড়া লৌদবম্থ য়াওই।

"য়ুম য়েন্থোক-য়েনশিনগী মকোক ওইরিবনিনা, ময়ামদগী কা থরা হেন্না লৌবা য়াব্রা ?" মরূপ অমনা হংলকই।

"মহু তৌরুববদি নোংঙানবগা ঐ থবক তৎলেদনা।" য়ুম-কৈ শান্দোকশীঞ্জিনগী থবক তৌরিবা মুপা অহুনা খুম্নকই।

অনৌবা হাউসিং কোলোনী অমগী ইন্টর-হোটেলদা ঐখোয়গী লঞ্চকী থৌরাং লোইরম্রে। হোটেল অসি শঙ্গাবা কুইদ্রিবা ম্লাংনি, অহুবু মীদি রাত্তে।

লক্ষ টেবলদা কলকাত্তাগী মন্নপ অমলবাবুদা হায়, "মখোয়গী অনৌবা রুম-কৈশিং অসে লোইনা মায়ে—ৱাং চাউবা, লুবা নানবা, ফজবা··· ।"

"হোয় মায়ে, অদুবু কুপ্পা য়েংশিন্নগদি মান্নদবা মতাং য়াওই, মশক খঙনবা ওইরমাল্লে, লৈরোংদা লৈতেংদা ডিজাইন মচা মচাদা। য়েংঙুনে সিলিংগী লৈতেং অসে, ফক্লাংগী ডিজাইন অসে—হোটেল অমুক য়ায়া চঙলক্লিবসে অমগা অমগা অমত্তা মান্নদবনি।" লৈবাক অসিদা লাকখৈদগী হোটেল সিলিংগী লৈতেং, ফক্লাংগী ডিজাইন কুপ্পা য়েংলক্লিবা অমলবাবু তাঞ্জা ফংলদুনা মহাক্কী রিসার্চকী কোল কোঙদোয়কই খুদমগা লোয়নননা।

হুমিদাং ভাইমারগী ইন্টর-হোটেলদা ডিনার চামিন্নবা মতমদা অমল-বাবুনা মহাক্কী রিসার্চকী কোল অদো অমুক্কা নীংশিংলকই, "উরেদনা হোটেল অসি, সিলিংগী লৈতেং, ফক্লাংগী ডিজাইন—ইত্তোপ তোপ্পনি।"

"টেবল মথক্তা লৈরিবা য়েনশাং ময়াম অসিগুম্বা ঙাংনি," ঐনা ফাগি তৌই, "লোইনা মায়ে, অদুবু মান্নদে। ঐনা চারিবা ঙা থোংবসিগা নঙনা চারিবা ঙাসু থোংবদুগা মানমু মায়ে মানমু মান্নদে।"

মার্টিনগী সুপীসু য়াওরি। মরক মরক্তা চুটি হুমিত্তা, হায়বদি থাংজ-নোংমাইজিংদা মখোয়গী কার পুদুনা মহাক লাকই, অহিঙ অম-নি লেক্লম্নগা হনখি। রোমাইকেগী সুপসু অমুম হায়না লাকই, স্পেনিস ইন্টরপ্রিটর হোসেগী সুপীসু। মার্টিনগী সুপীদি তোয়না লাকমন্দুনা থোইনা কোইনদ্রে, লোন খঙনদবগী ৱাতামগায়রে।

মার্টিনগা ঐগা পংননা ফম্মি, মাগী সুপীনা মাগী নাকন্দা। ঐখোয় অনিদি ঙা চাসি হায়দুনা ঙা চায়, মাগী সুপীগা অতৈ খরগনা ঙাসু।

ঐগা অমলবাবুগা ৱারী শান্নবদা ঙাগা ঙাসুগগী চাংদম্নবগী মতাং অদু ঙাবদগী ওইরমাল্লে মার্টিনগী সুপীনা মাগী পুখমদগী ঙাসু

অদো মচেৎ অমা শেন্তৎলগা মপুরোইবগী পুথমদা হাপচিল্লকই, "চাও, য়েংঙু য়াম্না হাউবনি।"

মার্টিম্না মচেৎ অমা ভংলগা মচেৎ অমযুক শেন্তৎলগা ঐগী পুথমদা হাপচিল্লকই, "য়েংঙু য়াম্না হাউই।"

ঐ খাই লাউই, কোইয়েং কোইয়েং য়েংই, "মী উদ্রেকো!" মর্টিনগী মুপীনা মুন্না য়েংছনা লৈরম্মী, মমিৎ কুপলকই, মঙক শুরকই, "হাউত্রবে?" হায়রিবা জাৎনি।

"দা, স্পাসিভা," ঐনা খুমই রাশিয়াম্দা, মহাক রাশিয়ান খঙবদ্দা।

"পজালুস্তা ··" মহাক্না নোংশিল্লকই।

ঐস্মু করিমতা খনদ্রে, অছুম হোৎনরে। য়ুমদদি অছুক মুংশিজপ্রবা ঐগী মুপীছুগা নোং-কাদোক কনা লৈতে হায়ছুনা লোথোক-লোশিন ভৌছুনা চামিন-থাকমিন্নবদা মী উথিগদ্রা হায়না কোইয়েং কোইয়েং য়েংলিবনি। নোংশিংলকই পাউবো অদো, 'এক দেশের বলি, আবেক দেশের গালি—লৈরাক অমগীনা ঈশৈ, অতোপ্পগীনা মীচৈ।'

## ঃ ২৪ ঃ

নোংপোক থংবা পোঙনাউদা মুমিৎ খুদিংগী উই চীংথোঙ ওইনা ভৌবা অমদা মুপামচা মুপীমচা থরা য়াম্না হরাও-তরাম্না শান্নবা, মথোয় পুন্নমক আনোক উথি। অমুক খুদিংগী পুং নিপান তাবগী অছুরাইদা ইনষ্টিট্যুৎকী মমাঙ-লম্বাদা ময়াম মুল কাথি অছুগা পুং অনিগী অছুরাইদা মনীংগী লম্বাদা য়া য়া ভৌছুনা হনথি। মথোয়গী অসে থোইদোকপা মথলগী মুলনি। ইনক-নুক্না লৈরকমু নোংমতা চঙছুনা য়েংলুদে।

ঙসিদি দিন শুরমাল্লে।

নোংমা মুমিদাং অমা লৈবাক অসিগী শিক্ষাগী পথাপকী মতাংদা য়ারী শান্নবদা মাদাম রুথনা শুরেছরদা হায়খি, "নীংশিংলিবয়া

ঐখোয়না স্কুলগী অরোইবা পরীক্ষা পাশ তৌবগা ওজা ওইনা চঙবগী মতম অদো। ছাত্রশিংগা লেংমান্নবা ওজা ঙাক্ত, হৈ-শিংবন্নু হাইকেৎ মান্নবা। অদুনা ঐখোয়না করিগুম্বা অমা লান্না তাকৃলুবদা অথঙবা ছাত্র য়াওরমদুনা 'ওজা অদুদি মদু ওইগদবাব্রে' হায়রকপদা ইমায় অসি ইচপমুক ঙাঙবদো। অদুদগী ইকায়বা থরা ফননবা হায়দুনা হায়বদো, 'অম্মুম তান-তানদুনা তৌবা হায়দুনি, ঐখোয়গু স্কুল লাম্বোবপতা ঙায়রিবনি।'

অম্মুম হায়না য়াম্না রানা হৌনকথি লৈবাক অসিগী খোঙচৎ মহৈ-মশিং তম্বগী লম্ব দা। অরিবা ওজা অয়াম্বা য়াম্না থুনা শিন্দোকপা তাথি, মরমদি মখোয় অয়াম্বা নাৎসী আইদিওলোজিদা চুরবা ঙাক্ত ওইবম্মী, মখোয়না অঙাংশিংদা ফত্তবা রাথল শন্দোক্লম্মী। শিক্ষা হায়বসে অফবা রাথল-ফিদম তম্বনি, অদুনা অদুগুম্বা রাথল-ফিদমদা থাজবশিংনা ওজা ওইবা তাবনি। অদুবু অরিবগী মদুৎ শিন্নবা লাইনিক লাইগু হৈবা মী থিবদা অবায়বা থবক ওইখিদে, অদুদনি স্কুলদগা পাশ তৌদুনা থোবকপগা ওজা হাপ্পা তাখিবসে। হৌজিকপুদি হান্নবা ট্রেনিং লৌত্রবদি ওজা ওইবা য়াদ্রে।

সোসিয়েলিষ্ট এডুকেসন সিষ্টেম হৌদোকপদা লৈবাক অসিনা অরাবা অমম্মু থেংনখি। হান্না লৈবম্বা লাইনিকশিং অদু নাৎসাজম শন্দো-ক্লবা ওইনা তৌনম্মী, মদুগী মথক্তা ধম অমদি অন্ধবিশ্বাসকী লৈচিন শন্দোক্লুনা অঙাংশিংগী মিৎযেং মমৃশিলহল্লম্মী। অদুনা অনৌবা য়াওলগা চুননা অনৌবা লাইনিক পুথোকপা তানম্মী, থবক অসি পাঙথোকপদা অবায়বা ওইখিদে।

অত্তদগা থুঙ্গংগী লমদমদা স্কুল লি থৎপগা মতাংদম্মু অরাবা কয়ানি নংখিবা। মী পংযাম যাম্না তাদর্শননা থুঙ্গং থুদিংদা স্কুল লি থৎপা হায়বসে ওইথোক্লমদে, অদুনা ময়ায় ওইরপ তৌবা থুঙ্গং অমদা স্কুল লিংথৎলগা বসৃনা অকোয়বা থুঙ্গশিংগী অঙাং লৌথক-লৌশিন তৌবা তারম্মী। কনিগুম্বা মতাংদা স্কুলশঙ মতৌক চানা শাবা ঙমদদুনা তোঙান তোঙানবা পুঙ্গংদা তোঙান তোঙানবা ক্লাশ থম্বা তারম্মী। অদুবু রানম্মু রানা থুঙ্গং অমগা থুঙ্গং অমগা অমদি

সহরগা খুনংগা মহৈ-মশিং মতাংদা খেন্নবা থমদনা হোৎনবা তাখি। মরমদি সোসিয়েলিষ্ট সমাজদা অঙাং পুম্নমক মহৈ-মশিং তম্বগী খুদোং চাবা চপ মান্নবা পীবা তাবনি; অঙাং খরনা প্রাইরিক তম্নগা খরনা তম্বগী খুদোং চাবা ফংদবদো সমাজবাদতা য়াদে। পান্দম অসি ফংননবগী মতাংদনি হান্না লৈরম্বা প্রনাই-স্কুল অমদি ধর্মগী সংস্থান্না চলাইবা স্কুল কয়া মুথৎপা তাখিবসে। মতাং অসিদনি নোংচুপলোমগী কাঙ্বুনা গুম্ভীরগী পি চহুম চহুম শিন্ন-খিবহু—মাঙ্লে মাঙ্লে, মহৈ-তম্ফম শঙ পুন্নমক মুথৎপ্রে, ধর্ম পুন্নমক নমথপ্রে। অহুবু মখোয়না প্রাউনা প্রাউনা অফবা অমদি অচুম্বা হায়বহুনা মায় পাক্লকখি, শোক য়াংখৈগী অহুরাইদদি মীপুম খুদিংমক ময়েক চৎহল্লবা ঙমখি। হৌজিক্তি তরাশুবা ক্লাশ ফাওবসে অঙাং পুম্নমক্কা তমদবা য়াদে, মহৈ তম্বদা চঙ্বা থরচ সরকারগীনি।

ঐখোয়না স্কুলদা চঙ্বা মতমদা ছাত্রশিং অদো ক্লাশতা লৈরমদে লোইনা মপান্দা শান্নহুনা লৈবন্মী। স্কুল অসি মমিৎ শোকপা অঙাংশিংগী, পুমতাং তাঙ্বমক্তি নত্তবা অহুগুম্বা অঙাংশিংগীনি, অহুননি খোইদোকপা মখলগী স্কুল হায়রিবসে। মমিৎ পুমতাং তাঙলবম্বিংগী খোইদোকপা স্কুলসু লৈ, কাউন্টি অসিদতা অনি। না তাথীবশিংগীসু অমা লৈ।

ওঙ্গাশিং অহুগা রারী শ্রায়ে। মখোয় লোইনমক মখোয় মখোয়গী শিনফমদা ফজনা ট্রেনিং ফংলবা ঙাক্তনি।

মফম অসিদা তম্নিবা অঙাংশিংসে অয়াম্বনা অরাপ-অরাপ্পদগীনি, অহুনা লোইনা হোষ্টেলদা লৈ। তোলোব খরা চাউনা চাবা মমা-মপাগী মচা ওইরগদি চাব-শকপগা থরচ ওইনা থা থাগী মার্ক ৪২ পীবা তাই, তোলোব পিকপগী ওইব্রগনা ফ্রি, চয়োলগী অরোই-বদা ময়ুম চখোক চৎশিনগী থরচ ফাওবা সরকারনা পুই।

মপান্দা শান্নরুবদগী অঙাংশিং অদো হস্তিলক্রে, খোইনা প্রাঙ্ব-খোৎপা তোদনা মাগী মাগী ক্লাশতা চঙনপ্রে। কা খুদিংমক চঙহুনা য়েংবগী মতম লৈতে, অহুনা কা অহুম-মরিদতা চঙলে।

ক্লাশ রুম খুদিংমক খোইদোক হেন্দোক্লা তামনবা মৈগী থৌরাং লৈরি. কয়নবা কানশিং: অদুমু মখোয়গীদমক্তা অথয়না শাবনি খা মচেংকী, মওংদা। ব্লেক বোর্ডশিং অদুমু চুমগী ফুলদা লৈবশিংহুগা মাময়ে। কা খুদিংদা রেকোর্ড-প্লেয়ার, টেপ-রেকোর্ডর, প্রোজেক্টর, ইয়ার ফোন-নচিংবা গুনা লৈ। মসিত্তমু নত্তনা তোঙান তোঙানবা বিষয়শীদমক তোঙান তোঙানবা কামু লৈরি—ক্লিষ অমম্বু শান্ন-খোংনবগী কা, মহুগী খোইদোকপা থৌরাং। শান্ন-খোংনবগীমু অঙাংশিং কাঙলুপ অনি খোক্লা থায়দোকই —ময়ামগী মশান্ন অদো য়াওবা গুম্বা কাঙবু অমা, গুমদবা কাঙবু অমা—মখোয়গী তোঙানবা থৌরাং। ক্লাশ অম-মমদা অঙাং তরানিথোই-হুমদোইদগী হেন্দে।

ওজাশিং অহুনা হায়, "মখোয়শিং অসিগী মরক্তা অমুকমু হেন্না মরাইবক থীরকপা অঙাং য়াওরকপা য়াই, মমিং পূমতাং তাঙলকপা। অহুবু মখোয় অহু মীপান তাংদনা ইজ্জৎকা লোয়ননা হিংবা গুমনবা শিনকম অম-মমদি হৈহমবা হোংনৈ।"

ফুংথিল পাইওনিয়ার্স পেলেসতা চংলুই। মফম অসিদা অঙাংশিংবু মানা মানা পামজবা শিনকমগা শক-থঙনহনবগী অমদি তম্বিবগী থৌরাংনি তৌরিবসে, স্কুলদা লাইরিক ময়েক অহুতংগা শক-থঙনরগা শিক্ষা মপুং ফাবা য়াদে। চয়োলদা পুং অনিদি লাক্তবা য়াদে অঙাংশিং মফম অসিদা।

পাইওনিয়ার্স পেলেস অসিনা লৈরিবা বিল্ডিং অসি চহী চহুমগা হুমফুরোম মমাঙদা ডিউক অমনা শারম্বনি হয়াও-কুম্মেগী শঙ ওইনা, হৌজিক্লা সমাজবাদ লাকহৈদগী অঙাংশিংগী শিন্দমশঙ ওবোক্লবা।

ঐখোয়বু ওক্লনবা থৌয়াং তৌরম্লিবা কা অহুদা চঙবগা শঙাংশিংনা তরাম্না ওকপগী চেয়োল অম-মম পীশিল্লকই। চেয়োল অসি অঙাংশিংনা মফম অসিদা লৈরিবা প্রেস মচা অসিদা নম্বুনি। থংনবা কাদা প্রেস মচা অহু লৈ, ঐখোয়বু পুশিন্দুনা য়েংহল্লি। মখোয়না নম্লিবা চেয়োল অহুগী থুংনম অহু প্রেস অচৌবদা অহৈ-বশিংনা নম্বদগী খোইনা চাং তাদে। মণিপুরগী অচৌ-অচৌবা প্রেসশিংদগীদি য়াম্না হেনগে।

শান্নপোৎ শাবা তম্বা অঙাংশিংশু য়াওরি। উনা শাবদগী হৌছুনা প্লাষ্টিক, য়োৎ, ইলেকট্রোনিক্কী শান্নপোৎ মখল মখল—কার, প্লেন, হার্ভেষ্টর-কোম্বাইন···। ময়াম অসি উৎননবা এক্সিবিসন রুম অমা তোঙান্না লৈরি, ডেমোন্সট্রেসনগী কা অমশু। য়েক্লবনা নোংখক্তগী খঙহৌদনা লান্দারকপা থোক্লবদি মহু কয়া থেংনেগদগে হায়বছুগী লাম্লোং অমা ঐখোয়বু য়েংহন্নবা উৎলি—প্লেন পাইথৎলকই, মিশাইল কাপথৎলকই, টেঙ্ক থৌজিল্লি—ঙাইহাক অছু লানৃত্ত-লান ওইরবোই খল্লকই। লোইনমক ইলেকট্রোনিক্কী পাম্বৈনা অরাপ্পদগী কণ্ট্রোল তৌবা ঙাক্তনি। কার মচা মচা ময়ামগী কুম্মৈ অমশু উৎলকই——লোইনা অরাপ্পদগী ইলেকট্রোনিক্কা কণ্ট্রোল তৌবা। "মকম অসিদা অঙাংশিংনা শাবা কার অমদি এরোপ্লেনশিং অসি ইণ্টরনেশনেল ফেয়ারদা তত্তনা মনা ফংলকই, মীরৈবাক্তশু য়াম্না পাম্লে," মখোয়গী ওজা অছুনা হায়রকই।

:২৫:

ডাইমারদা লৈবগী মতম লোইশিল্লক্লে। অছুনা থংন-থংননা সেমিনার চথরে। ওরাং সোসিয়েলিষ্ট কলচারগী ময়মদা নৈনখ্রে, ঙসিনা সোসিয়েলিষ্ট লিগেল সিষ্টেমগী মতাংদা।

এর্‌ফুর্টতা লৈবা লিগেল ইনষ্টিট্যুৎকী ডাইরেক্টরগা উকিল-নহা অমগা লাকই। নোংমাইজিং উকিল মাল্লি, পৈশা পংক্তম ফংদবা জাৎনি। কেস য়াম্না লৈরগনি উকিলনা পৈশা ফংলিবসি। কেস পংলৈ লৈতবা লৈবাক অসিদা থাঙবা য়াবা জাৎনি উকিলশিংসে। হৌখিবা চহী কুনৃথ্রামুক অসিদা কেস মশীং হাম্নদগী ভংথাইমুক হম্বখ্রে। কেসশু পংচাউ চাউবা নত্রগা কুইনা চথবা পংয়াও য়াওদ্রে। গাড়ী থৌবগী নিয়ম থুগাইরুবা, ঙাওশিন্নরুবা—অছুগুম্বা কেসনা অয়াম্বনি। মীগী নত্রগা মীয়ামগী পোৎচৈ হুরান-চিম্বী তৌরুবগী কেস য়াওরবদি নত্তে, অছুবু পংয়াম য়ামদে। লৈবাকী শেন শেয়াম্নদা শীজিন্নবা নত্রগা মাঙহনবগী কেসতি কুইদে—অছুগুম্বা কেসতি মীয়াম মমাঙদা,

থোইদোক্লা মমাল্লবা শিল্পীশিংগী মমাওদা রায়েল-বিচার তৌহ্লনা থুনা লোইশিল্লি। ঐথোয়গী লৈবাক্তা লম-চু অমদি লন-থুমগী মতাংদা খংনা-চৈনহ্লনা কেস ময়াম অমা লৈরিবসে মথোয়গী লৈবাক অসিদদি অহ্নগুম্ব'হ্নমা শুকয়াও য়াওদ্রে। হোয়, মথোয়গী লৈবাক অসিদা মশীং য়াম্না য়াম্বা কেস অমথক্তি লৈ, থাইনবগী কেস— মতৈ-মনাও থাইনবগী। মুপী থাইনবগী কেসতগী মুপা থাইনবগী কেসনা মশীং হেল্লি।

ঐথোয়না ফাগি তৌই, "তালোইগী মপোক মুমিত্তা অয়ুক হৌগৎপগা মপুবোইবনা হরাওবা ফোওদোকহৌদবগীম্নু থাইনে হায়বসে চুমব্রা?

"হোয়, অহ্নগুম্বমক য়াওই হায়বম্নু য়াই।"

নীংশিংলকই নহান ইঞ্জিনিয়ারিং ছাত্র অমনা হায়বদো। মুমিদাং অদো থবক লৈতহ্লনা করিম ইবানি ছাত্রশিংগী রুবতা চৎলুই। ইংলিশ থওবা ছাত্র থিবদা ফনা রায়, অহ্নবু ফংদবদি নত্তে। ময়াম অহ্নগী মরক্ত ইংলিশ মতৎ মতৎ ওাও্বা মুপীমচা অমগা মুপামচা অমগা খেংনরে। মথোয় অনিমক ইঞ্জিনিয়ারিং তম্লি ভাইমারদা—মুপীমচা অহ্ননা ড্রেসদেনদগী অহ্নগা মুপামচা অহ্ননা বার্লিনদগীনি। রারী শাবা ফংবহ্নদা ঐথোয় অনি মুংওাইজরে—রাহং জাৎ জাৎনি হংবা, মথোয়গী লাইরিক-লাইও তম্বদগী হৌহ্লনা ইমুং-মনুংগী রা ফাওবা; মথোয়ম্নু হংডি ঐথোয়গী লৈবাকী মরমদা। ওাইহাক লৈরগা মুপীমচা অদো মমাল্লবী অমনা কৌহ্লনা মথকী মথোলদা কাথৎখে। মুপামচা অহ্নম্নু মতুং ইন্নীংবা জাৎনি, অহ্নবু ঐথোয়বু হেক হন্দোক্লম্লগা চৎপা হায়বসে ব্যবহার ত্তবানিনা লৈরে।

"গার্ল ফ্রেণ্ডরা?" মুপামচা অহ্নদা ঐথোয়না হংডি।

"মানি।" মুপামচা অহ্ননা নোকমি নোকমি খুম্নকই।

"কয়া কুইরে থও্জবা? করম কান্দা লুহোংদোরি?"

"ঊম্ থওনববুদি চহীমুক কারে, অহ্নবু," মুপামচাদো ওাইহাক থদৈ, "অহ্নবু লুহোংবগী রাদি হায়বা ওমত্রি মুংশিনরে হায়হ্লনা হেক্তা হাথ্ হাথ্ লুহোংবসে ঐদি পামদে। কনা হায়দনম্নু নহা ওইরিবা

হায়বসে সেন্টিমেন্টল ওইবা মতমনি। অছুনা পূকচেল-খোয়জেল মুন্না খুঙনদনা হুংশিনরে হায়রুনা হেক্তা লুহোংবদা অকায়বা লাকই। লুহোংলবা মতুংদা রাখল-ফিদম মাগ্নরমদবদগী য়াম্না থ্‌না থাইনবা ঐখোয়গী লৈবাক অসিদা তোয়না থোক্তবা নত্তে।”

তোবগীদি মরু ওইবা মরম অমগম্থু লৈরি। লৈবাক অসিদা হুপীম্থু হুপাম্থু থথক তোবনিনা শেল-থুমগী মতাংদা হুপীনা হুংপাদা তাংজবা হায়বদো লৈত্রে। থাইনরগা কনানা থাকপি-কোনবিগনি হায়বগী রাফমদো লৈত্রবনিনা থাইনবদা কিদ্রে। তোবত্তবু থাইনবগী কেসৃতি হেক-হাক লোইশিন্দে, কেস লোই-শিন্দ্রিঙৈদা য়ারবদি মশা মশানা য়ানছুনা হক্কিমথিনবা। অছুগুম্বম্থু থোক্তবা নত্তে। থাইনবা য়ারবম্থু, থাইনবা হায়বসে লোইনমকতি অফবা নত্তে হায়বসি সমাজনা থঙ্ডি, থোইদোক্না মচাশিং অছুগী পুক্সিদা শাথীনা অকায়বা লাকপা য়াবদো মছু য়াম্না থম্নে। য়াত্ত- য়াদছুনা থাইনবা তারগনা মমানা অয়াম্বা মতমদা মচা ফংই।

হুংথিল ঐখোয়বু পুছুনা চংলি ভাইমার রার্কসোপকী হাউস ওফ কলচারদা, হায়বদি হরাও-কুম্মৈশঙদা। চাউরবা শঙনি, চহী মফু- রোম ওরে, ঐতিহাসিক ওইরবা রাজনীতিগী থৌদোক-রাথোক কয়াগী সাক্ষীনি। রোজা লুক্সেমবার্গকুম্বী শিল্পীগী লুচিংব-লুচিংবী কয়ানা মফম অসিদা রা ঙাঙথি শিল্পীগী আন্দোলন শাগৎপদা। জর্মান কমিউনিষ্ট পার্টি লিংখৎথিবা মফম অসিদনি। সোসিয়েল ডেমোক্রেটিক পার্টি লিংখৎপগী অহানবা লাউথোকপম্থু মফম অসিদনি।

সংস্কৃতিগী শঙলেন অসিদা এমেচার আর্ট গ্রূপ কুনহুমদোইনি লৈরিবা—ঈশৈগী কাঙ্‌বু, জগোইগী কাঙ্‌বু, ফোটো অমদি পেইন্টিংগী কাঙ্‌বু, ড্রামাগী কাঙবু অসিনচিংবা—শিল্পীশিংনা ইবা ড্রামানা অয়াম্বা শান্নে। ফোটো অমদি পেইন্টিং এক্সিবিসন মরক মরক্তা ত্তোই। কেবেরে অমদি ডিস্কোম্থু মরক মরক্তা য়াওই।

হাউস ওফ কলচার অসি লৈবাক অসিগী থাইদগী অকবা ওইনা

থম্মু না মনা কংখিবা মরিরক ওয়ে। মকম অসিগী এম্বেচার আর্টিষ্ট চাহখলোমম্ নেশনেল এরার্ড কংল্লে।

চানীংঙাই-শেংনীংঙাইগী অরাবা নৈত্রবা, য়ুখান-কৈখান য়াংলবা নৈবাক অসিগী মীয়ায়া হয়াও-কুম্মৈ ভোমনদি কনানা ভোগনি! লাইরবা নৈবাক্তা হয়াও-কুম্মৈদা লুপ্পদি চয়া হেক্লগেতনি, হান্নরা শোথহনা নৈরিবা অহুগী মথক্তা অমুকা হেন্না শোথক্লগেতনি।

থুনিদাং-য়াইরম অদো থবক নৈতে, অহুবু চখোকত্রে। ডাক্তরগা উন্নগে হায়হনা নৈরে। চয়োল খুদিংগী ডাক্তর লাকই ময়ামগী হকচাং চেক-অপ তৌবা। অমুক কুইবসি ঐদি অমুক্তা য়েংহল্লুড্রি! ঙসিদি শোয়দনা উন্নরগে থল্লে, মখোয়গী ডাক্তর অসে কয়ান্না হৈবা জাৎনো য়েংলগে।

মরূপ-মপাং ময়াম য়েংবা লোইনব্রগা ঐনা ইকোন-কোন্না চঙলে।

"প্রোফেসার, কৈদৌরে?" রোমাইকেনা হংলকই।

"শাথীরবা অমা তৌরে।"

"করিন্নো? কম্মু।"

"ডাক্তরগী অথুবা থোইদোকপা নৈতেকো?" ঐনা হংখি।

"নৈতে।"

"অহুদি 'সিনিমা। থম্মোয় অসি নাবগুম্বা অমা তৌরে, মিহুনম্ থু জিনবরা করিনো থঙদে।"

"করি য়ানোনে! য়েংগে য়েংগে।"

কুরিং লৌথোকহল্লগা ডাক্তরনা যন্ত্র থাহুনা য়েংই, মুন্না ঙাইহাক য়েংলগা হায়রকই, "করি থোইদোকপা অকায়বা থেংনদেনা।"

ঐ কুরিং লিৎশিল্লি। রোমাইকেরোমদা ঙনশিল্লি।

"চৎলমদাই য়োরকপসিদা নৈবাক আসিগা কায়নরনি থম্মুবদা ওইর-মান্নে থম্মোয় অসি পুবা ঙমত্রে।"

"প্রোফেসার, ইউ আর্ ডেঞ্জারাস—নঙসে শাথীব্রেদা!

ডাক্তরসু কাপি অহুদা শরক য়ারকই, হায়রকই, "লৈবাক অসিগী ভুংশি-লৌচিং ওইরম্লবদি কৈকো, নত্তহুনা··· ।"

ঐখোয় অহুম পেম্না নোকমিম্রে।

নোকমিম্রগা খোম্লকপদা রিসেপসন কাউণ্টরগী হন্নুবী অদো ঐবু ওাইত্নুনা লৈরম্মী।

"ঐ নখোয়ময়ামদগী বিদায় লৌবা তারে। হয়েংদগী ঐ লাম্লরোই, থবক্তগী পোথারনি।" হন্নুবী অহুনা কোনশিল্লুনা হায়রকই।

চহী হুমফু মঙা গুরবীনি। নহাম্না থবক্তগী পোথাবা য়ারবনি, অহুবু মপাঙ্গল করি, থবক তৌজখিগে হায়হুনা থবক তৌরিবনি হৌজিক ফাওবা।

"ঐদি হয়েং নঙগীদা চা থকপা চৎকে থম্লম্বনি।"

"নহানমখৈদি চৎসি হায়বা য়াত্রগা। হয়েংদি ঐ ওত্তানা ইচাগী মনাক্তা কার্ল মার্ক্স ষ্টাদৃতা।"

হন্নুবী অসিগা ঐগা রারী তোয়না শান্নবগী খুদোং চাবা ফংখি, অহুনা খোইনা কোইনদে।

মহাক্না হংলকখি, ঐগী ইমুং-মসুং অমদি লৈবাকী স্ট-পাউ কয়া। ঐসু হংখি, মাগী মচা-মশূগী মরমদা।

"ইচা-ইশূ য়াম্না লৈ—ইচা মরিনি, ইশূনা তরানিথোইনি।"

"লৈমিন্নবদি কনাগা লৈমিন্নে।"

"করিগীনো, ইভোমতা লৈনা।"

"নঙ্গী নুপাদি ?"

"লানদা লৈখিদ্রে··· ।" ওাইহাক তূমিন লৈরগা হায়রকখি, "মথা তারক্লহু··· ।" অহুদগী ময়াম অহু লুকথখি, য়া ওাঙবা ওর্মখিদে।

ঐ ভাব তাই, করিগীনো মহাক্না মমায় লুকথখিবদো, করিগীনো য়া ওাঙবা ওমখিদ্রিবদো। ঐ ভাব তাই, খুদক অহুদা মমাঙদা চোং-থোরকখিবদো শংশংনবা—তমথীরবা লাঙাও অহুনা খোকহনখিবা

অশি-অনা মরাম অদো, থুগাইখিবদো মিংকুপ অমদা মহাক্কী মঙলানগী পৃথিবী।

ঐ মখা তাখিদে। ময়েক লানা চোংথোরকখি—করিগী দমক্তনো লৈবাক অসিনা অমুক হন্না লাক্তাও থোকহনবা পামত্রিবা।

## : ২৬ :

অমুক অদো থবক লৈতে, অহুনা ময়াম এরফুর্টতা—মিটিংগী নত্তে, শোপিংগী। ঙসিগী অসিনা সহর অসিদা ঐখোয়গী অরোইবা খোঙচৎনি।

সহরগী মরু ওইবা শোপিং সেণ্টর অসি ঐখোয়দা নৌনা থোকত্রে। ঐখোয়দা রারিবা হায়ববু লোনগী খুদোং চাদবা অহুতা মঙায়রে। অহুবু মানা মানা থোকপা অহুম চৎনখি ইণ্টরপ্রিটর য়াওবা য়াওদবা। ঐসু ডাইহাক ইণ্টরপ্রিটরগী শেগা তাংলম্বদগী হুপামচা কপ্পী কুদোরক্লে, ঐনা থোকপা ভোরগে চোংথোরক্লে।

ভাইমারদা লাকঙৈদগীনি ওভারকোট অমথক্তুং লৈগে হায়হুনা থিরক্লিবসে। ঐনা অপাম্বা য়াওরবসু ঐঙোম্দা অচাবা থেংনদহুনা লৈদহুনা লৈরক্লিবনি, অচাবা য়াওরগনা অপাম্বদো থোক্তে। ঙসিদি এরফুর্টতা কোয়থি থিরগে চপ য়ু'না লেপ্লে, লোন থঙত্রবসু মমল তীরুবগী মথৌ তাদবনিনা রানীংঙাই করিসু লৈতে, অপাম্বা অমত্তুং অচাবা অহুতা থেংনরগা লোইরে। কোয়থি খিরে ইভোমতা হুক্ন অমদা। কাইনথংদা ডিপার্টমেণ্টল ষ্টোরদা অমুক্কা হন্না চঙলে। ঙসাই য়েংলম্বা ওভারকোট অহু অমুক লিংশিন্দুনা য়েংলে, থরা চাউজরবসু লৌরগে থাল্লে।

ঐগী ইতৌ অহুর্দা পোৎয়োনবী অহুনা মথুৎনে মশানদৈঁরি করিনো পংহায়ভা হায়রক্লে, অরোইবদা রাহৈ অমদি মমৈদা হেক হেক তাই, "কিওার কিওার," অহুগা মথুদোম্বীনা মথারোমদা থিল্লি।

ঐখোয় অনিনা ঙাঙ্‌ন-শক্লরিবদো পাউ ফাওনখ্রে হায়রবা খঙলহৌনা হুপী অমা চঙ্শিল্লকই। ইংরাজী মতৌ মতৌ তৌহুনা ঐঙোন্দা ব্যাখ্যা তৌরে—ফি অসি নঙোদা খরা চাউরে, অসি-দগী হেন্না পিকপদি হুক্লান অসিদা লৈতে, হুকান অঁতৈদম্ ফংলোই, অহুনা চৎলু মখাগী মখোলদা, কিওারশোপ লৈবনি, হায়রবদি অঙাংগী পোৎচৈ য়োনবা হুকান লৈবনি, মহুদা য়েংলুচো, মহুদা শোয়দনা ফংগনি, অহুগা মমলশু মহুদনা তংখায় তানা ফংগনি

হা হতোম্মি—ঐবু হৌজিক অঙাং শাবা তারিবা! চহী নিফুমঙা শুরবা ঐনা তরামঙাদা হম্বা তারিবা!

"থেঙ্ক ইউ, ডাংকে!" হায়ররম্লগা খোরক্লে।

হুমিদাং-রাইরম ভাইমারদা লৈরী অইবী অমা ঐখোয়গা উন্নবা লাকই। মহাক্কী মনাক্তা চঙবদা তশেংনা ঐ চহী তরামঙাদা হম্বগুম তৌখ্রে। কয়াতা রাং-চাউখ্রবা, মনাক্তা চঙগদবা তনৃবু তল্লি। নহানমখৈদি খনবু খল্লুদে, ঙসাই কদায়দগীনো "কিওার-শোপতা চৎলু" হায়রকপদগীদি জ্ঞান খংতা তারকপগুম তৌই। ফাগি তৌই মরূপ-মপাংদা, "লৈবাক অসিদা লৈরদি ঐগীদি ফিরোলদা খরচ পংচঙ-চঙনীংঙাই লৈতে, কিওারশোপতা চৎলগা লোইরে।"

অহুবু ঐগুম্বম্ মরক মরক্তা য়াওদবা নত্তে।

হুমিদাং ফেয়ারৱেল পাটি তৌই—ঐখোয়গী বিদায়-হুমিদাং। এর্‌ফুর্ট টিচর্স ট্রেনিং কোলেজতগী লৈশাবী কুনমুক লাকই ফেয়ার-ৱেল নাইট অহুদা শরুক য়ৌবা। অরোইবা হুমিদাংনি, অহুনা চাবগা থকপগা জগোইগা ঈশৈগা লোই-খম্বা নাইখিদ্রে। মীশু চিখবা খোইনা য়াওখ্রে—ইনষ্টিট্যুৎকী ডাইরেক্টরদগী হৌরহুনা চাকথোংবী-রাইশিংপী ফাওবা লোইনা অহন-নহা খীক্তনা পংথোক্তা থোক্লহুনা জগোই পংশাতা শাম্রখ্রে। মরক মরক্তা তোঙান তোঙানবা লৈবাক্কী ঈশৈ।

নোংয়াই য়োথিবা খঙহোবে, অদুবু ময়াম অদু অমত্তা হয়দে। নোংয়াই মচুং পুং অমা তারকপগী অছুয়াইদা চোকখবা খরা খরদি য়াওনরক্লে। ঐগা খরা তোয়না জগোই শাখিন্নবী লৈশাবী অছুবা ঐনা হায়, "লৈবাক অসিগী প্লখং-লৈশাবী নখোয় অসে কয়াতা নুংঙাইবরা! করিমত্তা য়ানীংঙাই লৈত্তে!"

নোকমি নোকমি লৈশাবী অছুনা খুম্লকই, "হোয় য়ানীংঙাইবুদি লৈত্তে, অদুবু নীংথুংদবা য়াওদবদি নত্তে।"

"ননীং থুংদবা করি লৈ।"

মমায়দা হাইথরক্লিবা শন্নাং অদো মথুংনা হাইগংলগা হায়রকই, "ইরেপ য়াংদবসে, ইমান্নবী অয়াম্বদি য়াংই, ঐতনি পিক্লিবা—জগোই শাবদা পার্টনার থিবা য়াপ্রে।"

ঐনা ফাগি ত্তোই, "ঐনা পাথং ওইরম্লবদি নঙগী জগোইগী পার্টনার ওইছনা লৈথোক্লগদবনি, য়ুমদকা হল্লোইদবনি।"

নুপীমচা অছুম্নু হন্দে "য়ুমদা হনপ্রগা অমত্তং থাবিরকউ।"

য়ারী অদো তংখি রোমাইকেগী এনাউন্সমেণ্ট অমদা—"অহিঙ অসে য়াম্না থেঙজিন্নক্লে, অছুনা ওজাগী ট্রেনীশিংগী কোরাস অমনা ঙসিগীদি অরোইবা ওইরসি।"

লৈশাবীশিং মাগী মাগী যন্ত্র পায়ছনা শকপা হোরকই,—"গুয়ানৃতানা মেরা…য়াহিরা গুয়ানৃতানা মেরা…।" স্পেনিস লোন্দা শকপা ঈশৈনি কিউবাগী, লৈবাক অসিদা য়াম্না পাম্নে, তোয়না শকমন্দুনা ঐথোয়মু খরা খরা ফারে। ঈশৈগী সুর অছু ফজ্ত-বত্তা নত্তনা ময়েকম্নু য়াম্না নুংশি। কিউবাগী মনাক্তা লৈবা গুয়ানৃতানামো কোবা ঈথং মচা অমা সমুদ্র-ঈয়ায়দা লৈ। ঈথং অসি আমেরিকানা পুম্নম চনশিন্দুনা মখোয়গী মিলিটারী বেজ শাছনা লৈরি। মফম অসিদা আমেরিকাগী লান্মীশিংনা য়াহিরা কোবী লোমী-নুপী অমবু তমথীনা হাংখি। মহাকপু শৈথাছনা শকপা ঈশৈনি—গুয়ানৃতানা মেরা…য়াহিরা গুয়ানৃতানা মেরা।

# : ২৭ :

করিমগা ঐগা অমুক ওত্তাহৃদা লম্মুরে। লম্বী অশম্বা চৎপদা মপা শিবী নংদে হায়ব'হৃমক থোরে।

লম্বীগী য়াংমদা পাথংমচা অমা চৎপা উই। প্রপ প্রপ লম্বী অদো লাম্বোক্লগা পাথংমচা অহুবু থৎলুরে, "ইংরাজী হৈবরা ?"

"করিগীনো ?"

"রেল ষ্টেসন য়োগদবনি, লম্বী খওত্রে।"

"ও, ঐ খিনজগে, ঐন্দু অদোমদা চৎচরিবনি।"

ইংলিশ কজনা ওাঙ্ই ওক্লহৃনা হংঙি, "নৈবাক অসিদা ইংরাজী হৈবা নহারোল থোইনা থেংনদে। নঙ্দি করম হায়না হৈক্লরিবনো ?"

লম্বী চৎনা চৎনা পাথংমচা অহুনা য়ারী অদো তৌরকই। মহাক নোংচুপ জর্মনীদা চাউবনি, মপাগী মনাক্তা লৈহৃনা লাইরিক তম্লকপনি। লাইরিক তম্বা লোইরগা চহী অনি-হুম থবক থিবনি হায়হৃনা কোয়থি থিক্লই, অহুবু থবক ফংবা ওমথিদে। গতি লৈরকত্রবদা মমাগী মনাক্তা লাকপা ভাথি। মমা ডাইমারদা লৈ। অসোমদা লাকপগা ইকুই-কুইদনা থবক অমা ফংজরে, থামুক ওরে থবক্তা চঙবা, ডাইমার য়ার্কশোপর্তা, তোলোব মার্ক চাভরেৎলোম ফংঙি।

"করিগীনো, "ঐখোয়না হংঙি, "মী থরনদি নোংচুপলোমনা কৈ হায়, তোলোব য়াম্না ফংই, য়ুদ্বান-কৈবানগী থাক য়াংই,—ফুংঙাই হায়রিবা নোংচুপ অদো থাদোক্লুনা নঙনা করিগীনো ' নোংপোক-লোমদা লাক্লিবা ?"

"হোয়, য়ুদ্বান-কৈবানগী থাক য়াংই, ফুংঙাই হায়বদো য়াই, অহুবু

মহ্ মী থরক্তগীনি, মীয়ামগী নত্তে, খোইদোক্না ঐখোয়গুম্বা মীচমগীদি নত্তে। থবক ফংদবা মী য়াম্না লৈখ্রবা পোংনি নোংচুপহলোমদা, থবক থিবা য়াম্না রায়। অদুগা অসোমদদি রামত্র-বদা মী ওইনা হিংবা য়াবগী থবক ফাওবদি মীপুম খুদিংনা ফংঙি।"

ষ্টেসনগী লম্বী অদো তাক্লন্নগা পাথংমচা অদো মহাক্না চংকদবা লম্বীদা চংখ্রে।

চংলিবসে লাইপজিগ্‌তনি। হয়েংদি বার্লিন পাংলগনি, অদুনা ঙসিদি পূরা ত্রিনি—মানা মানা চংনীংবা মফমদা চংপা য়াই, চংলোই হায়রম্বু কায়দে। করিমনা হোৌবদগীনি লাইপজিগ চংলি-বসে। ভাইমারদা লাইরিক তম্বা পাথংমচা অমনা চাম্বিরকে হায়দুনা মঙোন্দগী ফোটো রিল অহুম পুখ্রগা ঙসি ফাওবা হল্লকত্রে, মহুগী খোঙ্গুল লীবনি করিমগীদি। অদুগা ঐগীনা লাইপজিগ য়েংবনি—লৈবাক অসিদা লাক্লগা লৈবাক অসিগী অনিশুবা সহর ঊদনা হন্‌বা হায়বসি নীংঙমহোৌদনা তুং ফাওবা নৈলেগনি—মতুংদা অমুক হন্না লৈবাক অসিদা লাকনি লাক্লোইদ্রু খঙদে।

লাইপজিগ চংপগী কান্নবা অমম্বু ফংলে—লৈবাক অসিগী ট্রেন তোংবা। ঐখোয়গী ট্রেনগা কয়াতা খেন্নপ্রবা—কয়াতা কোমথ্রবা, কয়াতা লন্-নানথ্রবা—মী খুদিংগী সীট অম-মম।
লোন-লি খঙদবা লৈরাক অসিদা গাইড য়াওদনা চংপা হায়বসে ঐ থরদি নীংজিং-মাঙজিংনবনি। করিমনা ঐগী নীংজিং-মাঙজিং-নবদো কোকহনথি, মহাক্তি অহুমলক শুরবনি লৈবাক অসিদা লাকপা, হায় —"ঐবু থাজোদা।"

অদুবু মহাকপু থজক্লবগী মহৈ অহু থুনমক্লু ফংলে, লমথাংদা লাইপ-জিগ য়োৌরমদাইদা ঐখোয় অনিমক ফারে। ট্রেনগী কণ্ডাক্টর মুপী অমনা টিকেট চেক তোৌবদা ঐখোয় অনি নাম্বোকপা য়াত্রে। মুপী অদুনা জর্মানদা করি করিনো পংঙাঙ্‌তা ঙাঙ্‌ই, লোন খঙ্‌ই হায়না পোঙলম্বা করিম জান মাঙখ্রে। মুপী অদুনা ঙাঙ্‌লিবা

অদুদা ঐখোয়না খঙবা হায়ববু 'আকৃটা মার্ক' হায়বা য়াহৈ অদুতনি। অকোয়বদা ইংলিশ খঙ্‌বা কনামতা য়াওদমাল্লে, ঐখোয়বু উদ্ধার তৌবিনবা কনামতা চঙশিল্লকদ্রে। ঙাঙ্‌বমখৈ ঙাঙ্‌লগা মুপী অদো ভাব তারক্লমাল্লে ঐখোয় জর্মান খঙদে হায়বা। অদুদগী অতৈ হায়খিদ্রে, 'আকটা মার্ক, আকৃটা মার্ক'তা হায়গ্রে।

ঐখোয়মু মহাক্না ঙাঙ্‌লি-শক্লিবা ময়াম অদু শাজিন্নগা ভাব তারে, মার্ক নিপান পীয়ু হায়রিবনি। ঐখোয়না তোংলিবা ট্রেন অসি এক্সপ্রেসনি, অদুগা কক্লক্লিবা টিকেটনা ওর্ডিনারী ট্রেনগীনি—মার্ক নিপান য়াংলে। মহুনি মহাক্না হায়রিবসে। ইকায়-ইকায়না মার্ক নিপান পুথোকতুনা পীরে। ঐনা ফাগি তৌই করিমদা, "ইবুংঙো, নঙ্‌না লোইনা খঙ্‌ই হায়বদাই, নঙবু থাজবদগী জেল চঙব্রা করিনো!"

জেলমক্তি চঙদ্রে, ঐখোয়গী ফক্ষম অদুদা ফম্না ফম্না লাইপজিগ য়ৌরে। করিমনা খরা হেন্না খঙবগী হৌনবী হায়রকই, "উরেদনী লাইপজিগ রেল-ষ্টেসন, ইউরোপকী খাইদগী চাউবা ষ্টেসন্নি, প্লেটফোর্ম কুনতরুক্তি।"

ওইরম্বমু য়াই, প্লেটফোর্ম য়ামখ্রে, বেল লাকথোক-লাকশিনগী সাইন ইলেকট্রোনিকী মতেংনা পিং-পাং কাপ্লি বোর্ডশিংদা, মীনা কুক কুক্তি ঈন্নরিবা। প্লেটফোর্মদা কুমথবগা চাক লাম্বনা লোই-শিল্লক্লে। অদুনা রেস্তোরাঁ থিদবা য়াদ্রে। খরা চৎলগা প্লেট-ফোর্ম য়াংমদা রেস্তোরাঁ খরা লৈরম্লে, অদুবু তৌরম্লিবদো উবদা য়াথল অসি নেঃ তাফম খঙদে, মীনা কুক কুক ঈন্নরি। ফনা লুই মসিদা চঙগদবসে, লোন ফাওনদবসিনি ঐখোয়গী অরাবা। অদুবু খম্বরগী মতম লৈতে, চঙশিল্লে রেস্তোরাঁদা। নহানমখৈদি মীনা পীজবনি, ওসিদি ফুরিং থাউদগী পুথোকপা তারে, পৈশাগী চৈথেং অদু কাওরকই।

রেল-ষ্টেসনদগী থোরকপগা ট্রাম-ষ্টেসন লৈরম্লে—ট্রামগী ট্রাম ডাক্ত, ট্রাম তোংগদগী মী ময়াম অমা। ঐখোয়মু ট্রামে তোংলগা চৎকদোরিবনি, অদুবু করম্বা ট্রামনো তোংগদোরিবা, থিফম খঙদ্রে।

অমদা হাংলুই, মতক হাইরগদা চংবি, লোন খঙদহনা তৌরিবরা, মকম অছু খঙদহনা তৌরিবরা খঙদে। কোয়হং হংলবা মতুংদা কাইনখংদা অমনা খুৎয়োখী খিন্দুনা তাকপিরক্লে, "আ-সিদা কাখৎলু।" প্রপ প্রপ কাখৎলি ঐখোয় অনি। ট্রাম চংপা হোয়কপগা খংননা করিবা হুপা অমদা হংঙি ইংলিশতা, করিমগী জর্মান কোর্সা তাপ্রে। হুপা অছনা য়ায়া তপ্না ময়েক শেংনা তারকই, ইংলিশতা নত্তে,অছুবু ঐখোয় ভাব তাই—গাড়ী অসি ওয়রে, মসিদি নোংপোকলোমদা চংকদৌরিবনি, নখোয়না চংকদৌরিবনা নোংচুপলমদনি, ট্রাম নম্বর 'অছুদা' কাখৎলু, মকম 'অছুদা' কুমথৌ, মকম 'অছুরাইদা' হংলগা থিয়ু।

ভালো, কাংচুপ চংকদবা ঐখোয়না লমলাইগী গাড়ীদা কাখৎলম্রবা। ট্রাম হেক লেপ্লগা কুমথরে, ষ্টেসনদা অমুক চংলে। মসিমু মমুংঙাই অমনি। চাউথ্রবা সহর অসিদা লোন-খঙদবা ঐখোয় অসিনা য়ুম অমা থিগনি হায়না হোৎনরিবসিমু থৌনা কখ্রবা হায়ৱনি, লোন-খোত্তবগা চপ মান্নথে, চেঞ্জেৎ অছুতনি উৎলিবা।

হুপা অছুনা তারকপা ট্রাম অছুদা কাখৎলগা মকম অছু য়ৌরে। হুপামচা অমদমুক হংবদা মহাক্না ঐখোয়না থিরিবা য়ুম অছুগী থোঙজিন তায়া থিনজিনবিরম্রে। য়ুম অছু কংলবা অছুদগি ঙসাইমথে খল্লমদবদো খল্লক্লে, অমুক য়ানা লাক্লগা পাখংমচা অদো লৈরমত্রবদি কমদৌবা! য়ুমগী কোলিংবেল অছু থীংই। মীয়াই চল্লপ তৌরবা হুপা অমা থোরকই। মতোম্দা চেজেং অদো উৎলি। পাখংমচা অছুগী মপা ওইরম্রে, ইংলিশ খয়া খয়া থোকই, ঐখোয়বু কৌশিন্নে, মচাগী কা তাঁয়া পুশিন্নে। মচাহুপা অদো পারবা চেৱাং অমদা করিনো অমা য়ায়া মপুক্লিং চঙনা য়েক্নুনা লৈরম্মী। ঐখোয়বু উবদা হরাওবনা লোইশ্রে।

"চাক চারক্লবরা? করিনো অমদি চাদবা য়ীদে।"

"হৌজিক্তা চারক্লি, চাররোই।"

"অছুদি কোল্ড-ড্রিঙ্ক, বিয়ার…?"

"হোক, বিদায় !"

মপু অদো থোকখে ।

পাথংমচা অদো মহাক্কী কজনা লৈতেংবা কা অহুদা রেকোর্ড-প্লেয়ারনে টেপ-রেকোর্ডরনে। অহুদগী করি করিনো থুংত-থুংলাই মরাম অমনে রাখল স্থুণ্ডাইনা লৈরম্মী। রেকোর্ড-প্লেয়ারদা রবিশঙ্করগী মিউজিক থোংলম্মী। ঐখোয়না হংজিকৈনো হায়রকই, "ঐ রবিশঙ্করগী ভক্তনি।"

পুংমুক মহাক্কা য়ারী শাম্নিররগা থোরক্লে।

"ঐখোয়গী কার লৈরবদি ষ্টেসন তাম্না থিন্দোকচগদবা।"

"কার লৈতবোইরে।"

"লৈরম্মী, ঐনা চাউরকপদগীদি য়েন্থোকখ্রে। ইমাগা বাবাগনা মখোয়গী অমত্তা পোকচবা মচাসে কার-এক্সিডেন্টতা শিহল্লীংদবা জাংনি।"

"মমা-মপা হায়বসে পৃথিবীগী মকম পুল্লমক্তা অসিনি।"

ঐখোয় অহুম নোকমিল্লে।

পাথংমচা অহুদগী বিদায় লৌরগা লাক্লে সহরগী ময়োলদা।

মাঙ্‌দা লাপ্তক্তা উরি কার্ল মার্ক্স ইউনিভার্সিটিগী য়াংলবা মতোন। ট্রেনগী মতম ঙাইহাক য়াংলি, অহুমা ঙাহো ঙাহো চত্তুনা লেপ্লে মেলা তৌকমদা—লাইপজিগ ফেয়ার, চহী কয়াদগী তত্তনা তৌরক্লিবা মমিং চংলবা আন্তর্জাতিক মেলানি। মেলা অসি চহীদা অনিরক তৌই—কালেন অমসুং শরংতা, পৃথিবীগী [illegible]থাক অয়াম্বা মেলা অসিদা শরুক য়ারে।

হৌজিক মেলাগী মতম নত্তে, অহুবু মেলা মকমদা হয়াও কুম্মৈদি অহুম খরা খরা চথরি। অচ্যাপোংকী দুকান, শাপ্পোংকী দুকান, ফিরোলগী দুকান—মচা মচা ময়াম অমা লৈরি। অঙাংশিং মেরী-গো-রাউণ্ড তোংহুনা শান্নরি। লম্বীদা শগোল গাড়ী থরদা দুলী-অঙাং [illegible]না চংলি। ঙক্লুরে, লৈবাক অমিদা শগোল গাড়ী,

কদায়রকপীমো—কার, টেক্সি, বস, ট্রাম, ট্রেন খুদক হাঙ্.বা লৈবাক অসিদা ! নংলময়ে চথোক-চৎশিন তৌনরবা, মুপী-অডাং-শিংনা পৈশা খয়া খয়া পীরগা ঙাইহাক তোংহনা শামনবা ওইরম্লে।

মুমিদাং ভাইমারদা হলকপা মতমদদি ময়াম চাব-থকপা লোইরম্লে। ঐখোয় অনিনা প্রপ প্রপ ডাইনিং হোলদা চঙশিনবগা, চাক-থোংবী মোনহা অহনা ঙাইনবা তৌদনা চাক-ঈশিং পুথোরক্লে। খঙ্.ই, ঙাইবা য়ারবা ঙাংনি।

কাউণ্টরগী লিক-কোন য়ায়া শিবী মুপী অহু প্রপ প্রপ চঙশিল্ল-কই, "কদায়দা মাঙলুই ? ঐ ঙসাইনা ডিউটি লোইরবনি, নখোয় ঙাইহনা লৈরিবনি, হয়েংদি নখোয় চৎথ্রদবনিনা।"

অহন ওইরবমু মশা য়ায়া থীং থীং লাউরি, ঐখোয়গা ফাগি জোগাই তোয়না তৌনৈ, হায়া ট্রেনগী কণ্ডাক্টর ওইরম্মী।

ঐখোয়না ফাগি তৌই, "ট্রেন কণ্ডাক্টরশিংসে ওহোক্লা কৎখিদ্রে। নঙমু মতমহদা ফংলম্লোই। ঐখোয়বু কারগা ফাইন তৌহৌরে।"

"ঐ ওইরবদি ফাইনতা নত্তে, জেলদম্ম পীগনি।"

"মহুবু ওইরবদি কেৎলে, লৈবাক অসিদা থরগমুক চোম্নহা লৈবগী খুদোং চাবা ফংলনি, জেলগী মহাওমু পোৎহাপ ওইনা কায়রনি।" ঐখোয়না থুম্ই।

তশেংবমুনি, চৎলমদাই য়োরক্লবসিদদি থরগমুক লৈথবা য়ারগদিকো হায়বমা কয়া থল্লক্লে :

## ঃ ২৮ ঃ

ওক্টোবর ৫, ১৯৮০। ভাইমার থাদোকপা তারে। ঙত্তা হৌগ-ত্তুন্না ময়াম মাগী মাগী মপোৎ-মচৈ য়োমশিনবা লোইশিন্নম্লে। মী খরদি ঙরাংনা চৎনখ্রে, পেক্লগী মরূপ 'পেক্লভিয়ানো অনিদো'।

ঐখোয়না সহর অসিদা থুংলবদো সেপ্টেম্বরগী তারিখ ২ দনি। থা অমা হেন্নে মকম অসিদা লৈরক্লিবা, অচুনা চংলমদাই য়োরক্লবসিদদি পুক্লিং অসি ইনৌ-নৌথরক্নে। ইনষ্টিট্যুৎকী ডাইরেক্টর, চাকথোং-বীশিং, কাউন্টরগী মুপীশিং লোইনা লাকতুনা পোৎচৈ থাংদোক থাংজিন তৌবা য়াওররে। মখোয়গা খুৎশন্নবনে লেজোন্নবনে তৌচুনা বিদায় লৌনরে। গাড়ীদা কাখৎলে চংকদবা ঐখোয় ময়াম। মখোয়না থোঙজিন্দা লেপতুনা নোকমি নোকমি মখুৎ হাইরি, মুপীশিংগী মরক্তা মপি তৈথোকপম্বু য়াওরি। মুপীগী থম্মোয় হায়বসে অসি ওইরে! মুপী-মুপা মান্নরে হায়রিবা লৈবাক অসিদম্বু মুপীগী থম্মোয়দি মুপাদগী হেন্না অচুম থোং-নৌরি।

ইনষ্টিট্যুৎকী লমজংগী নাকন অনিদা মচু মচুগী ফিরালনা মুংশিংতা কর্ কর্ হাইরচুনা ঐখোয়বু বিদায় পীরি। হংচিং ওক্টোবরগী তাং ৭ লৈবাক অসিগী 'নেশনেল হোলিডে'নি—জাতগী মুমিৎনি, মুমিৎ অসিদনি চহী কুনথ্রামুক মমাঙদা জি-ডি-আর লিংখৎখিবা। নিনি-ছুম্নি মমাঙ্দগী সহর অসিগী মফম খুদিং জাতিগী ফিরালগা লোয়ননা মচু মচুগী ফিরাল ময়াম পাইবা হৌরবনি। ঙরাং লাইপজিগ্তম্বু ফিরাল ময়াম পাইহৌরি।

অতিয়া লৈচিন থাংদে, মুংশা ফজনা থোক্লি। রার্ম-সেণ্ড-ওফ হায়বচুমক্লি। লৈহৌরে ভাইমার। অমুক হন্না উন্নগদ্রা উন্নবোইদ্রা খঙদে—বিদায় ভাইমার···আফিদাজেন।

নেশনেল হাইরেগী থাব্রাংননা চেনমিন্নরিবা লৈরবা নাল্লবা লম্বীদা গাড়ী ময়াম জং জং চেল্লি। য়েৎলোমগী লম্বীদা চেল্লিবা কার-শিংনা ঐখোয়গী বস্তগী হাইগৎখি, ওয়বোমগী লম্বীদা চেল্লিবা গাড়ীশিংনা ছুইস্ ছুইস্ তুংলামদা হাইথখ্রি। লম্বীগী নাকন অনিদা পাল্লবা লৌবুক নত্রগা উমং নত্রগা চীংশাং।

ঙসিদি নোংমাইজিংনি, লৈবুক্তা মী অমত্তা উদে। মবক মরক্তা খুজং উরি, তুমিন্না পোখাচুনা লৈরি। লাপ্পা উরি ফার্ম কয়াগী শাংল-শাংলবা শঙশাং ময়াম—য়েন-আম্বু লোইবগী নত্রগা শা-মণ লোইবগী। মরক মরক্তা অমুকম্বু লাপ্পা অমদি নপ্পা। উনি—

মহর, কারখানাশী য়াংলবা চিমনী মত্তোন, গির্জাগী য়াংলবা মত্তোন,—লাইখুরম্বা মী পংলৈ লৈত্রবমু লাইশঙদি লৈরি মহরক্না খুদংদা। অচৌ অচৌবা ক্রেন থরম্ব খিন্দুনা লৈরি, য়াংলবা য়ুম ময়াম অমা শাগৎলি. মতমগী কল্লাং মপাক মপাক থাজংকংগী ভাইহন্না লৈরি।

পুং মরিয়োম চঙগনি বার্লিন য়োবদা, কিলোমিটর চাহমংলোমনি ভাইমারদগী।

শংখানবা অভিয়াসে ওসিদি ফুংশা কজনা লাংলে, কক্কবগী ওমথৈ লৈত্রে, মরক মরক্তা মচী মচীদা অঙোবা নোং মচেৎ মচেৎ পাইরি।

লম্বীগী ক্রোশিং খুদিংদা জাতিগী ফিরালগা লোয়ননা মচু মচুগী ফিরাল ময়াম পাইমিন্নরি, পাক্লবা শাংলবা অঙাংবা ফিদক্তা অঙোবা ময়েক্কা শ্লোগান কয়া ইরি—শান্তিগী, নীংথা-তম্বগী, পৃথিবীগী জাতি ময়াম পুন্না হিংমিন্নবগী।

বস মহুংদা য়ারী পাম্বা কাঙবুনা য়ারী শারি, তুমিন্না লৈবা হৈনবা কাঙবুনা তুমিন্না লৈরি, তুমগনবা কাঙ্‌বুনা ফুংঙাইনা কন্না কন্না তুম্লি, কলম পায়বা হৈনজবা হরভজনগা ঐগনা নোটবুকতা খোংচিল্লি। বস্‌মু মহাক্না চেনগদবা চাংচৎ অহুদা অহুম চেল্লি করিমতা য়াদনা। লম্বী.অমুক তপ্না তপ্না য়াংখৎলি, অমুকমু তপ্না তপ্না হাইথরি, থোইনা থেক-খোয়বদি য়াওদে।

গাড়ীনা পোথানাংজ্রবমু তোংলিবশিং অহুদি পোথনাংলমাল্লে, লম্বীগী য়েৎলোমদা থৈদোকতুনা লেপহনখ্রে। গাড়ীদগা কুমথবগা চুরুপ থকপা কাঙবুনা চুরুপ চমথৎনখ্রে, ঙাসাইমথৈ গাড়ী মহুংদা চুরুপ থকপা ফংদবগী অয়াবদো কোক্রে। মেক্সিকোগী কোস্ট্রাদেংনা মকোয় চোম্বা পাখংমচা অহু ফরম্বা শরক্তা চৎখিবনো খঙহৌদে. হৈকোলদগী সিয়েন ময়াম অমা হেকতুনা পুরক্রে, ময়ামদা অনাং ভৌনা য়েন্নরে। কোটো নম্বা পামজবা কাঙবুনা 'ক্লিক ক্লিক'—লোইবা নাইদে।

বসূন্তা অমুক কাখৎলে। উচেক ময়াম অমা পাইরি অহাঙবা অতিয়াদা, উমাইবী মানুবা অমন্থু নাইতোম পাইরি। ঙসাইখৈ উচেক পাইবা উরমদে, থৌওইনা য়েংলুদত্তুনা তোবনরা খণ্ডদে।

মুংশা অমুক মমশিল্লক্লে, মুমিৎ লৈচিন মরুমদা চঙ্খ্রে। মপান্দা মুংশিং অঙৌবা শিৎলি, গাড়ী মন্থুংদদি ঈংদে।

থা অমগী মতুংদনি ঙসি ঐখোয়না লম্বী অসিদা অমুক চৎলিবসে। গেহু থাওদোকপা লোইখ্রবা লৈবুক্তা শক্তীক অনৌবা থিন্দোরক্লে। উচেক শঙ্গু অমা চাক্তারি—লমথুমু মানুবা, উরোক মানুবা ময়াম অমা। নহান্ লাকপা মুমিৎতদি ট্রেক্টর ময়াম, হার্ভেষ্টর ময়াম থবক শূহৌবনি, ঙসিদি অমত্তা উত্রে।

লম্বীগী ওয়দ-য়েত্তা মরক মরক্তা উমং—উচানগী উমং, উচানগী উচান ঙাক্তা; মরক মরক্তমুক উচান পোপ্লার বার্চ য়ায়বা উমং ··।

পুং তরানিথোইমথায়রোম তারে। বার্লিনগী সোনেফিল্ড এয়ার-পোর্ট উবে। প্লেন-তাকম অসিদগীনি ঐখোয়বু বার্লিন মুকউ-উহন্দনা থৈত্তুনা ভাইমাবদা পুরুবদো। ঙসিদি থৈদোক্লরোই, বার্লিন শোয়দনা উরনি।

য়ুম মচা মচা ময়াম অমা লম্বীগী মনাক্তা—সমার হাউস ঙাক্তনি। য়ুম অচৌবা অয়াংবমু উরে। লম্বী অনিগী ময়ায়দা ফিরাল পরেং, দলানগী থোঙনাউদা পাক্ল-পাক্লবা ফিরাল—রাষ্ট্রগী ফিরাল, পার্টিগী ফিরাল, মহাবোল সংস্থানগী ফিরাল—লম্বীগী লম্লোংদমু ফিরাল।

বার্লিন-টরাব মমি-শামি ওইনা উবক্লে। তুরেল অমা ফৈনা চেল্লি। সহর য়োৌশিল্লক্লে, অত্তুবু উমংদি লোইদ্রি। নাকন অমদা পার্ক—লৈরাং কয়া শাৎলি মচু মচুগী···।

তুরেল অমগমুক—ঈগক ঈপোম চৌরি মালংগী শাত্থমদা। নোংথি মংলি, মুংশা মাঙখ্রে। সহরগা ময়োল য়েবে—উমং রামং লৈত্রে, উপাল রাপাল্লদি পরেং শানা চৌরি, লৈকোলি কয়ানা মরক মরক্তা লৈত্তেংলি। রালবা দলান ময়াম পুমঙাং ঙাংখ্রে ফিরাল ময়ায়া ফেষ্টুন ময়ায়া—লম্বীগী নাকন অনিম্ব।

য়াংলবা দলান অমগী মমাঙদা গাড়ী থারে। ঐখোয়গী নোং-ম্বিনি পনকন্নি, 'হোটেল ষ্টাড বার্লিন'। গাড়ীদগী পোৎচে লৌথরগা লাউঞ্জদা চঙবগা ডাইমায়দা নোং-নিনি লৈমিন্নরম্বা আফ্রিকামচা অহুম অত্তুগা উন্নরে। মখোয় মরৈবাক্তা হল্লমত্রি, লৈবাক অসিগী মকম কদায় কদায়দনো য়াম্না চৎলুরে, নোং-নিনি'সিদা ময়ুম হল্লনি।

হোটেল অচৌবগী হৌনবী লাউঞ্জদা থঙদে অমদা থঙদে মীগী মী ডাক্তা, কাউণ্টর পান্নরিব-পান্নরিবীশিং অত্তুম্বু ফনা য়াম্মি, ডাইহাক্ত পোথাবা ফংদে—চে-চাং ইথোক ইশিন তৌবদা, শো ময়াম পীথোক পীশিন তৌবদা, টেলিফোন শেন্নবদা…।

কাউণ্টরদা মখোয়গী হৌনবী চে-চাং ইথোক ইশিন লোইরগা শো লৌনত্তুনা মাগী মাগী মপোৎ-মচৈ পায়নত্তুনা মথক্তা কাখৎনরে, সিড়িদা নত্তে, ওটোমেটিক লিফ্‌টতনি। মল্লপ-মপাং পুন্নমক পুনচাই চাইনখ্রে—কনানা ২৬ শুবা মথোলদা কনানা ২৭তা, কনানা ২৮দা। ঐনা ২৯ শুবা মথোলগী ৬ শুবা কাদা হরভজন্না ৩৩ শুবা মথোলদা।

মায়-মিৎ তাথোকপগা লঞ্চকী মতম য়োৌরত্তুনা মখাদা অমুক কুমথরে। মল্লপ-মপাং থরম্বু কুমথরম্লে। মখোয়দা ওনশিন্দুনা কনানো অনৌবা মী অমনা শোন্দুনা লৈরম্মী, "ঐগী মল্লপ মণিপুরগী প্রোফেসর অহু কুমথরকখিন্দ্রেদা!"

থল্লি, কনানো মীরৈবাক অসিদা ঐবু য়াম্না খৌরাংনা ডাইরম্লিবসিবু! ময়াম হেক লৈথোরকপদা ঐবু উরত্তুনা চেনশিল্লক্লে, নোকমি নোকনি কোনশিল্লরে। ওষ্টারহেল্ডনি, ভারত্তা লৈবা জি-ডি-আর এম্বেসিদা কলচারেল এটাচি ওইরম্মী, চহী অনি-হুম মমাঙদা মণিপুরদম্বু লাক্লম্মী ইন্দো-জি-ডি-আর ফ্রেণ্ডশিপ এসোসিয়েসনগী ষ্টেট কনফারেন্সতা—মহুদা খঙনখিবনি। উন্নবগা হংলকই মথং মথং, "কমদৌরি, ডাইমারদা মুংঙাইরকপ্রা, ভারত কমদৌরি, মণিপুরগী ফিভন্না কমদৌরিবা, মল্লপ-মপাংশিংনা কমদৌরি?" মুংঙাইবা অমদি চাউথোকচবা অমা পোক্লকই রাখল অসিদা, মারৈবাক

অসিদা থঙন-তামবা মরূপ-মপাং লৈবা হায়বসে পংথোক থোকপা নত্তে।

লঙ্ক মতুংদা ওট্টারহেল্ড চংখ্রে, মরূপ-মপাং অতৈম্মু। কা মচুংদা চঙলগনা ডাইহাক পোথাগে তৌরিঙৈদা টেলিফোন থীংলকই, করিমনি, "কৈদৌনা পোথারিনো? কোয়থোক্‌লুসি লাউ, থোরক্লো।"

ঐম্মু কোয়বদা হন্দবা মীনিনা থোরক্লে। নোং থরা থরা থিক্‌লি অহুবু মী চথোক-চংশিনদি লেপ্তে। হোটেলদগী খজিক্তুং লৈথোক-পগা লৈব। পাক্লবা স্কোয়ারদা দুকান মচা মচা থরা লৈ। করিমনা হায়রকই, "লাউ, লাইবক য়েংসি।"

ফেনিং য়াথৈ য়াংথৈগী টিকেট লৈরগা মচুদা ইরম্বা নম্বর অহুগী মতুং ইন্না পোং ফাওরক্লগা লোবা অহুনি শান্নরিবসে। মী থরা থন্নায় য়াওনা টিকেট লৈরি। ঐগী পুন্সিগী দর্শনদা জুরার নত্রগা চিঠিখেলাদা থাজবা হায়বসে য়াওদে। অদ্‌বু করিমগী মতুং ইনবদা ডাইহাক্তুংদা মার্ক অহুমলোম মাঙ্‌লে, মহাকম্মু মাঙ্‌লে। মাঙ্‌লবনিনা ঐনা চিংথোকতুনা পুথোরকপা য়ারে।

স্কোয়ারগী মচী অমদা লৈরিবা চাউরবা ব্রাল্‌ডক্লোক অদ্‌গী মনাক্ত চঙশিন্দুনা য়েংই, চাউরবা গ্লোব অদ্‌ উরু-রু লৈরি, গ্লোব অদ্‌বু কোয়শিল্লিবা থুজীগুম্বা অদ্‌দা পৃথিবীগী মন্ন ওইবা লমদম কয়াগী মতম তাক্লি থূদক থূদক্কী। হৌজিক বার্লিনদা পুং মঙা তারে, দিল্লীদা মাপন-মথায়, অদ্‌গা উলান-ডুবদা অয়ুক পুং অমা।

খজিক্তুং চথোরক্লগা স্কোয়ারগী ময়ায়দা ঈশিং পেরে কাপ্লিবা অদ্‌গী অকোয়বদা লৈরিবা ফমফম অদ্‌দা মী থরা পোথারম্মী। ঐবু উবদা মুপী অনিথক চঙশিল্লকই, মথোয়গী লৈবাক্কী মী মাল্লুরমাক্লে, ঐনা খঙ্‌দবা মরোল অদ্‌দ করি করিনো হায়রে। ঐনা খুম্মি, "ঐ ইণ্ডিয়ান্নি, লোন অদ্‌ খঙদে। ইংলিশনা হায়বিয়ু।"

ঐনা হায়রিদো ভাব তাবরা হ্রাদবরা খঙ্‌দে, হায়রকই, "মোঙ্গোলিয়া, সিনেমা।" মথাদি মরোলনা অদ্‌ম তাথৈ।

মোঙ্গোলিয়াদগীনি, সিনেমাগা মরী লৈনবীনি হায়বা খঙলে।

ওইরবা যাই মিনেমা মাওবী মশক-মতৌ অহৎনা তাকপদি, অহৎপী হেনবদি করিমতা থঙ্বা ওমত্রে। লোন কাওনদবা হায়বনে অদি ওইরে! মখোয়বু করিগুম্বা মতেং অমত্তা পাংবা ঙম্মদবগী দুখ্ঙাই-ডবা য়াথল অমগা লোয়ননা লাক্রে।

দুমিদাংগী চাক-ঈশিং চাবা লোইবগা করিমনা অমুক হোয়রকই, "কোয়রুসি মেদাম বার্গখোয়দা"।

"হয়রে চৎসিদনা।"

"কদায় ঐদি হৌজিক লাকনি হায়দুনা টেলিফোনদা হায়খ্রে।"

"কৈ বেরা লৈতে।" ঐখোয় হনগদবা মীদি নত্তে।

অণ্ডারগ্রাউণ্ড ট্রেনদা চৎপনা খাইদগী খুদোং চায় সহর মহুংগী মফম অমদগী অমদা চৎপসি। ইনক-নক্না লৈরি সেন্ট্রেল ষ্টেসন আলেক্সজণ্ডার প্লাস্তা। করিমগী মফমদদি বার্লিনগী লম্বী-থোং অনৌবা নত্তে। অহুনা মহাক্না লমজিংবদা ঐগী থোইনা চিংনবা লৈতে। অহুবু লৈনুংদা চঙ্বগা ষ্টেসনগী টিকেট কককমদা করিম চম্থ্রে, করিনা টিকেট ককনি, পৈশা অচোয়বা য়াওদে। ঐখোয়গী লৈবাক্তা টিকেট ক্লার্ক লৈব'দুমহায়না লৈবম্মু নত্তে। মেশিন্দা পৈশা থাদরগা টিকেট চোংখোরকদোরিবনি, অহু নত্রবদি টিকেট কংবগী য়া লৈতে।

করিমদা 'হে' হায়ব'মা লাকই, 'ট্রেনদা হেক্ত কাখৎলসি। হোরেন কারগা অচোয়বা লৈতহুনা ভোবনি হায়রগা লোইরে। অহুগী মথক্ত মীরৈবাকমচানি, মী হাৎলুরবস্মু মাপনি।

"লাইপজিগ চৎপদা চোয়দো কাউরব্রা?"

"অহুবু করি উপায়দি লৈবগে।"

পুক্কিংমে নীংজিং-খাঙজিং ট্রেনদা কাখৎলে। অহুবু অনিয়ক হম্না চোয়ু, হায়বদো তম্মত্রমাল্লে, কণ্ডাক্টর অমত্তা থেংনত্রে।

মেদাম বার্গখোয়দসী হম্মগা হোটেলগী কা মহুংদা চঙ্লে তুম্নগে

খন্দুনা। অহুবু তুম্লিংবা অমত্তা পোকখিত্রে। তৌকম খণ্ডিদহুনা মখল মখলগী থাউমৈ মরি-মণ্ডা অদো লোইনা থানুগৎলে। ডাইরী পুখোকতুনা থাইহাক ইরে। করি তৌসিগে 'খন্দুনা মোন মোন লাউবা মোকাচদা অমুক তিংখোকই। হোটেল অসি ইউরোপকী মমিং চৎলিবশিংগী মরক্ত অমনি, মখোল কুনথ্রা-তরেৎনি, কমুং লিপ্লিং অনিনি লৈরিবা।

খোঙনাউদা চঙশিন্দুনা য়েংই, ইনক-নক্লা উরি ব্লাংলবা বার্লিন টরার—হোটেলদগী মিটর চনিরোমতনি। টরারগী মতোন অমদি মখাং ফাওবদা মৈ অঙাংবা কয়ানা কুকেৎ-কাকেৎ তৌরি। খোঙ নাউদা উরি, সহরগী ব্লাংল-ব্লাংলবা য়ুমশিংগী মশীং লাকৃওমদবা মৈঙাল—অঙাংবা, অশংবা, শংবানবা…; লবীদা কার মরাম কোয়চেন চেন্দুনা শান্নরি। তুকান অমদি দলানশিংদা নিওনগী সাইন—মচু মচুগী, কুকেৎ-কাকেৎ তৌরি নত্রগা উরুক্রু লৈরি।

তুম্লিংবা লৈখিত্রে, তুম্বা য়াখিত্রে। চঙশিন্দুনা টেলিফোন পায়খৎলি-কনাদা তৌসিগে খল্লি তুমিদাং অথেঙবসিদা!

"হেল্লো।" তুপী অমগী মেঙংলবা মখোল লাকই।

"রুম নং…থরা পীবিয়ুবা।"

"মোমেণ্ট।" খুম্নকই তুপীহুনা।

"হেল্লো।" অতোপ্পা তুপী অমগী মখোল লাকই।

"মি আমিগা।"

"মি আমিগো।"

"কোমো এস্তাস?" ঐনা হংজি।

"মুই বিয়াং।"

অহুদগীদি ঐগী মখা তাথনীংঙাই লোন লৈত্রে।

"হস্তা মানিয়া।"

"হস্তা মানিয়া—গুড় নাইট।" খুম্নকই মেহাম মোলিনাম্ন।

: ২৯ :

বার্লিনদা লৈগদবা কুইদে, অকক্কবা মতমগী মন্নুংদা য়েংবা য়াহমথৈ য়েংবা ভাবনি। অহুনা খোঙ্না কোয়বগী য়া চঙজে। নোংঙাল্লগা ব্রেকফাষ্ট লোইবগা গাড়ীদা অহুম কাখৎলে।

ঐখোয়না লৈরিবসি আলেক্সজণ্ডর প্লাৎস্‌তনি—বার্লিনগী ময়োলনি। পাক-চাউরবা মনি তানা শৃৎ-নাম্নবা লম্বীগী নাকন অনিদা লৈরি য়াংল-য়াংলবা ফজরবা দলান ময়াম—হোটেল বেরোলিনাগী, সিনেমা ইন্টরনেশনেলগী, অঙাংগী লাইব্রেরীগী···। থরা চথোক্লগা লৈরি কার্ল-মার্ক্স এভিন্যু, মকম অসিগী লম্বীদনি অঙকপা ফংনা লান থেংনখিবদো, য়ুম-কৈ পুম্নমক উফুন শাখি। লম্বী মপান্দা লৈরি 'ওজাগী শঙলেন,—মোজাইক চন্দুনা ফজনা শাবা বিল্ডিং অমা, মথংদা লৈরি লেনিন স্কোয়ার—মনাক্তা লৈরি সেন্ট্রেল লাইব্রেরী, লেনিন মেমোরিয়েল···।

বস মন্নুংগী মাইক্রোফোনদা ঐখোয়বু লম্মিৎ-তুম্মিৎ তাক্লি—সহর অসিগী খাইদগী চাউবা পার্ক, লানদা শিখিবা মীয়ামগী নীংশিং থুভমগা লৈ-শুনা লৈতেংলি।

হৌখিবা শতাব্দীদা বার্লিন অসি কোল-কারখানা য়াম্না লৈবা সহর অমা ওইবা হৌরকপগা লোয়ননা পৃথিবীগী মীশীং য়াম্বা সহরশিংগী মন্নুংদা অমা ওইখৎলকখি। অহুবু লাঞ্জাওনা কয়াতা শাথীনা ময়েং তাহনবা ভম্বগে হায়বহুগী থুদম হৌজিকসু অতোই-অকায় অমদি মোংকম কয়ানা ওইরি—। হৌজিকসু লৈরি ফ্রান্কফোর্টষ্ট্রীট, য়ার্গো ষ্ট্রীট। অতোই-অকায় ময়াম অসি ভকথোক্লগা নোহৌনলা সহর অসি শেমগৎপদা অয়া ওইবা থৌদাং লৌখিবদি মুপীশিংনি; সহর অসিতগী য়া নত্তে, লৈবাক অসিগীসুনি, মরমদি লান মতুংদা মুপা অয়াম্বদি লানকনদগী হলকখিত্রবনি।

সহরগী ময়ায়দা ঈমায় নিক নিক লাউনা চেন্নিবী স্প্রি তুরেলগী ইচেলগা লোয়ননা হৌজিকসু চেন্নি মচা-মশু মরা-মপুরোইবা মবী-মতা কায়নবগী মিংলু পিরাং।

থরা চৎলগা লৈরি অচৌবা পার্ক অমা। মকম অসিদা লান্মী লিশিং মঙাগী মোংকম লৈরি। থর চৎলগমুক লৈরি মচা-মরাশিং শিথিবা মুপীশিংদা কথোকপা নীংশিং খুদম।

অতুদগী লৈরি পার্ক অমা সোভিয়েৎ লান্মীশিংগী মোংকম—লান্মী লিশিং অনিগী, মথংদা লৈরি এন্টিফেসিষ্ট পার্টিসানগী নীংশিং খুদম···।

লাঙাওগী খুদমশিং পল্লুহুনা লোইবা নাইদে। থিন্দনা য়োই হামবুর্গ ইউনিভরসিটি, অতুদগী নেশনেল লাইব্রেরী, ফ্রেঞ্চ কেথেড্রেল, জর্মান ষ্টেট ওপেরা···অতুদগী ব্রাণ্ডেনবুর্গ গেট।

ব্রাণ্ডেনবুর্গ গেটতা লেফটেনেন্ট কর্ণেল অমনা ঐখোয়বু ওক্লম্মী। সস্ত্রী থরনা মথোং ঙাক্লি। মমিং চৎলবা গেট অসিশা থিবা তবা নিপানওবা শতাব্দীদনি। গেট অসিগী মনীংলোমদা থোঙকাপ থরতং চৎলগা লৈরি বার্লিন-ৱাল। রিসেপসনরুমদা ঐখোয়বু পুশিল্লি, য়েংহল্লি, নোংচুপকী শক্তিশিংনা নোংপোক-জর্মানীগী মীশিং ডিফেক্ট তৌরক্নবা শীজিন্নরিবা পাম্বৈশিং অতুগী খুদম কয়া, অতুগা লোয়ননা তাহল্লি বার্লিন চেকপল অসি শাখিবগী ৱারী।

রিসেপসন—রুমদগী থোরক্লগা য়েংবী চঙশিল্লি বার্লিন-ৱাল। চেকপল অসি ফাওবনি নোংপোক-বার্লিনগী লম, হেক লাম্থোকপগা লৈরে নোংচুপ বার্লিন। চেকপল অসি ঙসাইদগী উরক্লিবনি, অমুক নকশিন অমুক লাপথোক—তুরেলগী তোর্বানদা, দলান অনিগী কারক্তা-অমুক চুমত্রিং অমুকসু থেকোই নাকোই। নোংপোক-নোংচুপকী দলান অনিগী কারক্তা চেকপন উবদা ঐখোয় ফাগি তৌনৈ, “থোঙনাউদা য়েনশাং লান্নবা য়াগনি।”

চেকপনগী নাকল অনিদা লৈরিবা দলানশিং অদো অঙকপা ফংনা নক্লগ্রে, নাকল অমগী দলান শেমজিন শাজিন তৌবদা অতোপ্পা নাকলগী পার্মিসন লৌদবা য়াদে কৈয়াক্লচিংবা থাননবা।

ব্রাণ্ডেনবুর্গ গেট মনাক্তা চেকপন অজিনা থা-মচেক শাগ্রিবা অহুন্না মকম কয়াবুত্তন্দু শাবা য়াওই। অমিগুবা মকমদা চেকপনগী মশ্বেপ অসি মিটর অনিতনি অহুপা অতে মকমদনা মিটর অহুম-দগীনা। অহুম-মথায় ফাওবা। চেকপন মনাক্তী য়াংতক তৌবা মকম অহুমগী য়েংবদা নোংচুপ বার্লিন ফজনা উরে। টৌরিষ্টশিং ওইর-মানে হুপী-হুপাময়াম অমা ঐখোয়বু উবদা মথুং হাইরকই, পিত্তং কম্মা ভাঙ্‌নরদি য়ারী শাবা ফাওবা তানগনি। কয়াতা নয়প্রবা, অহুবু কয়াতা লাপ্প্রবা।

ঐখোয়গা থুং হাইনরিবসি বৃটিশ জোননি। নোংচুপ বার্লিন অসি জোন অহুম থোক্ল থায়দোকই—বৃটিশ, আমেরিকান অমদি ফ্রেঞ্চ জোন।

শোক ১৯৬১দা শাবনি চেকপন অসি নোংপোক্কী কাঙবুনা, ফিভম্মা য়ায়ক্তুহুনা, নোংচুপকী শয়ো অমদি লৈবাক মাঙহন্নবা তৌবা থৌওং-থৌদোদগী নোংপোক কন্নবা। চেকপন শাগ্রিবৈঙদা নোংপোক-নোংচুপ চথোক-চংসিন তৌবদা অপনবা লৈরমদে। মহুগী খুদোং-চাবা লৌহুনা নোংচুপকী কাঙ্‌বুনা নোংপোক্লোমদা লাক্লগা মফি-ময়োল লৈরে, চারে থক্রে, অচাথক লৈহুনা পুথি। হিংবদা চঙদবা য়াদবা অচাথক অমদি ফিরোল নোংপোকলোমদা য়াম্না হোংন্তি। লাক্লগা চার-থক্লবতা নত্তনা কারবার ওইনা অচাথক অমদি ফি-রোল নোংচুপলোমদা লোম্না লোম্না মপোৎ মপোৎ পুথোকপা হেক্সংলক্লবদা নোংপোক্কী ইকোনোমীদা অকনবা চৈক্লু পীরকখি। অচাথক অমদি ফিরোল য়াৎশিল্লকখি, মমল হোংনা থম্বদা য়াশিল্লকখি। অসিতা নত্তনা য়াম্না য়ানা নিং নিং লাউনা হোৎচরকপতা ভায়জরিবা লাইয়রিবা নোংপোক্লা শেন য়াম্না তিংনা ডাক্তর, ইঞ্জিনিয়ার, ইউনিভার্সিটিগী ওজা, সাইনটিষ্ট থয়া থয়া পুথোকচবা অহুমু নোংচুপলোমগী এজেন্টশিং লাকুনা তোলোব চাউনা পীনি হায়হুনা পুথিখি। সোসিয়েলিষ্ট নোংপোক্তা তোলো-বক্কী চাং অসি থোইনা থেয়হন্নবনিনা অহুগুম্বা মীওইশিং অহুদা তোলোব য়াংনা পীবা ঙমদে। অহুনা অহুগুম্বা মীওইশিং

অঙ্গনা মশাগী খার্থ য়েংহুনা নোংচুপলোমদা চৎখি। অদুম হায়রনা ভৌরকপা খুদিংগী নোংচুপলোমগী কাঙবুনা হয়রাওনা পুংজাও থীনখি—“ডিকেষ্ট ভৌরক্লে।” অঙ্গনা লৈবাক কয়নবা পাঁশ্বে থিরকপদা চেকপাল শাবা তাথিবনি। চেকপাল অসিনা শাংলিবসি কিলোমিটর ১৬২নি।

মখোয়গীদা থোকখিবা থৌদোক-থৌওং অসি ঐখোয়গী লৈবাক অমদি অতৈ চাওখৎলক্লিবা লৈবাকশিংদা হৌজিক হৌজিকমক থোক্লি। লাইরবা লৈবাকশিংনা শেন চঙ্না আশা চাউনা ডাক্তর, ইঞ্জিনিয়ার, সাইনটিষ্ট খরভং পুথোকচরকপদা ইনাক-খুনবা লৈবাকশিংনা ভোলোব অরাংবগী লাং থাকতুনা পুথোকপিথ্রি। লাইরবা লৈবাকশিং অসিনা মখোয়দগী কায়রবা ফংহৌদে, চঙখিবা শেন মাঙহনা ভোকই। মসিবু কজবা লোন্দা ঐখোয়না ‘ব্রেন-ড্রেন’ কৌই, অহুগা সোসিয়েলিষ্ট লৈবাক্তগী পুথোরকপা ওইরগনা ‘ডিফেক্সন’ থোল্লি।

বার্লিন য়াল শায়রবা ফাওবদা নোংচুপলোমগী উৎপাত লেপত্রি। য়াল মনাক্তা লাক্লগা জাজ্ মিউজিক উৎলগনি, ডিস্কো ভৌরগনি, মকিশেত্তবী মুপীশিংগী কেবেরে-ডান্স উৎলগনি—ঈ খেগৎলক্লিবা নহারোলশিংবু ঈথৌ-রাংবা পোকহল্লিবা, নোংচুপ লোমদা ডিকেষ্ট ভৌরক্লবা। অহুনমু লোইদ্রি, রেডিওদা প্রোপেগাণ্ডা মওং মওং, টি-ভিদা মফিময়েল শেত্তরা ঈশৈ জগোই, লীলা-ফালা কয়া—অভাংশিংবু মীহৌহল্লিবা। ফিভম অসি মুয়া খঙ্গরুরদি লুপ্রবা জাৎনি, য়ুম লোয়না লৈমিয়রগা অমনা মাঙন—তাক্লবতা শীন্দুনা লৈরগা অমনা মী ওইননবা হোৎনবা হায়বসে য়ায়া য়াখ্রবা জাৎনি।

হুমিদাং জি-ডি-আর—ইণ্ডিয়া ফ্রেণ্ডশিপ এসোসিয়েসনগী প্রেসিডেন্টনা ডিনার লাংই, ঐখোয়গী হোটেলদনি। ফিসার মতৈমনাওনু লাকই। ঐবু উবদা চেনশিল্লকই মেদাম ফিয়ার, ‘মণিপুর’ হায়রগা কোনশিল্লকই। হের ফিসারনা হংলকই, “কমদৌরি?”

ডিনার চানা চানা য়ারীমু চথে। য়ারী লিবা হৈবা হের্ ফিসারগী

য়ারী লোইরে। ঐখোয়গী অচাথক পুন্নক্লিবী লৈশাগী-মৌনহা অনি-হুমদো উবদা হের' ক্সিার মহাক্কী য়ারীগী মপাং ওইনা হায়রকুই, "য়েংঙু, ঐখোয়গী হৌজিকালগী নহারোলশিংসে লোইনা ওভার-রেট ওইরবনি। চহী কুনথ্রামুক মমাঙদা ঐখোয়না কয়া রানা ক্কৌরকথিবা হায়বদো মখোয়দদি য়ারী ওইনা থোক্লে। খন্নুবদা মগু ওইনা থোকই. ঐখোয়গী হুপীশিংনা হুমিৎ খুদিংগী কংক্কম থোকপা রেসন খরা অহুগীদমক শাংল-শাংলবা 'কিউ'দা লেপ্লদো। ঐগী হুপীসু য়াওরিবনি।"

হৌজিক্তি রেসনিং সিষ্টেম লৈত্রে, অচাথক্কী অন্নাংনা লৈত্রে। চাকহো-ঙাহোংবা লৈবাক হায়বদো ওইরে। অহুমা হৌখিবা মতমগী অন্নাবা মতাংদো হৌজিক্কী নহারোলশিংদা য়ারী ওইনা থোক্লে।

## ঃ ৩০ ঃ

শোক ১৯৪৫দা হিট্‌লারগী নাৎসী জর্মানী মায়থীরে, শান্তি পাম্বা গণতান্ত্রিক মীয়ামগী জয় ওইবে। পোৎসৃদাম এগ্রিমেণ্টকী মতুং ইন্না জর্মানীবু অমুক হন্না মিলিটারী শক্তি অমা ওইনা হাইগৎলক্তনবা থবক শিল্লে। অতবু মতুদা জর্মানী মচেৎ তাহন-বগী রাকমদি য়াওদে। জর্মান মীয়াম্না থাজনম্মী, থীম্বা তৌদনা মীয়াম্না পামজবা মতুং ইন্না অপুনবা গণতান্ত্রিক জর্মানী অমা শেম্লগনি। মহুগীদমক মীয়ামগী অশেংবা দল কয়ানা হোৎনরম্মী—কন্না হোৎনরম্মী। অহুবু অহুগুম্বা 'অপুনবা গণতান্ত্রিক জর্মানী অমা চোংথোরকপা হায়বসে নোংচুপলোমগী শক্তিশিংগী স্বার্থদা শাথীনা অকারবা অমা ওইগনি হায়বসে হায়রিবা শক্তিশিং অসিনা খনখি, মরমদি অহুগুম্বা জর্মান অদো কেপিটেলিষ্ট জর্মানী ওইরোইদৌরি। অহুনা জর্মান মীয়ামগী অপাম্বা অহুগী মরোক্তা শোক ১৯৪৯গী সেপ্টেম্বর থাদা নোংচুপকী শক্তিশিংগী থৌশিল

মথাদা মখোয়না কণ্ট্রোল তৌরিবা নোংছুপ জর্মানীগী শরুক্তা 'ফেদারেল রিপাব্লিক ওফ জর্মানী' কৌবা লৈবাক অমা লিংখৎলে. হায়না লাউথোকখি অমম্থুং নাটোগী মেন্বর ওইহনখি। মতুগী মশানা লাককম ওইনা, চহী অহুমক্তী ওক্টোবরগী তাং ৭তা নোংপোকলোমগী শরুক্তা 'জর্মান ডেমোক্রেটিক রিপাব্লিক' লিংখৎলে হায়না লাউথোকখি। অম্নুমা অমত্তা ওইরম্বা জর্মানী অনিগুবা লাক্তাও লোইরকপদা অনি থোক্লা চিংখায়রবতুদগী হেজিন্নফুনা তোঙান তোঙন্না মচেৎ অনি তাখি—লৈবাক অনি থোকখি।

ঙসি জি-ডি-আর লিংখৎপগী ৩১শুবা কুমওন থুমিৎনি—নেশনেল ডেনি। অহুবু নোংঙাল্লকপদগী নোংথি-নোংমংছুনা মাইকৈ মরি পুংমম মম্লি। খল্লকই, করম্নো তৌরিসিবু, 'মুক চাউখ্রবা লৈবাক্তী থোরম অসিবু মচু তাহল্লোইদৌরেদো। থুমিৎ হল্লি-মরিনি রাংলি-ঙৈদগী ফিরালনা য়ুম-কৈ, লম্বী-থোং পুমঙাং ঙাঙলক্লিবদো ঙসিগী থুমিৎ অসিগীদমক্তনি। অহুগা নোংথক্তগী তৌরক্লিবসিনা করিনো। অহন-লমন্না হায়নবহুনি, নোংবু চুরবদা নিংথেম কীর্তন ফাওবা থুংঙাইতে।

হায়ন-হায়না থিৎলি থিৎলি নোং চুবা হৌরক্লে, নোংবু চুরবম্লি থুংশিন্নবু থরা থরা য়াওরকপা হায়বসে লৈবাক অসিগী মহৌশানি। নহানদগী অসিদা লাকপা থুমিত্তগীনি নোং চুগে চুগে তৌরক্লি-বসে। মপানদদি ফজনা ঈংলে।

ফ্রেণ্ডশিপ লিগকী মন্নপ-মপাংশিংনা ঐখোয়বু লৌবা লাক্তনি হায়বনি কুম্মৈ য়েংনবগীদমক। অহুবু মপান্দা তৌরিবা মতো অসিদা পুক্লিং অসি পংহৌ হরাওত্রে।

টেলিফোন খীংলকই, "হেলো...... ।"

মন্নপ হরভজন্নি।

"কুম্মৈ য়েংবা চৎকদৌরিবরচ? চৎলুরহু। উরেদনা নোং-থুংশিংকী ফিভম অসে। লাউ ঐগী কা অসিদা। অসিদগী ওহ্মোক্লা ফজনা উথ্রে—কার্ল মার্ক্স স্কোয়ারদগী হৌরুহনা আলেক্সজণ্ডার প্লাৎস পুংখুং-থুংনা... ।"

অইর্না মশেনগী মরী হায়রবো অমি ওইরে।

হীন্দনা সর্দারজীগী কাবা চৎলে। থোঙনাউ মপান্দা চৌকি অম-মম থাম্নগা ঐখোয় অনি ফমে। হায়গুমহৌনা মফম অসিদগী মথাদা তৌরিবা কুন্মৈ অদো কম্না উরে। চে কলম পায়রহৌনা ইরি হরভজন মহাকী মরোলদা, ঐসু ইরি ঐগী ইরোলদা। মরক মরক্তা 'কমেন্ট' য়াওরকই—মঙোন্দগীসু ঐঙোন্দগীসু। থোঙনাউ মপান অহুদা কম্নগা মথাদা তৌরিবা কুন্মৈ অহু য়েংন-য়েংনা হুমিৎ অহুদা ইথিবা মতেক থরা অহুমক্তি মথাদা লাহোক্চরিবসে—

"পুং মাপনদগী লম্বীগী নাকন অনি মীগী মী ওাক্ত ডায়রে—মচু মচুগী ফিজোল—অঙাংবা, অঙৌবা, অশংবা হীগোক, হজাম-মপাল। নোং থিংলি থিংলি তারি, অহুবু কনামতনা পোশাদে—কনানা ছাত্তিন তুম্নি, কনানা তুপ্তে। ঙাইহাক লৈরগা সিকাই ময়াম—কংফালগী, ঈশিংগী, নোংথকী লাম্মী ময়াম, পেরেদ তৌফম রোষ্ট্রাম মমাঙদা থুংলরে। বাজাই থোংবা হৌরক্লে। আলেক্সেন্ডার প্লাৎস পুমনিল নিনখ্রে, মীনা পুংথন থনখ্রে, মচু মচুগী লৈরাংনা থল্লবা মরেং মরেং চৎপা পাম্নবা লৈকোল অমা ওইখ্রে।

"রোষ্ট্রামদা অচৌ-অশাংশিং থুংলরে। পংলাপ-লাগুনা ষ্টরিবা কার্ল-মার্ক্স স্কোয়ারদনি রোষ্ট্রামনা লৈরিবসে। স্লোগান লাউরি মীয়াম। গার্ড অফ ওনার পীরমদাইগী ওইরমাক্লে, গাড়ী অনি লাক্লি। গাড়ী অমা চৎখ্রে, অনিমকমু চৎখ্রে।

"ঐখোয়না য়েংলিবসে হোটেলগী ৩০ শুবা মথোলদগীনি। সিকাই ময়াম অদো গুসাইদগী করিমতা লেঙ-লাকপা তৌদে। মীয়াম লাকপা লেপত্রি, মরেং মরেং চঙশিল্লক্লি।

"সলামী লৌবা হৌখ্রে। লম্বীগী নাকল অনি মুচ মুচগী শাৎকাইরবা লৈরাং পরেং অহু-মুঙাইখ্রে—হুপী-হুপা অহন-অঙাং। ঐখোয়না লৈরিবা নাকল অসোমদা সিফাইশিং গ্রুপ গ্রুপ নাইনা সলামী পীরম্নগা থোঙথাং চপ চপ মাম্নবা মার্চ তৌহুনা লাক্লি।

"উচেক অঙৌবা অনিথক, ওইরম্বা য়াই মতৈ-মনাও, মীয়ামগী মরক্তা

কোইপাই পাইহুনা শাররি। শাক্তিগী য়াশকা লোয়নবা পোকখিবা লৈবাক অমিগী মপোক মুমিৎ অমিদা শাক্তিগী মুতশিং অমিন্থ লাক্লি হংরাও-কুম্মৈ য়াওবা।

"সিফাইগী গ্রুপশিং অদো ক্ষোয়ারগী চুখেক খুদিংদা কজনা ওটো-মেটিক মেশিনদোনা লৈশিনল্রে। আর্মিগী গাড়ী ময়াম গুলাইনখে চপ লেপ্পুনা লৈরম্বদো পরেং অহুম থোক্লহুনা মমাঙদা ফিরাল পাইরহুনা পাইশিল্লক্লে। মখোয় লোইখিবগা টৈঙ্কী পরেং—জিপকুম্বা, ট্রক মচাগুম্বা টৈঙ্ক জাৎ জাৎ, কাণ্ডলুপ কাণ্ডলুপ। মখোয়গী মতুংদা এণ্টি এয়ারক্রাফ্ট—লোইনা ওলিভ গ্রীন, মৈখু কামথোক কামথোক্লহুনা মাঙদা ফিরাল পাইরহুনা মুজিল্লক্লি—নোংপোকলোমদগী লোইনমক পাংখ্রি নোংচুপলোমদা। মীয়ামস্থ ফিরাল হাইরি, স্লোগান লাউরি—সিফাইশিংস্থ টৈঙ্ক মথক্তগী লাউরকপা য়াওবগুম তৌরি। আলেক্সজণ্ডার প্লাৎস পুমনিল নিনখ্রে, ফিরাল অঙাংবনা লম্বীগী নাকন অনি পুমঙাং-ঙাঙ্খ্রে।

"হন্দকমুকনা মিসাইল কাপ্পবা টৈঙ্কী পরেং মথক্তা রোকেট অনি অনি পুবা টৈঙ্ক। মথংদা অতোপ্পা মখলগী মিসাইল, টৈঙ্কী পরেং—মচীন তুমত্রিকতুম্বা মচীন-মতোন অঙাংবা তৈদা—অহুদগী টৈঙ্ক মখল অমমুক মৈ কাপ্প-কাপ্পহুনা…। অরোইবদা সিফাইগী গ্রুপ তরামরি, ঈশিং লাম্বী য়াওনা, মার্চ তৌরক্লি!

"পেরেদ লোইখ্রে, মীয়াম থোইরেন মশা পাইবদোনা পাইথোনরক্লে। অহুবু কুম্মৈ লোইখ্রি। ক্ষোয়াবগী ময়োলদা সিফাই গ্রুপ তরামরিমক লেপ্পুনা লৈখ্রে। নোংপোকলোমদগী সনারৈগী লৈকোন মানবা অনি খাত্রাংননা তপ্পা তপ্পা চঙশিল্লক্লি।

"ঘড়ীদা য়েংই। পুং তরামাথোই তাখ্রে। ক্ষোয়ারগী ময়োলদা রোষ্ট্রাম মচা অমদগী কনানো অমনা ভাষণ পীরি। সনারৈ মচুগী গাড়ী পরেং অনিদো থরা থুরা ভোহুনা মৈ কাপ্প কাপ্পহুনা চঙশিল্লক্লি ভেনজিন শারহুনা মথং মনাও নাইনা—অমুক লেপ্পুনা লৈখ্রে।

"ওলাইগী উচেক অনিহুস্থ চৎত্রি, মীয়াম্থ মরক্তা কোইপাই পাইহুনা লৈরি।

"অদুগা মরম খঙহৌদনা চেনশিনখ্রে, সিকাইশিংগী মতুং, সিকাইশিংদা খাবা মাদা শুমজবা করি করিনো পীরক্লে—ওইরবা মাইপাক্লি মতা, নত্রগা খঙনচামবা, নত্রগা শুকখঙ খঙনদবা, মীওইগী জাতিগী মতম অমিদা মুন্থাইবা কোক্থোকপা, ইচম-চম্বা থুদোল অম-মম পীরম্বা।

"মিনিট তরামুক্তী মতুংদা খুদোল পীনবগী থৌরম লোইশিনখ্রে। সিকাইশিংসু মাগী মাগী মফমদা হৌজিনখ্রে। সিকাইশিং বাজাইগা লোয়ননা ঈশৈ শক্ল-শক্লহুনা চৎখ্রে।"

অরাং বার্লিন টস্নারগী রেস্তোরাঁদা লক চারুই। অহুমু টস্নারগী মথক্তি কারুদে। ওসিদি য়াংহল্লোবা শরুংক অহু পাঙথোকপা চৎলে। অহুমু ময়াম চঙগে তৌবদা মখোঙদা গেট পায়রিবী মুপী অহুনা চঙহল্লে, থিংলে। থিংবা হায়রিসে গেট লোনশিন্দুনা থিংবা নত্তে, চঙকম অহুদা থৌরী অমনা কৈগাক-কৈনা তিংলগা থিংখনি, ঐখোয়গী মতম অদো হেক য়োবগা থৌরী অসি লোথোকখৌরিবা। কনামতনা থৌরী অহু কান্দুনা চঙগে খন্দে। ঐখোয়গী সনা-কৈবাকৃত্তৱ ওইরবদি মসিবু য়াগদ্রা? ড্রেস্‌দেন্‌দসু আর্ট গেলারীগী চঙ্কমদা অমুক্না থৌরী তিংহুনা মুপী অমনা গেট পায়হৌই, মহুদসু থৌরী নমথায়হুনা কনামতা চঙ্দে, চঙগে তৌদে। ভাইমারদসু নহারোলগী ক্লব ময়াম অহুগী গেটশিং অহুসু থৌরী অম-মম তিংলহুনা কন্ট্রোল তৌহৌই।

মথক্তগী মী কুমথনরক্লে। মখোয়না কুমথরকপা লোইবগা ঐখোয়বু অমুক থাজিল্লে। 'খঙহৌদে শৎ য়োথি মতোন্দা। মতোন্দমক্তি নত্তে, মিটর ২৫০ য়াংনা লৈরিবা টস্নার রেস্তোরাঁদনি, টস্নারগী মতোন য়োবা কাওবথি মিটর ৩৬৫ নি।

টস্নার অসি চহী তরামুক মমাঙদা শাবা লোইখিবনি, চহী মঙা চঙ্খি শাবদা। রেস্তোরাঁ অসি তপ্পা তপ্পা খড়ীগী থুংলৈদা লৈরি। থাঙ্দা অচা-থক, অহুবু অচাথক্তা থোইনা পুক্নিং চঙ্দে ঐভা নত্তে, ময়ামসুনি। ময়ামগী .মিৎয়েং রেস্তোরাঁগী মপান্দা। মিংশেলা

ইকোই-কোয়না খাজিল্লিবা অহুগী মনুংদগী সহরগী শকুম কজনা উরি। মহৈ য়েংবনি মথক্তা কাররিবসে, অচাথকী থোইনা নত্তে।

মথাদা উরি কার্ল-মার্ক্স স্কোয়ার, হোটেল ষ্টাড বার্লিন, হোটেল ইণ্টর-কোন্টিনেণ্টল···সহরগী মরু ওইবা বিল্ডিং, লম্বী, থোং। নাক্কবা লম্বীদা 'কার ময়াম থাউমে থাদুনা জ, জ, কোয়চেল চেল্লি। পুং মরি খরতমক হেল্লি, অহুবু লৈচিন খরা থাংবা মরম্মা লম্বী-থোং শেংকাত্তে। লম্বী অমদা সাইকেল লমজেল তান্নরি, ওম্নিগী হর্‌াও-কুমৈগী শক্লক অমা ওইরম্মা তাই।

অতিয়া শিথোঙদা খংঙান শাম্বোরকই, কোবৌহনবনা লৈচিন পোমাই হাইদোরকপা জাৎনি ইথং-খঙহৌদনা। কোরো মশেক্লা য়ৈরৈ রেস্তোরাঁগী মিংশেনগী কল্লাং হুত্তুনা। মথাদা স্প্রি তুরেল-না থেক্ল-খোয়না চেল্লি। তুরেলগী তোর্বান নক্লা মরক মরক্তা বার্লিন চেকপল। চেকপলগী আসোম রাংমদা উরি নোংচুপ বার্লিন—নোংচুপ বার্লিনগী এয়ারপোর্ট, লম্বীথোং, য়ুম-কৈ, হৈকোন-লৈকোন, করিমতা থেন্নদে নোংপোক বার্লিনগা। করিগীদমু পংথেন থেন্নরুলি, ওরাংতনি হায়বা য়াই, তোঙান্না চান্নরিবসে।

হুমিদাং বার্লিনার এনসেম্বলদা ড্রামা য়েংবা চৎলুই। ড্রামাদা ওাওবা লৈবাক অসিগী হোলশিং অসি নোংমতা মী থন্দবা লৈতে। ওসিমু সীট অমত্তা হাঙদে। হাঙফমমু থোক্তে। শান্নরিবা লীলা অসি ব্রেখ্টকী "পুন্তিলা অমসুং মহাকী মীনাই ম্যাট্টি" হায়বত্থনি। লোনবুদি ঐথোয় খঙদে। অহুবু লীলাগী মহাও অহুদি অহুম তংবা ওমই। থোইদোক্লা ষ্টেজ মেনেজমেন্ট অমদি এক্টিংনি লীলাদা মরু ওইরিবসে। ঐথোয় কনাম্ভনা ড্রামা তারুসি কনাসু হায়নদে, ড্রামা য়েংচসি হায়নবা ওাক্তনি। অহুগী মথক্তা হোল অসি পৃথিবী কাওরবা হোলশিংগী মনুংদগী অমনি, অহুগা ড্রামা অসি ইরিবা হুপা অসিমু মালেমদা শক্তাকপগী দরকার অমুক লৈত্রবা অহুগুম্বা মীশক্লি।

ড্রামা য়েংবা লোইরগা হোটেলদা ডিনার য়াবগো কনা থেঙলে, পুং

তন্না ভারে। লৈবাক অসিদা লাকওঁদগী অমুক থেংনা হুন্নিজাংগী চাক চাজ্রি।

"ইণ্ডিয়া হল্লমদাই য়োরক্নুনা ইণ্ডিয়াগী মতমদা ডিনার পীজরেদনা।" ঐখোয়না কাগি তৌই য়োমাইকেদা।

ডিনার মতুংদা হরভজনগা ঙাইহাক চথোক্লুই কার্ল-মার্ক্স স্কোয়ারক্স য়োঙ্গদা অণ্ডারগ্রাউণ্ড ক্রোশিং কাওত্নুনা। লম্বী মপান্দা গাড়ী অমিনা হঙ্গৎ-হন্দা লৈর-লৈরত্নুনা রাই শিত্তুনা লৈরম্মী হরভজন্না হায়রকই, "ঐদি মসি উত্রিঙৈদা ঙক্লম্লিবনি, করম হায়না লৈবাক অসিদা অমুক থুনা রাই শিংলিবন্নো হায়ত্নুনা। এক্টিতা নোংমা উনা-রানা ঙাক্তা চাইত্নুনা লৈবা মকম অমদা মিনিট তরামুক মতুংদা শিং নাম্না লৈরবদো উবদা ঐ ঙক্লুরে।"

মেশিনগী মতেংনা কয়া থুপ্রবা! হকচাংমু রাজ্রে, মোৎপগী রাম্নু লৈজ্রে।

মী চিক্লবা অণ্ডারগ্রাউণ্ড ক্রোসিং অত্নুদা লৈশাবীমচা অমা মতোমতা কাওত্নুনা চংখি। হরভজন্না হায়রককই, ঐখোয়গী লৈবাক্তা ওইরদি করিনো অমা শোয়দনা থোক্লনি।"

"মসিনিদা সমাজবাদকী লৈবাক হায়বসে।" ঐনা খুমই। হুরান-চিম্বী, তাকু-তরাং, ভূত-প্রেত লোইনা মাঙখ্রে লৈবাক অসিদগী সমাজবাদ লাকপদগী।

: ৩১ :

তরাং অহিঙ নোংয়াঁই কাওবা নোং থিংলি থিংলি চুহোবদো ঙসিদি অমত্তা লৈরমদ্রে; অতিয়া পুমক্নাং হাঙলে, পুমশোং শেংলে। বার্লিন সিনার অমদি মহক্লগী রাংল-রাংলবা দলানশিংগী নোংপোক খংবা নাকল্লা অমুকী কোনো মশেক্তা হৌরবি। মথাদা হুক্ল-নাক্লবা লম্বী-শিংগী... বন, ট্রেন, ট্রেন, য়োদি বস-... চেনবা হৌরে।

পোৎসৃদাম কোয়বগী প্রোগ্রামশি—লৈবাক অসিদা মসিনা ঐখোয়গী অঁরোয়বা প্রোগ্রামনি। অদুবু বসতা কাখংপা মতমদদি মী পংয়াম য়ামজ্রে। অয়াম্বনা চৎনজ্রে—শোপিং তৌগনি, ময়াপ-মপাং উন্নদবা য়াদে হায়দুনা থরনা লৈহোরে; থরনা ঙরাং চৎনখিবস্‌ য়াওজ্রে। ঐখোয়গী ইণ্ডিয়ান টিমগী অমলবাবুস্‌ ঙরাং চৎজ্রে। থা মথায়মুক মমাঙদগী ঐখোয়গী ইরৈবাক হন্নবা টিকেটকীদমক লাক্লরকপনি, অদুবু মোস্কোদগী কনফার্মেসন লাক্তবদগী আমষ্টার্দাম ওইনা হনবা তারে। অমলবাবুগী ডেষ্টিনেসন কলকাতা হায়খিবদগী মহাক্কীনা হাম্না কনফার্মেসন লাক্লে, দিল্লী য়ৌগদবা ঐখোয় মহাগীনা নিনি চোম্বনা কনফার্ম তৌরক্লে। মসিনি অমলবাবুনা হনবা হানখিবগী মরম।

ঐস্‌ শোপিং তৌনীংবনি, অদুবু শোপিংবুদি পোৎসৃদাম য়েংবনা ঐঙোন্দা মরু ওই। নোংপোক-জর্মানীদা লাক্লগা পোৎসৃদাম য়েংলমদনা হনখি হায়বসে মীনা তারগা নোক্লিংগনি, মহুস্‌ খুদোং-চাবা ফংদ-ফংনা। মরমদি পোৎসদাম চুম্নগী ঐতিহাসিক সহর নত্তে, অনিশুবা লাঙ্গাও মতুংদা জর্মানীগী মরায়বক লেপথিখসে সহর অসিদমি।

ঙসাইরাই মুংশা শারম্বদো মাঙজ্রে, অতিয়া লৈচিন—নোংফাইনা অমুক কুপথ্রে। তম্বা ঙমদে, লৈবাক অসিগী নোং-মুংশিংকী ফিভম অসে। ঈংবস্‌ ঙসিদি ঙরাংদগী হেনগনি হায়না অয়ুক রেডিওদা লাউথোকখি—ডিগ্রী অনি হম্বগনি হায়না।

গাড়ী নোংপোক পাংনা থোরি। লম্বীগী মতাই অসিদা উপাল পরেংনা থবক কল্লবা সোরোক য়াংবীবু উরুম লাংহল্লি। পংকুই কুইদে পুং অম-মথায়মুকী মতুংদা পোৎসৃদাম য়োরে।

পোৎসৃদামদা কুইনা লৈবা য়াদে, বার্লিনদা থবক লৈনহোরে। অহুনা য়ারিমথে অকল্লবা মতমগী মতুংদা সহরগী শক্তম অদো য়েংনবা তৌরে।

মরে অসিগী 'পুজিদা' অরোবা ঈপ্লোৎ অমা লাককখিবসি প্রুশিয়াগী

নিংথৌ অনিশুবা ফ্রেডারিকী মতমদনি। মহাক্না মহুর অসিদা মাঙোকী 'সন্সার পেলেস' শাবদগী মহুর অসিদা অচৌ-অশাং ময়ামগী পুনরকর্ম ওইমি। ফ্রেঞ্চ-কল্‌চারনা কয়া প্রভাব লৈবা মতমনি, অদুনা ফুয়া-ফ্লানা অয়াম্বা ফ্রেঞ্চ লোন্দা মখিং খোল্লম্মী। হৌজিক লৈরিবা থাইলগী য়ু.ম-কৈ অয়াম্বা বেরোক ষ্টাইলদা শাবা ভাঙনি। সহর অসিগী চাওখৎপগী তাংকক অমনা ক্রাঙ্কফী হুগ.নোটশিং অমে মথুং-মশা হৈখোই-শিংখোইবা শিল্পী অমম্ক লম্নোন-ইভিক ভেরা কাঙ.বুনি। মখোয় লাকপদগী সহর অসিদা কোল-কারখানা কয়া লিংখৎপা হৌখি। অদুবু অনিশুবা লাল্লাও লোইরমদাইদা মরু ওইবা য়ু.ম-কৈ অমদি কোল-কারখানা অয়াম্বদি বোম তাহনা তেক-কায়খি।

সহরগী ময়ায়দা তুরেল অমা থেক্ক-খোয়না চেল্লি—মমিং হাভেল। ভোর্য়ানদা লৈরি সেন্ট নিকোলাই চর্চ। তুরেল লাম্বোক্লগা লৈরি চাউরবা শঙ.শাং অমা—মমাংঙৈদা শগোলশঙ ওইনা শীজিন্নরম্বা।

সহর অসিদা ময়াম্না লাক্লরিবসিদি মরু ওইনা 'সোসিলিয়েনহোফ' লেংবনি। অকম অসিদনি শোক ১৯৪৫গী আগষ্ট ২দা ঐতিহাসিক পোৎসৃদাম এগ্রিমেন্ট সহি তৌনখিবদো—জর্মনীগী তুংগী মরাইবক লেপখিবদো।

পার্কতা থারিবা কার, টৈক্সি, বস ময়াম অদু উরগা মী কনা য়াম্না লাকপা জাৎ ওইরে হায়বসে খঙ.বা ঙম্মি।

পাক্লবা হৈকোন-লৈকোম্না কোয়শিনবা উমং-ল্লামংগী ময়ায়দা লৈরি 'সোসিলিয়েনহোফ পেলেস'। কা ১৭৬ লৈবা ইংলিশ ষ্টাইলগী কোন্নুং অসি শোক ১৯১৩-১৬তা শাবনি। মতম অদুদা মসি শাবদা সনাগী মার্ক মচু চঙখি। নীংশিংবা য়াবদি, মতম অদো অহানবা লাল্লাওগী চৈথেংনা অতা-অনংও অমদি অরাম-খৌরাংনা পূক শায়দুনা জর্মন মীয়াম্না খাঙ.নবা মতমনি।

নিংথৌগী মচা-মশুশিংনা লৈননবা শাবা কোন্নুং অসি মতম অদুগী নিংথৌগী মরাইবেনা অদুক সোসিলিয়েগী মমিংদা থোন্নখি। অদুবু

তুইনা কোন্থুং অসিনা নৈবদি মরাইবক্তা অমমনাম্লে। শোক ১৯১৮গী নভেম্বর বিপ্লবক্তা নিংথৌকম চিংথরবদা কোন্থুং অসি লৈমাকী ওইবি। অহুবু শোক ১৯২৬কী তুকচনীঙাই ওইবা "নিংথৌমচাশিংদা কত্তিপূরন" পীবগী বিল অহুনী মতুং ইন্না হায়গী নিংথৌমচাশিংদা কোন্থুং অসি হন্না পীখি অমম্বুং অনি-গুবা লাঞ্জাও লোইরমদাই ফাওবা মথোয় খুন্না তুশিংনা লৈখি। অহুবু ফেসিজম মায়থীবা শোয়দ্রে হায়বা মিংকুপ্তা মথোয় কোন্থুংগী মমল য়াম্লবা পোং-চৈ পুন্নমক পুহনা নোংচুপ জর্মানদা চেনখি।

সোসিলিয়েনহোফ অসিদা জর্মান মোনোপোলিষ্টশিংগা হিটলার অমদি মহাক্কী য়েংথংবা পাম্বোম হেরমান গোয়েরিং য়াওনা শোক ১৯৩২দা পাংথোকখি মিটিং অমা। মিটিং অহুদনি হিটলার অমদি মাগী নাৎসী পার্টিবু শক্তি পায়হন্নবা অমসুং এন্টি-ফেসিষ্ট অমদি গণতান্ত্রিক শক্তিশিংবু নমথনবা রাফম য়াম্নখিদো, অহুগা লোয়নননা লৈবাক্কী ইকোনোমী পুন্নমক লানগী থৌরাংলোমদা ওনশিন্নবা য়ারেপ তাখিবদো। মথোয়গী থৌরাং অসি মিলিটারিষ্টশিংনসু শোগৎখি। মহু উৎপা ওইনা মথোয়না পুন্না পোৎসৃদামগী লমজাওদা শোভাযাত্রা চৎখি শোক ১৯৩৩ দা রাইখ্‌ষ্টাগ হাংদোকপগী।

কল্লাংদা থেৎলিবা কোটোশিংগী মনুংদা লাঞ্জাওদা হিটলারগী মায়োক্তা লৈবা অপুনবা শক্তি অহমগী লুচিংবশিংগী ভেহ্‌রান, রান্টা অমদি পোৎসৃদামদা তৌখিবা মিটিংগী কোটো কয়াসু য়াওরি।

কনানো অমনা গাইদতা হংলকই, "অহানবগী মিটিংশিংদা সার উইনষ্টোন চর্চিল য়াওরগা অরোইবগী 'সিদা মহাক য়াওব্রিব'সিবু।"

গাইড্‌না শেংদোকত্রিঙৈদা টোরিষ্টশিংগী মরক্তগী ইংলিশ চুপী অমনা মরক থৎলকই, "মহং 'হুদা চুমথোকচবা অমত্তং, মিষ্টর চর্চিল হায়বিয়ু, মতম অহুদা মহাক লোর্ড ওইব্রি।"

মরাম অদো মতোম্দা মুন্না য়েংগি, মহাকী য়াজা কোর্মেল ওইবা অহুগীদমক ওইরমাম্লে।

পোৎসুদাম কনফারেন্স অসি জুলাই ১৭ তগী না আগষ্ট ২ফাও-থনি ফমখিবা। কা ৩৬ নি কন্ফারেন্স অহ্ দা শীজিন্নখিবা। সোভিয়েত মার্শাল জুকোভনা কাশিং অসিদা চঙ্গবা কান্নিচং শূন্নক তোঙান তোঙানবা মফম কয়াদগী পুরকখি। কনফারেন্স মনুংদা মার্শাল জুকোভকী ওয়থং জেনারেল সোকোলোভস্কিনা কোনুং অসিগী হ্বাইট সেলুনদা লৈবাক অহুমগী মীহুৎশিংবু ওকখি।

হ্বাইট সেলুনগী হাইদোরক্লগা লৈরি রেড সেলুন—সোভিয়েত মীহুৎশিংগী লাইবিক্লাইও তৌকম। কা অসিদা হৌজিকস্থু লৈরি স্তালিন্না ফম্লম্বা চৌকি, মহাক্না শীজিন্নরম্বা টেবল, লাইরিক-লাইও ময়াম অমা থন্না চাউরবা বুক-সেলফ। স্তালিন্না ফম্লম্বা চৌকি অস্তগী পাম্বোম অমদা থাংনা মচেৎ অমা ককখিবগী দাগ লৈরি। মসি আমেরিকান জর্নেলিষ্ট অমগী খুৎকম্নি। 'জর্নেলিষ্ট অসিনা চৌকিগী মচেৎ অসি লোন্না ফত্তুনা মরৈবাক্তা পুখি অমম্নুং মহু য়োনবদা শেল য়াম্না ফংখি।

অতোপ্পা কা অমদা লৈরি আমেরিকান ডেলিগেসনগী লাইরিক-লাইও তৌকম। কা অসিগী ফক্লাংদা থেত্তুনা লৈরি হৌজিকস্থু আমেরিকান প্লান অহুম—জর্মানী মচেৎ মচেৎ থুগাইবগী। শোক ১৯৪৩দা তেহরানদা ফম্বা শক্তি অহুমগী মকোক্কী মীফমদা আমেরিকাগী প্রেসিডেন্ট রুজভেল্টনা জর্মানী শরুক মঙা থোক্লা খায়দোকপগী রাক্ষম থাজংলকখি। সোভিয়েত লুচিংবা স্তালিন্না জর্মানী মচেৎ তাহনুবা স্থুকয়া য়ারোই হায়না মহুগী মায়োক্তা লৈখি। মথংদা আমেরিকাগী ট্রেজারী-সেক্রেটারী মোর্গেনথোনা জর্মানী অনিথোক্লা খায়দোকপগী রাক্ষম অমা পুথোরকখি, মহু ব্রিটিশনা য়ারবা মতুংদা শোক ১৯৪৪দা চর্চিলনা শক্তি অহুমগী মীফমদা হৌদোরকখি। তৌইগুবসু স্তালিন অমসি মোলোতোভনা রাক্ষম অহু থম্নবা য়াবা রাক্ষম নত্তে হায়না থৈদোকতুনা থরখি। অহুমগুবা প্লান অসিনা ট্রুমেনগীনি, মসিদনা জর্মানীবু অহুম থোক্লা খায়দোক্লপগী রাক্ষম য়াওই, শোক ১৯৪৫গী

মীকমদা হৱাইট. লেবুলদা স্তালিন অমদি মোলোতোভ.তা উৎখি। অমুখু ট্রুমেনগী প্লান অমুখু লৌথোকপা তাখি।

ব্রিটিশশিংনা মখোয়গী লাইরিক-লাইঙু তৌকম ওইনা কা অনি শীজিন্নখি অমদি মখোয়গী কা অসিনা খাইদগী হেন্না কেন-মৌনা লৈতেংখি। ব্রিটিশস্থু জর্মানী মচেৎ তাহনবগী প্লাকম য়ারম্মী। কা অসিদা লোংনা চর্চিলনা চুরূপ থরূম্বদগী লংশেক্লম্বতা ঙায়রিবা মতেক অমা পাউ-মী অমনা থেংনরুই। মহাক্কা মচু য়ান্না পামজনা নীংশিং-থৃদম ওইনা মরৈবাক্তা পুখি। অঙাওবা হায়বসিস্থু মখল মখলনি।

অঙাংবা কার্পেট থাবা ফজনা লৈতেংবা চাউরবা কনফারেন্স হোলগী ময়োলদা চাউরবা টেবল অমগী ময়ায়দা মীকম য়াওখিবা শক্তি অহুমগী ফিরাল অহুম য়ুংহুনা লৈরি—সোভিয়েত, আমেরিকান, ব্রিটিশ। মাকন অনিগী ফল্লাংদস্থু জাতি অহুম অসিগী ফিরাল থেংলি। ময়ায়দা লৈরিবা কোইবেক-কোয়বা অচৌবা টেবল অসি কনফারেন্স অসিগীদমক্তা মোক্কোদগী পুরকখিবনি।

কনফারেন্স অসিগী চিয়ারমেন আমেরিকান প্রেসিডেন্ট ট্রুমেন্না ওইখি। সোভিয়েত মীহুৎ ওইনা স্তালিন, ফোরেন মিনিষ্টর মোলোতোভ অমদি মতম অহুদা আমেরিকাদা রাজদূত ওইরম্বা আন্দ্রে গ্রোমিকো য়াওখি। ব্রিটিশকী মাইকৈদা প্রধানমন্ত্রী চর্চিল অমদি ফোরেন সেক্রেটারী এন্টোনী ইডেন্না জুলাই ২৫ ফাওবা মীকম য়াওরম্মী। অহুবু মথংগী মুক্তিতা হায়দোকপা মীখলগী ফোলদা কনজার্ভেটিভ পার্টি মায়থীরবদা মায পাক্লবা লেবর পার্টিগী লুচিংবা এটলী অমদি বেভিন্না মখোয়গী মহুৎ শিনখি।

শোক ১৯৪৫গী আগষ্ট ২দা স্তালিন, ট্রুমেন অমসি এটলীনা পোৎসদাম এগ্রিমেন্ট সহি তৌনখি। ক্রাফতি এডভাইজর অমবু মীহুৎ ওইনা থারকখি। কনফারেন্স অসিদা অথনবা পাউমী য়াংথৈমুক চঙবা য়াহনখি—মখোয়গী মরুংদা তুংদা আমেরিকাগী প্রেসিডেন্ট ওইখিবা জোন কেনেডি অমদি কাওরবা সোভিয়েত লেখক বোরিস পোলেভোয় য়াওখি।

লৌংমৃত্যাম-এগ্রিমেন্টতা মরু ওইবা য়ানখিবা [illegible]—জর্মানীবু মপুং কানা শুংলাই থালোকহনবা; মাংখ্রীকুম অমদি মিলিটারীজম মরু মূকতংপা; লালহৌবগী ময়াম লৈরবশিংদা চৈথাক পীবা; জর্মান মোনোপোলিষ্টশিংবু মুথংপা; অহূগা কেমিকল য়াদবা, গণতান্ত্রিক ওইবা, অপুনবা জর্মানী অমা শিন্থংপা। অহূবু তুংদা লাকখিবা ইতিহাসতি য়ানখিবা য়াকমশিং অসিগী ওয়-তৈনবনি। নোংচুপলোমগী শক্তিশিংগী নমথাক অমদি শরোনা জর্মানী অনি থোকখি, লানগী ময়াম লৈরবা মীওই কয়া নোংচুপ-লোমদা চেন্দুনা নোংচুপলোমদা চত্তুনা মথোয়গী মকোন অমুক শাগংখি।

সোসিলিয়েনহোফ্‌তগী থোয়রুগা চুমত্রিং চৎলে লঙ্কীদমক ইন্টর-হোটেলদা—হাভেল তুরেলগী তোর্বান্দা। হোটেলদা চত্তবগা য়েংখৎলি সিলিংয়োমদা, ওমিদি অমলবাবু ঐথোয়গী ইরত্তা য়াওদে, কনানা হায়গনি, "উরবরা ঐনা হায়বহুনি মসিগী সিলিংগী লৈত্তেং অগিম্ব নহানমথে উরকপশিং অহূগা মায়দবনি।"

ওমিদি সর্দারজী মওং অমা তৌরে। মহাকী কেমেরা অহুনা অচা-থক পুথোরকপী মৌনহা নত্রগা লৈশাবীমচাশিং অহূ কোটো পংনমতা নমরে।

ঐগা থংননা বসকী ড্রাইভর অহূ কল্লি। ঐনা মত্তৌ য়েংগে হায়হুনা হায়, "করিগীনো অমুক ঈংথ্রবসিদা হৈ-মহী থক্লি'সিবু, অকনবমক নত্রবম্ব বিয়ার কত্তবদি থকপা য়াইনা।"

"বিয়ার গ্লাস অমগীদমক থবক তৎপা, হায়বসিবু অশিংবগী থবক ওইগজনে?" মহাকী পাত্তথুমদো, তাবদা ঐ অরেম্বদা কাসি তক্করবোই থক্লকই। "হোটেল গেরেজদা গাড়ী থম্ব্রগা পেয়া থকমিয়মি, কয়ি হায়রগে।" নোকম্বি নোকমি কাপি ওইনা শমথরকই।

[illegible] নোপিং নংয়োংরোবি হায়হনা তহা, "তহা [illegible] হোটেলদা কাওবু অমমুক ওইহনা, লৈবরে। [illegible]

মীওইশিং নী—মেদাম রার্মকা আনোক উপ্পী পাতক তৌবী লৌ অমগা, ঐখোয়গী ইন্টরভিউ লৌদোরিবা। হায়রে, "ঐখোয় কুইবা য়াসে শোপিং য়াংলি, শং শং লৌইখোকপিরো।"

হারুন-হায়না ইন্টরভিউদা পুং অমরোম অদুম চঙখ্রে। হাপ্-হাপ্ চৎলৈ হোটেলগী নাকন্দা লৈরিবা ডিপার্টমেন্টল স্টোরদা লাষ্ট-মিনিট-শোপিংগীদমক।

শোপিং লৌইবগা লাকপদা ময়াম অমুক লৈরম্লে। হের্বার্ট ফিসার মতৌ-মনাও, গুয়েন্থার, মেদাম রুথ উল্রিচ, রোমাইকে—রেডিও বার্লিনগী মখোয় অনিমু—হয়েং চৎখিগদৌরবনিনা ঙসি হুমিদাং অরোইবা ডিনার। ডিনার হায়বসে চাক-থকপগী য়াতা নত্তে, য়ারীনা মপুংনি। হের্বার্ট ফিসারগী য়ারী লোইদে, অমগী মথংদা অমা হেক্তা চোংথোরকই।

লেতিন আমেরিকাগী কাঙ্‌বুমু জি-ডি-আর—লেতিন আমেরিকান ফ্রেণ্ডশিপ লিগকী সেক্রেটারী অমদি অতৈ থরগা য়াওনা মখোয়না থোকপা চথরি। ঙসিদি কাঙলুপ অনিমক ইন্টরপ্রিটর অমত্তা য়াওনত্রে, মহুগী দরকারমু কনামতদা কাওনত্রে।

রেডিও বার্লিনগী আনোক উপ্পী অদো ঐগা থংনবা কমিয়রি, হায়রকই। "লোইররোইত্রা তৌগিসিবু। ঐখোয় য়ুম্‌দা চৎনীংবনা লোইরে। ইচাহুপা অতোম্বদো লাইব্রিক অমত্তা পারম্লোই, টি-ভি য়েংহুনা লৈরম্লনি। ঙসি ফুটবোল হুংঙাইবা অমা লৈ হায়বনি। ফুটবোল হায়বসিদা কনিনো, ওহোত্রা থম্বার য়াওত্রে।"

"মপান্দিনা ?"

"মপানপু মচা য়েংশিনবরা ?· নখোয়গী ইণ্ডিয়াদা য়েংশিন্নবরনে ? কহিয়ে।"

মম ওইবা য়াকম অদুদি তোকখোক্লহুনা মহাক্কী অরোইবদা তাথরকপা হিন্দী অহু জাবদা থংত্রেকখলুরে।

"কদায়দগী তম্‌লিবা হিন্দীনো ?"

